ফংদ্রা নিংডি । মতুম থাগেম্বনা মনাইশিং খুং হৈবা থাতুনা কাংদাবী লময়াইদা থেঙ্গাগী মশাইকোন্দা য়ুম ১ শেম শাতুনা থেঙ্গাদা শিন্নদুনা চাক কাংপোৎ অমমম নোংমগী পীতুনা য়ানতুনা থম্মে । মৈতৈঙুনা মতুংদা মরু অনিদা শংলেন্দা কাবক্তুনা ফম্বাল্লব মতমদা হংডি ।। লোয়েম্বা থোংনাতাবনা হায়. মৈতৈঙ্গু মোন্নুবাক অসি মখোং থোংনা মমংখিবা লাকচবনি মরু মচানা মাগী মতিক মডম লোইনা শুমতুনা ফারবনি মাগী শিগদবশু নিনি ছম্লিদা মঙাইরে অতুগা হাংনবা খুংলাইশু লৈত্রি খুংলাইসিবু নবুথৌদগী অচুক নিংজ্রা নপাবুং নিংথৌবু হাংনবা মাংনবা থাগী নিংথো পীয়াঙ্গন। নেক্তুন মঙ্গশা মীচাবদা মাগী হী-য়াই ওইনা থমজব. তাওনোংনাই অঙৌপাম্বদগী থৌনিতুনা ফজবা থাং খোবোম্বা টা থাংশু নহ। কৌবনু পিরকপা থাং-টা ১ অতুবু কংলা চাকপদা থাং খোবোম্বা, ট থাংশু নহাবা ১ বু মৈনা লাংগনি হায়দুনা অচম্বা থাং-টা ২ বু থনম্মগা কনা তাক্ল খংহন্দনা মুংকং ইংবন্দা ঘুপখিদুনা মতম অসিগী খুংলাই ওইনা থমখ্রে । লাইনিংথৌ নঙী নপোক নিংশিলো মসম নিংথৌ নোংদম্বা লাইনিংথৌ শামহিনা মৌন্নুবাকপু হাংনদা পোক্লকে নপোক লাংওন ( ঃ ) দ লৈবাক চাক্তান ফিদোনগাদবু শমগদব মপোক লাংওনগদবা নহাক্কি করি কাওবানা. ( নখোং খোংনেং চি নাবোৎ মবা চেংখ নহ। নিয়াম্বু কৌব পানা বুকম চীংলেন মাংখোল্লাংনা থোংনা থাংহল্লবু তাক্লা হন্না নোনা শেমগদব। লৈবাক শেম্বা মপু নংনা অতুম কাওক্তগ্রবদি মতুং পালংহৌবন করম নিংশিং খংডমদব. হে লাইনিংথৌ মুংবেং ফগাম্মো থাজ পাখ ববু থাগেম্নবা তৌডান্না । রা অসি তাবদা মৈতৈঙুন মুজেং ফম্বাম্মোং থাজ পাংববু থৌনিদুনা লৈঙমখি ।। চাক কাংপোৎ অমমম পিংডুনা তুনিং থরা থনম্মি হাযবদগী মকন অদুবু ( কাংদবী = কাংজবী ) কৌনখি । মতু অতুদ লৈবক্লা রারগদবা মিকপ মিন্নাওখোন তারগাদবা থাংওমদতুনা মৈতৈঙুনা শঙলেন মপুগী মফমদা হায় মরু ২ না থাগেম্বা ঐগী থনবগম্নু লৈনাক্কী থনবীতুনা অমুক্তা থৌনিবিয়ু লৈবাক রারগদবা অশিতদি কোক্লবা তৌবিয়ু ।। মৈতৈঙুগী রা তাবদা মরু ২ ন থাংডক্কুতুনা মুকোদা যুমতুনা পুকনহৌনব হোংনরে । মোনশং চাকহাওগী য়াম. চুহিং খেংইতি, লাফোই ওম্পোৎ লযাং হৈ মনম নাক্তবা, উহং লৈম্নাং শেন্দাং মথা শাবা ১০৮, সনা-লুপা তঙ্গা থামেন চংগা খ্বাংশেং, নমথং, ফিবাংজি থুদা থাতুনা লৈনাংলে । ( মিযালেন মিয়ানৌং অফং অফা ওন ক্লীংনে নাংমেতী হৈয়ি হন বীং, সংহ র মহি মু। সনারেল হৈযি রিতো হৈয়ি রীং ক্লীং গ্লোং ) হাযনা উহং মনা খুনিংদা মিংলেন হাযতুনা ১০৮ লকপু ফিরাংজি মথক্ত ফিডৌ থারগা খ্বাংশেং নমথাং থারিবা মনমদ লৈরংলগা পুংলুপ তমা পাওমেন্দুনা পাওহংলে । পাওহংবা লোইতুনা পাওদম্মি লাইনিংথৌ য়াবদি য়াঙয়ে অতুবু মন্নুং মতম চাদনা কৌথোকউবন হনবদি য়াঙমগ্রে তাইবংলেন্দা থোরক্তুনা নবুথৌবু যুমদাবা তারি হয়েং ইমুং ঙাল্লমদাইদা থোরক্তুন। মোন্নুবাকপু হাংনবা খুংলাই পিজন্নক্লে খুদক তত্তুদা

মৌন্নবাকপু হাৎনবা ভোরো মোংদায়্রে । মক্ক ২ গী পাওদাকপু তাবদগী মৈতৈচিংনা মবুধোব্রু থাগোমহ্নুনা শঙলেন্দা লেংশিন্দুনা লৈখি ।। মতুং মৌন্নবাক্না লৈরকপা মুমিং ৭ নি শুবগী মুংদাং রাই অংদ হায়নখিবা শোইগনি হায়দুনা মনাই ময়াং পাংঙন মচা কোইরেংবু চাক কাংপোৎ ১ মৌন্নবাক্নী মফমদা থিলহনখি ।। মোইদনানা অহানবদা কোইরেনবা পাংঙন মচাব্রু ফাদুনা চারগা চাকশু মপুক থন্না চারগা ভুংঙাইনা তুমহুনা লৈখি ।। মৈতৈচিংনা কোইরেনবগী পাও তাগদবগী ঙাইবব্রু লাক্রুবদা খল্লি মফম অসিদগী কাংদবী থোইনা লাপ্না নত্তে হল্লক্কবশিনদি মৌন্নবাক্না শোইদনা চারগনি লাকচৈদা মাগা হৈগা ঙাংনবা মতমশু শুক্রি অগ্নমা মুমিং খুদিঙ্গী মী অমমম চাশিল্লক্লবদা লৈবাক অসিনা কমদৌনা থাংবা অহুগা মচা মশু মপা মমা কাইনবগী অৱা মৈচাক থাংবা ঙমদহুনা মিকপ মিরাংথোন তানা পুন্সিগী মতম ঙাই-নরক্লবা মহুদা পিবা ওইবা ঐনা করম্না থাংহুনা লৈবা মহুব্রু এগী ইংগৌরা, এগী ইগো নত্তে ।। ইনাই অমা মফম থংদনা হল্লক্লবা ফাওবদা ভুমিন্না লৈবা ঐনা ঠেংজিক করি তৌবা ঙাই ইবুধৌগী নোংদম তেং তাখিবনা খাগেম্বগী থবক পাংথোক্লবা কন্নীনি রাখন্দুনা শঙ্গাইদগী মুংকেং তম্না লাক্নুনা মবুধো নোংদম্বা ( মহিরেল পাথংবা রায়েন শোইফম । কৌবগী মফমদা পুকম লৈপাইদুনা কৌভ্রমখি ।। খাগেম্বগী অৱাবা রাখল মীগোক চৈলম্পু থংবা লাবক্লহুনা শিরোম্নুংদগী মঙ্গা মখোঙন্না থোরক্লুনা তাকপীরে ।। খাগেম্বা নানা ঐব্রু মতম চাদনা কৌগোক্লবনা ঐব্রু শাইথংলক্লা মুমদাবা তারে মৌন্নবাক মোইদন মী চাবা অশি এনা শোইদনা হাৎলগনি মাব্রু হাৎনবা পুংলাইদি থাগী লৈবাক্ক পোং নিংথৌ শুথাম থোম্বনা নবুধৌ কিয়াম্বদা নিযুব্রু শিংকপা, মানা নিংজবা লাইদগী ফংজৌবা হী য়াই চেনবা থাং টাব্রু নপাব্রু মুংয়াম্বনা মঙ্গোশাব্রু হাংপদা ফংজৌনব্রু মতিক ময়াই মাংথিনি হাইবগী হৈনা লৌশিন্দুনা ইরোম্নুংদা খাগোম্বহুনা লৈরক্লবনি মাব্রু হাৎনবা নং লাক্লবনিনা থাং—টা অশি লৌজরো খুদক অসিদা নংনা চত্তুনা লানচিংনব থৌরং মাব্রু হাৎপা মংমদা মশগী ঐ অহু মালেম থক্কু তাচনগম্নু করিগুম্বা মালেমদা তাথবদি অমুক শোইদনা হিঙ্গনি মশি থংনা লানশিংনৌ রা অসি হাইরম্মগা লোংথৌ থক্কু চৎখিদুনা লানচিংনবা ঙাইহুনা লৈখি ।। মৈতৈচিংনা মিৎ পাংহুনা য়েংবদা থাং টা ২ দি স্না নাক্না তাহুনা লৈরম্মি মহুদা স্না পুক্লিং রানা রানা মুংঙাইবা ওইহুনা থাং টাব্রু পায়হুনা কাংদবী য়োনবা থোংশানখি ।। কাংপোকপী লমগাং শমহুনা নাদ ইরেন লাহক্লুনা কাংদবী ইরেন্স তম্না লাক্লুনা হায় ।। মোইদন মৌন্নবাক মচৎ নাইদবা নরমচৎ অহু থাদোকপা ঙমদহুনা খাগেম্বা ঐগী ইকমদস্নু চংলিবা নংব্রু ঐনা রা ঙাংনশি হায়বদি নরমচৎ অহুব্রু থাদোকহন্নব থন্বনি মহু নং থংদ্রমান্নে নংব্রু কননা য়ারবদি কনবিগে তৌবিবনি অহুব্রু নংনা তৌথিবা চৎলম্না থুমহৎখিহুনা লৈবাক অসিগী মগুম্বু থজবা ঙংদ্রমান্নে ঙসি নঙ্গী অরোইবা মুমিং থোক্লমান্নে মরম অহু নংব্রু ঐনা থংহনগে লাক্লি থোরকউ নংনা পাম্বা লঙ্গী

ঐভেম্দা খংলো ।। মা অসি তাবদা মোইদনা তুম্নখদগী নেরুতুনা করি খাগেম্বা রাঙাং অতুনা ঐবু হৌদোকপা নত্তিক্র। থংঙ্ ঙসি লৈরম্মু হায়তুনা মাগী তোবা ঙম্বা মঙম পুথোকুনা খাগেম্বা ভম্না চংলক্লে ।। মৈতৈঙ্গুনা মনাই পাংঙন মচা কোইরেনববু হাংথিবগী মুংঙাইভবা মৈশানা কুপথিতুনা মা মখ, অম্রুক ভাখিদনা থাংমা মশা পুম্বা য়োম্না ফায়তুনা মোইদনা ভম্না চংলক্লে ।। থঙী মঙান্না নোংথোদা নোংখাং লৈমনা ঙানবগুম্না মাইগৈ চ ফংনা ঙান্না লৈথি ।। মোইদনম লাওবা ঙংবদগী য়ুমখোং থুদিংমক মিকপ থোন্নতুনা মাংলে করিনে। থোক্লাও ঋসিদে ঙক্লৈ । মোইদনাগী ভৌভ্রমদনা মথেন উবদা নোংথোদা ঙাইতুনা লৈরিবা মতিদেন পাথংব, তুংপ ১৮ থোক্সা থেকুনা মাচনাবু মঙম পুম্বা লিফানতুন উঁযুঙ্গ্যা লেপচন্দুনা থাগেম্বগী মাংদা লেপ্লে ।। মোইদনা মমি শগ্লক্লে ইথং থংদৌদনা মালেম থক্তা তুশবক্লে ।। মৈতৈচনা হায়দম্বা থাংবু থেংচিল্লগা নম্লেন তা থাংশুন্চবু শঙ্গনা মোইদননা মশা লুমখবকপা মপা চানা ভাদেনবু নোংখ্রাই পানা চাইগংনা চাংথতুনা মোইদনগী মথনাক্তা ভানা লেংতুনা মোইদনবু নোংগৌ পানা



থাগী ঙম্বা থেঙ্গো (সনামহি পা-খংবা) ওম ক্লীঁ শ্লীঁ দ্রীঁ ত্রৈঁ দ্রীঁ ক্লীঁ
ভুজংদগী থোক্লপা লৈশাংগোং ইরেল ভাংতপাক্তা য়াভানা মখিংবু চাইনবা কোনা অভোম
চক্ক লৈশংবী পাম্নতুনা যুমদাথিবা ভংওয়োইলাই সনামহি পাখংবা থ ডামিরেন পাংংম কোই ।

হাইতগুনা থোংনা মলেমদা নেতুনা মাইগৈ ৪ চোং চোন, লমচাও থোংনু লাওথি ।। খুদক অহ্নদ মবুংথৌ সনামহি পাখংবনা নোংথো থক্তগী হায়রকই থাগেম্বা মেইদনা ভক্ত মালেমদা

মবূধোবূ লৈপায়দুনা খুবম শংলেন কৎচগে হায়দুনা নকম্লাংবু থিজগে হায়জগে নিজগে হায়বগীদমকপু লাকচরি স্না খোংলেংথত্তনা নোংদম্লববু নিংশিংজরি সুমিৎনা ফিরাংজি ফিদা ওইরিবা থানা থাকখন ওইবা হো রো সো থাজ পা খংবা কৌবা" হায়দুনা স্না খোংনাং মনা ৭ তু ঈশিং অদুদা থাদরগা প-পংপ, রে-রে-রে, নিং-নিং- নিং, রি-রি-রি হায়না খেমখোক্নুনা লৈপায়রে ।। মরু মচা লাইনিংথৌ চাইনববু লৈকংনবা তৌওন্বা য়াম্রনি স্না লুপা তাঙ্গ থারো হায়না মরু লৌরেম্বনা পাউ পিরবদা মরু মচা থেঙ্গনা শংলেন্দা ফিরাংজি ফিদা তিংদুনা ফিঙৌ ফিশাংনা থক্তা নমদুনা কমেং শাংপা নম্বা খ্বাংশেং নমথাং তোলোক থাদুনা অমাই অনপশিংনা লাইনিংথৌ চাইনবগী মতিক মঙম্বু থাদুনা কৌখৎনবা খোরাংলে ।। ( হো রেং ক্লীং শ্লীং নিং নিং নিং, রি রি রি ) হায়দুনা লাইজ ইপাক থক্তগী স্না খোংনাং মনা ৭ পু থমদুনা খ্বাংশেং নমথাং কোকথোনবু কন্দুনা মাইয়োক অথেন লাংনা কৎলগা মতুংদা অঙৌ পাম্বা চনু লাইশংবী কৌবীবু ওইথম থৌগনহন্দুনা মরু ৮না ফম্লেন মিংত্তন লৈকলক্রে ।। ( হে মক হো রো সো মরু মিরেন থাজ পাখংবা, হে ইবাঙৌ স্না কুপ্পা কুপ্ত কুপ্ত, লুপাগুম তরংননি মেরুবা মরু পুন্সিবনা কংলাগী চিথেক মরিমক্তা ফম্লিবগী নমিংবু মুকশিন হৈবা কৌই । হে ইবুংঙৌ পাখংবা লাইনিংথৌ নংনা নোংলৈ চিন্দুনা মেনগী মথক্তা ফম্লিবগী নমিংবু মেন মনিক কৌই । হে থাংজিং হে থাংজিং হে থাংজিং নংনা চৈলাং খুত্তা পায়রিবগী রানে, মঙাং মরু লুরাং, খুমন মরু মরু ( ৩ ) না কংলাগী মেন্দা লৈকা য়াকা চক রো রো তুম তুম ) হায়না স্ন লুপা তাঙ্গা পারদুনা :— হো ইবোই ইমাদোনবু ইমাহন্লো ইমুরোল লোন ৬ মক ইঙৌরোন লোন ৬ মক ই থাবা ইয়াম্বী ইপোক চনু ইচেক ই য়াঙোইবী, ইপোক চনু ইগুক ইশোই য়াম্বীও ঐবু শিজবা লাইনিংথৌ ইথৌবেল ইথেবদি ইপাথোই ইপুথাই ইবোমি ইয়াংনি ইরেং পাঙ্গ ইরাইবেন তোন ইপুন্সি মুংশাংনা লৈপাল্লশি হায়না ইরু নোংলু অপাম্বনা ইরেম লৈস্না অঙাংবনা লৈমুরোন লোন ৬ মক ইঙৌরোন ( ৩ ) মক ইখা নম্বা থাইরবনি ইমু নম্না তাইরবমি ছো ফৌও নশু হেবুংখোগীদমক্তা, ফৌগা লম্বু লম্মহল্লো ।। লাম্লেম্বু ২ থোক্লে । লৈমুরোন ৫ মক অপোক চনু খোঙাই য়াঙাই তম্পাক লৈগুক লৈশোই য়ম্বীশু ঐবু শিজবা মালেম লৈস্না অঙানবনা মালেম লৈগা তাইরবনে কোয়ো নোংসু অপানবনা কোয়ো নোঙ্গ তাইরবনি ছো ফরো ) ।। তাইওম্না লোইদুনা মরু লৌবেম্বনা লাইনিংথৌগী শংলেন সুংদগী খোরক্নুনা শংলেনগী কাংপ ২ দা পামেন খোংনাং ২ বু থাদুনা রারেপ রাশক্নুনা তঙোন চনু লাইশংবীগী মফমদা লাইনিংথৌ চাইনবগী থৌগনবু শিন্নরমদুনা লৈবাক নিংথৌ পুম্বা ইন্নরক্লে ।।

লাংবচকী কুমশিং ৪৭১১ নোংদালাই কুমশিং ১৬০৩ শকাব্দ ১৫২২ চৈথাবা ১২৭ শুবা লোইতোংবম চেংবগী কুমশিদা মৈতৈঙু খাগেম্বনা শংলেন মপুবু মরু লৌবেম্বা খোংনাংথাবা মিংছল্লি । মৈতৈঙুনা খাগী মীচাব মৌন্দুবাক উনদুনা স্না কোনুংদা কৌরক্নুনা থনম্লগা ঙাংনবা,

নিপা ১ গা মৈতৈঙুগদা হিংহনা হল্লক্লে । মরম অসি করিননো হংনবদা নোংদম্বা লৌবেম্না খোংনাংথাবনা হায় ( মৈতৈঙু মরম অতৈনা নত্তমান্নে নবুধৌন। নাওদা ইচুম তম্বদা কজোই কমাং ঙাংনকবনা লৌনমখিবা ঙইগদমান্নে ) হায়না পাওদাক্লবদা স্না পুক্লিং চিংনবা কোকখি ॥

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৭১২ নোংদালাই কুমশিং ১৬০৪ চৈথাবা ১২৮ শুব। নিংথৌজম খোইবগী কুম অসিদা খাগেম্বন। বিষ্ণু ভগবানগী মফমদা চহী ৩ শুবা উহ উরাং ১ খ্বাইজাংথোং মপ। চীদা লৈকংলি ।। লাংবচক্কী ৪৭১৩ নোংদালাই ১৬০৫ শকাব্দ ১৫২৪ চৈথাবা ১২৯ শুব। খেবা খাগীগী কুম অশিদা তখেন নাগাচোন্দ লান শোক্লে ।। লানসিদা তখেনগী লাম্মী মথুং মশা হৈব যাম্না ফাহুনা শাগোল শাম্ন যনশু খরা পুবকই, শঙ্গাইগী অকোযবা চেক শাহুনা খাগী খুংহৈবনা চন্দুনা চেকপন থাদে ।। মৈতৈঙনা অঙম্বা অশাই অশম খোমহুন, স্না কৈথেল ৯ শেমহুনা মকম খুদিংদা কাহল্লি ।।

১। স্না কৈথেল খ্বাইবম্বনবু নিংথিন শেম্মি মমিংবু ( লঙ্গোই অরাম্বাই খাগ থাই. ভাইথোং নিংথৌ চৌযান থক্ত খোনবা হায়ন মিংহুন তম্মি ।। মক ২ না মিংলেনবু হাযহুনা স্না কোদনবু চুক ফাদুনা কৈথেল তেংহুন লাইনিংথৌনা কৈথেনবু বাইদনবা ভাক্ল ইমোইনু অহোং অচাওব না থাহুনবা পোংহুন্নে লাইবেম্মী ৭ না লুচিংহুনা স্না কৈথেল ফম্লে ।



২। খা মৈরনগী মযম তেংঙে মমিংবু ( পাক্লক কৈমুদি খাদা থকথৈয়ে মঙ্গনিংশাইদি থক্ত খোইন্নে ) কবুই তোপন ঊংহে ।

৩। ফাংবং কৈথেল মমিংদি ( খরিলোং থম্লে ) কৌই ।

৪। মোইরাং কৈথেল মমিংদি ( শায়ান চাম্না খেল্লেএ ) কৌই ।

৫। খুমন কৈথেল মমিংবু ( খরি নোকথম্নে ফাইবং কৈথেল শোবচানৈ ) হায়ম্নে ।।

৬। চাইরেল কৈথেল মমিংবু ( নানকৌ নোংম ভাইবনে ) হায়নৈএ ।

৭। কোন্দোং কৈথেল মমিংবু ( তাখেন কবোনে ) হায়খিএ ।।

৮। অন্দ্রো কৈথেল মমিংবু ( মরাও খামু ) কৌনৈএ ।।

কুমথরকই । ইবেম্মা অমুনহা অচুগুভ তুংইল্লকুনা মৈতৈঙগী খোংকেন্দুনা ইরা চেম্না হায়জৈ ।। অচুদা ইবেম্মা মবম অচুগীদমক্তি নং ঙাবমু মমুং মতম ওইরবদা ঐনা থোৌপুবা ওইগে ।। বা অসি ঙ'বদা মপুক মুংঙাইজবা ওইদুনা খুট লৈতানা থুরুম্লম্লগা চংলগে তৌবদা মফম ইখং খংহৌদনা অমুনবাদো মচা মুপ ২ থক যাইবোক পোকুনা মালেমদা লোংনা ঙাদুনা লৈ । মচু উবদা মৈতৈঙন ঙাইহক ঙাথল্লুবগা নমুল মপান্দ ভারিবশিংবু কৌথোকুনা হায়, ( খুল লৈকাই অসিদা লৈবশা অঙাং অনিসি থাগেম্বা ঐগী অমশংবা ঈনি অচুবু মতম চাখিদবনা মফম চাদনা ঙাইবং লেন্দা থোৱরে ঙাউমজম্বা তেলেন নংন। অঙাং অনিসি পুশিন্দুনা নযুম্নংদা থম্মু অঙাঙ্গী মুমিৎ শুবা অচুদা লাকুনা হৌনবী পুম্ব তৌগনি ) ঙা অসি হাযবগা হম্না হেক যেংলবই মচুদা অঙাং মনাদি লৈবমদ্রে ঙক্লদুনা থাগেম্বনা মফাম পুম্নমক তৌরিব অসিবু বরিনো এবু থনবদা লাম্বা যংদ্রে মমাচুবু কবোমদা চংখিব উহৌদ্রা ? ননাই ঐখোয়না থোবকপা মতমদদি থোইদোকপা লৈবগু চংশিবগু উদে অঙাং অনিসিদদি মু নাক্তংতাদুনা লৈরম্মী ।। মচুদা মৈতৈঙন থংলদুনা উন লৱে নরম পুংগা অঙাং অনিশিবু পোকপা মমাদি মপা ঐনা খঙ্গদবনি মপাগী মশক্না মংনা থংফম থোকই অচুবু ঐনা কওকবে ।। অঙাং ২ শিগী মমাদি ( তাকয়েন অনুনহা পুকংবী ) কাবী অচুংন অচুনা মাংখিদুনা চংম্বিবংন মবম অসি কাঙদনবা মযম অসিদা থোদোক মরম অসি থোকখি খংনবা মযম অসিবু ( নাঙনম ফাচবোকথোং ) হায়না ঙসিদগী কৌরম্মু, মফম অসদা নিংথো এমু ই ান্দুনা চংশ্রগে হবংমগা থোংফে ২ নং শেম্মু হাযদুনা উ ২ দং থোংফৈ শেমচু । থাগেং ইশান্দুন থ্নাইলংশাংথোং ৱৌরুবগা শঙ্গাই য়োনা লেংলকুগা ঙাথন্দুনা লৈখি । মতুং মুমিৎ ৬ নি শুবা মুংিত্তং খোঙ্গুহকুনা অঙাঙ্গী হৌনবী অশাই অশম্না থোগম্না থোৌপুরগা অঙাং ২ গী মমিং থোল্লি এগী ইচা লাইনা থাবা অশে অহন অসিনা নাওরিয়া কৌগে ।। মনাও অশিন নাওরোইবা বৌরগে । অঙাং অনিসি ভগেন্দ্রো ননা মাংদনবা নচা শক্না নাওকেন্দুনা থম্লো শিম্নবম্মগ থা ংম্ম হনংগ্র ।।

চৈথাবা নাওশিংথোম্বা ১০৪ শুবা লাংবচকী ৫৭০৮ নোংদালাই ১৬১০ শকাব্দ ৫৩৯ দা মৈতৈঙনা লমজ ও যাবা কাগুপ ২ দা মু থোংনাং থাহল্লি ।। ইবেম্মা মৈতৈলৈমা ভাইপোম্বীনা শঙ্গুমচুনন মচা হবুংঙো য়াইম খুঙ্গাওব পোক্লে । মতম অসিদা মক লৌরেম্বা, মক মচা থেঙ্গাগা লাইরকচন্দা কৌশিন্দুনা থাগেম্বগী মপোক অংম্লকী ঙাবু তাঙল্লি, লম্বুবা মাইচৌ ন না লাইযেকুনা থমখি । লাংবচকী ৪৭২ নোংদালাই ১৬০২ শকাব্দ ১৫৪০ চৈথাব যেনখোহবা শবী ৩৬ শুবা কুমদা ইবেম্মা অপাম্বী কোংপান চন্দ্র মুংথেম্বী মপামদা থাখি । বুমশিদা শঙ্গাই মথোন ৯ লোংবা শাই হায়বদি ( যুম কা ৯ শংবা ) ।। পাথং মশা কনব নিপ ৭/৭ মখোয় ১৪ বু নাকন অমমমদা লেপহন্দুনা লিচৈ মরু পানবা কোনবা অমমম পায়হন্দুনা থোং

কাংজৈ হায়দুনা শান্নরক্লি ।। কুংশিং য়াম্না কন্না শিন্দুনা মুরাং মিংথৌগী লাইকোনগী উয়োক কোন্না হৌবা উ ময়াম মক ফুক্না হুমদেক্কুনা লৈবন্মি ।। মরু ২ না লাঙ্গোন মুবাং নিংথৌবু কুমথুনা তাইবদা মুমিং ৯ নি শুবদা উ পুম্বা হাম্নগুম্না হৌগত্তুনা লৈরে, মৈতৈশুনা উ মশিং থিদুনা থিদুনা য়েংবদা উ লিশিং অমা ( ১০০০ ) শুখি ।

লাংবচক্কী ৪৭২১ নোংদালাই ১৬১০ চৈথাবা থুমুকচম লাংমৈগী ১৩৭ শুবা কুম শকাব্দ ১৫৪২ দা মৈতৈ লৈমরেন তাইপেংম্বী শঙ্গুমথুনা মচা ইবুংঙো নোংপোক থোংফেন থৌব কোনাম্বা পোক্লে ।। লাংবচক্কী ৪৭২৩ নোংদালাই ১৬১৫ চৈথ ব। ১২৯ শুবা বামৈরাকপম থাগী কুম শকাব্দ ১৫৫৪ দ অঙোম চন্দ্র ইবেম্মা অপাম্বী মুংথিল চাইবীনা মচা ইবেম্মা মুংথিল চাইবী কৌবী ১ পোক্লে । মৈতৈশুনা কোন্নুং মন্নঙ্গী মুপীশিংবু চিংখোং চৌয়াদ পুত্থনা স্ম লুপ খোলহন্দুনা স্না লুপা লৈব মফম থংহল্লি ।। লাংবচক্কী ৪৭ ৫ নোংদালাই ৬০৭ চৈথবা ১৪১ শুবা মৈশুবম লমহিং শকাব্দ ১৫৪৬ কুম অসিদা খাংগম্না বেক্র লাইথাদা চ লুবদা নিপা ৪ ন বোনদ প পাম্বী ৬ থক তৌরমথুনা উ অত্থনা তি মৈরোম্বা যমথোঙ হাঙ্গা অম শাথুন কোন্নু যোংব পুরক্ক লাংবচক্কী ৪৭২৬ নোংদালাই ১৬১৮ শকাব্দ ১৫৪১ চৈথাবা ৯ শুবা চেঙ্গাম চেংবগা কুমশিদ ইবেম্মা অঙোম চন্দ্র মুংথিল চাইবী অপাম্বীন মচা ইবুংঙো মুংথিল চাইন পোক্লে । থাংং হাওবুন্দনী ফাঙ্গাও ১ চৌংলকই । লাংবচক্কী ৪৭০৭ নোংদালাই ১৬১৯ চৈথাবা ১৪৩ শুবা চেংথাম লেবগী চৈথা কুমসিদা মরিং, মুনবী, লম্মোং, থরো, বনই খুন মকপু থামগন্দুনা নোংচুপ চ ংচেং গী মনক্তা ( ঙাপ্রম লিবা ) হায়থুনা লৈহনবা হৌই । বাংমুদা লেংেদুনা লৈবাক্কী কে ১ শাই মথুদা ( লাই কৌরবেম্না ) নোংমৈ কাপ্পগুম্না লাই মথুদা থ গেম্বন হুবা শথুনা ৭ বাবেন্দ। কত্তুনা নোংদম্বা মরু ২ বু পেনিংনখি ।। লাংবচক্কী ৪৭২৮ নোংদালাই ৬০ শকাব্দ ১৫৪৯ চৈথাবা ১২৪ শুবা ঙাংঙোম কবোগী কুমদা শঙ্গাই ক ৯শ না শিংদেক্কুনা কা ৩ শাংবা ওইনা শাৎ । ময়াং খুংহৈবশিংবু নোংমৈ য়াম্না শাহন্দুনা খুংলাই শানব শংদিংঙি । ময়াং বাপু ১ ফি মচু শংবা শেত্তুনা লাইনিংবা শাথুনা লাকই । বাপু অসিগী চংলন্দু থাংগেম্বনা খংলদুনা অহল্লুপ লাকপগী মচা মুপী চকপ্রম চন্দ্র কেশোরীবু পীদুনা বাপু অদুবু নোংমৈ শাবদা য়াওহনখি । লাংবচক্কী ৪০২৯ নোংদালাই ১৬২১ শকাব্দ ১৫৫০ চৈথাবা ১৪২ শুবা থারম খেম্মগী কুমদা উত্রা শঙ্গাই অমা শাই । যুরা লাইযুম শেমথুনা যজনবা শেম্মি ।। ( শঙ্গাইদা চেংলৈ য়া লম য়েংই ) হায়বদি যুমশাবদা মৈথু চংনবা মৈথুরম পাল্লি ।। চৌংথোং চৌংয়াবু শেংদেক্কুনা থুন্দাহল্লি । লাংবচক্কী ৪৭৩০ নোংদালাই ১৬২২ শকাব্দ ১৫৫, চৈথাবা ১৪৬ নোংপোক ঙাংবা- অঙাঙ্গী কুমদা মৈতৈশুগী ( খোংনংশা শামু থোংলোং ) হায়বা অমা পোকই ।। কলা মৈচাক্কুন মৈথুনা শমথখিত্থনা ফুরা লাইশ শোক্না চাকখি ।। তুরেল অচৌবা কংলাগী নোংচুপ পাংনা চেল্লম্বদগী

মৈতৈঙ্গু থাগেম্বন মক ২ পুডুনা হিমাইমেনবা মথক্তা যুমথোন ২ লোংবদা তো ডুনা ঈশিঙ্গী লম্বীদা কোয়না চডুনা লম য়েংঙি । লোক্তাক পাৎ হুকোযবদা থমচেৎ চাকই অতুদগী হল-কতুনা পানেম ইরেন্দ' তি থাডুনা মক লৌরেম্বা, মক থেঙ্গা, বু খোঙ্গাডুনা শ লেন্দ লৈহৌরে ।। লমপুবা লাঙ্গোল ম্যুখোচ (কুকম চীংদ পানফবা), শনুওক চিঙ্গোং (শমুশক পাথংবা চিবোল চনশাযবা), ৱাঙ্গোই খেনা, যুম্নাম তোম্ব, ৱাংমু বাজি যুথুন তবী খোংঙম তবা (ৱাংবুরেন) চাঙেংবম ঙৈবোম্বনচিংবা মচা ইবুংঙো পুম্বগ লোইনডুনা খ গোম্বা ভুরেল অচেবগী অরাংপাংবা খেংলম ঈন্না হীমাই মেংবা তোংনা খোখিদোক পাংনা লাক্লগ খাম্মলৌ কী ঙিম্বেন ঙিংঙ ফমদা ঙি থাডুনা থম্লগ শাংন্দা কাথতুন মচাশিংবু লাল তম্বীবগী মঙংঙুনা লাল শিংনডুনা শাংন্ন ।
লানবন শাডুনা লৈবা মতম অশিদা তাংখুলশিংনা লাংদারক্লুনা মী থব শিংনে ।। লান্দি ভনডুনা লান্না থর ফাডুনা পুরকই ।



কুমাইখিং পাখংবা

ওঁম ভীং হ্লীং ব্লীং শ্রীং শ্রং

ক্লীং বাং মেকবা শ্লীং

ফোরোক কুমদা ঈশিং চাওডুনা ভাম্লগু যাম্না তাডুনা ফংমাংঙি । ক্লুঙিং নি ঈকথেল মুংলি । বুম অসিদা ইবেম্মা কবোম্বী পোনই ।। মতুংদা ঈশিং অমুক হন্না চাদুনা ইবেম্মা হবাই লৈম কবোম্বী শি । চাক যাম্না তাংডুনা মকম খুদিংদা ফেগে ১০ বু যুগামডুনা যাম্লি ।। মচ মচা থঙ্গাং হায লাইনিংখে হন্দক্কি থবা চেকশিনবিনি পউক্লেল অমবু লাকচম্মি নাংদম মসি লৌরেম্বনা হায়বিবা অসি ওচুখনি লাইনিংথৌ অমবু খংনবু খংঙুন । মক মচান ভাকপী-ববনিন' স্না পূক্কি হক্লগু বাখিন্নু ভাকপোরবা ভগ মখে থোকনবি । মতুং অতুদা মৈতৈভুনা শংসন্দা লেংশিন্দুনা মরু লৌরেম্বন অনম অভানবনা ওইনবপ পুযা পুখোক্লুনা থেঙ্গানা পাডুনা

পুক্লিং অরাবা কোক্লবা মতম্ব লেপ্লি ।। নোংদম মরুনা পুয়ানা হায়বম্বু নিংথৌগী য়াইফনবা ইরাত্তুনা স্না লমওরচিংব নিংথৌগী অরাবা কোক্লবা তৌখি । পাওরৌ অচুদা লুখোইনা তায়, লাইনিংথৌ চন্দক মক ২ না শোটয়ত্রা লেংফত্রবা রানা মুংক্লাইহনবা রানি থরদি চেক-শিনবনা ফংনি । থংদবম নোকই ।। মৈতৈন মাদি থরদি শিগদোরিবোইবে হায়না থল্লি ।। লাংবচকী কুমশিং ৪৭৭৪ নোংদাললাই কুমশিং ১৬২৬ চৈথাবা ১৫০ শুনা শম্নাম খোম্মাগী কুম শাকাব্দ ১৫৫১ দা খাগেম্বনা লাই পোংশাবগী মফমদা শং অমা শাহনা কংনবা খৌবাংন্তি ।।



কোম্ন শাহনা ওংশোক শংবদা কংপা । — লইনিংথৌ নোংশাবগী শং — মোইমিং পানবা শং তাগানবা শাব কংপা স্নাহুনা থাত । (ও ব্রিং স্নামনিক পোত্তম্ব)

মোইরিং পানব শংলোনী যংতাগবদা নাকপম যাংলৈ শং মথক্কা ওম্বহুনা শিরে মত্তুদা মচা সুপনা মপুক্কা তাখহুনা মথুংতা থাং পায়হুনা থংগেম্বা অমা চেনশিল্লকই মহুদা নৈতৈত্ত মনাচশিংনা উগোহুনা চেনাশক্কুনা য়াংলেগী মচাবু হাংলে ।। মহুদ মৈতৈত্তনা মনাইশিংদা থরা শাওখি ।। মতুংদ মোইমিং পানবা মুম অসি লাইনিংথৌনা পুক্লং লৈতাংবত্রমায়ে ত্রনা কংকে নিঙ্গব মুনিং অসিতদি শোইদনা শং অমা শাহন কত্তুবা যাদে হায়হুনা অনৌবা শং ১ শহুনা নেংশবদা কংলে । খংগেম্বনা কোম্বাগী ফৌগৈ ৫ থুগাইহুনা লৈবাক মীয়ামদা যেংবি । শামু চেরা কোবা ১ পুংথারকই ।। শামু মুক্ত কাব মচুম তাহুনা তাওহুনা মউং পাংহন শমফবা শিলে ।। শামু মুক্ত কোবা লঙ্গোল নিংথৌ মুবাঙ্গী উরোক কোম্বা চংথিহুন মুনিং ৫ লৈরুগা তাওবা কৈ ।

লাংবচকী কুমশিং ৪৭৩৬ নোংদালাই কুমশি ১৪২৮ শকাব্দ ১৫৭ চৈথাবা ১৫২ তাংলোম তোম্ব্রোগী কুমশিদা ইমফাল তুরেল অসি শিংজমৈ থুক্কা চেলম্বদগী য়াইক্কুল লৈকাই

অসি লম থরা পীকমল্লি তাযতুনা তুরেল লুকোই অপেকপা চুমথোক্তুনা নোংপোক পাংনা ইথোং ১ নিংঙাম থোংজাও তুবেল মরিন তৌতুনা পস্থিংতুন ঈশিং পুথোক্লবা থোরাংই ।। মোইবাংথোন মথা শিংকৈম মথক্তা পন কন্না খিংতুনা শংলিংতুনা পস্থিংবা হোংনববু পস্থিংবা লোইবগা নাংঙাল্লনা মতনদা মৌথক্তুনা হেক্তা নিংথাইনা শেম্মীবা থোংনমলোংমদা থক চেল্লু হাযবা যাদে ।। অসুম্না নিথাইবশে হৌজ ৭ বক শুজিল্লরাশিনা খ্যেংগী মফমদা পাউজাল্লবনদা মৈতেভু থাংগেম্বা মক ২ গা লমপুবা মাইচৌ ৯ গা অশাই অনম থরগা লোইনতুনা পংফম অতুদা যাম্নবদা মক তনিগী মমদা মরম অশিনু করিনে ? বাহংডি । লোংদম মকনা হায, লাইনিংথৌ মরম অসিবু মবুংথৌগী নিংশানা ওইবমল্লে । অতুদি মক ইবুংথৌগী মফমদা কবি লৈকংনগা সাব-গদবা ? লাইনিংথৌ মহৈদি হংলগা থঙনি । তদুনি মকনা হেমুক্তা হাঁবিগত্রা কনদেনা হানি গদগে ? মৈতৈভু ইবুংবুংদা লৈবমগনি হংজব সবম পুদা যাবিনি । মকগী বা শাবদা নমা-বোল লমপুবা মাইচৌ রাঙ্গোই থেমা, নম্বোল থোংনিমাইবং নং হায, মক লুপ্নবেতু ইপাহাংদা ইকোথংপিযুমা ইরোন্নজৌ বাবু বনানা থংশিনা ।। তদুং কোনদি বাথংনগা নাইবা ওনগা মদুদা ২ না হয, মকনা কোথংশিবনদি তাইবা ওযদি লৈকব খেকনা বাথুন খতু হবদা

কাংলে খাম্বা পাথংবা



নোংদম মকনা খল্লি, ইচাশিং অশিবু ওইনং ইরোং শিনব যেন্নগদা পাউনং অসিবু থোথংনগে খন্দুন খুংকাম্বী (৩) লক কাম্পুন ( ক্লাং লাইনিংথৌ হবুতো তেংগাল সন লেম্বী থোংনক্লো খুবাক লাইকা শাবিগ খুনক লাইথম শাংনগে পপ পপ সুঙপ ) হাবতুনা খুবাক ( ৩ ) লক খুতুনা কোনযাই ওল্লে । চাউবেন পুথম ১ দ য়াম থব তাম্লগা এবম ১ খিন্দুনা হানবোইল ইসী সনা লুপা কোনযাই তুল্লে । ইথৌরোল শক্লে —

( চো ) হবেই ইমাথোনবু ইমাওল্লো ইপ্রোল লোন ৬ মক ইচৌবোন লোন ৬ মক ইথাবী ইয়াম্বী ইপোক চনু ইশুক ইশোই য় নীও, ইবু শিজবা লাইনিংথৌ ইথোনেন ইথোনদি ইপাংগোই খুংথাই ইনোন ইয়া নি ইবেন পাঙ্গ ইবেন থোং ইপুন্সি ইচুংশাং ইপ নশি হায়হুন ইক নোংমু অপাম্বনা ইবেন লেম্না অওাংবনা ইমুরোন লোন ৬ মক ইচৌরোল লোন ৬ মক ইথা নম্মা ওাহং-ববনি ইমু ওয়া ওাইরবনি হো ফেও হে মরু কংলৈ খোম্বা ) ।।

কোনয়াইলোন :— কৌগা লম্বু লম্মাহল্লো লমনেম্ম অনি থোকও ইমুয়োন লোন ৫ মক অপোক চঙ্গ গোংঙাই য়াঙাই তমপাক লৈশুক লৈশোই ঐবু শিজবা মালেম লৈম্না অঙাংবনা মালেম লৈগা তাইরবনি কোয়ৌ নোংলু অপানবনা কোয়ৌ নোঙ্গা তাইরবনি হৌ কৌও হে মরু ।

( স্নাহিং মিকোনবা থোরকও, স্নাহিং মিকোনবা থোরকও, স্নাহিং মিকোনবা থোরকও, স্নাহিং মিকোনবা থোরকও ) খুদক অতুদা ইপাল্লাংবা স্নাগী হিয়াং হিরেন তাওবগুম পনযাঙুবা মযা কানা ইলং লংনা মথূপ ময়াং থেক্লা লৈবক্লে ॥ খুদক অতুদা লাঙ্গোন লুখোই, নখোল থোংহিমাইবা মইচৌ ২ ন মরু হুক্কুনা লৈখ্রে, লৈবাক মীয়াম পুম্বা কবমনো কবমনো বা–বা লাকনা লৈনরে ॥ লাঙ্গোন লুখোইনা হায় নোংদম মরু লাই অসিবু কংলৈখোম্বা কোঙ্গোন পাখংবা নববরা হাক্লদি কত্তবা থোক্তবোইনা ॥ চুম্মি লুখোই তুমিন্না লৈযু । মকগী বা তাবদা মকগী নক্ত কমত্তুনা তুমিন্না লৈখি ॥ মীযামগী মীনিল তাবদা কমেং ফদিদনা হায়, নোংদম মরু কবানে মচিন রব্রকপা উমদবশিঙ্গী মরাবু লৌবিত্তুনা অতুম্না তৌবিরবদি লৈবাক মাংনা লৈরে মবম অমা থংলগা থংব মাত্তুনা পাঙাং ঙাংবা তাক্লি মকনা অঙাংগী মরা লৌবিগনু ॥ বা অমা তাবদা থেঙ্গানা হায়, ইনাওশা নোংদম মকনা কৌথোক্লে নখোই নহারোন নমিংচংপা ঙাঙনি তাইনবা অদুক তৌরেদনা ময়ম অকি তুজুনা কহনগদৌরে । খুদক অদুদা বাঙ্গোই থেমা, নখোল থোংবা হিমাইবা ২ দি বা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে ॥ মতুদা লাঙ্গোল লুখোইনা হায় মরু মখোই ওথোইনবু তাইবা ওম্বা লৌনবরা মশক অশিবু উহ্নদবা অতুদা মক ২ য়াও-রিঙেদ উজানিংত্তুনা তৌবানি মচিন মথাদা থোকপা পংঙাদা ঙাংত্তুনা থকশি থাশি নাইথিদ্রনাম্লে বাম্বা থোখংবা তাক্লি অমোন পুম্বা তাকশিবু হায়না পুকশ্মি ॥ খুদক অতুদা বাঙ্গোই থেমা, থোংহিমাইবা ২ মম্ন চংক্তুনা মকগী মফমদা পুকশ্মি ॥ মরু ননাই ঐথোয়নবু তাউম্ব ইতিক চদদে ইবুধোগী মশকপু মক ২ লেরিঙেদা থজনিংত্তুনা কৌবু কৌথোক্লবদি তাইবদি মকনা মতাই বগাবা লৈননা তাইনবদি লৈগনি চংশংচবনি নয়াখং নোংদম্না তাইবিবো লৈবাক ইনিল চাওবনি । বা তাবদা মক লৌরেম্বনা নিং থংপাং পাংত্তুনা মচাশিংবু য়েংলগা বাদি ঙাংদনা তিরি কেন্দনা লৈ ( কংলে থোম্বনা কবি তৌদনবা ) ॥ থেমা, থোংহিমাইবা ২ না লৈমাই-থক্তা মকগী মখোং পায়ত্তুনা "মক তাইনবা তৌবশি অপংবা নচা ২ না তাইওম্বীবা মরুবু কিগাও শানা নিজাগে, মকনা নোংদম চানবিবা মীয়োক মীচান নিংথিববু লৈবাক মাংদা নচা ২ না লেন্নজবা ওইজগে" । খুদক অতুদা থেঙ্নানা মকগী নাক্তা চংলক্তুনা নিংশিংলে । মরু ওম্বাহদা ওক্লসি অঙাংশিংনা ঙাওওম্বা মতিক চাঙনদে লৈবাক অরাবা ওইরনি নহনফমদা হাঙ্গ্লশি নতেফমদা হেরশি ॥ বা তাবদা মক লৌরেম্বনা থেঙ্নবু য়েংলগা হায় । লুখোই নং অদুক তাইঙাজ-হৌদনা ॥ মতুদা লুখোইনা হায়জে, "মরু লমদম অসি নকমল্লি নচাগী শৈনম শৈহৌ ওইজগে

মকনা তাইবিও ননাইবু তুংইন থোগন ওইজরগে" ।। খুদক অতুদা লৌরেম্বনা থোদা নোংদমতুনা পোংলম্বু লুখোইনা লাংহল্লগা মতুংদা মরুনা কংলৈ খোম্ববু অনৈ চাক্ত যুম্নকোরগা স্না, লুপা ২ না থক থাবু নম্না তাইরক্লে ।। মীযামগী মীনিল অকি তুজু'নবা খোঞ্জেলবু তাবদা মকম্ভ থুনা লুপখিনবতা তাইতুনা পাউজেল মরমদি হংহোদনা অতুম লুপন্থে ।। খুদক অতুদা মকনা হায়, এ থ্বাইগী অকি তুজু'নবা তাবদা তাইওম্নবতা তৌ'গ পাউজেল পাউতাক্তি হংহৌদরে করমনো ইম্বুংবুংদা কুমতুনা হংলুগদবা ইচাশ' নখোই অমতং অতুক চৎঙমশিদনা ।। রা তে'ম্বদা লম্বুবা মাইচৌ পুম্বা মবাই লুপ্ল লোইন লৈনখি ।। মতুদ থেঙ্গনা হায, "মক কনাশু চৎঙম্বা য়াওরোই অতুবু নয়াথংনা ননাই লুখোইবু থাবিরগদবা মডাচ" । রা অসি তাবদা মক লৌবেম্বনা লুখোই নং অতুক থাগোম্নজক পম্বিং ঙম্নবা পাউজেল পাউদাকপু অতুক নীঙমতুন হাঙমল্ । মকগী ময়াথং ফংবদা লুখোইন হংজৈ, 'মক নঙাবু কমদোরকউ হাযবনো"? লুখোই চৎলবদি তাঙম্নবা তোরকউ" । মক ২ গী ময়াথ'বু তাবদা মক ২ বু লৈ যায়রগা মতুংদা শাম্নাম্নবা লম্বুবা পম্দিং পুম্ববু পুরম্মি । মাইচৌ পুম্বনা ল'ইনং পইয় চেৎপি'ন এ নাংগী থোদা লো-চৎলখিগে, হায়রম্মগা ইরোম্ন'দা লুপখি ।

লখোইনা হেক লুপথখিবগা খোংনাংথানা মিং বু উঙাশন্দুনা লীক চকুম লুখোইগা কংলৈ খোমগা উনবদা কবিবু হেক্তিনখিদগে হেনখিদনব লাইতম্ভ দা খম্মোইগী মিংলা ওম্না হাতুনা মচা লুখোইবু থাগম্নহনা লইনিং পরৈ চেংনা লৈখি । লুখোইগা কংলৈখোম্বগা তেংবা মঙ অন উবদ মক লৌরেম্বন মোমোন নোক্রকই, মকগী মায়খো' উবদা ওঙ শু হন'উই ।। মতুংদা পাউ হংবদা কাংলৈ-খোম্বনা পউথুমদে মতুদ মকগী মাযথা' লা'শিঙ্গি, মতুংদা থেঙ্গনা লৈপাক মীয়াম, লাংশি মকগী লাইনিং কাযগনি হায়তুনা ইনিল ফানবা থোরাংভি । কবিরগী পাউহংবদা পাইনাক্ত হাযতু, লুখোই হল্লক্রবদি হায়তুনা পাউদাকপীনবা কেংগাং হিবী চেনা নাপকোম্লাক্র ।। যাদনা লৌথনা অসি পুংলুপ ৫ ( মঙা ) শুজিম্নক্র লৈবাক পুম্বা লুখোই চশিংকী কাংলম নিংলনাক্র । মতুদা থেঙ্গনা "মীযামশ মক রা ওংগ্রি মকগী ৫ ইনিং কাযংনি তুমিম্ন লৈহিশি" খা'মিল্ল খুদক অতুদা কাংলৈ খোম্বা ইম্বুবুংদা মশা পুম্বা পীকশিন তাশিন্দুন লুখোইগা মাম ওনশিন্নতুন পোংপম ও ক্রাক্রে ।। মতম অসি রুংলেন পুংলুপ ৬ ( তরুক ) ফাবে । মতম অসিদা লৌরেম্ব পুক্তিং হবাক্ত মতুবু উরগা থেঙ্গনা মীয়াম পুম্বা লুখাই লংরুনি বুইং রইংহবদা মযাম লুখোই লোর্রনি পুমনিল নিল্লি ।। খুদক অতুদা মক লৌবেম্বা মাইথোং লাংশিন্না হিরী কোন্দুনা লৈ খুদক অতুদা থেঙ্গনা মক কনদোবিম্ননো যেংলকপদা মকগী মাযথোং লাংশিনব উবদা হী, করি তৌরবনো মকগী মায়থোং লাংশিনবরো খল্লিইভদ লুখোই ইম্ন'বু'দগী ফাওগংলক্রে । পুংলুপ ৭ ( তরেৎ ) শুবা মতমদা মীয়াম চংতুনা লাইজ ইপাম্নাংদগী লুখোইবু লৌখংলগা ঈশিং মচুম্ন তৈথোক নপথোক্রে ।।

পনফম অশিদা তাইবং কনাবু লাক্নুনা চঙ্গদবা লৈতে অতুগা হয়েংগী নুমিত্তা পন্দা মি ও হাপ্নুবা য়াদে অতুদি কমদোবা, ঐগী থবক্তি ঐনা তৌজরগা। ঐনা নীংবা থুংগদবনি অতুনদি পনখিংবদা হাপ্নব। তাইবং অসি থাগেম্বা ঐ হাম্না তাই নিংথৌনা হায়খিবগী মতুংইন্না। ঐনা চক্তুনা পন অতুদা ফমদুনা লৈরগা অতু মঙাই, ঙাইথো থাগেম্ব। নংবু কনানা ফাবিনি করিগী ফারোই পনশংবশিংনা ৫বু নংঙি ময়ুম ৭কী পিবানি লৈবাক অসিগীস্ত নিংথৌনি, মহু চুম্মি হৌজিক চংকদৌরিবদি থাগেম্বনি নিংথৌ অমদি পিবাগী ময়াথং ঙাক্না চংপা নিংথৌগী য়াথং মখা পোনবা মনাইনি, লৈবাক মীয়াম তিনবা মতমদা লৈবাক থংনবা নেংদম্নম্বা অতুদি নিথৌনি, মরম অসিদা চিংনফম থমফম করি অমত্তা লৈত্তে তাদবা থাদবা তারে হায়দুন নিংথৌমরুম্ত মচিন গোক্না লাওথোক্লম্লে নিংথৌ মনাইনস্ত শগোল তোংন। পাওজেনথরে। পাউ অতুবু তানা তানা প ফম অতুদা লাক্নুনা লৈরবা মীবু ফাদুনা হাপ্নুরবদি নিংথৌগী ময়াথং লেংফ তোংফদবা ময়াথংদি অরেম্বা তারেদনা মহাক অতুদি ফাদুনা হাপকদবনি নিংথৌগী মতম ঙাকপনি” হায়দুনা থাগেম্বা নেংজানবা ঙাইদুনা চংকনবগী লৈখি ।।

মতম অসিদা ঈরিন মপান্দা লৈবা তাদন মিথা অসিনা মাগী মুখী অমিনাবু মপান্দা চৎথো হায়দুনা মপান্দা তাম্মোক্লগা থোং লোন্দুনা তাদুন মিগ কাবনক তাদনা নুমডুনা লৈরে।। মদুদা অমিনানা খল্লকই, “ঐ অসিনা চংলম অকাইবা চৎলুবশু লেচদে মসিদা নিপা অসিনা নগী শিয়োমনুংদা লৈবা নাওর। অসিবু মপুক্তা তাখিগ্রে মরম অসি ইম্নুং ঙাল্লবদি যুমলোন কৈবোম্লবা পুন্নমকস্ত তাদুনা ঐ অসি চংলম থৌলিংদবীনি হায়রনি অসিগুম্বা মিংচৎনা য়োমদুনা লৈগদবগী শকুকপুদি অমং থরৈ কুমখিবনা তোংজবা চংলম্নি মাগী চিংনবা লম্বী অসি কেক্রবা পোপ্নবগে ঐনা হিংদুনা লৈরবদি মাগী মমাই ফিরুক খুম্না তারনি” হায়না রাথন্দুনা অহিং তাংলো খোংলবা মতমদা অকি তুজু থাদনা ইথৈথো খিংলিবা পন য়োনবা লাক্নুনা পন ময়া অদুদা যমতুনা নোংঙানবা ঙাইদুনা লৈখি ।। নোংঙান তু উবা মতমদ থাগেম্বা শগেল নাম তোংদুনা পনফম তম খোংলেংলক্রে, খুদক অতুদা পন শংবশিংনা লোম্না খর থাপ্ন য়ুংবদ পন অতুগী পনযাদা লুপী অমা ফমদুনা লৈবা উদুনা মথোয় ময়াম্না মফম অতুদা চংক্নুনা অমিনাবু যাদুনা পন্দা হাপ্নবা তৌরক্লে । খুদক অতুদা থাগেম্বা থুংলদুনা হায় ঙাইথো পনশংবশ কনানো মহাক অতু মাগী মদম হংখিশি মরম অতু নথোইবু থংলবনা ? মা য়াথং তাবনা পনশংবশিনা অমিনাবু থাদোক্নুনা থরগা পুকম্মি ।। মৈতৈঙনা হংডি, “ইলেম্বা নংবু কনানে মফম কদাইদগী মফম কদাইদা চংকে লাক্লিবা, নমিংনা করি কৌবা ওয়াংগী নুমিত্তা চেনখিবা পাওবু নংদি তাদৌদবরা, মধম অসি য়োবনা ঐঙোন্দগী নংনা কন্না হানখিবা মরম অসি থাগেম্বা ঐঙোন্দা অতুক পাউ-দম্মু” । মা য়াথং তাবদা খুম্মি, “ননাই ঐদি তাইবং মীনি ঈরিন তুরেল খোংবান্দা তারিবা

অসি থম্নফমদা থম্লগদবনি ঐদি পাইত্রি থম্বা ঙম্লগে ।। পম্বিংবা নখোয়দি ঙসি মুমিং অসিদি আমী কৌব না হায়বা মরম অদু তোগদবনি মাগী মনিং থুংনবা মখোয়না খৌরাংহৌরো তাক্লম্মগা শগোল তোংনা মম খোংলেংখি ।।

অঙম্বশিংশু ক্তাইনখ্রে মতম অদুদ আমীবান পনশংবশিংদ। হায়, "ইবুংলোই নখোয় থুইগী মফমদা মরম অমত্তা নীজগে ।" বরিনা ইবেম্মা করি হায়নিংবা ? ইবুংলোই ঐবু ঙংাদগী চরা হেল্লকই চাক থজিক্কুং থোংদুন চাজখিগে চাব, লোইরগা পম্বিংববু যাওনবা পৌবিয়ু ।।" রা অদু তাবদা পম্বিংবশিংনা মাগী চান থকুবা খৌরাংদুনা পিরে ।। আম নানা পন রাংমদা চাক থোংনব খৌরংলি ।। পম্বিংবশিংদুনা শীং থুদাপ অম মৈ থাদুনা মৈ থাগংনবা লাম্নোক্তুনা থম্মি, মৈ চাক্রিবা শীং অদুবু লৌদুনা ইবাংমা লনম। লানখোক্কে হায়বগী পনগী খোংফেদা লেংদুনা ইবংবদা থংহৌদনা খোংফে মানখোক্তুনা মৈচম শীং অদুগা লোইনদুনা পনখেংদা হাপ্নে খুদক অদুদ মখোয মরাম চেনশিন্দুনা য়েংনবদা আমীগী মশাম্ম মৈচম শীংশু উবা থিবা ফংদনা অদুম মাংখ্রে ।। মখোয পুম্বনা ঙক্রদুনা মম্মা কোন্নুংদা চেনথংলক্তুনা মরম পুম্বা ঙম্মংলগে । পাটু অদু তাবং থাগেম্বন, মক ১গী মফমদা পাউদমদুনা প্যাটচংবদগী মক ২ না কুমংদুনা থানি ইবাগুনা পনফম অদুগী মিংওংবু ( শীং মৈচম পন ) হায়না কৌদুনা য়াইথুল্লি লেকাইবু থরা চাওনবা মুমফাল তুরেল ইথোং অহানবু থৈদুনা তুরেল অহনবী হায়না মিংথন্দুনা ইরম পীদুনা থইখুলি য়াইঙম্ম লেকাইবু চাওহনখি ।

থাগেম্বনা পাইটি অদুবু শঙ্কাইগী লুখুমগী মাযখন ফক্তোমদা য়ান্দুনা পাইত্রিগী মরমদা রাখন্দুনা লৈখি । মতম আসদা আমীবু লৌবা অনংম্মা পাম থাদুনা পনফম অদুদা লাকই, মানা লাকপা মতমদদি পনখিংবা লোইদুনা পংফমদা কনা লৈরমক্রে ।। মফম অদুদগী অদুন মম্মা কোনুং তম্মা নাকুনা থাগেম্ববু পুকম্ম । মরম পুম্ব অদুম্ম তমদুনা মম্মা পুক্লিং চিংনবা কোক্তুনা নোংদম মপুগী লাইমিংবু থাগোম্লংনা লৈখি । লাংবচক্কী ৪৭৭৬ নোংদালাই ১৬৩৫ শকাব্দ ১৫৫৭ চৈথাবা মুতুম ফাদি ১৫৯ শুবদা য়াইথুম্লাকপ মচা ইবুংঙো অমা পোকই ।। চিংঙাদা কৈবাও লাক্তুনা কৈ চাম্ম পন যারদ কেনা শাক্তুন শইথোম কবোম্ব। শিথি । লাংবচক্কী ৪৭৪৫ নোংদালাই ১৬৩১ শাকব্দ ১৫৬৬ চৈথাবা মংশাতেম্বম থম্বা ১৬১ দা চেগেদা লম য়েংবা চংলি ।। চরই লবুক্তা মরামগা লাল শোক্লে । কুম অসিদা অচোইবা লোইশঙ লিংবা হোরে ।। মরাম থুম্নাকপা চবাই কোংবু ফাদুনা পুরকই মোইমিত্তা কবো কাংগা লাল শোক্লে শুগ্নু হৈনোপোক্তা মরম থুম্লাকপা চরাই কোংবু পু থাদুনা হাংসি । লাংবচক্কী ৪৭৪৮ নোংদালাই ১৬৪০ শকাব্দ ১৫৬৯ চৈথাবা নিংথৌজম থোম্বা ১৬৯ দা মৈতৈ লৈমা পোংলেন খোম্বী পোকই ।। কুম অসিদা

অরানা লান্দারকই মৈতৈঙুনা লান লানবুংবু য়ৈহুনা লান্মী খোমগৎলগা লান শোক্লবদা অৱাশু মৈতৈস্ন খুদোং খর থিনা শোক্লহুনা শিনরে ।। লান্দী ঙমহুনা খাগী লান্মী লৈহৌবা মথৈ ফাহুন মখোই খাগী অরানা লান্দারকপা মতমদা ঙাক্লবা হায়হুনা লৈতৌহন্দুনা পল্লি অমা শেমহুনা খোলহল্লগা লানবন ওইনা শাহুনা অরা লান্দ'ববু ঙাক্লব, লান্মী থমহুনা মৈতৈঙুনা শঙ্গাই যুমথোন কা ৫ লোংবা অমা কৈবুং ময়াদা শাহুনা কোম্লুং মফম অমা শুইন শেমহুনা লোইশঙ লাল্লুপ কাহুনা লৈঙম্মি ।। খাগী অরানা খোনবা পনবু ( খাগী লান ঙাক্লবা পল্লি ) তহনা কৌবে তু'দা খাগেম পল্লি হায়রে । মৈতৈঙুনা অরাশিংবু তাখিহুনা শনশোক তাল্লা চংশিন্দুনা লান অমুক তাহুনা ওরা লালহৌ তৌবশিংবু থুগাইহনো স্ন লুপা নাংশন খোমহুনা থৃংশু খুংলাই লৈবা খিবিক পুবকই ।। মতুংদা ঔরা লান্মী নিংথি তুরেন্দা হিপোং ৫ লানথারকই মৈতৈঙুনা শাওহুনা লান্মী অমতা থাক্লনা মাহনখি । মতুংদা শনশোক লাচনগী মনাই মৈহুং লাংস্লবীগা খোবগী হৈলোংশুগা লমজেন তাম্নহনবদা মথাং লাংস্লবীনা লমজেন থোই ।। মৈতৈঙুনা অথোংবশু খোইদবশু মনা পিহুনা মপূক পেলহল্লি । মতুংদা কোনদা কৈক্ত অচৌবা ৫ শাহুন থম্মী । নোংপোক অপাম্বগা চিথৈগী লিক নহাগা লুহুংইন । লাংবচনী ১৭৪৯ নোংদালোং ১৬৪১ শকাব্দ ১৫৭১ চৈথাবা নংপোকল কপম পৰো ১৬৫ কুংসিদা লাইগী থোং অমা চুংনা অচৌবদা শাবদা শনশেনবমগী চিংশোনবু লৈনা য়াল্লুনা থিরে । লাইগী থোং মহুবু শনশেনবম লাইব পোনম থোং কৌরে তু'দা শনশেনথোং হংযনরে ।। কুন অসিদা কংলদগী য়াংদা ( মোইরিং লৈ=য়াংদা রাশাং ১দা ইনা চরৈ তারগা য়েংহুনা নম্বা ) হায়ি । খুরাই লৈমা শৈরেম্মী পোক্লে ।। ইবেম্মা চৌংবা লৈম লুহাংখি ।।

পোইনু, রাকচিং, কাইবেন, মদা থা ৭ শি নাংথোদা লৈন্দিন লহনদা য়ানা শাম্নু তোংব য়াম্না থোযনা থোকই । মতু উবদা লংবেম্বা খোংনাংথাংন খাগেম্দা খংহল্লি, মৈতৈঙু বুমশিদি পাউজেল অচৌবা ১ খোক্লদৌরে স্না পূক্লিং থুংলহন ভঙ্গী পৌঙন পেশিন্নবা তৌনিহুনা নোংদম্বু খাংগোম্না লৈবিবনা য়াইফগনি ।। মদুদ থগোম্না হায়রে, মক মতম অসিবু য়াংনু ঙাইনা থেকঙম্নি মতম খরদি তাইবং চৌঙ্গাক চাহুনা লৈবাদা হবাং কুচৈ চসিবু থেজনিংঙ অহুবু নোংমদি মশোইদ্রবনি লৈখিদ্রবোই" ।। "লাইনিংথৌ ননাইনা চক্ষংপশে লৌবেম্বং শোইদ ওইশন্ন স্না পুক্লিংবু থুংনবা নোংদম্বনা তম্বীবা এইগনি" । মতুদা থেঙ্গনা হাংভি, মক চনকী পাউজেল অসিবু থক লৈখিদ্রবরা মকন ঙাক্লৌ ১তদি থিবিব প্যাম্বিদা । মক মচ থে লৈ পায়বদি নহাক্লি নংশু অতুক ময়েংঙ । মকগী য়থং পোপুনা য়েংজগে মকশু অমুভা রেবিগু হায়হুনা মক ২না মৈতৈঙুগী য়াইযনবা হিরি লাইনিংহুনা য়েংবদা পৌরেম্বনা লাকওন (০) শুবদা মৈতৈঙুবু ঔরাং মক কৌক্রবু খুকসগনি চংথ্রগা লম্মুক্লহুনা মথা পাংনা কুমথখিহুন খাম্বমক য়াদনা

কুমথখি মচুদা মরুবু উপা হেক্তা তুহুনা লৈখি ।। মরুনা তুখিবা উবদা অঙম্বা ময়াম চংদুনা হৌগ লি মরুবু বাঙাংদে খুদক অচুদা থগেম্ববু ফাচুনা মরুগী নাক্তা লৈমিন্নে খুদক অচুদা থেঙ্গুনা মৈতৈঙুগী স্না হকচাং শগত্তুনা য়েংবদা থবাক ফাওবদগী চেন্না শাগত্তুনা য়েংবা থক ঙমদে হন্না হন্না শাগৎপদা মচুংদদি লোংবা তুথখ্রে ।। মচুদা অঙম্বশিংনা চেনশিন্দুনা থেঙ্গুবু তৌগৎলিবা ঙাংদে অমুক হন্না য়েংবদা লুখোইনা থাগেম্ববু পুরক্তুনা থেঙ্গুগী মফমদা হেক পিবৈ, মরু লোয়েম্বগী নাক্তগীশু লুখোইনা পুহুনা হেক চংঙমখি ।। খুদক অচুদা লুখোইবু মরু ২ না য়েংহুনা লৈখি ।

লাংবচক্কী ৪৭৫০ নোংদাগাই ১৬৬২ শকাব্দ ১৫৭১ চৈথাব ১৬৬ শুবা য়াংখৈরাকপম খোংনাংগী কুম কালেনগী ৫ নি গানবা ইবাই অমিদা ইখং থংহৌদনা লাইংং থংদনা ভৌরাং যক্ত ওন্দুনা অমাইথনিংনা লাংওং লাইশক থংদনা লৈবে ।। মাইবা পুরেন কোনশবা যাঙৌ হঙ্গদা খুংথাবচুনা মৈতৈঙুগী য়াইফনব ভৌবনা য়াইফরনি হায়চুনা স্না লনগে থুগায়চুনা মীয়াম পুংঙুং ক্নংঙাইনবা হেন্দুন পেলংলি পাউ অসি তাচুনা লোয়েম্বা, থেঙ্গু ২ শু মুংদাংবাই চংলক্তুনা খোগন ভৌবৈ মরু ২ বু কাডবা ঙমদচুনা মুনা য়েংচুনা লৈখি । মচুদা থেঙ্গুনা হায় "মরু মৈতৈঙুবু বানা থাংলেদা অসিবু অস্বাইদা মরোইবগদ্রা" । "ঙাইথে মরু মচা এ অতুক কৈখিগে তাবিদ্র য়েঙ্গে" হায়চুনা খোংনাং থাবনা মিকোবক্তুনা যেংবদা খুয়াই খুৎফাংপুঙ্গী মপান্দা অঙুক্তুং হুম্নখগা হন্না মক্ত যেংলমদনা চেথখয়ে । খুদক অচুদা লুখোইশু পাউ তাবচুনা অহিং যুংথক্কী মংমদা মরু ২ গী তুংইন্দুনা থোগন ভৌকগে থন্দুনা লাকপদা থাগেম্বা মমায় ঐয়াং পাংনা থাম্লপ হেক উই । হী. করিনো লাইনং থংখদরে কোনশবা মাইবা পুরেনশু খুথারে চায়বগা মতম ইচা চাদনা খোগন কনাশু য়ারেনা লাকইবা অসিবু কমদৌরকপা মঙংনো হায়না মপা পুঙ্গী লঙ্খী ময়াদা লপ্তুন য়েংবদা খুনিংন হুমা ঙইনা খোংশু লৈতোদনা চেংনকপা উই । হী: অসিদি নৈতৈঙুগী যাইর্বা চংঙ্ক পইরে অতুনি কমদৌবা ।। কমদৌনি উদ্রবদি উদবনি থেংনববা মক্তন পুদনা চংলবদি মরু ২ না ইবু করি হায়গনি অতুনদি পুনবা থোৱাংবা তাইদনা হায়চুনা চিংইম অরোম্বগা মপা পুঙ্গা ২ গী মনক্তা খৎ ২ তিংলগা 'মৈতৈঙু লেংলবশি লেংলকশি মনাই লুখোই খোগন তাইঙবি কদাই লঙম্বপদবানো চায়চুনা চোংশিন্দুনা শুপকোন কোন্দুনা ফারে, খুংক অচুদা মরু ২ না অমুক তনকৌ কৈয়ংক্রু ।। মরু ২ না কোবা তাংবদা লুখোইনা মৈতৈঙু মনাই লুগেই লৈনিংঙদা মরু ২ না কোববু খুমদনা হেক লেংলবদি অচুক য়াংঙম্রোইদমানে অমুক্তা হুম্বাখো অচুগ লেংবিবা য়াগনি ।। মচুদা লুখোইবু কিচুনা হন্না যেংচুনা হক খুমখি । মচুদা লুখোইনা অশিবনা খুম্ব। হানবন্না হন্না যেংবা ভৌনদববু য়েংগ্রবনিনা শঙ্গাইদা লেংশিন্নসি ( স্না

হীং ম কোনবা ) হল্লসি হায়দুনা মফম অতুদগী ফাদুনা পুম্নক্লে । মরম অসি মরু ২ না হেক উই, মোমোন নোকুনা লৌরেম্বনা হায়, "মরু মচা নচা লুখোইনা তৌরকলিবসি মুংশিত্ত্রনে মাগী মতৌ অসি উবদা থাদোকুনা চংঙমত্রবনি মপুক লুবাক্তা থমজা লিজসমু ।। "মানি মরু নচা অসি থংবগী, হুংবগী ওকপা নাইরোইদবা লুখোইনি মপুক নেম্বা নচানি" হায়নরিঙৈদা লুখোই হেক চংলকই ।। মতুদা লৌরেম্বনা লুখোই পনফদে লেপ্লকনু মৈতৈঙ্গী লরাইদা হাপলোলাও রারী কোন্না শান্নশি ।। রা তাবদা মপুক রাথন্দা মরুবু পুরুমদুনা মৈতৈঙ্গী লরাইদা রাবা চেংভাবু হেক থাই ।। মতুদা মরু ২ না মৈতৈঙ্গী থবাক লকা, থোইদৌ মথক মথ তুনা য়াইনী রেনবু চুকফা লৈপুম্না থেম্নৌনা কোনশিনখি ।। থুদক অতুদা মিং হেক পাংতুনা উংলো য়াইবিরেন শিদবা হয়িচক নোংদম্বা হায়না নিংশা শাংনা হেক হোন্দুনা ঙহাক পোথারুরগা মরু ১ রানা মুংঙাই-রুরেদা ঐদি মরু ২ না কৌবতুদা নচা লুখোইনা মরুনা কৌরগা থুমদনা চৎপদি য়ারোই হায়দুনা লুখোইনা ইঙক পায়দুনা ইন্দুনা মফম অসি য়োরকই অতুবু লুখোই মাইচৌবু য়াওদবরনে মরু ।। ননাই লুখোই লুখুম থৌগন লাংজরি ।। কদাই লুখোই নংদি ঐনা হংবদা তাদ্রমাম্লে লাওগবা মঙ্গা ঐগা অমুক্তা মাই ওনশিন্নশিবা ।। য়াথং তাংদা স্না নাক্না চংলক্লে । লুখোই ঐবু হৌগংকে মরু ২ বু অমুক্তা পুরুমগে ।। লুখোইনা কোনখংনা ফম্বাল্লাংলগা মরক অদুদা তৌঙমলুবা মরম পুম্নবু মথং শিংনা পুয়াদা য়েক্লুনা থম্লে ।'

লাংবচকী ৪৭৫১ নোংদালাই ১৬৪৩ শকাব্দ ১৫৭২ চৈথাবা ১৬৭ নোংদেম মরাম্বগী কুম ইঙা থাদা ইবেম্মা স্নাহনবী অমুক শিরে ।। ফাইরেন থাদ ঔরানা লান অমুক তারক্লে ।। মৈতৈঙনা মচা ইবুংঙোশিংবু লান তম্বীবগী মঙংশুম্না লান থোনহল্লি ।। মচাশিঙ্গী মথৌনা উবদা ঔবা লাম্ম থাংবা থাদুনা চেন্নখ্রে ।। লাংবচকী ৪৭৫১ নোংদালাই ১৬৪৪ শকাব্দ ১৫৭৩ চৈথাবা ৬৮ শুবা শাইরেম মিংশাং ( খুঙ্গাওবা ) গী কুমদা স্না হকচাং অমুক কন্না ইরক্লে ।। মতুদা কৌগৈ পুম্বা থুগাইদুনা লৈবাক পুম্বদা য়েম্বোকই মচাশিংবু কৌশিন্দুনা মাগী মাগী মথৌ শিন্দেকুনা পুহল্লি অতুগা মচা ইবুংঙে খুঙ্গাওবগী মফমদা পীবা খুবম শিন্নদুনা থোপুহল্লে ।। মতুং ইংঙেনগী ১৪ নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিংকী অচিং য়ুংথক থানবা মতমদা খাগেম্বা লাইনিং পবে চেংথ্রে ।। ফম্বাল চহী ৫৩ থাজনবা ৫৪ পুন্সিনা ৭৫ থা ৩ মুমিং ১৪ মুংশাংখি, থাজনবা চহী ৭৬ নিশু হায়নৈ ।।

---

# খাগেম্বগী হাক্তক্তা তাওরোইলাইনা চান্নবম, চনম্বম, চনম মুমদাবা

ন ওরোইবা অমসুং নাওরিয়াগী নাওদা :—

নাওরোইবা— তাকয়েন থোংবান তাবা নাওরোইবনা মুরাবি পোকই । মাগী ঈনা নাওরোইবম লমজাওতোংবা তাবা চৈতন্য নন্দগী য়ুম্মি । পিবাদি ময়াংদা লৈ । মথং জিমোনশিংন, য়ুম ভাক্রি ।

নাওবিযানা কনহাই পোক্লুনা মাগী ঈনা নাওরেম য়ুমদাহে পিবাদি ঔবাদা লৈথি। মথং জগদানন্দনা যুম ভাক্লি।

থাগী মোইদনা হিংচাববু চাংনবগী মু কেংদগী ইরাদ্না থাং-টাবু লোৌথক্লনা হংথি।। থৌরম অসিদা তেংবংশিবা তাওরোইলাই পাথংবগা হায়নথিবগী মক্তুং ইন্না লৈশাংথোং ইবেন্দা লৈগে।। অঙম অথৌ কুমহুনা শঙ শাদুনা অঙোম চহু থবো ভংবী = লৈশাংথোংবু শিজ লাই ভবি কোনা থোংগন তোইদ্রে। মবুধৌনা চানবিদুনা ভাওজিং মমি তমথিববু তাইব কাপ্পবা মঙমদা নিংথৌনা ঈপান থাবিদুন মমিংবু চান্না চিংশোনভথ্না কৌরে।। মান পুঙহম থে কচাও পানাগী মচাহুপী লৌদুনা চান্নবম যুমদাদুন লৈশাংথোংদা কংলৈ থোদ্না মংকেংনহাগী থুমম য়াক্তুনা থালাং সুংদুনা থমাদ।

মতুংদ থৌচোম চহু যংলৈম্বনা লৈশ চানা পোকই।। মথংদ থোম্বা চান পোকই।। মথংদা চানাম থোম্বা পোকই।

থোম্বা চানমা চনহম য়ুমদারে।। লৈশ চানানা যুম ভারি। চানাম থোদ্বনা চানম যুমদারে।।

থ্বাই নদুল তবা লৈশাংথোংদগী থাইবা নিংথৌ গতৌরসিংনা কাথংথিব চান্নবম মুর কনবা চুংলাবী যুমনি।। থ্বাই তাবা চুংলোবসিংনা লৈশাং থোবী পান্নদুনা নিপ ৬ নিংতোল ২ গা পোকই।। ১— অহল জাযোদি নাংদাদে। ২— মথং তোম্বগী ঈনা ইবুংঙো চাওবগী যুম্নি। মথং চহু লৈবিক। ৩- মথং মহাপ্পাংগী যুম্নি।। মথং চহু লৈহাও।। ৪ — মথং তোলেন, লাঙলাদ। ৫ মথ চাংথোই মেম্বব।। ৬— মথং বামসিং শংলাকপা।। মাগী ঈনা ভবাংবম তোব ইবুংঙোমচাগী যুম্নি।

• মঙাংঙাংগী চন চহুংশম তাব মধুমলোৌগী যুম্নি। মাগী ঈনা লিলাসিংগী যুম্নি।

৫ উবিপাক তোব চংগলাই মেম্ববগী ঈনা চান্নবম বিনহবিগী যুম্নি।। মাগী ঈনা নিংতোল চাথা বল।। মথং ইবুংঙোহলগী যুম্নি। কদাবন তাবা চান্নবম ভর্পোন যুম্নি।। থাংলৈবন তাবা চান্নবম বেশেগী যুম্নি।। মথং মনাও, মাগী ঈনা পশোংকী যুম্নি।। বামোনগী যুম্নি।।

# ৪৭ নং নিংথৌ থুঞ্জাওবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৭৫২ নোংদালাই কুমশিং ১৬৪৪ শকাব্দ ১৫৭৩ চৈথাবা শাইবেম মিশাং ১৬৮ গী ইঙেল থাগী থামৈদা থুঞ্জাওবনা নিংথৌ ওইরে ।। মনাও ইবুংঙো নেংপোক থো ফেন থৌবা তোনাম্বনা মথংথনবা হাপ্লে ।। ময়াম্বুং অজন পাংথোম চোম্ববু লৈবাক পুবা লুম্লাংহেনবা হাপ্লে ।। মনাও ইবুংঙো তারোং খাইববু হুইয়েন লংথুং শাফবা হ পুন নাম্মী পুম্বগী লুচিংবা থৌপুহল্লে ।। ময়াম্বু ইবুংঙো ক্যানপবু থুঞ্জা ৬ কী লাকপা হাপ্তুনা শিন্নরে ।। মনাও ইবুংঙে মোনশাববু শাবু হঞ্জবা হাপ্লে । লুপ্লেন লাকপা মাধব । থৌজকপ লাকপা শ্যামশিং । কোংজরূপ লাকপ ধনশিং । লুপাকপ লাকপা তোলেন ।। চিংঙে বাকপ নোবো । খংজ বাকপা ঘনশ্যাম শংলেন মপু চিংঙু থোংনাংথাবা লৌয়াংবা, মক থেঙ্গু কৌয়াম্বা ।। মাইচৌ লুখোই । কমেং ফদিবা ।। শমুরৌ চিংগোং ।। রাঙ্গোই থেমা য়ুম্নাম তোম্বা ।। রাংমু নাজি । থুংরি থুন তেব । গো তি মাইনা । রাজেংবা থৈরোম্বা ।। মাইব হঞ্জব কোনশবা । মাংইবা হিদং হৈম ম লাইবা । লোংলম্বু ইরোকপম পামজো । অশৈবা রাইথোম লমতিং । শামু শেনবা শঙ্গাই শেম্বংলোনবা তোঞ্জমুরানচিংবা লৈতেতুনা মরা তপ্পা পাল্লে ।। লংবন থাদা নিংথৌ থুঞ্জাওবা লান চংলি ।। মইংল মচা শঙ্গাইন শামু মরাম্বু থাংনেৎ থৌগন তৌতুনা লাম্মী ৩০ গা লোইনা যাঙ্গোই তুরেল লান্দুন মংচ থনগা লান শোক্লরে ।। মেবা থাদা ময়া থংদ লান তৌই, লমদা নংদা কাবৌদা লান্দাহ । তল্লকপদা চীংঙু থোংনাং থাবনা হায "মৈতৈঙু মিগু থোং অসি লান্দুন স্না থোংলেংবশিবু থুদাং চারোংইদ্রা" ।। মকগী রং তাবদ লযুনা পোঙ শাতুন মক ১ গা ইবান্দুন লাকই লাংবচক্কী ৪৭৫৩ নোংদালাই ১৬৪৫ শকাব্দ ১০৭৪ চৈথাবা থেঙ্গুইজম মরাম্ব ১ ২ গী কুমদা মথখনবা তোনাম্ব পাঙশোন চম্নু থাংতবী পীথেৎ লৈমা লাংচাথোম্ববু পন্নরে । মৈতৈঙু ইবেম্মা মীংতৈলেম য শেনেম চম্নু যাওশোম্বীবু লুতোংতুনা লৌই । কালেন থাদা মথং থনবা তোনাম্বা মাতম চম্নু লাইবেমগা অঙোম চম্নু পোরোন ফবীগা, ঙাংবম চম্নু ঙাম্নুবোংগা ইবেম্মা ৩ ইবেম্মা ৫ পাল্লে ।। রাকচীং থাদা পানাবু হীতাম্নহল্লি, থুঞ্জাওবনা হীমাই থুম্ব যুমখোন ২ শাববু তোংতুনা কুমৈ যেংঙি । কুম অসি মংতৈগে থুদিংমক্তগী লান হৌরকপবু মনাও ইবুংঙো হুয়েল শাফবা তাংবোং থ তবনা তেঙ্গোল পুদুনা কন্না ঙাকপদগী লান য়ৌরকপদি ঙমদে ।। নুমিৎ থুদিঙ্গী শ-লানগী ইবাংদা চৌতুনা লমদা থারোই শংজভূগী শৈহৌ চৈথাবোনবু লাম্হোকখিতুনা থামৈদা চেরাংতুন ফম্বাল তোংনবা থৌশিল্লে ।। লাংবচক্কী ৪৭৫৪ নোংদালাই ১৬৪৬ শকাব্দ ৫৭৫ চৈথাবা থৌনাওজম ঙখেন ৭০ কুমশিদা মব ২ না অফ-ফত্তা যেংতুনা চৈথারোল পানখৎলে । কালেনগী ৩ নি

পানবা ইরাই মুমিত্তা য়োইরেল থাবী লেংনা তিন্না পানা ৬ না ইরু মাইত্তাতুনা ইবেম্মা য়াওশোম্বু লৈবাক্কী মমা লৈমরেল হাপ্তুনা খুঞ্জাওববু মসুম ৭ কী পীবা ফম্বাল তোংলে ।। ফম্বাল খোঙ্গুম্বা মতমদা ইবেম্মা লৈমরেনবু হকচাংবু কয়া মুংশাইথিদে, মাইবা কোনশবা য়াঙৌনা লাইকমতুনা মতুং মেরা থাদা থবা ফরতুনা থাঙ্গদা ইবেম্মশিঙ্গা উতোংচাক চাবা হীমাই খুম্বা তোংতুনা চংলি ।। মতুংদা হীগাবরগা ইবেম্মশিং নোংপোকথোং হীজগাংদা হী থাতুনা কুমতৌরগা হীমাই খুম্ববু পোনম হংথাংফমদা হা থাংতুনা পুন্দুনা থম্মি । মুমিৎ অসিগী অহিংদা নোংদোন যুথক থানবা মতমদা খেক্রা খেক্রা খোংলকই খুদক অতুদা মফম ইথং থংতৌদনা অরেম্বা লৈতনা নোংলৈ মুংশিৎ শিৎলি ।। মতম অসিদ হীকশঙ মচাশিংনা হীমাই খুম্ববু চীংথতুনা হীক শঙদা থম্বনা ফরগদরা থন্দুনা পোনম হীথাথেন্দ লাকই ।। খুদক অতুদা হীমাই খুম্বা মুংশিংকী মতুং ইন্না ঙরাং পাংনা চঙ্গংনা চেনথংখ্রে ।। হীবশঙ মচাশিংনা হীমাই খুম্বা খোংলম মতুং ইন্না তান্নরকপদা মিন্নরেমা ইবেন থবা লেন্না কাথগা মাংখি । ওরতুনা অহিং অতুদা নিংথৌগী মফমদা পাউদম্লে, মতুং লোংলেন্নবা মতমদা মক ২বু কোথউনা হী মাইখুম্বগী মবথু হংখি । মক পোঙ্গনা "হী অসিদি লাংনিংথৌ নিংথৌবু য়াওদনা তোংব যাব হী নত্তে ইবেম্মশিং ওাক্কা তোংওবনা লুপ-হিবান হী অসিনা থা পানা খেঙ্গুম্বদা লুপ্লক্তবদি লাইগী থোং শক্তেনবম নৌনম থোংদগী তৌনা থা মাইগদা লৈবা তুবা লাংওন পুম্বগা য়াহিপ চাকচা তিন্নদবনা মাংখিদবনি হী মাইখুম্বা অসিদি নোংদম্বা মপূগী লাইমিং শুনা থংলবা লাংওন হীনি, হৌজিক মাজিংগী ইরেন্দ্রা লুপ্তুনা লৈ মফম অসিদগী থাংগ্রকপা মবুধা পোনম ইবেন হীথাংফম কাওবগী মন্নুংদা খোঙ্গ খোঙ্গুমতুনা লৈবনি, অদুক বোথোকউনা য়াবা হী নত্তে পুক্কিং চিংনবিগনু ।। হী অসিগী মশক্তা মপাবুং ইবুংঙো খোইযুম লাইরকচনবু তানথবনা লাংওন (৩) শুবদা মপোৎপূ মীতৌ তম্বা শানা কুমজা থবা শাগ্নবা খোকচুম্লকখিনি, মতুং মরক্তি লোংপোক খোঙ্গথিতুনা পোঙ্গী লমদা শাওন তৌনা লৈবখিনি" ।। নিংথৌন অমুক হংজে, "অতুগা মকগী লাইনিংথনা কমদৌবা মরুগী নোংদম্বু তাইজরি ।" "মৈতৈংবু মথা পাংনা খোঙ্গুমগদবা হনা ঙরাং পাংনা খোঙ্গথিবা অসিদি চহী অলুম শুবদা অমা লক্কনি, চহী ৯ শুবদা ১ গা খোয়রখিনি ।।" মক অতুদি করি ওইদৌরিবা ?

মতুদি মৈতৈতংগী মরমদা পুযাদা ময়েক তাখিববু কোকচনগে হায়তুনা খোইযুম ২ না লাংওন অমা ওইতুনা তাইবংমপোক্তা পোরক্তুনা মা নক্তা লৈরতুনা তাখিবা অমুবা ময়েকপু মুথৎলদৌবি, চহী ৯ শুবগী মতুংদদি মা রাথল মুন্না তৌবিনি মৈতৈতংগী মরমদগী মা পুয়াদা অমুবা ময়েক্না লাই-রকচনবু কায়না খোইজৌ থারগনি অতবু চহী (৩) গী মন্নুংদা লৈতম্নবা খোইযুম ২ গী মশক্না অমা ওইবা মহাক্না পুযাগী অমুববু মুনগী অমুথনা শিন্দুনা লাইরকচন শেম্মনি হায়বিবা মতম অসি মা রাথল তৌবিনি" বা অসি তাবদা মা পুক্কিং রানা রানা মুংশাইবা ওইনা লৈখি ।।

মথং থনবা তোনাম্বা নোংপোক থোংফেন খোবগী ইবেম্মা নাওশোম চন্নু থাংতবী পিথেং লৈমা তাংচখোম্বী মচা ইবুংঙো য়াইমা স্নাহিহোন খুল্লাকপা পোক্লে ।। মতুং হিয়াঙ্গৈ থাদা ইবেম্মা শোইবম চন্নু ঙাম্নুয়োম্না মচা ফবা পোক্লে ।। পোইন্নু থাদা অঙোম চন্নু পোয়োম ফবীনা ইবুংঙো য়াইমা অচৌ খুল্লাকপা পোকই ।। লাংবচক্কী ৪৭৫৫ নোংদালাই ১৬৪৭ শকাব্দ ১৫৭৬ চৈথাবা ১৭১ শুবা হায়রোইবম ম্নবগী কুম অসিদা পুক্লিং ম্নংঙাইতবদগী অনা লোইখিহুনা মাইবা হিদং ওইনাম লাইবনা লাইয়েংই ।। ইবেম্মা লৈমরেন্না মচা পোক্লবদগী রাথনগী লাইথুং অমা ওইখি ।। মতুংদা ইবা ফরহুনা ইবেম্মা লৈমরেন য়াওশোম্বীগা লোয়নহুনা চীংয়া ভময়া কোয়না লময়েংবা চৎলি ।। মতম অহুদা মনাও ইবুংঙো হুইয়েল শাফবা হোরোং থাইবম্মু লমকোইবা থোগান ইনবদগী মফম থংদনা লাই ওইহুনা লৈখি ।।

লাংসচক্কী ৪৭৫৭ নোংদালাই ১৬৪৯ শকাব্দ ১৫৭৮ চৈথাবা ১৭৩ শুবা হৈস্নাম খোরিগী কুমদা মথং থনবগী ইবেম্মা য়াইমবী শোইবম চন্নু ঙাম্নুথম্বী= ঙাম্নুরোল মচা ইবুংঙো ভাখোম্বা পোক্লে ।। মতুং থরা লৈরগা অঙোম চন্নু পোয়োমফবীনা মচা ইবুংঙো শামৈরাং পোক্লে ।। ইবেম্মা অহল নাওশোম চন্নু থাংতবী পিথেং লৈমা তাংচাখোম্বীনা মচা ইবুংঙো লাইনিংথোম্বা পোক্লে ।। মচা ইবুংঙো অসিনা পোকপা থা ৮ শুদা মনাও ইবেম্মা থাংতাবা তাংচাখোম্বীনা শঙ্গাইগী মাঙ্গোন ফক্কোমগী উথোক্কেন ময়াদা মচা ইবুংঙো লাইনিংথোম্ববু তিপহল্লগা উমুংদা থবক নোমহুনা লৈ ।। মতম অসিদা মৈতৈঙ্ গুম্লাওবা মনাও ইবুংঙোগী য়ুম্নলেন্দা লেংথোরক্নপদা নাওরা লাই-নিংথোম্বনা লোংনা হিপ্পুনা লৈবা হেক উই ।। অঙাংবু মুন্না উরগা শিম্ববা ইরাবু থ্মাংশেৎ মচিনা তৈথোক্লুনা মনাওগী য়ুম চংলমদনা মাঙ্গোন ময়াইংগী সঙ্গাই তম্না হেক হনখি । মৈতৈ-ঙনা ইরা চেন্না হনখিববু মনাও ইবেম্মা তাংথবী তাংচাখোম্বীমা উহৌহুনা মনাও ইবুংঙোগী মফমদা মরম অহু তম্মি ।। রারম অহু তাবদা মথং থনবনা "মহুদি ইবেম্মা অঙাং অসি য়ম্বুংগী মচানিদনা স্না নাক্কা থমথ্রসি নং ঐগীদি অঙাঙ্গা অঙাং ঙাক্তা লৈবশিনা পোথাফম লৈ য়াথুংঙীদি অমত্তশু লৈতে ।।" অহুদি মনাওইবুংঙোনা মচা ইবুংঙোশি য়োনবা তৌরিবনা য়াইফবা ওইগদ্রা ? অহুদি ইবেম্মা অঙাং অসি পুক্লম্মো কংনবা তৌশি হায়হুনা মনাও ইবেম্মা তাংখোম্বীনা অঙাংবু শমু নমদা পোরগা মনাও ইবুংঙোগা লোইনহুনা লাক্লে ।। খুম্লাওবা নিংথৌশু শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা ফমহুনা রাথল তৌবা লৈরম্মী ।। মনাওনা থুকম্না হঙ্গৎলি 'য়াম্পুং অঙাং অসিবু ননাওনা য়োকপদা খুদোং কয়া চাদ্রে মমানশু নাওকোনবদা ভমদ্রে মশিবু স্না নোংদম্বীহুনা নাওরা অসিমদি য়াম্পুংনা য়োকপীহুনা ইতৈমনা নাওকোনবিবা হঙ্গৎচগে লাকচবনি ।" নুংঙাইদা ইনাওনা মথং থন্দনা কনানা ওইগদগে কদাই ইচাদে য়াম্বদা পীয়ুদনা ।। য়াথং তাবদা মদাইরেন তাংখোম্বীগী নমদগী নাওরা থা ৮ দা ঙাক্তরিবা লাইনিংথোম্বা মচাবু লৌহুনা স্না খুম্তা লানশিল্লি । মৈতৈঙনা অঙাঙ্গী

সেগা ২ দা পায়দুনা হেক লোৎপদা মোমোন মোমোন মোকুনা মৈতৈঙু বু লংনবগী মতোংগুম্না মথোং ২ চেংলদুনা কাইহৌই ।। অঙাঙ্গী মতৌ উবদা অঙাঙ্গা শদোন্দা থদাং থম্লগা চীনবাম্না অঙাঙ্গী মথখাক্তা থম্লগা মুংশিবগা লোইননা চুপ্পী মতুদা অঙাং অসি থেক্লা থেক্লা থোন থোক্লা (৩) লক মোকখি ।। ময়াম্বুংনা অঙাঙ্গা মুংশিননা হয়াওনবা উবদ। মনাও ইবেম্মগা লোইননা ময়াম্বুংবু খুনম্লম্মগা হম্না য়েংঙমদনা হনখি ।। থুদক অতুদা ইবেম্মা লৈমরেনবু কৌদুনা "ইবেম্মা নচা লোশিল্লো ঐ ঙমদ্রে মাবু শান্নবা" হায়না যারা চাওনা কৌরকই ।। মতুদা ইবেম্মনা করি ওইরিগনবা হায়না হমুংদগী চেম্পোরকই মতুদা ফমন্দা ফমদুনা অঙাং অমা পমদুনা লৈবা উবদা হয়াওবগা লোইননা স্না নাক্তা চংলকুনা অঙাংবু লংনদুনা শান্নবা য়াওদুনা অয়াবা রাখল কাওনা লৈখি ।। ইবেম্মা য়াওশোম্বী মচা ইবুংঙো লাইনিংথোম্ববু ফংবদা তুম্বা চাবা লৈখিদ্রে নোং কোরৌ অমতা লোইনবী কনাগী মথুক্তা পিদনা অঙাং অতুতগা শান্নদুনা লৈরক্লে ।।

নোংমা অঙাং অসি ফম্মুং মথক্তা তুমহন্নগা ইবেম্মা য়াওশোম্বী মপান্দা ঙহাক থোকখি মতুদা অঙাং লাইনিংথোম্বা থংকপ কপ্লকই ।। অঙাঙ্গী থোঞ্জেল তাবদা মৈতৈঙু চেনশিল্লকুনা অঙাংবু থেম্মী ইবেম্মশু চংলকুনা থেম্বদা পংকপ্ত কপ্তুনা থেম্বা ঙমদ্রে ।। করিনো মতৌ অশিবু ইচাগী মমিক্তা অকিবা কবি উখিদুনা তৌগ্রবনো হায়দুনা ইমুং অসিদা করি লৈবা উখিবা হায়না হমুংঙী মচী ময়া কোয়ন চংদুনা য়েংলকই ।। মতুদা লুখুমগী মাইযোমগী মমুং থংবদা পাইত্রী অমা পেস্তুনা লৈরম্মী ।। মশিবু কবিগী ওইবিগনবা হায়দুনা স্না খুৎনা হেক পায়, মতুদা অঙাং অতু কপ্পা হেক ফখি ।। পাইত্রী অসিবু পায়বদা ইচানা কপ্পা তোকখিনা হায়দুনা থেৎলিবা পাইত্রী অতু হাইদুনা মচাবু লংনৈ ।। পাইত্রি অতুনা হায়বা উবদা থেক থেক নোকুনা মথুৎ ২ না পাইত্রীবু পায়গদবগী হোৎনৈ ।। মচাগী মতৌ উবদা পাইত্রী অতুবু মাইয়োমদগী লোথোকুনা কম্পোক্লগা মচাগী নওক্তা হুকচিল্লগা থম্বদাদি কপ্পা তোকুনা শান্নদুনা লৈখি ।। মরম অসিবু চাংনরদুনা মক ২ বু কৌখত্তুনা হংবদা মক ২ না লাইনিংথৌ থাগেম্বনা য়াইথুম্লি লৈকাইবু থরা চাওনবা য়ুমফাল তুবেলবু ইখেৎতেদা থোকখিবা মরম্ব নিংশিংনা লৌদুনা থংহল্লি । মতুংদা অঙম্বা লৈবাক তীন্দুনা মক ২ না অঙাঙ্গী মমিংবু নোনা ঙমদুনা মিংলেনবু পাইথোম্বা লাইনিংথোম্বা = লাইনিংথৌ পাইথোম্বা কৌরে ।। থুম্লাওনবা লাইনিংথৌ পাইথোম্ববু মিকুপ অমতা থানদন স্না নাক্তা থমথরে ।। মতুং চহী (৩) শুবকপদা অঙাং অসি হৌমিন্নবা মমান্নবশিংদগী হৈ শিংবা মীয়োক মীচান ফবা রাখল চাওবা অমা ওইনা শান্নমিন্নৈ ।। লাংবচক্লী ৪৭৬, নোংদালাই ৩৬৫ শকাব্দ ১৫৮২ চৈথাবা ১৭৭ শুবা শাইরেম মালশৈগী কুমদা ইবেম্মা তাংচাথোম্বী মচা ইবুংঙো তোনশেম ঙম্বা পোক্লে ।। মনাও ইবেম্মা শোইবম চন্নু লাংতেংঙম্বা পোক্লে ।। মনাও তোনাম্বা ইবুংঙোনা মচা য়াম্না পোক্লকপা অতুদা মচা ইবুংঙো য়াম্না ফংজবে হায়বগী রাখন্দা মুংঙাইজে ।।

লাংবচক্কী ৪৭৬৪ নোংদালাই ১৬৫৬ শকাব্দ ১৫৮৫ চৈথাবা ১৮০ শুবা লাইশ্রম অত্তোনগী কুমদা মরাম্না লোইপোৎ ফিবোং চযেল্লোন রাজোন পূকৈলোনবু কারক্তুরে মমাওনচিংবা অকন অথৌ থাতুনা ফিবোং থোবা চংহনখি ।। মরাম হাওনা থীংবা কারোং হায়বত্তুদা লানবন শাতুনা শিংতুনা লৈরম্লে ।। মফম অতুদা কন্না লান শোক্লবে লাম্না শু য়াম্না শিনরে ।। মুমিং তাশিন্নরবা মতমদা মরাম লাম্নী মথৈ চীংথক্তা হায়গংখিতুনা অহিং অতুদা নুংতুম য়াম্না লংথতুনা ঙুঙ্গী লান হৌরক্তুনা মৈতৈ য়াম্না শিরে ।। মতৌ অসি উবদা মথং থনবা তোনাম্বা শগোল তোংতুনা মরাম লাম্নীনা লৈবা মফম য়েঙ্গে হায়বগী থীংবা কারোং ইথোং লান্দুনা চংকে লাকপদা মরাম খুল্লাকপনা উ অচৌবা অমগী মকুমদা লুমতুনা মুত্তুম ১ লংলক্তুনা তোনাম্বগী কোক্তা পান্দুনা শগোল মথক্তুগী তুথরে ।। খুল্লাকপনা তোনাম্বগী মকোক কক্তে তৌবদা মচা ইবুংঙো ( চাফনা. ম্নাহিতোন খুল্লাকপা ) চহী ১১ দা ওাইবিবা ২ না মপাবু' কনগে চেনশিল্লকপদা মবামগী লাম্নীনা নারোন্দা চোংশিল্লক্তুনা মুণ্ডনা থাতুনা তুথ্রে ।। অহিংগী লান্দা খুদোং চাখিদবনা মৈতৈগী তেঙ্গোল কায়তুনা চেম্নরে, মরাম খুল্লাকপনা তোনাম্বগী মকোক্তা মচা ২ গী মকোক্তা অওম্বশিং থবগী মকোক্তা লোতুনা পুথ্রে ।। মতম অতুদা খুল্লাওবা ইতুনা লৈবা মতম ওইখিবনা মরম খুদিং তানা থংনা মনাওগী লমন শিংবা ওমদম্না লৈখি ।।

লাংবচক্কী ৪৭৬৫ নোং: ১৬৭৭ শা. ১৫৮৬ চৈথাবা ১৮১ শুবা লোইতোংবা অবুংগী কুমশিদা মনাও ইবুংঙোনা পোকপা অচৌ শিরে ।। মচা ইবুংঙো (৩) না মতম চাদনা শিখিবা, মনাওবু শিখিবগী মরম খল্লুবদা থোইনা অনা লোইশিনখ্রে ।। লাংবচক্কী ৪৭৬৬ নোংদালাই ১৬৭৮ শকাব্দ ১৫৮৭ চেথাবা ১৮২ শুবা হাওরোইবম অখিংগী কুমদা মমুং মতম চাম্রিব চহী ৯ দা ওইরিবা ল ইনিংথৌ পাইখোম্বগী খজেং পায়তুনা "পারি নাওয়া নংনা নপাবুঙ্গী, নযাম্বা ২, ফমদৌ ওঙম্বশিঙ্গ লমনবু শিংওম্লকউ ওসিদগী (হো) কংলৈ লম্মাংনবগী মযুম ৭ কা পীবা থোপুথ্রা, অওম্বা লৈবাক পুম্বনা ওসিদগী ইচাগা লোইনতুনা কংলা রাযেন থৌদা শওলেন্দা কমতুনা লৈবাক্কী মুংওাইনবা অওম্বশিগী মফমদা ফিগাও শানা নিজরি ।। নথোয় পুম্বনা নাওরা ওইববু য়াইফ নোংদম্বা ওইবিও । পানি ইচাগী মমি দি ওসিদগী লাইনিংথৌ পাইখোম্বা হায়না মিংথম্লতুনা ন্না পূয়াদা ওসিদগী খোজৈ ত নিরো" হায়দুনা নোংদম্বা মরু লোইশঙ ফম্বা মাইচৌ পানা ৬ কী অওম্বা ফমদৌ পুম্নমক্কি মফমদা মচা ইবু ঙোবু খুংশিন্নবা শিন্নরগা নোংদম্বা মপুগী লাইমিংবু শোন্দুনা পুরুম লৈপায়নখ্রে । মৈতৈঙ, ফম্বাল কুমজা ১৩ থা ৫ থাজনবা চহী ১৪ নি পুন্সি চহিনা শুপ্না ৪৮ চংবদা নোঙ্গাথি ।।

# ৪৮ নং লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৭৬৬ নোংমালাই কুমশিং ৬ ৮ শকাব্দ ১৫৮৭ চৈথাবা হাওয়োইবম অখিঙ্গী কুম লাংবন থাগী থান্নুংদগী লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরে ।। মনাও ইবুংঙো তোনশেনঙম্বনা মথংথম্বা হাপ্লে ।। মনাও ইবুংঙো লাংতেংঙম্ববু শগোল হঞ্জবা হাপ্লে । ময়াম্বুং তাংখোম্ববু চৈয়েল লাঙ্গং শাফব হাপ্লে ।। ময়াম্বুং শামেরাংনা শামু হঞ্জবা হাপ্লে । লুপ্লেন লাকপা মাধব, খোংতকপ লাকপা শ্যাম, কাংজাম্প লাকপা ধনা, লুপাকপ লাকপা তোলেন, চিংঙে চিংজকপ্লাকপা নোবো, খাইজসি লাকপা ঘনাশ্যাম নোংদম্বা শঙলেন মপু খেংনথাব, মক মচা থেঙ্গা মক ২ না মতম অসিদা শঙলেন্দা ফুমিং লাইনা ফম্মি ।। শঙলেন ২ শংবদি লুখোইনা শংডি ।। লোটশঙ কাবা কমেং ফদিবা, শমুরৌ চৌঙ্গোং, রাঙ্গোই খেমা যুম্ম ম ত বা বাংম্ব বাজি খুপিপুন হেবৌ, খো হি মাইবা, রাহেংবা খৈরোম্বা, নোংলম্ব রাইরোকপম পামাচৌ অশৈ খোংমাব ... ইংহং, মাইবা পুরেন ওইনাম লাইবা, হঞ্জবা মোংশাংবা ত ... পোবপা ... নংলেম্দা ... মাইচাও, ... তোনঙম মাইঙো, পোংখাইবা শাইবোম শনাবোক ... লাংদাই শঙলেন কাইবিবোম শঙলেন, নোংদম শঙলেন তোগী থোকারে ।। খন্দৌ ১৪ না ম্ন কোম্নুব শংই । মৈতৈঙম্ নোংমতা পৃথ্রিং মুংঙাইনা নৈতে ফুমিং থুদিঙ্গী মপাবুংনা তাঙ্গম্বা য়াথংবু থন্নুন লৈখিবনা বরম্বা ফুমিনা মপাবুংগী লমন্ন শিংবা ঙমগবা থন্দুনা লৈখি ।। নোংমদি রাখল অমা লেপ্লে 'কংনো পাইখোম্বা থন্দুনত। লৈবা থোঙম্নবদি তোদনা অদুদি কদোবা তৌনবগে নথেবু নংনা তোদন কনানা তৌদিদগে তৌগদবা থবক্কা মীথুন্দা লৈখ্রে, নংদি কংলৈদা লৈরগ কমদোনা খেঙমগদগে অদুদি মফম অসি থাদোক্কুনা পাইখোম্বা নং নঙ্গী থবক তৌগদৌরিবা চংপা তাক্লিনা, চংলবদি কনা কনা লোঞনবা, হন্দক্কী থবক অসিদি পুক্রিংগী অরেম্বা ওচনবা ইপিজা ... হেন্না পুবা য়াবা খোংফমদি নত্তে, অদুদি ইপিজা ৬ না ঐগীদমক লেপ্লিখেদা পাংথোকতৌবা য়দে" হায়না থন্দুনা নোংকোবৌ অমা কংলা রায়েন শঙদা ফম্বদা অঙম্বশিঙ্গী মফমদ হায় । "অঙম্বা পুম্বনা মতম থরদি ইনাও তোনশেনঙম্বগা লোইনদুনা রায়েন নোংদম্বীব মরথু পাইখোম্বা ঐনা নিজগে অদুগা অদুগা ঐনা কংলা থাদোক্কুনা লৈকোইখি হায়বশিমশু কনা তাইন খংতনবিদব" ।। ... তাবদা অঙমবশিংনা হংজৈ, স্না পুক্রিং মফম কদাইদা লেংবিগে থনবিবা ! 'এগী অঙনবা মদু ঐ মফম খংদে মতম অদুগী নিংলকপা মফম অদুনা এগী চংকদবা মফম্নি" । অদুদি স্না খোথন কনাবু নোংদম থনবিবা ? মদুদি মথোয় ৬ থক লৈজরে অঙমবা পুমবদি কোম্নুং থাদোকপা য়াদেদো অদুগা মথোয় অসি মতম পুনবদা ঐনা হায়বত্তা তৌগনি শিরবা মকশু ঐবু থাদোরোই হায়না রাশরুত্তুনা লৈনরে" ।। লাইনিংথৌ

স্না থৌখন অশিবু ননাই ঐথোয়গী চিংনবা রাখল ওইরমগরা মশক্তদি থংজবা পামজে অহুবু কল্লিগুমবা হায়বা য়াদবা মশক ওইরিগদ্রা থংদেদকো লুতুং রাখল্লা মাংওইনবা য়ামবা ইশানৌ ওইরম্মবদি ঐথোয়গী চিংনবা অসি কোকচবা ভমগনি অহুবু থংদবনিনা পুক্লিংদা অরাবা ওইনা থোক্লরে ।। চুম্মি অভমবশিংনা হংবিবা ঐবু মুংশিবিবনা হংবিবনি ঐগা লোইনগদবা মথোয় ৬ হায়বদি অতোপ্পা অমা নত্তে খোং, খুং. মিং না, চীন, পুক্লিং মথোয় ৬ অশিনি ঐগী পুক্লিং রাখন্ন। থবক্কী মপুনি ।। চীন হায়বসিন ঐগী থবক শিনবিনবা মরুপ অমনি ।। খোং, খুং ২ না ঐনা তোগে নিংলকপা থৌরম অহুগী থৌওম্নবা তৌবিব লাম্মী মরুপ অমনি ।। না হায়বা অসিনা ঐবু কনবিগদবা উকল ওইবিগদবা মকপ্নি ।। মিং হায়বা অশিনা খংদ উদবা মরম পুমববু লমজিংবা ঐগী মরুপ্পী ।। খোং, খুং, না, মিং, চীন, পুক্লিং মথোয় ৬ অসিন রাখল অমত্তা ওইহুনা কাইনবা লৈতনা তৌগদবা থবক অহুদা মই ওনশিল্লিহৈদা থবক অহুবু থৌমলোইদবা লৈতে ঐবু মীনা থোইনা লাকচখিনি হায়বসু অভমবশিং ঐনসু থোইনা রাখল্দে ।। অহুগা মথোয় ৬ অসিগা হৈগসু কাযনকনি হাযবস্থ ঐ থন্দে মসিদ নথোই অভমবা খ্বাইগী নোংদম-দগীসু মনা মনিল নাইদনা পাঙ্গরিভৈশিদা ঐবু থবক মবম ভমতা খভকুগে থৌরাংবনি ।। পাউবৌ অসি তাবদা অভম্বা পুম্না ব মথ তানবা ভনদনা "মবম অশিননিদনা মৈকৈৎন থৃপাম-দাই লাইনিংথৌ মিংহুল্লম্বদি" চিবোন চিবোন ভাংনবম্নগা করথ্না নুমিদা খোংলেংবিগে খনবিবা ? ঐগী অভমবা মহুস্ল ঐ ঢৌক্তিক হায়বা ভমন্দি মথোয় ৬ না মুমিং অচংবা মুমিন্তা চংকদবনি মুমিং অহুমক্তি লেপ্পড্রি ।। মরম পুমবা ননাই এথোয থংজরে স্না পুক্লিংনা নিংবতা থুংনবা থৌপুৰিয়ু স্না নোংদম্ব লুরাই কোইরেন্দ হাপ্নুনা থৌইগদবা ননাইনি মরম পুমবা চিংনবিগমু স্না থৌগান্দি লিংবদি লিংলে অহুবু স্না পুক্লিংনা তাবা /১ দদি য়াওজবা পামজে । মহু অচুম্বনি অভম্বশিঙ্গী নয়াথংবু নিংথৌ ঐনা ফিগাও শান য়াজনি মচদি চংলমদাইদা সোইনগদবা মশক অহু থংহক্লগে হায়দুনা মুমিং অহুগী রা খন্নবা লেপ্তুনা হন্নবে ।। মতুংদা মৈতেৎনা মনাও চবুংঙো মথং থনবা তোনশেনভম্বদা মবম পুম্ব তাক্লে মতু অহুদা মযাম্বুং হুইযেল লাঞ্জেংথৌবা তাখোম্বা, মযাম্বুং শামৈরাং শামুইঞ্জবা ২গী মফমদা মনাও পোনশেন ভম্বগী থুজেং পায়দুনা শিন্নম্বগা মতুংদা চংকনি হায়বা কনা থংক্লন্দনা অভম্বশিঙ্গী মযাথংবু কইদনা ( থাং খোবোম্বা, টা-থাংশুনচা ) ২ মকপু পুহুনা অহিং য়ুংথক থানবা মতমদা মবুধো নোংদালাই পাথংববু থাগোম্নহুনা কোমুংদগী লেংখি ।।

লাংবচকী ৪৭৬৭ নোংমালাই ১৬৫৯ শকাব্দ ১৫৮৮ চৈথাবা ১৮৩ শুবা অঙোম লাংজাগী কুম শজিভু থাগী ২০ নি পানবা শগোলশেনগী অহিং য়ুংথক থামবগী মতমদগী হায়খিবা মশক ৬ না অপনবা লৈতনা লাকপনা থীংবা কারোং য়োহুনা থীংবা ইয়েংঙী নোংপোক থংবা ইথোং ময়াদা

থাং খোবোম্বা টা থাংগুনহা মশক ২ বু লৈনুংদা কুমহনা লোংলম্মগা মরাম কুন্তাও য়োমনা লাক্লে ।। মতম অসি পাইখোম্বা চহী ১৩ মপুংনি ।। হেক উবদা মরাম খুল্লাকপা মশক ইথং থ'দনা মশক য়াম্না মুন্না থ'বা য়াম্নসু চান্নবা মকপ কুইনা উনখিব্রেবা মসীঙ্গ। ১ গী মচা'গুম্না হেক উই ।। খুদক অহুদা ফুংশিনগা লোযননা হায়বকই, "পা'বি কোন্দে তং'ৌবা নংবু কনানো মকম কলাইদগী লাক্লিবা অতুগা মযম অসিদনা কবি থবক্তি লাকপনো খুল্লাকপা ঐগী ইকমদা হায়নিংবা করি লৈব। চংলকউ লাও উদবা কুইখ্রেদা" ।। "পঙ্গৌ শকপা খুল্লাকপা ঐ মৈতৈ ভম্পাক মচানি হাই, ইপা ইমাবু নচানা নোনা কাইনখিবনা মশক মম্মিংদি খংজহৌদ্রে ।। মৈতৈ সমথোং খুদিংদা চাক্লী ফিংহনা চাগুজরকপা নচানি ইপাগী মতিক মঙাল মীযোক মীচান ভাবদা নচানা পঙ্গৌ নঙী নশাইকোন্দা মতম থরনংবু ইপুক চাক লংজগে লাকচবনি" ।। পাউথম অসি তাবদা খুল্লাকপনা "হায খুল্লাকপী নংবু করি তৌরিবনো মপাল্লা দা খোবকউ কোরৌ ভসিবু নপারি নোনা শেংনা কাইনখিববু নোংদম্বনা নপাবিবু কোইনা থিবিহনা হবাম য়াহদা থুংলরে নপারি অসিবু নবাম যাইদা লৌশিন্দুনা নাওকোনগনি খংদনা" ।। খুল্লাকপগী ব ভাবদ খুল্লাকপী ইমুংদগী খোরকপদ পাইখোম্বগী মশক উই ।। হেক উবদা মপুক ভুজু' ইনাং হৌই খুদক অহুদা মিংম্না ইরা চেম্না খুল্লাকপীনা হাযরকই । "পা'রি নংদি ইমাবু থাদোক্নুনা নুমজা অঙুক যাম্না মকম কদইদা লৈরুবা ইচাগী চেংলো নিংখিব পাজেম নমাগী মিংথমফগু লংজবা টবোক নিংখিবা খোইমুম মপুনা কোবো ভসিদি নোংদম্বিবে পারি লামদা চংলকউ ফয়েন লুচিং তানফংলে পজেম নমা ঐনা লেম্নজনগী মশক্ম মবাম য়ুমথো খুদিংদা পুভমগে" হায়হনা লাইনিংথৌগী খুজেং পায়হনা ইমু'দা পুশিনাগে তোই ।। অতুক অহুদা খুল্লাকপন "পারি নাওরা ইপাগী নশাই কোন্দা নানিং থোনা লৈজো নশাইকোন্দা নপুক চাব্রংগনি ।। পারি ন'বু শেংনখিবা মতু'দা নচনকোন্দে তং'ৌবী হংভাল্লে কৌবী নচনবু পোব্রত্তুনা পাবি শেংনখিবগী অরা মৈবু কারুবা অরা পোথাফম ওইহনা লৈরবনি নচন নবুং ২ না নযুখু শ'হুনা লৈহম্মু ইচা ১ লৈববাদি ইপাস্নু খুঞ্জা পুহনা পা'ম্নৌ শুব ভম্নিনি । 'পারি ইংন্দু ইংভাল্লে ইপাগী • কু চলকউ নাও" হায়না মমোম্মু কোথেকুনা মমোমগী খুজে পায়হনা মপাবি শকু নাওকোনগে নিজবা লাইনিংথৌগী মফমদা শিন্নরে ।। "ইপাগী লাংলেন নংদি নবুংনা হায়বা তাকপা অতুত তৈগদবনি নবু'না যাদবা থোরমদা কোরৌ ভসিদগী হৈবোইদনি" হায়না ইংভাল্লেবু শিন্নহুনা লৈ'মম্নখি ।

মতুং থরা লৈরগা খুল্লাকপা খুল্লাকপী ভবা চাকভন চাহুনা ভসিদগী পাম্নৌ শুবা চংলশি ইচা ১ লৈরবনিনা মচন মবুং য়ুম শংহুনা লৈভমজনি হাযহনা পাম্নৌ য়ানবা চংখ্রে । খুমিং অসিগী ফুংদাংরাইদা মপানগী শঙ্গাহ লপযানথক্তা য়াঙ্গোই শগোল চেনবগুম কোন্দ্রোক কেং'দ্রোক লাওবগী মথোম্না তুজুংবা পোকুনা ভহাক লৈ মথোল অতু তাবদা হংভি, "ইবেম্মা মথোল অসিবু

ইবেম্ম নিপা ওইবা ঐখোয়না নুংখিল তুম্নবদি য়াম্না মাংনিংঙাইনি, পুক্নিং লৌশিং ধকচীক্লি, পুক্সিগী পাউজেল য়ৈশিল্লি, তৌগদবা ইথৌপ্তু তৌহৌদে মরম পুম্বা মাংনবগী মশক্তি থায়নহুনা মচিন মনাও অহুম মরেল্লে । শুমিৎ তারবদা চাগদবা চাবগা মফম্নাংদা চংহুনা পোথানখি ।। খোয়েন মংলানচান্দা মপাব তোনাম্বনা লাকুনা হায়, 'লাইনিংথৌ পাইখোম্বা অহুরা নপাবুং খুম্নাওবনা থুপ্লনদাইদা ইচাগী কেংলোইবু লাইনিংথোম্বা পাইখোম্বা হায়বদগী লাইনিংথৌ পাইখোম্বা হায়খিবমু অসি নোঙ্গীদমক্তা করিগী অহুক কক্লিবনে', ইংঙাম্লেনা হায়বা অহু অচুম্বনি, থোরম ওমগাদবদি ইঙাল্লেনা থৌনিহুগা ইচানা ধাপুংগা ওমংদহনি নদাইরেং ইংঙাল্লেন্ কংলৈ পুং মরোল্দা থাওম্নবা থৌশিল্লু হয়-ম্মগা মংখি । হুদক অতুদা মিকপ হেক থোকুনা মিং পাংই মংলান অহুবু নিংশিংজুবদগী পুক্নং নুংশিখিহুনা চিক চিক তেক কপ্পুনা কমুং অতুদা হিপ্পুনা লৈখি ।। থোন থোক্না কপ্পা তাবদা ইংঙাল্লু লৈব য়াহুনা বদৌরবনো হায়না য়েংলগা করিনো তৌওম্লিবা অশিবো মংলান চংলা হায়না থাঙ্গশোনা কপ্পিদনা থংগে মরম পুম্বা "তোম্লিদা মুপী ওৈনা পোকপা পংনা পোকইদা, ওসদি নচম্না হায়জবশে তাবিযুকো ইবুং মঙ্গী নখোং থাবু রাশক্লবনি চিংনবা বাথল অহুগী মরমু শেংনা মহায়দ্রবদি কোরো অসিদা থম্নাই মাংখ্রগে অহুগ লাইবক থবী ইংঙাল্লে ঐনা চিংনদিবা মসু থেশিল্লগা ইঙ্গী পুক্নিং অরাবদু কোবচবা ওম্ব থোকলকপদা ইংঙাল্লে ঐনা থোপ্পুদনা মহোনহুবশু ইপারোমগী পু ৭ ইমারোমগী পু ৭, পু .৪ অসি মথৈদি মুমিংনা থামা পাল্লি মথৈদি ওংলেব মপোক হপোই চংথোনব, তাইবং মপোক অসিতদি পোকওমদবা ওইথ্রশগ্ন থঙহনবিমু নচন্দ, হায়না রাশকুনা হংলক্লে ।। ধহং অসি তাবদা হায়দব য়াদহনা মংলান চানগী পাউদক লোয়হনা থংহল্লি ইংঙাল্লেন, হায়, 'মশম অহুগীদমক্তা স্না পুক্নি রাবিগ্ন স্ন থেংলেঙ্গে হায়ব হুংনা হংয়বিবা মশক পুম্বা পুবিথো, লাইনিংথৌনি থংদবনা নচন মরাম চহুনা রাহে থৌগংখিদব, মখাংখাদা ভাকপায়ু িজনি, মরম পুম্বা শোয়দনবা নচন ওনা তৌজনি" হায়িবই অতুদা থুম্নাকপা থুম্নাকপী ২ শু তবা চগেম লোবা লাকুনা মগোম্না থোং থাবপা লোম্নগা চয়েম পুহুনা খাবির যানব অমুক হনহমখি । মতম অতুদা ইংঙাল্লেনা হয়, লাইনিংথৌ অশম্বা থৌংবা তানবদি থঙলিবন্না ঐ শুায়না চংনরিবা লম্বী অসিদা স্না খোংজেংলবদি মরাম ইপানা অশম্ব লম্বীদা তান্নহুনা থৌংবা য়াব হান্দুনা লাইনিংথৌবু থহুনা মবাম ইপাগী লাম্নানা লাঙ্গোই চনবা হানখিনি নচন্ন লম্বী তাকংগে ভাইহাক জেংথোকউশি" হায়রম্মগা ইংঙাল্লেন লমজংহুনা িংবা কারোং তানবা অশম্ব লম্বী চংনববু কোম্নুনা পুহুনা তাকখি । মুমিং অতুদা লৈমংনবা লোইহনা মুংদাংবাইরমদা থুম্নাকপা থুম্নাকপী ২ বু হলনকহুনা মরাম যাইদা থুংলরে । মপারি মংমাম ১ শু তুংগ-মাংথ োংচুপ থা থংবা চীঙ্গেলেলোমদগী তেক থোয়কতুনা লাকই । মচা ২ না লাকপা উবদা "পারি লাংলেন ১ মক কদাই চংলুনা ইপাদি ছরা লামজেদ" ।। ইংঙল্লেনা থুম্মি, 'পঙ্গো পলেম ২ মক পঙ্গোগী তাউজিং হৈকোনবু য়োদবস্নু কুইরে

হায়দুনা ইবুংলোইবু পুদুনা চংপদা হৈরাং পাম্বী থরা শিরম্মে হৈরাং অদুবু যুক্তোগ। অনৌবা চার ১/২ দং থারম্মি হৈখোংশু থরা পেংনিংদুনা পেংঙম্বা অদুদা খোংরাই থরা থেংগ্রে পনখৌ রারৌবিগনু নমোম্মা খুংলৈ থুনা থোংঙম্নবা তৌজগে" । পারি লাংলেন পাউরো পাউথুম হৈশিংবী জাউজি' হৈখোং পেংবদা ইচা ১দি রাররিনি মফম্নাংদ' চংতুন' ঙহাকশু পোথাজখো ইপাশু ইফম্নাংদা পোৎপাখিগে ।। চাবা লোইরগা মপানা হায, "পারি ইমোম ২ মক লৌয়ানবশু লোইরে হয়েংদগী লৌ লিংনবা তৌরনি মরাম খঙ্গা কুমদুনা মুমিৎ ৪/৫ দি লৌদুক্তা লৈবা তারি পারি নবানিনা যুম ভাকুন' লৈরম্মু নপাগী হৈকোন য়েংবা পলেমগী লৈকোন য়ংবসু চৎলমু" হায়না পাওমেল্লম্মগ ইনুং ভাল্লদুনা থুল্ল'কপা থুল্লাকপী লৌকুমখ্রে ।। থুল্লাকপা থুল্লাকপীনা লৌকুমখ্রবদা ইংভাল্লৈনা হায়, "লাইনিংথৌ ভসিদি মনা পুক্নিং থুংনবা খোংলেংববু য়াঙম্বা মতম লাক্লে" ।। করিনো য়াংলো লম্বী তাকপীবা অতুদ্দ ঐদি মুন্না থ'জবশু নত্তে চুম্ন উবত্তনি লম্বী অদুদা চংলুরগু নাত্রি মরম পুম্বশি ইবেম্মা খোপুবিগদবনি" । "চুম্মি তাকপীবা থেংরম পুম্না খোংঙম্নবা হোৎনজনি মশিদা নচন্ন থীংবা তানবা লমজিংদুনা থিনবদা হল্লকপদা পনথৌনদি থংলনি, নচন হৈবু য়াইবী মংহনখিবা অমা নত্রগ মরাম ইথুন্দা লৈহন্দবা অমা মরম ২ শিংগী মনুংদা ৬মদি শোইদনা ওইবনি মফম অসিদগী মরম পুম্বদি থোম্নাংভগে ননাইবু থীংবা য়োনা চৎপা অসিতদি নচন্নবু তাকপীযু" ।। করিনো ইবেম্ম, নবু থীংবা য়োনা চৎলগা করিগী অমুক হনখিদোবা ।। লাইনিংথৌ ননাই ঐদি মরাম চন্নুনি ।। মত্তু ঐ থংদবা নত্তে, ইশানো নঙ্গী লমনবু মতম অদুদা পাইখোম্বা ঐনা শিংজবা ওইজগে ঐ ক'লৈ মৈত্তৈগী নিংগৌনি ঐগী লৈমরেল ফমথোল ৭তি ইশানো নঙ্গী নফমদা নিংথৌ ঐন পিববনি অদুগা ংং অসি নত্তন তালোই অম খিদুনা পিব ফম্বাল তোংলবদি চাদা নাওদগ্ররোই নিংথৌ ঐগী তালোইনি হায়না পুক্নিং চংভোই মরম অসিগী অরেম্মা মশক্তি থৌত্তু মুংপাক অসিদা ফমদুনা ঐনা হায়বননি মরম অসিবু ক'য়রবদি মৈতৈ নিংথৌরোনগী পুয়াদা তিন্দব ওইরসনু ঐনা হায়রিবশি ইবুংথো পাথংবনা থংঙ তাবশনু নিংথৌ ঐগী লৈমরেল নহাক্তি হায়না রাশক্তুনা থৌত্তু মথক্তা ফমদুনা মরাম চন্নু ইংভাল্লৈবু থংহনখি ।।

মতুং অদুদা ইংভাল্লৈনা কোয়ৌদুনা খোরংনা লৈরে ।। মরাম থুঙ্গা হৌদুনা লৌলিংবা মুমিৎ ৪নি শুবা পাঙ্গন ময়েং তানব মতমদা চৎনবা খোরাংখি । তের, চাকভনচ, চয়োম চেংজেন য়োম মপাগী য়াইবুং তম্মা চদুনা পুঙ্গী পুংমাং য়াংথংলে । থুললাকপা থুমক অদুদা নিংথম তুজুংই ।। করিনো থুললাকপী কদোরবনে ? থুললাকপা নপারি নমোম ২বু কনানা করিবু তৌগবনো লৌ শুবসিদা চাবা মচেৎ ওইবনা অদুক নিংথম্বনি ।। মত্তুরা থুললাকপী হায়-দুনা থুঙ্গা ময়ামগা লৌ লিংদুনা লৈনখি ইংভাল্লৈনা লিক্কং তেন লৌথদুনা লাইনিংথৌদ শিম্নরে অদুগা পাইখোম্বনা শগাই পললাকথক্তগী কোক্লেন (৩) বু লৌথরে, তবা চয়োম পুদুনা ইংভাল্লৈন,

লমডিংতুনা থীংবা তাবা লপ্পী অশঙ্গদা লাইনিংথৌ চৎথখরে খুদক অতুদা খুললাকপগী মশা অঙাওবগুন তৌবক্লে, "মাংলে মা'লে খুললাকপী য়েক্লবনা ৭বু খুত্নম চনখবে মক ফংনা মা'লম্লনি. ঐগী মরাম খুঙ্গাশ লৌ লিংবা তোকত্তমখো নখুত্রা খুংলাই পাযজন্মু ইরম যাইদা কাকথিশি" হায়দুনা চেনখংলক্লে । মচা ২ বু কৌবদা তাদে মফম খুদিং যেংনদা মাগী খুংশু খুংলাই অমতা লৈরমদে অচ্চ-চা মবানিনা লৌতুনদুনা তৌথ্রিবোইরে হায়ন শগাই পললাক থক্তা কাদুনা যেংবদা কোক্লেন (৩) যাওরমদ্রে ।। অচ্চ মৈতৈ নিংথৌ লৌনম্বা থঙ্গনি হায়দুনা শগাই পললাক থক্তগী লাললাওবু লাওদুনা চোংথরক্লে ।। লৌশিং চাওবী খুললাকপীনা খুললাকপগী অশাওবা থাম্বী মৈমাং থক্তনা মচা ২ বু ব'লেন ঙাইতাক থাপথিনবা খৌরাংদুনা মথাং কোন্দুনা "ঙাইবিখে খুললাকপা খুঙ্গা পুম্বা নতাক্রা অতুক ফিংনা শাওবগা মরোই ননাও পুম্বনা কবম্না থোপুগবনো শাওরিবা মরম অত্তবু অমুক্তা থন্তবিখো, খৌরম অসিবু নচা ২ গী থৌরম ওইনা তৌই" ।। মতুনিনে খুললাকপী ঐনা শাওরিবদো । অত্তবু শাওফম থেকপ্রা ইচা ২ বু শামানবা লেংমান্নবা ঙাক্তনি নমোমগী নিংজবনু থুগাইবগা খুললাকপগী কবি কান্নগবা ? মখোয়গী মপু ঐনা থুগাইগে তৌবা নত্তে মরম অসি লক্‌খাক্তন থবক্নি মৈতৈ নিংথৌ মচানা লৌনম তৌত্তুনা লৈবম্বা ওইরম্মে মপা মপুগী কোক্লেনবু পুথ্রে. মযুম ফুনান নপামগী লিকং তেনশু য়াওগে ।। অতুগীদমক শাওরিবোইবে পুজন্মু ইচানা অতুনা পুবদা অতুক য়াম্না শাওরিবা ইপাম ফুনান য়ুমদগী মরাম লুদা হোংলকপদা নংঙবু কয়া য়াম্না পুবকপগে মতুশু থনবিযু নমোম ইচানা মৈতৈ লুতিন ঙিঙ্গবদি নরাই ইবাইনকপু ফবনি ।। চুম্মি খুললাকপী অতুম্নদি ওইবগ নংনা মবামদা লুহোংলকপদি নয়ুম ইয়ুম যনদুনা হোংলকপাংদো ইচাদি মতু নত্তে । মৈতৈ নিংথৌ মচানা মপাগী মপুগী মশক তাললকপদা ঙম্মব হায়দুনা নচাবু লৌনম তৌত্তুন পুথিবনি ইমোম ইচাবু মৈতৈ কননশু যাবরোই । খুললাকপী নঙ্গী বাবু ৩০ লৌদবা নত্তে মরম অসি লৈবনা ইচাবু মৈতৈ খুংগী লৌহৌনবা তৌবনি ।। ঐগী মবাম লাম্নশা পললপ্নু মাইগে শিন্না তাঙ্গবো হাযদুনা চীংলম মাইগৈ শীন্না তানপবক্লে ।। খুললাকপা য়াওনা তানথরক্তুনা চীংলম থাইনা থুংমে তনবনকপা লাইনিংথৌগী লোথংফম লৈখিদবে । মপাইরেন ই ডাক্লেনা অতাবা তাললক যেংদুনা লাইনিংথৌবু পুবকই, কুংদাংবাইগী মতমদ থংব ইবাংমা লাললক্লে খুদক অতুদা মরামগী লংগনা লাঙ্গোই চয়া থক্তুন লৈখ্রে ।। খুদক অতুদা পাইখোম্বনা অকি তুজু লৈতনা মফম অতুদ থনপ্পা থাং, চা ২ বু লৈঙ্কুংদগী শত্তোক্তুনা মপাললাংদা হেক হায়দোক্লে ।। খুদক অতুদা থাং চাগী মডাম্না মইগে শিন্ন নেংথাং লৈমগম্না চাঙ্গী লোক্তাই অশোংবা অমম্বা মফম পুম্নমক ইকং লংখ্রে ।। লৌশিং চাইবী ইংঙাক্লেনা লিকং টেনবু লানশিললি, "মতম ওইরে লাইনিংথৌ লিক টেনবু পায়বিবো মরম লান্নানা কেংয়শিনক্লে" ।। বা তাবদা লিকং অতু খুৎপাই চেৎনা পায়রগা লিরি খোংজ পান্দুনা টেক্লৈ উতোংবু নমদা পো, থাংনা ওইদা য়ানশিললে টায়োনটা

থাংজেংবগা পোশিন্দুনা হাওনা লাকপা মাইগৈদা ছ-পুবা টেনবু কাপশিল্লে ।। কাপ্লকপা টেন অচুনা লেম্না মা'দনা টেনমাং তম্না লাকপা লাক্তবা থাক্তনা ১ দগী ২ দা মথং মথং লান্দুনা মরাম লাম্নবু হাংলক্লে ।। টেনগী থোরম উবদা মরাম লাম্নী কায়তুনা চেন্নরক্লে ।। মরাম লাম্নবা কায়থিবা উবদা লৌশিং চাউবী ইংঙাল্লেন অহাওবা লম্বী য়েংতুনা লাইনিংথৌবু পুরক্লে ।। মরাম লম্নীশিংনা মথা অমুক তানা লাল হৌরক্লবা অতুদদি লাইনিংথৌগা ইংঙাল্লেগা কংলৈ তম্না খোঙ্গারক্লে ।

ইমুং ঙাললবা মতমদা চীংব পনশা মশাংবু লাকুনা তুরেল অচৌবা ইন্দুনা কৈথেন মানবী কৌরু লোকশা তাললক্লে ।। মুংদাংবাই চরিয়া লোক থোংনাংমথোং যোরকুনা মফম অচুবা মদাইরেন লোশ চউবীনা নিংঙোনগী চয়োম থোকুনা নিংথৌবু তরা থেংগন লাংদুনা চয়োম চাকপু পিওমজে ।। মফম অচুবু লাইনিংথৌবু তরা চয়োম পোকুনা চাথিবা মফম্নি হায়তুনা অচু নাঙ্গাদমকপু ( চর রনগম ) তেংথানৈ, কুরাও পোকপী হায়রি । অহিং পোংথাবা লৈতনা স্না খোংদোই হুললকই ইমুং ঙাললবদা মপা চীংমৈ রোম্বগী ময়াদা তুরেল অচৌবগী ইথোং ময়াদা রাংলেন ঙাইহাক পোংথাদুনা লৈগম্মি । "ইশনৌ ইবেম্মা নবুং হেনা তুংইনববু অরা পোপ্তা গুনমনথ্রে মফম অসিদা রাংলেন ঙাইহাকপু অবা পোংথানা লৈরম্মু নয়ুম কংলা য়ৌরক্লে ইশানৌ ওইবা নচাক্লা ননিং তম্না লৈঙম্বগীদমকপু নবুংনা থৌশিন থোপুংঙমগে" হায়তুনা মফম অদুদা মদাইরেন ইংঙাল্লেবু থম্নগা অরোন লম্বীদা লাকুনা মথং থনবা তোনশেন ঙম্না মনাওগা উনতুনা রাবম পুম্বা তাকুনা মনাও ইবুংঙো মুমিং অদুদা লোইনবা ময়াম হৌতুনা য়ুম ১ শাইল-লগা লাইনিংথৌবু অথুম অহাও অচা অথক থরা পুতুনা তুরেল অচৌবগী ইথোং মপাগুং চীং মৈরোম্বা হিদেন তাফম তান্না লাকুনা মদাইবেনগা চামিন থকমিন্নতুনা রাঙমথিবা মরম্ব নিংশিং-নতুনা অরাবা পুম্বা কোকতুন লৈমিন্নৈ ।। মফম অদুবু ( অরা কোক্লা তিথাথেন ) হায়না কৌওয়ে । মতুংদা মৈতৈ ইশনৌ পুম্বনা 'ঔবাং চাওগোন ইরেন্দা

তাঙম্বা লৈরাং অশিবু

শিংঙল কনাগী লৈরাংনৌ

মুংশিনবা মাওবরা লাকুনা খুঞ্জরে।"

হায়না লাইনিংথৌনা মরাম চম্নবু হাংলেন ঙাইহাক থনম্ববু পাউরো ওইনা তেংথানদুনা মিংলেন মিংছনবু শস্তোকখি । মালেম অঙানবনা মরাম য়াইদা থুপথুরবা মতমদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মরাম চম্নবু পুম্বনা স্না কোনুং কংলা তম্না লংলক্লে ।। মতম অদুদা তোনশেনঙম্বা মনাওগা ময়াম্নুংবু ঔরাং থোংদা ঙাইতুনা শক্লমতুনা মচিন মনাও উনতুনা স্না কোম্নং য়োনা লাক্লগা শাম্নিবা অনৌবা শংলেন্দ ময়াম্নুঙ্গা ইংঙাল্লৈগা থনম্মগা হজিনখ্রে । মতুং ঙাইহাক লৈরগা লাইনিংথৌনা

স্ন পুক্লিঙ্গী মরম পুস্বা ইংঙাক্লৈগী মফমদা তাক্লগা স্না সঙ্গাইদা লেংশিনখ্রে ।। শংলেন অহুবু অঙস্বা লৈবাক চংনা নোংমদা লাইনবা শাখিবা শংনি হায়তুনা ( নোংলেম শঙ্গাই ) মিংহুনখি ।

লাংবচক্লী কুমশিং ৫৭৬৭ নোংদালাই কুমশিং ১৬৫২ শকাব্দ ১৫৮০ চৈথাবা ১৮০ শুবা ঙাঙোম লঙ্গাগী কুমগী মসুং নোংঙালনবা মতমদা অঙস্বা ফমদৌ পুস্বনা তিললবদা মনাও ইবুঙো তোনশেন ঙস্বা মথং থনবনা ময়াস্বুং পাইখোম্বগী মফমদা মৈতৈ নিংথৌগী খুবম পুস্বা কন্থুনা অঙস্বা পুস্বা হুংঙাইনবে ।। মতুংদা অঙস্বশিংনা নিংথৌ ফম্বাল তোংবা ইবেম্মশিং ২বু থৌবাংহুনা ফম্বাল তোংনবা মরম্বু নোঙ্গাংদনা স্না পুয়া থাদা হন্দলি ।। মথম অসি লাইনিংথৌনা তার থংলহুনা মনাও ইবুংঙোদা হুঙ্গী পরম পুস্ব। থংহন্দলি পাইখোম্বনা অঙস্বশিঙ্গী ফম্বালগী মথম অহু পাঙিথুমদনা লৈ । মপাবুংগা ময়াস্বুং ১ শীগা মংলেন মফম কংলা মহু দা শেম্বা লোইহুনা অঙস্বা তিন্দনা চুকশা মৈথাবা নিংথৌরেন মচাশিঙ্গী কংলা মংলেন্দা তিন্দুনা মংলেনবু থৌহুহুঙ চন্দুন, থম্মি, মতুংদা (৩) মক্রী উক্রোং হোংহুনা লাইনিংথৌগী স্না পুক্লি দা নিঙমহুনা থৌপুকনবু তাস্থে মসুং শাংনা পাক্লা তানফংহুনা লৈঙম্রে ।। পাইখোম্বগী স্না পুক্লি নোংমংলা হুংঙাইনা লৈতে থবক মরম ১ দি তানফংলে মশিদা তানফংলিব মরম অসিবু তানফংনবা থেশিনবিহুনা পুবক্লৌবী অশিগা মরমদ। নিংথৌনা হায়খিবা রাশক্লি থৌবমদি তানফংনবা ৫গী কন লৌখদ্রে ওন্থোক্লা তোংনরেদ। পাইখোম্ব অহুবু মথং থনবগী মফমদ। তান্না শিন্নখ্রবনি অহুবু ইনাওনশু, অঙস্বশিংনশু থৌবম অসিগী মরমদ। হাহৌদবশি কবিননে।, অহুদি অঙস্বশি না যানিংদবনা ওইরবোইরে । অঠদি পাইখোম্ব নচিন চংপা নংনা নিংথৌনি হায়হুনা অঙস্বা ফস্থে ফস্ব য় ওবদগী করি থৌশিনবা ঙম্নি মহুগীদমক্লা পাইখোম্বা নে। থৌশিনবশু ঙমদ্রে অঙস্বশিংনা য়াংবা থবক্লা নিংথৌনা মনিং ঙমহুন থৌপুবা অহু মেতৈ চংলম লৃতিন্দা লৈখিদে অহুনাদ অঙস্বনা য় দবা চ লমশু পাইখোম্বা ঐনা চংলমদবা মরাম চন্নু ইংঙালৈবু পাইখোম্বন ফম্বাল তোংবদা মৈতৈ লৈমরেল ফমথোল ৭ পু মাবু হাপকনি হায়খিবশু কাইদনব মাগা ঐংশু কাইনদনা লৈমবেল ফমথোন হাপ্পুনা মযুম ৭ কী মম শকপী মৈতৈ পিবাগী লৈমরেল ওংব্রবনিনা লৈবক্ল নিংবশু কাইদ্রে নিংথৌনা হায়খিবা ময়াথংশু কাইদ্রে পাইখোম্বনা ফমবাল তোংদবনা লৈমরেল ফমথোল হাপ্পুনা লৈমরেল ওইদবনি অহুনদি ঐ কংল ফমবা স্নাওরেরোই হায়না রাংন্দুন হুমিং অহুদগী বংল। রায়েন থৌদা ফমববু যাওদনা লৈখি । মৈতৈঙনা কংলা ফমবৈ ফমবা য়াওদব। হুংশাংলক্লহুনা অঙমবশিংন হংঙি, 'লাইনিংথৌন রায়েন শঙদা ফমথিদবা অসিবু স্না হকচাং হুংঙাইতহুনা তৌবরা অহুগ স্না পুরিং থুংদবা মরম লৈবনর মরম অসিবু মনাও ইবুংঙো কবিগুম্ব। মরম থংবী তাবিবা লৈহিবরা" ? চুস্মি অঙমবশিংনা হংবিবা থৌদা নোংদমবা লৈবাক মপুনা রায়েন শঙদা ফমথিদবশে থাজ্জা ফনা হুংশাংথ্রে স্না হকচাং ইবশু লৈতে, মসিদা মৈতৈঙনা ফম্লবদি অঙমবশিংনা ফমবাল

তোংনবগী মরমদা নোঙাংদনা হঙ্গৎপা অদুদা য়াম্বুংনা পাওথুমবা ডমদবনা শঙলেন ফম্বা য়াওখিদবনি ।। মনাও ইবুংঙো নয়াম্বুংগী ফম্বানগী মরম হঙ্গৎপদা স্না পুক্লিং থুংদবা মরম করি লৈবননো ? মছুদি অঙথা পুন্না য়াম্বুংনা পাবুঙ্গা য়াম্বুং ২ গীগা মংশং তান্দুনা টক্রোং হোংজবা ডমজবশে মরম চন্দ্র লাইবেম্বী ১ না থৌশিনবদগী স্না পুক্লিংসু থুংনা তানফংজখিদমাংন্ন মতম অদুদা নিংথৌন রাশকুনা হায়খিমান্নে, "ঐনা নি লিবা অসিবু তানফংহল্লবদি নিংথৌনা ফম্বাল তোংবদা লৈমরোল ফমথোন ৭ হাপ্পুনা পাইথোম্বা নিংগৌ ঐগী লৈমবেল ওইবদি মরাম চন্দ্র লাইরেম্বী নং নহনা পাইথোম্বা ফম্বাল তোংলেই" হায়না রাশকুনা মরাম চন্দ্র লাইরেম্বী সাংসিনা থৌশিন্দুনা মরাম খুঙ্গাংগী লাম্নেংনদুনা মৈতৈঙুবু পন্দুনা স্না পুক্লিং থুংহনখি মরম অসিনা মরাম চন্দ্র লাইরেম্বী অসিবু নহনা লৈমরেল অতোম্বা ১ ফম্বাল তোংবদি হোংলরোই হায়না স্না পুক্লিংদা থনখিবনা দংগা ফম্বেদা থম্ববু কাখিদবনি । হাসি তাবদা সুম্রেন লাকপা ৬ না মন্ডপদা রাজাল্লদুনা হায়, মছুদি মনাও ঠংগোং মৈতৈ চৎলমদদি লৈমরোল ফম্বাল কাইবা চৎলাংম্ন অদুবু স্না য়াথংনা রাশকুনা হায়ব্রবনিনা লৈবাক তিন্ন খম্নফম থোকপ্র অদুগা ইবেম্ম লাইরেম্বী অদুনা মফম কদাইদা লৈরিবা ? লাংথোশিংবু কিনা অঙবশিংনা লোংনদা লাইনবা শখিবা শলেন অদুদা পমজরি ।। মরম পুন্না লনাই হৌরোয থংজবে য়াবা মথৈ স্না পুক্লিং কাইদনবা মতুংদা থম্নখিশি মংমন্ন মথেংলে থোকুম্নসে হায়নদুনা কুম্নখি ।। মতুং অদুদা মযুম ৭ কী লুচিংবা মথৈ স্না কোনুংদা কোংথংলে, কংলা রাযেন শঙদা অঙমবা পুমব, তিন্দুনা মৈতৈ লৈমরেল ফমথোন ৭ পু মরাম চন্দ্রদা হপ্পুনা মযুম ৭ কী লুচিংবা লৈবকী মমা ওইহনবা তাবে রায়েন মপুগী স্না নোংদমখ্রবনি তাদবা থদবা তাহৌবো রায়েন শোইকদবা মপু স্না নোংদম্নি হায়না অঙম শংনা তাদবা থংদবশিংবু থংহন্নি ।। খুদক অদুদা লৈবাক মীয়াম্ন খোল্লাও ১ ত ওইনা লাওনরকই "মরম অদু ডাইবিথো নোংদম শঙ্গলেন্দা ফমদুনা মৈতৈ চৎলম লুহিন অমুক্তা মিৎয়েং তাংখো লাইরকচাংবু নামুং থৌপুনিগন্ন নোংদমবা শঙ্গলেন্ন নোংদমবা চৎলম্ন চৎলম লাইরবচন্নি" হায়না লৈবাক রা–রা লাওনরে । খদক অদুদা অঙংবা ৬ না লৈবাক ইনিল চাওমনশ্লে লৈনংক ফনবা তৌভমশি । মযুম পুমবা লৈবাক্তা যাদব চৎমদা ঐথোযনম্নু থৌপুবোই চংলম কযদনবা হৈথোয় পুমবা থৌপুজনি মতমম্নু গেংনরে ঙসিগীদি হন্নবসি (চংলম লুহিন পুয়া) ফাকংদি স্নুমিৎ থাবু য়েংদুনা মতুংদা থনবা তৌরশি হায়না লৈবাক থংহন্দুনা রায়ন থোকুম্নবে ।। মতুং অদুদা লাকপা ৬ না থন্নে করম্নো হন্দকী রাশক অসি ঙম্বারু লুংখ্রদা, মশিবু মযুম ৭ নং চংলম কাইফদে চীঙ্গাক মীচাক তিন্নদনা লৈবাকী মথা ওইদুনা লৈমরেল ফমথোন কাফবোই হায়ব অসি লাইরকচন অচুমবনি লৈবাক্ত য়াদবা থংক্তা স্না পুক্লিং থুংনবনি হায়দুনা থৌপুকরে নিংথৌবেনশিঙ্গী পুযাবু থৌলংদবা তাগদৌরি, মসিবু মরাম চন্দু অসিনা থেকহল্লিবা ঙাক্তনি অদুগা মরাম চন্দ্র অসিন, সনা নাক্তা

লৈরিবা মথৈদি লাইনিংথৌ পাইখোম্বা তালোই ১ খিতুনা ফমবাল তোংঙ্ যারোইদৌরি মশিনদি রাশকম্বু কাইদনবা লৈবাক্কী নিংবম্বু থুংনবা মরম অসি ঐখোয়না থৌপুবা তাই । ইনাওশা মরাম চন্নু অসি মৈতৈশুদি থংহল্লনা মপুংদা থোরাংতুনা স্না নাক্তগী তানখিনবা শিনবা তাই নত্রবদি অকাইবা মথং মথং থোক্লকপা তাই হায়তুনা অহাংবা মতম য়েংতুনা মপুংদা থৌশিন্নতুনা লৈনখি ।।

লাংবচক্কী ৪০৬৯ নোংদালাই ১৬৬১ শকাব্দ ১৫৯৮ চৈথাবা ১৮ শুবা কৈশাম লংমাইগী কুমদা অরাং মকেং থাঙ্গাল হাওনা লান হৌরকুনা মনাও ইবুংঙো তাখোম্ববু লাম্মী থরগা থাথি ।। মতুং নুমিং ৩ নি শুবদা থাঙ্গাল হাওনা মনাওবু কোয়শিনদ্রে হায়না মৈতেশুদা পাওতম্মরে পাও অতু তাবদা মনাওবু কল্লুগে রাখন্দুনা ইংঙাম্লেগী মফমদা পাওদাকই ইদাইবেন চবেম্মা নাইতোম চাবী কাওরেন মনবু ওইতুনা নোংমা নিনিদং লৈরম্মু ইশানে ওখোমবু মকেং থাঙ্গালনা কোয়শিন্দুনা লৈরে অতুক চংলুখিগে ।। 'লাইনিংথৌ রাখন তেনবী ননাইনি ননাইবু থাদোকপা গন্নু ইশানৌবু কনবা চংচগে" । "থংডে ইবেম্মা নংন নিংলিনা রাথন্দো মাংফম থোকপা মফমদা নঙ্গ ঐগা মাংমিন্নগদবনি ঐ মতু নত্রে লান চংপনি কাংলি মপুং অসিদ নবু শোকহনগদবা পাইখোম্বা ঐ লৈরিভেদা মক তাঙ্গ হন্দনি"। ইশানৌ শগোল চপ্পবা লাংং চৎপা নংনে ঐনা শার্ক্রবা মথৈবু নতৈমবু শাতুনা লৈরম্মু যাম্বা অতুক চংলুখিগে নিংজবা খিবিক থুংনব ইশানৌ নংনা মরম পৃথ্বা শোয়দনবা তৌরম্মু । হায়না শিন্নবম্মগা শগোল লানশা শগোল তোংতুনা মকেং থাঙ্গাল থুম্নাও য়োরকুনা অনাম্বাইগী লনফমদা মনাও ইবুংঙোবু কন্দুনা নিংঙাই চাওবা থাঙ্গাল লাম্মী ( অমুকশম থাঙ্গ পাও, তয়াংশুক ) লুচিংবা (৩) বু ফারগা ফিবোং চমেল্লান. মাঙ্গান পুকৈলোনবু হাওপোং (৩) থোমতুনা কংলৈদ লাক্লে ।

মপুং অসিদা মনাও ইবুংঙো শগোল চপ্পবা লাংতেংঙম্বনা মরাম চন্নু 'অকি তুজুংহন্দনা অহিং খাংনা মনিং থুংনবা থৌগল্লি । লানলোইতুনা থেঙ্গারকপা অহিং অতুদা মনাও ইবুংঙো লাংতেংঙম্বনা নোংলেন শঙ্গী মপাল্লাংদা মরাম চন্নুগী থৌগল্লম্বদগী অহিং থেংজিন্নকুনা ফক্লাংদা তাহনা তহাক উইবগুম তোউমথ্রমাল্লে, খুদক অতুদা অঙম্বা ৬ মা মশক্কি থংহন্দনবা তোংলতু । শঙ্গা চিরা ৪ দা মৈ চুহনা মরাম চন্নুদা অয়াকপা রাইহনা চৈ "মরাম চন্নু হকাইদবী চৈতৈ চংলম থৌলিংদবী নংনা লৈবাক্কী মমা ওইতুনা লৈমরেল ফমথোল ফম্ববু নভিক শুম ওইরা" মিচৈন থাংবা য়াদনা মফম অতুদগী তাম্মোকুনা মাইগৈ থংদনা চংথরে ।। মনাও ইবুংঙো লাংতেংঙম্বা অঙাং থরগা ওইবগা করি তৌবদি ওমদনা মরাম চন্নুনা চংখিবা মাইগৈবু য়েংতুনা মিংশন্না ইরা চেন্দুনা লৈখি ।। মরাম চন্নুনা মিংশন্না ইরা চেন্না হায়জবদা অওমবলিংনা মৈতৈ মৈশা কনখিবনা মাগী কন উত্রতুনা অহিং অতুদা মফম মাইগৈ থংদনা লাকপনা ( ঔরাং চাউগোন

হিদেন ) হায়রিবা মফম অসিদা রাংলেন ঙাইহাকপু পোথানা রাখল্লি ॥ "ঐবু ইপাম য়ুমদা চংবগু য়ারোই মফম কৈদা চৎশিবা মফম অশিবু ইপাম মরাম খুঞ্জাওদগী লাকপা মতমদা মৈতৈ কংলা য়ৌদোরে মফম অসিদা ঙাইহাক অৱা পোথাদুনা লৈরম্মু ইদাইরেন নংবু ননিং তৌনা লৈনবা রাংলেন পুংলুপ ১ তং নিংথৌ ঐবু থৌরাংঙ্গে তাকপীদুনা মুজা লাইবক খিবীবু থনম্মগা লাইনিংথৌনা স্না কংলাদা লেংখিবা মফম অদু য়ৌরবোইরে ঐনা মফম অসিদা অৱাবসি থাংদুনা লৈরবদি লাইনিংথৌবু লেংঙক্নুনা মফম অসিদা ঐবু পিবিরকখিদ্রা লাইনিংথৌনা কংলাদা লেংঙৈদি লেংঙক্নুনা ঐবু অমুক লৌবিরে অদুনদি করিগুম্বা মতম অসিদা ঐরাং থাঙ্গাল লাল লৌইদুনা চল্লকপা থেংক্লবদি লাইনিংথৌনা ঐবু খিবিংক্নুনা মফম অসিদা উনবা য়াই থন্দুনা ঙাইহাক লৈখি ॥ মফম অসিবু পাইথোম্বনা মরাম চম্নুগা লোয়নদুনা য়াংলৌ শাংনা লাকমিন্নবদা অৱা পোথাফম ওইদুনা মরাম চপ্পবু থনখি হায়দুন মৈতৈ য়ুম খুদিংনা অৱা পোথখেন হায়ৱদগী অৱা কে ক্লথেন হয়, মতুংদা ( ঐরাং চাউগোন হিদেন ) হায়খি ।

"ঐরাং চাউগোন হুদেন্দা তারিবা লৈরাং নাচোমশে
পাম্নুবা কলাগী লৈরাংলা লৈরাংনা মরাক শাম্নদ্রৈ
নুংশিনবা লৈবরা লাক্তু নবু খুঞ্জারা" হায়না য়ুমথোং খুদিঙ্গী ফেংশু লিরোন ওইনখি ॥

ইবেম্মা মবুংঙৈবু ঙাইজবা নোংঙাল তুবু উরক্লবদা থল্লকই মফম অসিদা ঐনা লৈবশি অচৎ অওকশিংনা উপ্পগা মরাম চম্নুনি হায়দুনা ঐবু খুঙ্গোইনরনি, ঐরাং য়াংলৌ ইন্না চ লবশু মৈতৈ থেংক্লকপনা হাল্লনি অদুনদি চীঙ্গোন অসিদা চংদুনা ঙাইহাক লৈখিগে থন্দুনা চিংমৈ হৌখিদগী থা- নাংচুপ পাংবা চীংলেন নাপোম ১১ শুবা চীং, ঐবাং ইরোক ১২ শুবা ঙাংজেং পুন্সি লোকপু ঙম্না লাকই । মমোম তাইবং শাথোকথিবা ইংঙাল্লৈনা নিংস্না ইরা চেম্না লাকপবু পস্থৌ মুরাং নিংথৌনা উদুনা মমোম্না লাকপা মায়গৈদ। থোরক্নুনা মুরাং লোক্লেন ঙাংজেং মম্বীলোক্তা থত্নুনা "পারি লাংলেন তাইবং থোকওমলুবগা করিগী অদুক রাওমলুবনো নঙ্গী লাংগুন লোইবগী তৌবনি ইপানা লৈরিঙৈদবু ইমোমগী লৈকম লৈতবা হৌনবরা ইচাগী লৈফম ফল্লেন লুচিংকম্মু নকা চাওনা লনকল্লি, ইমোম্মা খোয়দাবা লৈতৈলক্তা শাথোকখিবা লাইনিংথৌবু লাকখিনি পাউমেল পাউরো রাংলি, ইচাগী নুচিং ফম্লন্দা ঙাইওমখো কংলৈ অসিগী কুমডগী শৈগৈাদা লৈবাক নিংথৌ অফ-ফত্তা পাউদাক পাউজেনবিনব। ওইদুনা লৈপদবা ইচানি ইচাগী পাউজেন তারগা অমাই অনপ লৌশিংবা ইরাং থৌনিদুনা থেংজলম্মু খিনফম্মু ওইরগদবা ইচানি থমচং হিখোই লৌশিং লৌনম্বী নবুধো খোঙ্গ লাইরেম্বগী থোংখিন লমথিল্লকপবু ইমোম নঙ্গী, নশাইকোন্দা থিংক্নুনা ইচানা মযুম য়ুমফম অফ ফত্তা নোংদম্মা মপোক লাংওন তম্বগদব নহাক্লি । য়াইময়াই তাওদনবনা শোংলেন ময়াং লাক্লা চীংকম্বা, লোইয়ারাকপা থোংফেন থৈবনা থুঙ্গং ৭ হুয়েন

লালোইপুং, চীংঙাংবা য়োংকী থেঙ্গুগুনা লালোইপুং, ভথেল লাকচীন ফম্বা য়োংকী থেঙ্গুগুঙম্বনা লমকনবা চীং, চীংমুং কৌবা চীং, খোংনাং কৌবা চীং, ঔরাং কৌবা চীং, নোংপোক কৌবা চীং লৈফম অসিদা ইমোমগী য়ুমফম শঙলেম্নি মফম অসিদা লাংলেন নংবু লৈগুম্না কোরৌ অসিদগী" হায়দুনা মরাম চম্ববু পম্বৌ মুরাং লাইকোল্দা থুপঙমখি ।।

লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা থাঙ্গাল ফারকপবু মনাও ইবুংঙো হুয়েল লাঙ্গং শাফবা তাখোম্বগী মফমদা শিন্নহুনা পুরকহল্লগা অহিং অতুদা শগোল তোংহুন চেনগৎলক্রে ।। নোং তেক তানবদা কংলাদা থুংহুনা নোংলেন শঙ তম্না লেংশিল্লকই ।। নোংলেন শঙনা মৈ চাকখিহুনা উৎ ওইনা লৈরম্বা, মদাইরেন্না লৈরমদবা অতুদা মচা কায়নম যনবাগুম ইকাই তুজু লৈকনা মাইগৈ শিন্না ইংঙাল্লৈবু কৌহুনা খিরকই ।। খুদক অতুদা মনাও ইবুংঙো লাতোংগুম্বা শগোল তঙ্গাবনা মরম পুম্না তমহুনা ঔরাং পানা মযম খাদনা চংখি তায়হুদা ঔরাং পানা থোংরক্তুনা মপাবুং চীংমৈ হায়থবা অরা পোথা হিদেংবু য়োংক্তুনা মফম অতুদা লৈরমগব্রা হাবক্নুনা য়েংচি ।। মদাইরেন্না লৈরম্বগী খুদমদি উবক, মশানৌবদি লৈরমদ চংখিবা লমদম্নশু খংশিন্নবদা য়ারা খোনথম থোক্ল মুংশি কাইন র,শক্ল থম্মোই খিংনা চাকশিবন মদাইরেংবু কৌদুনা নাওপেম নাংগুম্না নংঙোন লুকই ।।

'চীংদা শাংপা ইংঙাল্লৈ
চিন্নদনা কেমখিদা কল্লকই কল্লকই,
অবা পোথা হিংরাথেন্দা লৈরমগব্রা লাবপবু
লৈরাংবু কেমহুনা মাংগ্রবোই কল্লকই কল্লকই ।।
লৈরাং নংনা কেমখিদা মমুং পাউজেল ওইদনব্রা
শিঙঙেনশু মরাক শামখিদে
লৈরাঙ্গী লৈখোকশু লোয়খিদ্র
লৈরাংবু করম্না কেমশিবা কল্লকই কল্লকই ।
লৈরাং মথোং কাজবী ইংঙাল্লৈ কৌবী নম্নাকপু
অম্নাং লোইবা চীংরাংমদগী চংরি মপান থারকপবু
হাবম থেনবা পাইখোম্বনা মৈতৈ কংলা ইরাময়াই
নোংলেন শঙদা থারগা, পিবা ফম্বাল লাংনদা
লেম্নজবা ওইহুন, ফম্বাল লাঙ্গে থোপুনা,
মমুং মতম চাজ্রিউদা মালঙ্গী ইহুন কনবনা
লৈবাং নংবু কেমগ্রবোই কল্লকইদা কল্লকই ।।"

হায়না কৌদুনা মফম অতুদা মৈচাক থাংলম্মি ।। থৌরম অসি মরক ২ না তারহুন ষ্মা মাক্তা

শাঙৈদা উরেপ চার ওইনবা, অশৈ থোংদাং লেংনা, অমাই অনপ লৌশিন্না কোংন্নাং শোইনিফম কৌবা মতাইমদি, খুনফম চীংনা তাবা, ঙাংজেং ঙানা তাবা, থাংজা মশিন নাইবা, য়োথাম ভনং ভনং ভাবা চীঙ্গী, নোংবান মনিল নাইবা, ঙাংজেং পুন্সি লোক, খরৈ লেন্নৈ কৌবা লোক, চীংলোন নপোম ১১ ঔরাং ইরোক ১২ শুবা চীঙ্গী চীংমাংদা পাউজেল পাউরোবু ঙাইতুনা ভাঙমজবা ওইরবদি পুন্সি মবা তানবা যৌনি ফমলেন ওইশন্নু, স্না, লুপা ভাঙ্গা থাঙম্না পুন্সি লৈনিববু কুমজা খুদিঙ্গী পাউজেন ভানফম ওইশন্নু ।। ঈশানৌ নংনা থোংঙাক মচিংথেন, মকোই মুংঙোন চীং, খমন্নুং মিস্ন, তানা লুকক চীং, রাবা ফে লাওবা চীং, মুরাং মশাইকোনবু থোং-শংবী, খমন্নুং হিকোই নুংওনবী লাঙ্গোন লৈমা কৌবশি ঙসি গা হৌনা হায়রম্মনা মিংস্না ইরা চেন্না লাইনিংথৌবু হল্লক্লে ।

লাংবচক্কী ৪৭৭১ নোংদালাই ১৬৬০ শকাব্দ ১৫৯২ চৈথাবা ১৮৭ শুবা পৌনাওজম লোকখুগী কুমদা পাইথোম্বা নোংমত পুক্লিং মুংঙাইনা নৈতে মশানৌনা মুরাং লাইকোন্দা নাইবকচন ওইনা লৈখিবা অদুত, খন্দুনা লৈ নোং কোরৌ অমগী মংলানচন্দ চবোংথা নাঙ্গোন লৈমনা লাইনিংথী কয়িগীদমক্তা স্না পুক্লিং রাঙস্বনো স্না ফম্বা। লাংনবা নিংথৌরোন পুয়া থানবা রাখা তৌবা, মালংনা ইতুন কনবদি লৈবাং ওইবী ননাগী, লোইবা যক্ষেন মরক্তা হেঙস্নকপ ওইবনা মালং ইতুন কনবতনি, ননাও ঐন শাংলুবশু স্ন পুক্লিং থুংনবা লমজি থাংগন তেংবাঙ্গে হায়না ইপোক লাবৈ ভম্বনি ঐন নিংশিংজবা মবম অসি থৌরা বিদব তৌবিনু পিব নাওদা কাংফদে ।। ইবুংঙোনা ফম্বাল তোংম্রবদি নচা ননাও পুম্বনা লোইনাইরোই দৌবে স্না ফম্বাল মুমিত্রা ননাও ঐবু লাক্কুনা স্না ফম্বাল থেমনৌক্তুনা নৈকংলবা ওইক্লগে অবা মেশ লাংঙন্না থাংঙমতুনা লৈনশিবু কবম্না যেংতুনা লৈশিগে, ননাওব লৈঙম থাংঙম্বা ঙমদবে" হায়না তাক্লম্মগা মাংখি লাইনিথৌ খোয়েন মিকপ থোক্তুনা মংলাংবু খল্লুগা অমুক হেন্না রাঙমংথ্রে । মতুং নো মদি পাংথোম্বদশু মথং থনবা তোনশেনঙম্বগী মংদম্নু মবুংথো পাথ বনা পাউরক পাউজেল থমা তাকঙম্মী । মংলান অদুবু মযাম্নুংগী মফমদা ভমগে হায়তুনা অবুক অঙনবদা ইক মাইতংবগা স্না নাক্তা চংলকই ।। মনাওবু উবদা 'ইশানৌ ইবুংঙো চংলকউ য়াম্বদা কদি থ হম্নিংবা লৈনা"! স্না খুম থাদা মংলান-চান অমতংবু পাউদমজগে লাকচবনি । কদাই ইনাওগী মংলান অত্তু ত নিংঙি ।। ঙংসগী মংলান অসি অয়োন অরান ঙাকপীনি, হক্ষবা য়াদবগী ননাওনা হক্ষংচবনি, ইংখৌনা লেংলক্তুন ননাওবু কৌথেক্তুনা "তোনশেন ঙম্বা নয়াম্বুংনা নিংথৌগী রাশক কাইতুনা ইমা মশক থংহল্লবে, তোনশেনঙম্বা মুক্তু শঙলেংদা স্ন লিফক থাতুনা এগী লৈথেৎ লৈবাং ভম্না ঐবু পুকমজৌ নিংথৌ ফিরোন শুনা কত্তুনা, নচ ওইনা পোক্লগে নয়াম্বুংদি মাগী রাশক্তা পুনথিবনা নাওদা ইকাংহনখরে" অশিবু হায়রগা অত্তুম মাংখ্রে । চুম্মি মথংথনবা য়াম্বনা মরম পুম্বা হায়রবতুনি । ইয়াম্বশু

ইবুধৌগী নোংদম অমা ফংতুনা রাখন্দুনা লৈবম্মিবা অসিনি ।। মংলান অতুদা ইবুধৌনা লক্তুনা রাশু ভাংদে লিকং ১ গা তেন ১ গা য়াম্বদা পিনবী য়াম্বনা পুরুম্বশু চন্নামক্তা য়েংবীদনা অতুম চৎথ্রগা শঙ্গুরৈ মথেং থুমন মরুগী পুঙ্গৌ লোন্নবা মরক্তা থৌত্ন ১ দা ফমতুনা তুমিন্না লৈখি, মতুদা য়াম্বশু মিকপ অতুম থোক্লে । ইচন ইনাওগী মংলানগী অশেংবা মরোম্দি মরুওনা থক্ দবনি, থন্নতুনা মরু ২ বু তম্পাক য়ুমদগী কৌথত্তুনা হংভি । মরু থেঙ্নানা হায়, ‘লাইনিংথৌ লিকং তেন অসিগী মরমদি মীরোন ১ গী তুংদা থোক্লগদবা ভাকপনি, অতুগা নবাওগীশিনা য়ু চাক্কৌ রানি নবুধৌবু শায়োন লবে লাথুপ শান্নগদবগী ভাইতুনা লৈরে, মসিদা ঐ.ঙেল্লুনদি ফম্বালগী রাখল লৈখিদবা অসিদা ননাও ইবুংঙোশু ননাও ইবেম্মা থমত্রবনি, মবম অসিদি রাখন তৌবিবনা ফগদ্রা থলি” । থংজরে মরু মবম পুম্বা শঙলেন মপু নংদম্বা মরুগীন। কনদৌবা ফবম অতুশু মতাজনিংঙি ।। ঐ.ঙেভ. মরম অসিদা থোইনা অয়ুক হঙ্গৎনিংভাও লৈতে অতুগা তৌবিগদবদি থুৎলৈওদি থবা থুনা তাবিনা ফগনি নপারি নাওরা ওইমন্নগা য়ু পুরিং রাগনি । থংজ্ব মরু লৈবাক্তা নিংবা থুংবা মরম অতু থৌপুজনবা তৌজরগে হায়না মংলানগী থৌদোকপু লেপ্লে ।। লংবঙৌ ৪৭৭২ নোমালাই ১৬৬৪ শকাব্দ ১৫৯৩ চৈথাবা ১৮৮ শুবা থোদাম থং– জ্রোম্বগী কুম কাংলনগী ওনি প্পানবা লেবাকপোকপা থরাই পিচা লিক্রা শাবনা পানবদ চাওবম থমন শেংংবা ময়াং থোম্বগী মচ চাওবম চম্নু পোংলেন থেম্বীনা ওচথম ফম্বাল লাংতুনা লেমবেল ফমথোন ৭ পু হাপ্লে । মতম অসিদা মদাইবেনবু নিংশি লক্তুনা মিৎশ্না ইরা চেন্দুনা মদাইরেন্না লৈখিবা মাইগেদা ওন্দুনা ফম্বাল্লোন নাওথেম ইশৈ ওইনা শক্লে ।।

চীংগী শাৎপী ইংডাল্লে  
নোংলেন শঙদ থারম্বী,  
শিঙজেন লৈরাং তোমশাৎপী  
লৈরাঙ্গী মরাকশু শামজনা  
চিন্নজনা কেনখিবা কল্লকই—দে ।।  
ঙবাং লমদা চেল্লিবা  
লোইবী চীশাং মনিংথৌ  
মশাইকোন্দা শাৎলম্বী  
শিঙজেন লৈরাং নহাকপু  
ইরাম য়াইদা থাবগা  
পাখঙ্গী তোলোক থক্তুবু  
লৈথেৎ লৈরাং ওইতমগে

নিংথৌনা রাখন তৌহুনা আ-পুরকই, পুবকই—দে ॥
লৈবাং মানবী ইঙাল্লে,
লৈথাংবু ওইব নহাকপু
কংলা মোম্বী ইশাইকোন্দা
নোংলেন শঙবু শানা থাবদি
মালংনা ইহুন কনবনা আ-তানথ্রে, আ তানথ্রে দে ।
লৈরাং মানা কেনবদি
শিঙজেনগী মরাক শামথিদে,
লৈরাঙ্গী লৈখোকশু লোইখিদে,
মালংনা ইহুন কনবনা
মমুং মতম্ভ চাদনা আ কেনবনি, আ—কেনবনি দে ॥
মালংবা ঐশু কৈদৌদে, শিঙজেন্না লৈচৌবকপদা
লোইবী য়াম্নেন লঙবু লৈরাংন শাংওম্নকপনা
শিঙজেনগী মথোকপু লোযদ্রিইঙ্
মমুঙ্গী মতম্মু চাদ্রিইঙ্
মালঙ্গী ইহুন কন্দুনা আ-কেনথ্রে, কেনথ্রে-দে ।

হায়না লাইনিংথৌনা শৈচৌরগা ফম্বাল কুম্ব মতমদা অশেব রাইথোম লমহিংনা লিরোন অসি তম্না শৈশক্তুনা ফণাল কুমহুনা স্না শঙলেন্দ লৈশিনখি ।

ফম্বাল তোংবা কুম অসিদা মথংখনবা তোনশেন ভম্বনা ইরাংলোন ভাংবম চন্দ্র ভাইখো ভর্ণাবু লৌরে ॥ চৈথাবা ১৮৯ শুবা থুমুকচম য়েলজ নোংদালাই ১৬৬৫ চৈথাব ১৯০ শুবা হাওরোইবম তাবাম্বা নোংদালাই ১৬৬৬ ॥ চৈথাবা ১৯১ শুবা লৌক্রাকপম পাইরো নোংদালাই ১৬৬৭ ॥ চৈথাবা ১৯২ শুবা মোইবুং লোকপম পয়া নোংদালাই ১৬৬৮ । চৈথাবা ১৯৩ শুবা চনম্বম শমুরোক নোংদালাই ১৬৬৯ । চৈথাবা ১৯৪ শুবা বাংথৈলাকপম লোম্বাই নোংদালাই ১৬৭০ । চৈথাবা ১৯৫ শুব শোইবম খম্ব নোংদালাই ১৬৭১ কুমজা ৭ ফাওবা ইবেম্মশিং অমতা নাওদাখিদ্রে ॥ মতম অসিদা লাইনিংথৌনা খল্লি, "করম্মো ঐনা লংজখিবদগী ইন ও ইবেম্মা অসি যাওবা মচা ফংলোইদৌববরা অহুবু ইনাওগী মংলানচান্দশু ইবুংথৌন তাকপীহুনা পাউদমখি অহুগা মরু ২ নশু যাম্না মুন্নমু তাকপীবদগী ইনাওগীদমক থন্দুনা লৈমরেল হায়োন মসিদা ঐনা করি অমুক থৌশিনবা রাজনা ইনাওনা মচা ফংদ্রবা" হায়না রাখন্দুনা ভম্পাকয়ুমদগী মরু ২ বু কৌথজনা ময়ম অহুগীদমক্তা হংজে ॥ মরু খোংনাংথাবমা হায়, "মৈথৈঙ নবুথৌবু

ভাইবংলেন্দা খোকঙমগাদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি মশিদা খোকঙমদবা অসিদি লাইনিংথৌগা ননাও ইবুংঙোগনা নবুধোবু চাজা অনৈবু য়ুমকোদবনা চংঙমদবনি” । মতুদা থেঙ্গানা হায, লাইনিংথো হন্দক নবুধৌগী লাংঙন অসিদি তায়দনা খাজবা লাংঙন নত্তে. উদময়েখ খাজরোই অখঙবনা খঙ্গদবা লাংঙম্নি, অদুগা পলেম মমা শাবদি ননাওইবেম্মবু শাহনবিয় শোয়দনা ফংলনি অনৈ চাজা য়ুমকোয়বদি মত্তম অসিদা ইবেম্মা লৈমরোন্দি য়াওহনলিনু নবুধোন. নংওবা অঙ্গো অঙ্গা পাল্লনা মতমদা ইবেম্মবু লেংশিনবা য়াগানি ইবেম্মদি য়োকচবী নাওয়ে ইবনে পোকচবদি ননাও ইবেম্মনা পোকচবান ।। মরু -গী রা তাবদা যুজুক শঙলেন লৈখুন্দা মথক্তা শঙলেন অহনবা ১ খুনা শাবে স্না লিফক লুবাং নোংফং তৌন, ফক্লেন মরাক ময়ুং মাম্নবা ১ চুম য়ৈত্তুন শংতুনা থয়ে ।। কমেং শাংগা খুংলেং. নমদাং তোলোক নিংথৌ কিরোন শাইচোনব, লৈথেং লৈরাং লুরাং তাকোন- খম্বাল অঙাংবা মনা ১০৮ পানবা, খেদু অঙাংবা থানা স্না লিফক মথক্তা থারে ।। মেনথাং চাকহাওগী চেং অকুপ্পা, লম্পোং হৈফাং, শঙ্গোম চুহী, খোইহিনচিংব, চাইরেন পুথম ১।। নৈদুনা থয়ে । পোহরে চাওবগী চং চাইরেন পুথম ১দা হাপ্লগা ওম্পোং হৈফাং . গা ক মনা, হৈ মনম নাইবা হাপ্লনা স্না হাঙ্গ লুপা ত ঙ্গা থাদুনা থেঙ্গান থোরাং পুম্বা লোয়দুনা মচ শকপা চুথোই শংলেন শংবব থাদুনা শঙলেন্দগী নোংদম মরু খোংনাং খাবা লোয়াংববু পাউদাক্তুনা কৌহল্লুরে । মকবু লাক্তুনা মনাও ইবেম্মা ঙাংবম চম্প ভাইথোং ভম্বীও মফম অদুদা চংলক্তুনা পৌনিগাদবগী ফম্বাল লাংদুনা লৈঙমজরে । লাইনিংথৌগা মনাও ইবুংঙোগ ২ বু মবুধৌ থাগোম্নদুনা শঙলেন মপাল লাংদা লাইনিং পরে খান, স্না ফম্বাল লাংনা লৈরে, থেংগ্রগা লুথোই শঙলেন শঙবগনা মরুগী তুং ওইনা ফমদুনা মরুগী পাউদাক ভাইদুনা লৈরে ।। মবনা ফাংথোং ৪ মক্তা খুবাক খুদুনা “সনা হেম্বী থোরকও হুবাক লাইকা শাবিগে খুবাক লাইথম শাবিগে পপ পপ চ চুপ” হায়দুনা চীন (ং, কক চুপ্পুন নাওহেম্মগা চাইরেন পুথম অথেনপোৎ ময়াদা স্না বোনবাই পায়দুনা “ভী কংলৈবু লম্মহল্লো স্না হিং মিকোনবা, স্না হিং মিকোনবা, স্না হিং মিকোনবা স্ন হিং মিকোনব” খোরক্তুনা স্না তাংবন থক্ত ফম্বাল লাংদুনা লৈঙম্মী (রেরে) হায়না ভাইদুনা থয়ে ।। “তাওরোইলাইগী মমিং ২ না শজিক থবা ওইথিবনি ।। নপাম যুমকো চাক চারো অনৈ চাজা থগ্ররো” হায়না কংলগা (হৈং হৈং) হায়না যেংবদা মরুন নাওরা ওইগদবা ল ইবু উরে মকনা মিং উইশিন্দুনা লীক লৌদুনা হৌরি ফান্দুনা স্না লিফক মথক্তুগী চিংলক্লে । “তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা, তমফায়াই অহনবা. তমফায়াই অহনবা” লীকলন লীকপু ১০৮ হেক পায়বদা স্না লিফক মথক্তুগী লৈচিনগুম্না থেংদুনা মনাও ইবেম্মা ভাইথোংভম্বীগী লুবাই তম্না চংথিদুনা য়া লম থায়না কুমথিহন শিয়োমল্লংদা লৈথি । খুদক অদুদা ভাইথোংভম্বীবু উপ্পা হেক তুথি, মরুও মিং হেক পাংথোকই, খুদক অদুদা লুথেইনা মনাও ইবেম্মবু মংলেম

থক্তগী কোনথত্তুনা মকগী নাক্তা ফমহল্লে ।। মতুং অত্তুদা মকনা হায়, লাইনিংথো হাক্লা কুইরয়োই মনাও ইবেম্মা নোংমা নিনিশিদা রাঙ্গোন শঙ্গুম্নবা য়ারক্লনি হায়না ভাকপীদুনা পূরুম লৈপাযবা লোইদুনা লেংশিনখরে ।

লাংবচক্না ৪৭৮০ নোংদালাই ১৬৭২ শকাব্দ ১৬০১ চৈথাবা ১৯৬ শুনা চৈশ্নাম কিয়াম্বগী কুমগী শৈহো মুমিত্তা মরু খোংনাংথাবনা লাইনিংথোগী মফমদা হায়, লাইনিংথো ওসিদি মনাও ইবেম্মা রাঙ্গোন শঙ্গুম্না মুমিং ওইরে অহিঙ্গী য়ুংথক থানবদা নপারি লাংওম শাথোরুভমংলোরি । মরুগী পাউদাক ভাবক মরম পুম্না থোরাংদুনা মনাও ইবেম্মা ফুংক শওলেন্দা রাঙ্গোন শঙ্গমথবে । মক ২ গী থোথনবা মাইচৌ লুখে ইবু চৈনা তুংইন্দুনা শওলেন্দা লৈমিন্নদুনা থোবম পুম্না য়েংমিন্নুনা লৈমিন্নখি ।। পাইথোম্বা, মনাও ইবুংঙো, ইবেম্মা পোংলেন থোম্মীনচিংবশু শওলেন মপাল্লাংদা থোরাংদুনা লৈভম্মী ।। মতম অত্তুদ মক নোংদম্বনা অহিং য়ুথক রেক থানবা মতমদা মনাও ইবেম্মা ভাইথোংশুবু ম্না লিফক ময়াদা খুৎশম্মনা লৈহন্দুনা লাইনিংথোবু মিকৌদুনা নিংথন যিংথৈ তম্লক্লে ।।

"হে ইবুংঙো পাখংবা নঙ্গী মেকববু
ম্না কুপ্পা কুপ্পা বুপ্পু লুপাগুম ওবংবনি ।।
মকবা মক পুক্সিবনা কংলাগী চিথেক ৪ মক্তা
ফম্লিবৈগী নামংদি মুক্শিল চৈবা কৌই ।
হে ইবুংঙো পাখংব নংনা লোক্লে চিন্দুনা
মেনগী মথক্ত, ফম্নম্বগী নমিংবু মেন মনিক কৌই ।
ইবেম্মা লাইশ্নবা লুরেল লৈচাও চিন্দুনা
ওইথম ফম্বানবগী মমিংদি ওম পোকপী কৌই ।।
ওম পেংকপীতু তকুপ তকুপ তাওকুপ তাওকুপ কৌই ।।
হে থাংজিং নঙ্গী অকবা বানি,
হে থাংজিং হে থাংজিং হে থাংজিং
নংনা চৈনাং খুত্তা পায়রিবৈগী রানে ।।
লৈমরেম্না নোংলৈশং চিক্লিবৈগী রানে ।।
নমিংদি অঙ্গো কৌই ।।
ভিন শিদবা লাইবেল শিদবা তাওবোই লাইনা
থোক্লই মশুং মশুং মশুং ভাবগুম ভাবৈগী রানে ।

মঙাং মকনে লুপ্নাং মরুনে খুমন মরুনে
মরু ৩ মরুা কংলাগী মেন্দা
লৈকা য়াকা চীক রো রো হুম হুন" ।।

খুদক অতুদা ইবেম্মা ঙাইখোংঙম্বীবু উপ্পা হেক্তা তুখি মিকুপ্তা নাওরা ১ য়াংলম খায়না চেংথোক্তুনা স্না লিকক মথক্তা হুঁঙা হায়না লোংনা তেক ত্তাহুন। লৈরে ।। থেঙ্গ্রাগা লুখোইগা ২ চংহুনা ইবেম্মা ঙাইখোং ঙম্বীবু লাইকন্নহুনা থম্মী ।। ইবেম্মা লৈমরেল পোংলেন খোম্বীনা শঙলেন্দা স্না লিকক মথক্তা লোংনা য়াত্তারিব। নাওরা অতুবু পমহুনা মফম অতুদগী খোকথিহুনা লৈবাক নাংথো তুবা ফম্বাল উযুং মখোঙ্গী ঔবাং কৌরু পাংবা, ওইদপুঙ্গী চিংখৈ পাংবা, কুঙ্গোইবগী নোংচুপ, য়াখিরোক্তী মবক অহাঙবা পুং মথক্তা যম্লগা মমাই মুরাং উকোললোমদা শন্দুনা মখোং ২ তিংথোরা যম্লগা মপারি ফৈনা পমহুনা মরাম চম্নু লাইরেম্বী ইংঙাল্লেবু কোহুনা মিংসনা ইরা চেন্না হায়নকই ।

"ঔবাং লমদ হেনবা মনিংথৌগী মমোয়োই
নোংলেন শঙদা সনা খুংনা থারম্বী
করি মবাল লৈহুনা শিঙলেন নংবু কেনখিবনে
লৈরাংবু মরাক শামদরি মতাং চারে লাকঙম্মো
পলেম নংবু নত্তুনা নাওর। অঙাং অসিবু
খোয়্নাং কনানবু ইনগদগে ইমা নংবু থোকঙম্লক্লো
নপারি নকয়্নাংদা লৈশিন্নবগে" হায়না মিংসনা ইরা চেন্না কৌরক্লে ।।

ইবেম্মগী মিকপ থোক্লেন ত্তাবদা ইংঙাল্লে খাংঙমদহুন, ইবেম্মা পোংলেন খোম্বীগী লকান্নংদা সনা ফম্বাল লাংহুনা মপারিগীদমক্তা খোয়্নাং ওইন। নোংময়া পিঙক্লে ।। খোইযুমগী নোংদম ফংলবদা পোংলেন খোম্বী মপারি খোয়্নাং মায়য়োক্লহুনা নাওরাগী থাবোন থন্না পিথকই । ইবেম্মনা তৌরিবা উবদা পা ইখোম্বা ঙক্লহুনা মংৎৌ য়েংহুনা লৈ । খুদক অতুদা মরু ২ না মনাও ইবেম্মা ঙাইখোংঙম্বী, মনাও ইবুংঙে মথং থনবা, মাইচৌ লুখোইনচিংবা মফম অতুদা লাকুনা লৈমরেন্না খোয়্নাং ইল্লবু ঙাংনাক য়েংহুনা লৈরগা মরুনা হায় । "অঙকপনিদা লাইগী ঙাংয়েন শোইফদবা হায়বশি থৌঙম্লবা থৌশিনবা হাযবা অতু ওইরে" । মনাও ইবেম্মনা চাবোকপী ইবেম্মা লৈমরেম্না নাওয়োকপী, নাওকনবীনা মরু লোয়াংবা, মরু থেঙ্গ্রা, লুখোই নাওয়েংবীনা পাইখোম্বা লাইনিংথৌ তোনশেনঙম্বা শমু মীকোক ৭ না পোকপা অশিদা শিংথাবদা য়াওক্লিবা অমনা মচা কৈদা শোইখিগদগে হায়হুনা খোয়্নাং মায়য়োক্লরিদা মুংশিদা হায়রগা মরুবু তুমিন্না হেক লৈখি । মৈতৈঙনা হংঙি, "মরু পাউদাক অসিবু শিংথাবদা য়াওদবী কনানা খোয়্নাং মায়য়োক্লরিবনো"? লাইনিংথৌ

মরম অসি হায়নরম্মুশি স্না পুক্লিং ৱারনি ।। থংজরে মরু অরম পুম্বদা কাওদ্রবী মাগী ৱাথ‌ুনা পুস্লিগী মতম ঙাইরবা ৱারেপ থমদবা পাইথোম্বা ঐনি” হায়রম্মগা মিংম্ম ইয়া চেম্না লেংশিনখি ।। মতুং অতুদা মথং থনবা, মনাও ইবেম্ম। ঙাইথোংঙম্বী ২ না ইবেম্মা লৈমবেনবু থেম নৌনা শঙ্গাইদা পুশিনখ্রে ।। মরু ২ শু মরাম য়াইদা কুমথক্লে, লুখোইনা মরুগী য়াথং পুত্থনা শঙলেন্দা হুক্লিন্দুনা নোংদম শঙলেনবু শঙতুনা লৈখি ।

মৈতৈশু ৱাথল অতুনা নোংমা নোংমগী থুমহৎলক্কুন নুংঙাইফম থংদনা ইরক্লে মতুদা মনাও ইবুংঙোবু থাক্তুনা মরু ২ বু কৌথক্তুনা মচা ইবুংঙোগী মপোক ময়িবু য়েংহল্লি । থেঙ্গানা হায়, লাইনিংথৌ হন্দক লাইনিংথৌনা মচা ইবুংঙো অসিগী মপোক ময়িবু চঙী মতম থরা ইদা য়েংদনা লৈরম্বশি নচা ইবুংঙোগী য়াইফবা অমনি ।। নচ ইবুংঙোনা চৎলিবা মপানগী চৎলমগা মপোক্ক কৱিমতা হোংনবা লৈতে মমাম্নবগ শাম্নরে মানা লুচিংবা মওইবা, হক্লিম্নকপ মতমদা কংলা মেনশঙদা ফাওগৎলক্লগা চাংদম পুঙ্গী থৌরাং পাংনা, থুমন পুঙ্গীনা মৈরম পাংবদ থারিবা মুংফাল অসিদা মুমিং থুদিঙ্গী ফম্লিবা অসিদি নচা ইবুংঙোগীদমক্তা নবুথৌ পুম্বনা থাবিরম্ব মুংফাম্নি অতু নোঙ্গীদমক্তা অকাওবা লৈতনা ফম্বনি নচা ইবুংঙো অসিগী মঙাম্ন। লেবাক অসিগী মথৈ তৈবা শিংবা মাংমৈবাক লাম্না মমিং চৎপা ওইদৌরি. মঙাম্না থুমহক্তুনা লৈবাক্কী অহৈ অশিং পুম্ববু শিন্থাকপিবা চৎলম লুত্তিন লেম্বা অমা ওইদৌরি, হৌজিক নচা ইবুংঙোগী চঙী (৬) শুরে মরম অসি কাউদনা অমত্তনা মশক (৩) দা মিংথন্দুনা নচা ইবুংঙোগী মিংথনবিয়ু অতুগা নচা ইবুংঙোগী মিংথম তম্বদি নোংদম্বা মরুনা তমহনবিবনা য়াইফগনি । ৱা অসি তাবদা মৈতৈশুন হায়জ, মরু মচা তাকপীবা মরম পুম্ববু তাজ থংজরে মিংথুন অসিবু মরুনা নোংদম্বীতুনা থোনবিবা পামজৈ । নোংদম্বা মরুনা হায়, লাইনিংথৌ নচা ইবুংঙোনা তাইবং ফাওবা অসি তৌনা শাবা ফকথক্তা লেংনা তাওম্ন। পোকত্তমখিবনিদো তত্তুনদি নবুথৌশিংগী লাইরকচন্দা তৌনা শাবা ফক অশিবু লাংবা চক অসিদা স্ন লিকক হায়না কৌই ।। হয়া চক্লা নবুথৌ তাংঙা লাংওন পাথংবনা মচা ইবুংঙো শেন্দ্রেং নিংথৌ অপাম্ববু পোকতৈদা থাথিবা ফক্ত মমিংবু চরাই কৌনৈ হন্দক নচা ইবুংঙো অসি মতম অদুদা পোকখিবা শেন্দ্রেং অপাম্বা হায়বসি নবুথৌ থাবা তাওংরাইলাইগী লাংওন (৫) শুবা মতমদা কৌনবা ফক্তি মমিংনি ।। হন্দক লাংবচক্কী নবুথৌ নোংদালাই প থংবনা চক ৩ অসিগী মমুংদা পাথংবা হায়না লাংওম্নকপা মিংলেন অসিশু ৩) লক শুব লাংওনগী মথংলেংনা শমথবা মাওদা ওইবা নচা ইবুংঙোনি, মরম অসিনা হয় চক্কী নবুথৌনা ফমহিবা ফক্কী মিংবু কৌতুনা হন্দক নচা ইবুংঙোনা ফমখিবা ফক অসিবু চরাই ফক্রেন কৌনসে ফক্কী মথক্তা লোংনা তানা পোকখিবনি থংনবা নচা ইবুংঙোগী মিংলেনবু (চরাই লোংবা) মিংথনশি। নচা ইবুংঙোনা পোকফমগী রাঙ্গোন শঙ্গী পোকখিবা থোঙ অশিশু (চরাই থোঙ = চিরাই থোঙ)

কৌনশি ।। নচা ইবুংঙো মমা ইবেম্মনা খোম্লাং ইল্লুবা মফম অসিমগু ( চরাই খোমথিনপুং ) কৌনশি ।। নুমিৎ থুদিংগী নচানা ফমজবা মুংফম অশিগু চরাই মুংফান কৌরশি ।। মিংলেন মম্নাম অসিনা ১ দগী (২) দা লেপ্পা হায়বা মিংকুনবু ওইগদবা, অতুগা মিংলেন অসিদি ৫ না ১ নি, ২ দগী ৩ নি, ৩ মক্লা ১ নি হায়তুনা লাংবচক্কী ৪৮০৩ নোংদালাই ১৬৭৫ শকাব্দ ৬০৮ চৈথাবা ১৯৯ শুবা লাংতোলবম ময়াঙ্গী কুম অসিদা মচা ইবুংঙোগী চহী (৩) না মপুংনি থাজনবা ৪ চংবদা মপোক লাওন ময়িবু যেংতুনা মমিংবু চরাই লোংবা মিংহল্লে ।। মচা ইবুংঙোবু মিকুপ অমতা থাদোকপা লৈতনা চংলম লুতিন অয়াম্ববু নাওবা ওইনা থংনবা তম্বীথি ।। অঙাং ওচরিসা মচাবু স্না পুক্লিং চিংনবা অমা লৈখিবনা মম্নম ৮ কী পিবা ফম্থু থোপুবা ঙম্নবা তম্বীতুনা য়েরুবা লৈতনা লৈরক্রবদা স্না হকচাংবু থুদোং খিনা ইরকুনা মতমগী পাঙজেলনু থুংলবদা অরাবা কোকথি ।। পুন্সি ৪১ ফম্বাল চহী ৩১ থাজনবা থা ৩, কুমজা ৩২ পানখি ।

# ৪৯ নং মৈতৈঙু চরাই লোংবগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮২৮ নোংদালাই কুমশিং ১৬৫০ শকাব্দ ১৪১৯ চৈথাবা ১১৫ শুবা চানম্ম শাঙাগী কুম ইংঙা থাগী নিলমাংদা মৈতৈঙু চরাইলোংবনা শাপম চনু মুংথিলচাইবী শেম্বী পাওর মাক্রোরেম্বী পাম্নতুনা ফম্বাল তোংলে ।। মপাবুং লুম্নাং হেনবা তোনশেনঙম্বা, মপাবু গুইয়েল লাঙং থোবা ভাখোম্বা, মপাবুং ইবুংঙো শামু হঞ্জবা শমৈরাং, মতোন ইবুংঙো শগোল হঞ্জবা লাংতেংঙম্বা, থুরাই লাকপা নোংথোনবম শামু রাংথৈরাকপা য়াম্বীয়া থরোই, য়াইকুল্লাকপা ভাখেন পুলহৈ, থুাই পুংলেন লাকপা নোংমাই শাইদোন, থাংজবা নোংতোন শেংংবা হিজবা নোংখোম্বা শাচেম্বা, শাপা ঙাংঙোই শেলুংবা, অঙাং শেলুংবা, হিজবা ওইনাম লাব মক মাইব, মেংশাতবা তাংম্পা হঞ্জবা, তোকপন লাইবা মাইবা তিদং ইরেম মাইচাও নাপরালেম্বা, তোঙাম্বা মাইঙো নপুফবা, শাইরোম শনারোক নোংথাইবা, শঙলেন শঙবা লৈরেম্বা, খেঙ্গ্রা, লাঙ্গাই লুখোই লমচংপা কমেং ফদিবা, শমুবো চীঙ্গোন, রাঙ্গোই খেমা, থুকথুন তেবী, খোংচিমাইবা, রাইরোকপম পামজো নোংলম্বু য়াইখোং লমতিং অশেম্বা, ফমদো ৬৮ গন থোগন্দুনা পিরা ফম্বাল তোংলে ।। মৈতৈঙু চরাই লোংবনা ফম্বাল তোংবা কুমশিদা ইবেম্ম অপাম্বী হিজম নোংথোনবা শাচেম্নগী মচা ইবেম্মা শাঙ্গাইরেম্বীগা, থাংজবা নৌতানগী মচা ইবেম্মা থবা ভম্বীগা শাপাং ঙাংঙোই শেলুংবগী মচা ইবেম্মা কতিনীগা ইবেম্মা (২) গা লোতুনা ইবেম্মা ৪ না স্না থোগন ওইরে ।।

লাংবচক্কী ৪৭৯৯ নোংদালাই ১৬৯১ শকাব্দ ১৬২০ চৈথাবা ২১৫ শুবা হৈশ্নাম চিমালগী কুমদা শজিভু থাগী নিনমাং ০ নি পানবা শগোলশেনগী অম্বুক য়ুংথক থানবা মতমদা লাইনিংথো

সনামহৈনা চরাইলোংবনা থোকওমখিববু কমদোয়রগবা হায়বগী চিংনহুনা মরু ২ বু উনহুনা মৈতৈ চংলম লুতিন মাংহনগনু পাউদাকপীগে হায়বগীদমক্তা সনাগী শক্তি ওইনা লেংথোরকুনা কংলা মচুংদা কোইনা চত্তুনা য়েংলগা পুং ১ দা লেপ্তুনা মৈতৈঙবু য়েংহুনা ঙাইহুনা অতুম লৈ ।। মতম অসিদা চরাইলোংবসু লুকহৌ শঙদগী লেংথোরকপদা স্নাগী শক্তি অমা কংলাগী মচুং মরু শিংদবা পুঙ্গী মোইরাং শম্থোং লাংপুঙ্গী ঔরাং, থাগী পুঙ্গী মৈরম, হুপপুঙ্গ। কৌব্রু পাংবা মরক্তা লৈপ্তুনা লৈববু উরে ।। স্না পুক্রিংদা রাখল অমা থনথিহুনা শঙলেন মচুংদা লেংশিনখিহুনা মপাবুংনা লুখুম কাদা থেত্তুনা থনম্বা লিরুং টেন চোদে ফুনালগী মথুংগু অতুবু লৌহুনা পোরক্লগা শক্তিনা লৈবা তম্ন চংলক্লে ।। লাইনিংথোন লিকং টেনবু উবদা লৈবা ঙমদহুনা তম্ন তন্না য়েংহুনা চেম্থোরক্লে ।। মৈতৈঙসু অপনবা লৈতনা কম্না তান্নহুনা টেনগা থোংহুনা শক্তি তম্না কাপ্লক্লে, খুদক অতুদা লিকং অতু ময়াইদা তেক্লুনা খুত্তগী লৈবাক্তা তারে । মকম অতুবু ( চরাইরোংবা লিতেক টেম্বাপুং ) হায়নরি ।। টেন অতুনা শক্তি তম্না পাইশিনখিহুন শক্তি অতুগী মঙক্তা পানখ্রে শক্তি চেনবা ঙমদহুনা নুংকেন্দী মরক্তা ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরম্মাগা মকোক মথ কম্না তুরগা হায়, "নিংথৌ চরাইরোংব নংদি নপুক রাখল লিদবা নংন্দন ঐবু নংনা করি তাখিবনো কাপফম নত্তনা কাপ্লকপনা নথুংগু ওইগদববু তেক্লুন মাংলেদো, শোইকদবা টেম্না পাম্নবনিন নঙ্গা ঐগা লাংওন শান্নবা তারেদনা, নংনা ঐবু শক খংদবা অশিগুম্না নচা মশক খংহন্দবা ওইনা পোক্লবগে নঙ্গী টেম্না থাহুনা ঐগু অমং থরৈদি কুপ্ন। তারে, লমন অসি তাইব মপেক ওইনা পোক্লুনা শিংলগে নঙ্গী ইথু গু কোরৌ নোংথৌ টেম্না পান্দুনা নংগু অমং থরে কুমগুম্মু মতম অতুদা নচাগী ঐগাক্তী ইশকপু থংজবা ওইহনগে লুতুং মউ শিংদনা লৈহৌবো" হায়রম্মগা মিংম্না ইরা চেম্না টেনগী মৈশা থাংখি ।। খুদক অতুদা শক্তি টেম্না থাহুনা তুথরে শক্তি খুনগে তৌবদা শক্তিগু টেনগু মাংখ্রে ।। সনা পুক্রিং অরাবা অকি তুজংনন, শঙ্গাইদা লেংশিন্দুনা লৈখি । স্না পুক্রিংবু চিংনহুনা মরু ২ বু তম্পাক য়ুমদগী কৌথত্তুনা হংবদা লৌরেপ্তনা হায় 'মরম অতুগী স্না পুক্রিং চিংনবা রাকুবগী থোইনা কান্নখ্রে নবুধৌ নোংদম্বা সনামহৈনা মৈতৈঙনা নৌনা লৈবাক পুবা অসিদা লৈবাক অসিগী চংলম মাম্বা থোগনবু মতমগী থোংলৈনা ইথিন্দুনা কাইখ্রদরা লাইনিং লাইশোনবু লুপখ্রদরা হায়হুনা মৈতৈঙগীদমক্ত। লৈঙাক লৈকনগে হায়হুনা নবুধৌনা সনাগী শক্তি ওইনা থোক্লুনা কংলাবু চুকফাগে হায়বগী মিংয়েং তাহুনা অপংবা লৌরেপ্না, থেঙ্গ্না ২ দা পাউদাকপীগে থোকপীরকপনি অতুবু সনা খুৎনা মাংফদবা খুৎলাইবু মাংবা হোৌথ্রে, নবুধৌগু লাইরে লাহৃপ্লহুম লাংওন শান্নগদবগী য়ুমফম য়েংহুন লৈথ্রে, নবুধৌগী মিচৈনা হানখ্রবনিনা বরি হঙ্গংনবা কেওমদে থৌদ ভৌ হকুগু কুংশাংলোইদৌরি মথং মথং শেক্লৌনবা লম্বী পুম্ন শিনথরে, স্না রাখল থেনা ঙাক্লৌ লম্বী খিবীনিদো, লোইশঙ ফমজরিবা মাইচৌ ইচাশিং অশি অথঙ অহৈ ঙাক্লনি নবুধৌবু থৌনিহন্দুনা মতম থরং মুংশাংনবা ঙাক্লৌ লম্বী থৌনিহনবনা ফগনি" ।। মরুগী রা তাবদা মৈতৈঙনা হায়জে, "মরুগী রা অসিবু

অফ ফত্তগী রাদি লাইবু লাউন্নি লোইশঙ ফম্বা মাইচৌশিংদা পুক্নম থৌনিহল্লু হায়বা অসিদা নশুগী অরাবা অমুক থোক্টনা হেনখ্রে নোংদম শঙলেন অসিবু থাদোকপা তৌবিন্নু নশুবু কনানা কনবিগদগে শঙলেন ২ অসিদি মক ২ গীদমক্তি নশুগী কনা লৈবগে । মৈতৈঙ্ নিংগোগী ম্নথং হায়নসে নোংদম্বা মপুগী শাউফদবা য়াথংনি ননাই নপু ১ দি ঙাইব পুন্সিদগী রাংমা লানথ্রবনি হন্দক নবুধোনা সনাগী শজি এইনা থোকপা অসি নিংথৌগীদমকশু নত্তে লৌবম্বা খেঙ্গ ১ ২ গীশু য়াওবিবনি নবুধোগী লাংগন অমা শান্নগে নপুন্সি মরা লেমফু তারন্নু হান্নবা মৈতৈ মরু থমনিং-দ্রবাম্লে । মসিদা লুখ্রেদা নিংথৌ য়াথং ননাই ঐথোম্নবু নবুধো শায়েনবু য়েংজখো হাইরি বাইরে, শাইয়োন অসি হরুদি কুইদ্রে হতুবু রানদি থাবা তাখ্রেদা ননাই নপুনা লৈবিমখৈদি মরক মরক্তা স্না খৌগন মত্তোজগে শঙলেন পুবদি উচাশিংনা পুজরশম্নু নোংদম লাইমিং পরে থাজুনা সনা গৌগন পোম্বাতুনা লৈজংগে ।। মতুদা মৈতৈঙনা হয়খে, মরুনা নোংদমথ্রবনিনা শঙলেন পুবদি মাইচৌশিংনা পুরসন্ন নশুবুদি নোংদম্না পুবিযু মরম অসিতদি রাথন থেনবা নশুন ফিগাও শানা নিজরি ।। র অসি ওবদা মরুবু তু বুন লিফানতুনা থুপ্পা যাদনা লৈবা তাহুন লৈখ্রে ।। লক খেঙ্গাশু মকগী হৈনা ইন্দুনা লাংথাই শঙলেন থাদোক্তুনা মকগী তুংইন্দুন কুমখ্রে ।। মাহচো লুখোক্টনা শঙলেন মপু থাপুরে । কামেং ফদিবনা লাদাই কাউবিরোন শঙলেনবু থোপুখি । মতুং অতুদ মক ২ না মবুধে শিদববু থম্নোনা লৈবাকতুনা পুকম থোনিখি । মৈতৈঙগীদমক্তা মরু ২ না হায়, "নবুধোগী নোংদম কয়া কুংশাংদে লান্দবনা উপান্নি সনা পুক্লিং রাকতুনা কান্নদে নোংদম মপা মপুব, মতম পুম্বদা কাউবিদবনা য়াইফবা ওইগনি" অশুম্না পাউদ কপীখি ।।

লাইশিদবন = সনামহিনা চরাইলোংবগী অরাবা পীনবা কোয়না যেংবদা পীবা ঙমদনা লৈঙম্মি, "লুপ্রেদা চরাইলোংবা অসিদা ঐনা তৌগদবসে রাদি রাশকপ্রে মাদি পিবা নাও কাংলবদা লৈবাক অসিগী পিবা নাওমুত্তনবগীদমক্তা ইশানৌ নোংদলাই পাংথংবনা তাইবং মশক্তা থোকঙমতুনা পোকখিবনিদো ঐশি মাগীদমক্তা নোংদম্বনা নোংদমথ্রবনি অতুবু রাশক্তি কায়বা য়াদে, অতুনদি মাগীশু যনবা গীম্নু বায়দননা শিন্দুন নিংথৌরোলগী পুয়াদা লৈহৌবশম্নু ঐ মাগী মচা এইনা পেংক্লগ রাশক অসি কাযদনবা তৌঙম্বা তারে অতু নক্লনা মরম ১ দা খৌরাংলবদি লৈবাক্তি পিবা নাও কাংহৌব, তারে" হায়তুনা লাইনিংথোনা রাথল্লুবগা রাশকম্নু কাযদনবা পিবাশু নাও কাংদনবা রাখন্দুনা ফাইরেনগী নিনমাং ১০ নি পানবা য়ুমশাকৈশা মুমিংনা মযুম চংখ্রবা মতম অহঙ্গী পোম্পা হুল্লকপা লৈবাকপোকপা কোলুপকী মতমদা নিংথৌ চরাইলোংবগী মশক এইনা ইবেম্ম লৈমরেন শাপম চম্ন ম্নংখিল চাইবাগী শঙলেন মকম্নুদা লেংশল্লক্তুন, "ইবেম্ম কদৌবি" হায়তুনা তাংবন মথক্তা ফমতুনা লৈঙম্মি ।। ইবেম্মনা খুদোং হান্দুনা থৌগন্দুনা রাংলেন উইহাক পোখাতুনা লৈরম্মগা ইবেম্মগী শঙলেন্দগী লেংথোকখি । তাইহাক লৈরগা চরাইলোংবা লেংশিল্লক্তুনা

ইবেম্মগী মশাইকোন্দা চংলক্লে মহুদা ইবেম্মা লৈমরেম্না থম্লি, কদৌববনো লেংথোকখিবদা মঙাইবি অমুক হনঙম্লম্লীবশিবু"। "ইবেম্মা ঐবু কদৌরবনো"? স্ন য়াথং তাবদা ইবেম্মা রা মথা তাদনা তুমিন্না লৈখি ॥ ইবেম্মগী রাহং রাগু মথা তাখিদবা অতুদা "করিনো রাহং অসিবু মথাস্থু তাখিদবা ঙসি ঐবু করি তৌখিবা লৈখ্রবনো" পুক্নি' থরা চিংননা ঙাইহাক লৈরম্মগা লেংথ্রে। স্না পুক্নিং চীংনবা ওইদুনা অতুম চেপথি মতুদা মংলা'দা অহন অমা লাকুনা "চরাইলোংবা নংদি নশক থংদবা হোৌরবোইরে" হায়বম্মগা অহল অতুগু হেক চংথি চরাইলো'বস্থু মিকপ হেক থোকই মতম অতু মকুন' ইবেম্মা লৈমরেন শাপম চম্নগী ম'লাংদস্থু অহল য়াম্না ওইরবা মতিক মঙান িংথি চংথোন্না লৈবা অম চলকুনা "ইবেম্মা হন্দক্তৌ নংদি থর হৈ শিংজহে৷ মাংদনবা থে'শিঙ্গো শোযদনা মপান চাজনি ঐ চংলে" হায়বম্মগ অহন অতু হেক চংথি ইবেম্মত্ত মঙ্গী রাথন থন্দুন। নিকপ থোকুমা লৈখি। মৈতৈশু না নাংও ম্লব মতমদা থেঙ্গ াবু যুমদগী কৌথত্তনা মঙ্গা' অফ ফ'বু য়েংহল্লি। মতুদা থেঙ্গানা স্না য়াথঙ্গী মতুং ইন্না থরযোন নৈনা য়েংলগা হায, মৈতৈঙ স্না শঙ্গাইদা নবুধৌ থোংদাথে হন্দক্লি নদাইবেন ইবেম্ম বায়েন কবা রাকাওবীবু হৈবাং মশিং পনমগুম্না ওইবি, হন্দক শোইনাইগদৌবিব মশক অসি পিবা নাওদা ওইগদৌরি। অঙাং অসিগী মহাকথক্তা লৈবাক অসিগী চংলম পুম্বা মশক অমা ওইদুনা মযুম নাওদা মশা মরোংতনা মঙান চাওনা থাগদৌরি মউদি অমতা, মশাদি ৭/১০ থোক্লা নশক ইশক থংনা থংনা উনা উনা থংনরবোই মনি' তম্না পানগনি মহাক থক স্না হাওক অসিদি ইবাং থরা তোই, স্না পুক্নিংদা চিংনবিগন্থ থিংবা য়'দ্রবা মতমগী খো নৈনি" ॥ রা অসিবু লৈমরেন্না শঙ্গাইগী থোংজিন মকমদা তাদুনা লৈরম্মগা তুমিন্না চংশিদুনা র থন্দুন লৈখি। মতুং অতুদা স্ন পুক্নিং মুংঙাইফম থদে মকগী রা তাবদগী অকি তুজুং ওইথিদুনা ইবেম্মগী শঙ্গাইদস্থু লেংশিনখিত্রে ইবেম্মস্থু থাজ (৩) সুজিনখে। মতম অতুদা মকবু কৌদুনা অমুক যেঙি মতুদা থেঙ্গানা হায়. "শোইথবোই নবুধৌগী লাংওন্নি" ॥ থজারে মক সরম পুম্ব ইচাগী যাইগবতা ওইশমু হায়দুনা স্না পুক্নিঙ্গী চিংনবা মরমগী পাউহংবা মথম পুম্বা তোকখি। ইবেম্ম শাপম চম্ন লৈমরেন্না মৈতৈঙগী স্না পুক্নিং নোংমতা মুংঙাইবা উদবা ইবেম্মগী মকাদস্থু স্না থোংদাওকবা অতুদা পুক্নি' চিনবা তুজু'বা মবম ১ বু ওইখিদুনা শিরোমমুঙ্গী পংবা অতুগী দমক্তা মনুংদা থুজিন থৌরাংথি ॥ ইবেম্মগী মনাই হাওবম ঘনশ্যামবু থাদুনা (থাঙ্গাল নিংথৌ খুল্লাকপা, মোংগু খুল্লাকপী লাইরেম্ন) মতৈ মনাওবু কৌহল্লদুন মুঙ্গী রাবু তান্নদুনা লোঙনদুনা থম্লে ॥ মথু হৈবশি'বু মুঙগী অঙাং অম শাহন্দুনা থৌবা'দুনা লোইরে ॥ মাইবা মাইবী স্না থৌগন ওইনা লৈবশিংগা মুংগী বাতান্নদুনা থম্নগা ইবেম্মা মুংথিলচাইবী পুক্নিংগী অরাবা থরা কোকুনা লৈখি।

লাংঘচক্কী ৪৮০০ নোংদালাই ১৬৯২ শকাব্দ ১৬২. চৈথাবা ২১৬ শুবা শাইবেম মাপ্পেগী কুম ইবেম্মনা নুমথা শুবরুবা মতম অতুদা রাঙ্গোন শঙ্গুমতুনা অমাইবা অমাইবীনা স্নুমিৎ খুদিংগী ইবেম্মগী থোগম্লুনা লৈরক্রে। থাঙ্গাল খুল্লাকপা মো'শু, খুল্লাকপী লারৈম্নু ২ শু তমদা লৈবা কোম্নুং মন্নুংগী হাওশাপ্না লৈরক্রে। ইবেম্মা স্না লুপা চৈজবা থিবিক মন্নুংদা যেন্দুংগী হিংতোন লম্বী অমত ওইনা লৈনখি ॥ অস্নুম্না লৈরকপদা চিযা'গী থা ১৫ নি পানবা নিলমাং ইনাই স্নুমিংকী অহিং য়ুংথক হেক থানবদ ইবেম্মগী শিয়োসনুংদগী তাইবং মালং পান্দ মপারি নাওবাগী মশক ওইনা পোকতরে খুদক অতুদ অঙাংগী মচীনবু মেল্লগা স্নুঙগী নাওরা ১ কাংবা ইনাং মরক্ত থাদতুন থম্নগ অঙা'বু রাঙ্গোন শঙগী থো'ন এদা লাম্হোরক্তুনা খুল্লাকপনা ওরগা খুল্লাকপীগী ছম মন্নুদা হাপ্লগা নোংগোক থাদা থোক্তুনা খুংলাই মবুধিব, তানব পুথি খুদক অতুদা ইবেম্মগী মনাই হাওনম ঘনশ্যামনা স্ন নাক্তা লাক্তুনা হঙ্গলৈ। 'মৈতৈঙ্গু স্না খুয়া থাদা চঙ্গৎপবদি য়াদে তত্তুবু ইবেম্মা" হায়বগা তুমিন্না মথা তাদনা হেক লৈ ॥ মৈত্তৈঙ্গুনা কাবনো ঘনশ্যাম রা মথাদি তাদনা ( অতুবু ইবেম্ম ) হায়রগা তুমিন্ন লৈখিব এগী ইহে স্নবু কদোরবনো? মৈতৈঙ্গু ইবেম্ম কদোবদি তৌদ অঙাং উনরে। স্নুভাইদ ঘনশ্যাম নিপার! স্না নোংদম তন্মীনি নিপা নিপী মশক থবা ঙমদে। কদিনো ঘনশ্যাম অঙাং পোক্লেস্নু মহায় দুপাব দুপারাস্নু থাদে মহায় নঙ্গী বাসিবু কবিনে? স্না নো'দম তন্মানি অঙাং তাশিবু" তুমিন্না অমুক লৈবে ॥ কদোরবগে ঘনশ্যাম নঙ্গী রা অসিবু রা মথাক থাক্লা থম্ন পাউন্থা অসিবু নংদি পাউ পুবকপনি অচুম্বা অপঙ্কবা অতুতা মহায়গদবনি দৈবু চৈবমক লৈরবস্নু নংগী লক্তবা নত্তে রা মথাক থমদনা এবু থক্রে ॥ অয়েল লংজ ঙাকপীনি ইবেম্মনা হন্দক পোকচবা অসিবু তাইবং মাল'পানগী নাওরা ওইনা পোকত্মক্রে খোইযুম চাইরকচনগী মতৌগুম্না থৌহু অঙাংবা মশক ১ ওইনা থেকত্মক্রে অতুমু গীদমক স্না নোংদম। থঙে ঘনশ্যাম মতুংগী মরমদে। মাবু এনা হৌক্তিক্তি থংবা ওয়ে'ত নোংমদি শোইদনা চয়াইলোংবনা থংলকখিনি, মশক অতু লাইরকচন খোলম এতুং ইন্না মাংব মাইবীশিংনা স্নুংকেংগী মতম্তা লাইশিন্দুনা থমহন্নবা খোরা থ্রে। স্না য়াথং পাউবু তস্মতনা মাইবা মাইবীনা স্নুংকেং ২ গী মরক ইরেন পাত্তা লাইবকচনবু স্নু চন্দুনা থমখ্রে। মফম অতুবু ( স্নু'চনপাং হায়নবে ॥ মরমদি স্নুঙ অতুবু ঈ'শঙ্গী মন্নুংদ উদনবা থাদতুনা থমখিবা মরমদগী স্নু চেংপাং স্নুংজেং হায়না লৈখি।

অঙাং অতুবু খুল্লাকপন স্নুংশা খিতুনা কমদোরিবনো হায়না ছম মথক্ত বুপ্লিব ফিরোল অদুবু হায়দোক্তুনা য়ো'বদা ঈহিং নাইহিং অতুন নপশিন্নতুন মথোই মরিম্না য়েৎশিন্নগা অশিনহুম্ন লৈরম্মী। মতৌ অতু উবদা খুল্লাকপা রারতুন অঙাংবু ছম মন্নুংদগী লৌথোক্তুনা "খুল্লাকপী অঙাং অসিবু খোম্লাং মাইয়োক্লখিদবতুনা তৌঙমথ্রমান্নে খোম্লাং অমুক্তা মাইযোক্লতুনা যেংশি"।

খুল্লাকপীনা খোম্লাংবু অঙাংগী ময়াদা ইনববু অঙাংনা খোম থকপগী মওং তৌদনা তুকথতুনা অতুম লৈখ্রে । মতুদা খোমইনবা তৌতুনা খুল্লাকপা খুল্লাকপী ২ না অঙাংগী মরমদা থম্নতুনা লাকই, মফম অতুবু খোমইনবা তোকপা মফম হায়বদগী খোমইনতোক = খোমিত্তোক হায়না লৈখ্রে । অঙাংগী মশাদা য়োম্লিবা ইপুম নাইপুম্না কংশিনখিতুনা অশিবগী মতৌগুম্না লৈথরবা অতুদা অঙাংনদি নৌরিবনিনা লেংব, ঙমদবরা হায়তুনা নপশিল্লিবা অতুবু খোং ১ দা পুথতুনা চাম্মি, য়াম্না পাবা কুরাম্বাম্না কুম্লম্বনা নাম্দুনা পায়বা য়াদে, মতুদা খুল্লাকপনা মখুৎ ২ না পাম্নতুনা খুল্লাকপনা কুরাম্বান অতুবু শেম্তোকপদা মরি মরি ওইনা নপাশিন্দুনা শিৎ শিৎ নানবা ইনাঙ্গুম্না তাশিন খোমজিন্দুনা লংথোকখি ॥ নাওয়োম অনাঙব অতুন তাখিবা মফম অতুবু নাওয়োম মরী হুম্বফম হায়বদগী নাওয়োম্থ য়োমশিন্দুনা হুন্দোকখি হায়তুনা ( নাওরিখোং ) হায়নম্ থংনৈ । অঙাংগী মশাদা ঈমম্না কংশিনখিতুনা লেঙবা ঙমদনা লৈখ্রববু চংমথোকপদা অঙাংবু নীংশা তোল্লে হায়তুনা ঈচাম্বীখোঙ হায়না মফম অতুবু হায়থরে । অঙাংনা হুংঙা, হংঙা, উংঙা লাওনা কপ্লে ঙাউলীরে য়াঙলীরে, হাকথি থল্লে অতুদা কপ্পা তোক্লবা হায়নগী খুল্লকপীনা মাগী খোম নাম্মবু অঙাংগী মচীম্না চুপহন্দুনা খুল্লাকপা খুল্লাকপী ময়ুম য়োনবা চৎলসি হায়না লাক্লে । অঙাংনা খোম্বু মচীন্না উম্লগা চীংবদা খুল্লাকপীনদি খোম্নৌবীদি নত্তবনিনা খোমদি থোক্রে, অঙাং অতুনা খোম্বু চুপ্তুনা চীংবদা থোক্লব। মতুদা মখুৎ ২ না পায়না চীংবদা থাবোং থম্না থোক্লে ॥ মফম অতুবু খুল্লাকপীনদি মচা পোক্লবগী হৌনবা খোম থোক্লমদববু অঙাংনা চুপ্তুনা চীংবদগী খোম্নৌবীগী মতৌগুম্না থোক্লুনা থাবোং থম্না থোক্লে হায়তুনা ( খোম্লাক থোক = খোম্লাকথক ) হায়না থংনরে, মথংদা খোমদ্রাকপম = খুন্দ্রাকপম হায়নখে ॥ মফম অতুদা ঙহাক পোথাতুনা অঙাং অতুবু খোম মপুক থম্না পীথক্লগা কনাগুম্বনা উখি থংখিনি হায়তুনা মথুন থংঙান য়োনবা চথরক্লুন, মুংদাংবাই থুংলতুনা অরা পোথানতুনা লৈথরে । লোং ঙাল্লবা মতমদা ফুজা লাইরুদা লৈথুন অমা ফাওরম্মি খুল্লাকপনা "ঐগী খুল্লাকপী খুল্লাক্কবদি মচা নিপা অমা ঙসি অহিং পোক্লে হায়না পাউজেন্দুনা থাঙ্গান হাওয়াম পুম্বা চা-থকুনা মুংঙাইনরে ॥

মতমসিদা মৈতৈঙু চরাইলোংবা মুংঙাইফম থংদনা লৈ, 'ওম্লোকপনি ওইথোত্ত্রব থৌদোকপু চরাইলোংবা ঐঙোম্দা থোক্লৈদা মশিনা চরাইলোংবা ঐবু করি থোক্লবা" অসিদা থন্দুনা লৈবদগী লথু কোয়না চৎনা য়েংলগা রাখল অসি কাওপবরা রাখন্দুনা লাংক্লুন। লৈবদগী চৈথাবা ২:৭ শুবা নিংঙোলবম মাইঙো লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮০১ নোংদালাই কুমশিং ১৬২৩ শকাব্দ ১৬২২ দা মরু ২ বু তম্পাক য়ুমদগী কৌথত্তুনা ফুবাল্লা লময়েংঙসি নত্ত খৌগন ইঙ্গগে রাহৌরে ।। "মুংশিদা স্না য়াথং অহল ওইরবা লৌরেম্বাবু মতম পুম্নমক্তা লিফানতুনা থম্বা ঙম্মিদা স্না খৌগন ইঙ্গনি লেংবিনবা তৌবিয়ু" হায়তুনা চরাইলোংবা, লৌরেম্বা, থেঙ্গা, লালোল লুখোই, কামেং কবিবা,

শামুরৌ চিঙ্গোং রাজোই থেমা খো হিজাইবা, খুরখুন তেবি, খাংজবা মৌঙোন শেকুবা, ভিজবা অত্তাং লেলুংবা, হিজবা শাকেম্না, খুমাম তোম্বা, অত্তৌপাম্বা গোপী, মাঙ্গৌ, নপুকবা, অঙৌশবা লোংখাইবা নোংথোনবা, খুরাই লাকপা শামু, খাই পুং লাকপা নামোই শাইদোন অশিনর্মচংবা অওম্বা ২৫ বু শাগোল তোংদুনা পুখাক্লা য়োনবা চথরে। হায়রদুনা চথওয়ে । মৈতৈশিংগা মকশিংগা হী শমচাইবা তোংদুনা ঈশিংগী লম্‌ইদা লমরেংবা লাক্লে ।। লোক্তাক তাম্রক্কবদা হী শমচাইবা নোংলৈগুম্না লৈদুনা চরাং খত্‌ন অমুক হেক চাই, কুংশিংকুম্না কম্না অমুক চেন অতুম্না লাক্তোক মসুং অদুদা লৈরে । হগী মতো উবদা ম্না পুক্লিং রাখবে, মাইচৌ শংঙ্গু তাঙ্ক লুক্লা লৈমরে মতুদা মক লৌহেন্না হায় "শঙলেন মপু নংমক য়াওনা করিনো ম্না থোংনেং হী অশিনু" ।

মকশী রা তাবদা লুপে ইনা মথুং য়েং থংবা খুবাক ময়াইদা ল, ইনি থো মিংশৈবোন চুক্লেন (২) বু লিংশিংডি, মত্তাং মক নম্লশি নুবাং মক নেম্লশি, খুমন মক নেম্লশি, মরুম্বা খাংজো মরাংবা মকনা শাদো মশাংবা, মকনা নোম্ম মনেম্বা, মনেমশিগী মনেমথোক মক্কগী চুক্লেন মথাং (৩) দি ক-ব স কৌবনি হনা মৈনে বনা ঈশিংনি, শনা কংশিংনি, র ব র, ব, মঙ্কিংশি" হায়না ইবান্দা মথুংনা নমতুনা হেক্তা থম্বদা হীশম চাইব চরাং চাবা, চেনবা তোকুনা লেপুনা লৈখ ।

মকং অদুনা হীবু পৃথম্‌ক্তুনা শমচেং লেজুন চানরে । ভাইজাক লৈরগা তাওরোইলাই পাথংবা ইমাইঙ্গো তাওদুনা লৈরে । মকন হায, ইচাশা মাইচৌ নখোযবু যাওনা লৈতশিবু" ।

মকশী র তাবদা কমেং ফদবন ইনুবুংদ চোংথদুনা তাইওমবা থোবাংতি । "হে তাওরোই যেইমোংবা ননম পেনে যাংবী শুংদই ওইশমবিগম্ভু নরুক্লা নোংখা ওইতনবিসন্তু, নচী চীকেম নোংদোন থানা লোংহনবিসন্তু ক্লীং লৈথক লৈথারোল অচিব। মক হুসলো" হায়না মথুং খুবাক অনি ইপা শোন্দুনা মথুং ঈশিংদা হেক লুপথবদ তাওরোইলাই পাথংবসু অদুম লুপ্তী লুপশগা ইকুংবু অদুদা মকোক লোংনা থকুনা নিংশা হোন্দেক হোজিন শামদুনা লৈরে । ইপাম্নাংদা হোন্দোরকপা নিংশা অদুনা ঈশিং অদুদা কোক্লোন শোবগুম্না প্রক প্রক শোদুনা লৈ ক্লে ।। মতুদা মকন, হায়, ইচাশা তুজী মথাক থম্মিদা, মতু মতাইমে লৈবশনু চংলশি কলৌবদি তৌরক-লরোই" হায়মা খুবালা য়োনবা লাক্লে ।। মফম অদুবু (প্রক শোবি) হায়না কৌনখি ।।

মতু অদুদা মৈতৈশিংনা তানবা চয়ত্নমা অওম্বশিংনা উতোংচাক খানবা থোনাংদুনা লৈবক্লে, মতম অদুদা লৌরেংগু লক পাখদুনা লাইমিং শোন্দুনা লৈবাকী লাকদবা কবি লৈবনো রাখন্দুনা লৈরম্মি ।। নোকওন অওম্নক খুবা মতম্বদ ভাগ্রুম চংহেন্দা মৈতৈ লৈবাকী অরবা পীনব লাই ৭ থক থুংজবা উরে মতুদা মথোক ৭ পু মতম থর ওাইখিশি হায়দুনা থম্মি । মথোয ৭ না থুম্মি, "মক নংনা এথোয়বু তামগম্ভু মতম অসি মৈতৈ লৈবাক অশিদা মতাইরবনি মশক মতৌ হোংদ্রিবা, য়াম্লোই এথোয় ৭ কী লৈক্কম লৈরক্লে" । অদুদি নখোয় ৭ পু এনা থেম নোনা

হায়রজহুনা থাম্বা য়াবিদবা অশি করিননো ? ''মহুদি মরু নখোয়গী মতম হেনথিবননি, মরু ২ না লৈরিবশিদি নয়াথং হায়খিবতগী লৈজবনি নপুন্সি নোংদম লোমখিত্নুনা চৎলম্ম অশিদ। চৎলগদবা তাইবং মপোক্কী লাংওন্দা মশিং চন্দুনা লৈরবনি মহু মরুনা নীংশিংদবননি নতিক নঙানবু নোংমা নোংমগী শাম্লগদবনি ঐখোয়বু থিংবিনবা মরু তমদ্রবনি ঐখোয়বু থিজম্ম নতিক নঙম শাম্লবনি" । ''মতমগী চৎলম লাই মহু ঐ থংডি থংদবা নত্রে, মতম থংদি ঙাউখিশি লোনজ, অশিম্মা ঙাই-ঙমখে।" । মহু য়াররোই মরু ।। ''লাংওন ৭ ঐনা হায়বা ম্নাদবা তৌম্ন য়াও নত্রবদি নখোয়স্নু ননিং পাংত্রো তৌবস্নু য়াঙম্লোই, নখোয়বু ঐনা মতমগী লাংওন ৭ নি হায়বগী তম্না তম্না হায়জবনি অহুবু ময়াদ্রবদি নখোয়না ঙম্বগী নমপেক্লুনা চঙ্গে হায়বদি চংখো, ঐস্নু ঙম্বা মখৈ নখোয়বু থিজনি, লৌরেম্বা লৈরিঙৈদা অহুক মুংশিহৈতবা থকশি খাশি শৈরেংদব চংলপ্পু চৎলবা করম্না ম্নেংহুনা লৈগদগে মকম অসিদগী হেনকদে" হায়হুনা লাইনিং লাইশোন্না থুং ৬ তিংনা মখোয় ৭ কী মমাংদা থত্তুনা হেক লৈ । মহুদা মখোয় ৭ না নোক্লুহুনা ''মরু অশি নোক্নিংখেদা মতম অসি মতিক মঙাল শাম্লবনি হায়বা নিংশিংবা লৈতনা কনগনি ঙাকনি হায়হুনা হেক্লা তৌঙম্মি, মরুগী রাথন মুংশি অহুবু মতাং অশিদা চংদনদি ঐখোয় ৭ কী চংফম লৈতে ।। হৌজিক কংলৈ শঙলেন শংবা মতমগী মাইচৌ তমা ফাওবা লৈতব মতম অশিদা চংহৌদ্রবদি অমুক মুংশাংথ্রনি মরুবুদি ঐখোয়না ঙম্বা মতম্মি নমংথক্লুনা চংনবা তৌদবা য়াদে হায়হুনা মখোয় ৭ না মরুবু লোংনা ইনথুহুনা চংখ্রে ।। থুদক অহুদা মরু লোংনা হেক তুহুনা লাইশোন লেপ্লুনা তুংথ-মাংথা মখোয় ৭ পু হেক তান্নৈ ।। থুদক অহুদ, থেজ্নান লুখেউ মরুবু তুখিব করিনো ? হায়বদা লুখোইনা চংশিল্লুনা মরুবু হৌগত্তুনা ফম্নব, তৌথি । মরুনা মখোয় ৭ কী মাং থানা চেনথংখিহুনা নখোল হৈবী মখোঙ্গী শেংরোক্তা থুং ৬ তিহুন থৎলি । ''মতম অশি লৈবাক অসিদা লৌরেম্বা থেজ্না ২ লৈরি হায়বা নখোয় নিংশিংদ্রম ম্নে নখোয়না মতম অসিগী নমথেক্লুনা চংবদি চংখো ঐস্ত ঐনা ঙম্বা মখৈদি লৈবাকপু নিংথোবু য়ারিবমখৈ কম্নবা পৌবাংবদি লৌবেম্বা ইথৌনি নখোয় ৭ চংফদে" । মরু তপথবিখো মরু লৈ হায়বা ঐখোয় থংজৈ অহুবু মতম্বা য়াদবনা লাক্লুবনি তৌবিম্ন ঐখোয়বু মকম অসিদা থৗংদুনা থম্বা মতম অসিবু মরু ২ গী মতম্না মহুস্নু থনবিয়্" । রা অসি তাবদা মরু ঙাইহাক রাথন তৌই মহুদা মখোয় ৭ না মরুনা য়ারিঙৈদা য়ৌনবা তৌহৌসি হায়হুনা মরুবু লোংনা ইনথুহুনা চৎখ্রে ।। মরু থেজ্না 'লুখোই মরুবু অমুকস্ন তুখ্রেনে" ।। মহুদা লুখোইনা মরুবু হৌগত্তুনা থম্মি ।। মহুদা য়ুম্নাম তোম্বা, শমুরৌ চৌঙ্গোং, থোংহীমাইবা, য়াঙ্গোই থেম্না, অঙৌ পাম্বা গোপী মাইচৌ ৫ না ''মুংশিদা অহন ওইরক্লবা তায়বসে লাইনিংবনি হায়হুনা নৗংজবা অসে মপাঙ্গদ্দি শোল্লবনিনা হেক হেক তুরেদো ।। মহুদা য়ুম্নাম তোম্বনা হায়, ''মতম্নগা থেংবহুদা উইবওম তৌহুনা পাজনগা য়াওদবগা

তুরবনিদো'' ।। খুদক অতুদা মরু অপনবা লৈতনা তাম্নরকুনা ৭কী মাং থাতুনা নরশিং খোংনাং হৈবী মখোংদা ফমতুনা মখোয় ৭পু ঙাউতুনা লৈখ্রে ।। ৭ মকম্ন থুংলতুনা " মরু ভোবিম্নু লম অসি থাদোকপিয়ু মরুনা অশুম ভৌরবদি মতমগী পাউজেল খোংচৎ অসিবু কমদৌবা তাবনো মরু থুপ্নবা খোয়েংবনা তোংজবা লাক্লনি (২) রক শুখ্রে'' ।। হাই মখোই অসি লম য়াম্না হেনগদৌরিমান্নে মফম অসিদা থাংজ্রু হায়রগা লোক্লাঙ্পুংলেন্দগী লৈবাক্তা লৈয়ি ৭ চিংতুনা (থীং খম কুমাই থীং কুমাই কুপ সোহং সোহং ত র-স মরু অহুমগী চুক্লেন লানফরোই) ।। মতুদা মখোয় ৭না হায় "মরুবু ঐখোয় ৭না পুকমজবনি লৈয়ি অসি হাংবিম্নু হাংবিদ্রবদি ঐখোয় ৭ অসি থোখন্দবা চংলম্না মরু ফংনা মাংহোবা তারে কংলাদি ঙসি যৌদবা য়াদে ঙসি খোযগী শৈতৌনি, মরু ২না লৈরিবা মথৈদি ঐখোয় ৭না লৈবাক্কী মাংনবা হাক্রা কন্না থোপুনরোই কংলা পিবাগী শৈহৌদি ঙসিদগী ওইজরগে কাওরমান্নে মকদি নাওব ১ কংলৈদা লাংলনখিবদো কনানো নাওরা অতুবু লোইবী পামলোদা কমদৌরিবগে" । মতুদা মকশু ঙাহাক নোংশিংলকুনা রাখল্লি ।। খুদক অতুদা মখোয় ৭না "মরু কংলা মৈ হৌরে" হেক হায় ।। হৌ, করি রানো ঐ লৈরিভৈদা হায়তুনা কংলারোমদা ময় ওন্দুনা হেক য়েংবদা লৈবী ১ কংলা উম্নুং লুংফান্দগী পাইখোরকুনা ফম্বাল শঢ়লেন্দ, তাবা হেক উই । মতুদা মরুবু পুক্লিং অরাবা ওইতুনা ঙহাক রাখল্লি ।। "কম্নিদা মতমগী চংলম মরম পুথা হাম্না শিন্দুনা থমখ্রবা ঙাক্তু নদন।" হায়না খল্লিভৈদা মখোয় ৭ন মকনা রাখল্লিভৈদা লৈয়ি মুংহৌবশি হাযনা মরুগী লৈয়ি ৭ পু মুথক্তুনা মরুবু ইনথুতুনা পন্নমগা রাংমা লাম্না চেনখি ।। মরু থেঙ্গুনা মক (অমুকশু তুখ্রেনা) র তাবদা নাপল্লেম্বা কমেং ফদিবনা চেনশিনখিতুনা মরুবু কৌগৎলে ।। খুদক অতুদা মরু নোংদম্বা অশাওবগা লোইননা মখোয় ৭ অশিদি লৌনম রাবু রাহৌতুনা চৎখ্রেনা হায়তুনা তুংথা-মাংথা তাম্নরকপদা মকনা রাহৌ রারোই লাদাই পুং য়োবদা ৭ মক কংলা মনুংদা চোংশিনখ্রে ।। মরু পুক্লিং অরা রাখন ওইনা ম্না কৈখেল অচৌবগী ময়াইদা য়াংলো ৪ ফাংবদা তাংজা লুক্রা রাখন্দুনা থোক্ত নুঙ্গী যুম্ব না যুংবগুম লেপ্তুনা ভৌগদবা মওংবু য়েংতুনা লৈঙম্মি ।। "উম মশিদি পাউদাক পাউয়েংফম্মিদন।" হায়রম্মগা মিৎ পাংতুনা লাইনিংথৌ কংলা মৈ হৌরনি লেংনবা হৌবনা ফগনি কংলাগী মুঙ হাংখ্রে । মতুদা য়ুম্নাম তোম্বনা হায়, "অহন ওইবনা তুম্বা য়াদতুনা চোইরোল লোম্নমান্নেদো মুংশিদা" । রা অসি তাবদা নোংদম মকনা হায় "নয়াদা খোমগী মনম কোক্তিবা অঙাং হৌরেদনা রাঙাংদো" ।। মতুদা য়ুম্নাম তোম্বনা করিনো মক খোমগী মনম কোক্রিবা হায়বশিদি হায়মনখ্রে" । তোম্বা মাইচৌ নংবু নপোক মশক থংলব্রনে ? করিগী থংদনি চাম্মা মঙা মচীন মনাওগী লান অহানবা থেংনবা হৌবদা লানগী মমাংদ, কিরাল পায়তুনা চংবা অতু ঐনি ।। অতুনংদনা নচীন য়াম্না খিরিবা, নমানা নংবু পোকপাং মতমদা পোকপা

ঙমদদুনা ভুমিৎ ৭ নি চিংনজুনা লৈগ্রবদা নমাগী অন্নাবা কোকহন্দুনা নংবু পোকখিবা অহুদি কনানো খংব্র ? মহুদি মক খংদনা । মহু খঙ্গদবনি নংবু পোকপা নপাবু মশক খংদবা নংমা ঐনা ঙাংবদা নচীঙ্গোকপা পংঙাং ঙাংবা হৌনদবনি ।। মহু নপা এনি খংঙ অহুবু মবৈহৌবগদবনি অহুগীদমক ইপানা খংহন্নীংদুনা অহন্নগা ওইবগা চোইবোন পংলোন লোনঅমাল্লে ।। মতাং অসিদা মৈতৈঙনা চনজুনা পুকস্মি মক অঙাঙ্গী মন্না ভাবিগনু নশু ঐগী ইথৌনি লৈবাকী খন্দবা লোইশঙ ফম্বত্তা মতৈবা মচীন মরা থৌলিংদবা ঙাক্তনি মশিদা কমদৌবগা নশুবু অন্নানা অসিবু কোকখনো ।। লাইনিংথৌ কংলা মৈতৈবে মৈস্থি উরনি খুৎলৈ থুক্সবদি কংলা তুম্না মাংগ্রনি মতমগী লাই ৭ মক্না মাইগৈ ৪ শীন্না থারব ুমেনি ।। রা তাবদা মৈতৈঙ যাঙ্গোই ভোংদুনা অঙংশিঙ্গা লোই‍ংদুনা মাইচৌ (৫) না থৌগন্দুনা স্না কোম্নং যৌবদা স্না শঙ্গাংদি উ মৈ ওৎনা লৈবস্মে কংলানা খাইবোক চন্না চাৱস্মে ।। মৈতৈঙনা পুক্লিং রানা চাক্লিবা মৈবু য়েংদুনা রাখন্দুনা লৈ ।। মতম অহুদা লুখোইগা থেঙ্গনা স্না থৌগন ওইনা লৈজুনা মৈ অহুবু য়েংবদা থেঙ্গনা মৈচাক মৈতৌ উবদা মোমোন ভৌনা নোকই ।। মহুদা মৈতৈঙনা হায, মক মচা কবিনো ঐগী কংলাবু মৈ চাকপা উবদা নোক্লিবা অসিবু মক মচাগী মুঙাংবা পুক্লিং পেননিব। করি লৈব। ? মৈতৈঙ ননাইনা নোকপদি স্না শঙ্গাই কংলামচিংবা চাকপবু থেঙ্গাগী পন্নবা ওইদুনা নোকপদি নত্তে । লাইগী রাযেন নোংদমখিবা হায়বশে শোইদবা নোংদম ওইদা ভৌংদবা অমাঙবা থোকপা পুংলুপ্তু নমথেক্তুনা থৌবুৰশি ফন্নবা মশক ভশেংবনিদন হায়তুনা নোকচবনি মতম অসিনদি রাযেন নোংদম্ব থৌওইনবক্তবা অশিবু থল্লুবদ্ম । মক মচা মশিদা হৈনা ঙকপা অমা লৈপ্রে লচগী রায়েন হাযবা অশিবু কংম্ব মতমদা করম্বা লাইন নোংদমখিনবো ? মৈতৈঙ লাইনা নোংদমখিবদি নোংঙনবা হায়বা অসিদগী অহিং হায়বা মতম ২ শিনা পুন্না মমিং অমা খংনরগা মমিং অহুগুম্বা ৭ পু পুথোক্তুন মুঙ্গাং লৈমা মুঙ্গা নিংথৌ ন। লোনহুনা পান্নঙৈদা মরুম ৭ পেকখি হায়দুনা (নোংম ইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবকপোকপা, যুমশকৈশা, শগোলশেম, ইরাই, থাংজ) হায়দুনা থোল্লি । মথোয ৭ অসিনা শেন হায়বা মচা পোক্তুনা শেনকৌবা মচা অশি ৪ হেক হেক শুবদা চক হাযবা অমা শাই, চক অশি ১২ হেক শুবদা উরেপ অমা শাদুনা চচী হায়বা অসিবু খনরম্মি । লৈবাক অসিদা অশুম্না চৎলবা মতম অসিদা থাগান হাম্নবা ১ গা চংনৈ ।। মহুদি ঙসিদি নোংমা পাল্লে, নিনি পাল্লে হায়হুন পানখৎলকপবু নিনমাং কৌই ।। মশিং অসিনা ৫ শুবা ভুমিৎ অহুবু থানিন কৌই ।। থানিন্দগী নোংমা কোনবক্ত নিন্দুং ১, নিন্দুং ১ অশুম্না চৎনৱিবা অসিদা পোৎমাং চৈমাংবা, তানা অয়েক ফংবা মপুশিবা নামুংবা থোকপ, ভুমিৎ অসিদ, থবান অসি তারবদি মৈচাক মৈহৌবনি, লাইথুং থুংবনি, অসিদা ভৌখিবা থবক্তী লেপপমক মায় পাকপা ওইজ ওইথক ফংবা হায়বা থুংলোন অমা লৈবাক অসিগী

চৎলম লুত্তিন ওইনা লৈশেম থুনশেমঙৈদগী নোংদমচুনা খুৎচং অমা লৈ ।। নোংদম অসি লাইনা নোংদমগী রায়েন শোইক হোংকদবনি মশিবু নবুধৌ থাগেম্বনা পাক্লিঙৈদা চাক্লিবা অসিগুম্না চাকথিচুনা কংলা নৌনা শাদবা য়াদচুনা শঙ্গুম্বনি হায়না রাপুচুনা কংলা শঙলেম্লে, স্না শঙ্গাইনে অসিবু মৈচাক মৈতৌবা খাবাম্দা উয়ুং উরেপ অহানবা হৌখি মরম অচুনা চাক্লিবা মৈ অসি উবদা লাইনা রায়েনবদা নোংদমখিবা অক-ফত্ত মরম অসি শোইদবা অরেম্বা থৌবুনি, তৌবা য়াদবা ফত্তবা খবান মুমিত্তি থৌবু থৌদাবা য়াদেদনা হায়বা মরম অসি নিংশিংলুবদগী পুক্লিংদা অচুক নোবখিবনি, য়ুম অসিনা মৈ চাকুনা লৈরম্বশিঙি পুংকম অচুগী মতম মুমিৎ শুদচুনা লৈরম্বা ওইরবোইরে হায়বা খনবদগী নোকপনি পেম্নবগী নোকচবা নত্তে স্না পুক্লিং চিংনবিম্নু ।। মৈতৈচুনা হায়জে, "মরু মচ রারৌবিম্নু মখু অচু নগুনা খংঙদবনা রাহৈ কারন থাংঙমগ্রে নগুবু নোংদম্বীবা গুন্দবিম্নু" হায়না লৈনখি ।। মতম অসিদা মাইচৌমখৈবু চাক্লিবা মৈবু য়েংচুনা অশুম লৈঁন, মচু উবদ, লৌরেম্বনা হায়, "করিনো মাইচৌ ময়াম্না তুমিন্না মৈতিকপগুম লৈরিবা অসিবু হৌনবরা মৈ মুংনবা হৌংনবিবনা ফরোইদরা অকাইবা মরম করি লৈবনা তৌবনো"? রা অসি তাবদা মাইচৌ পুম্বা মরু নুক্রা তুমিন তুমিন লৈনৈ ।। থেঙ্গানা হায়, মরু মৈ অসিবু মৈচাক খরা লৈখিগদরা মৈচাক লৈনা মৈ মুৎলবদি তুঙ্গী মৈনিং থম্বা খোক্কদরা মচুবু মরুনা অমুক্তং য়েংবিগদরা" ।। "চুম্মি মরু মচা ঐদি ইকাও কাওকরে মৈশিং শুরমদ্রিনা মুৎলগা তুঙ্গী অকায়বা মৈথাক মৈহৌগংদৌরিদনা হায়চুনা মৈথাক মৈহৌদনবা চাকচন্দুনা মৈ চাকপা মুমিৎ শুনবা থমখি । মতুং মুমিৎ ৭ নি শুনা চাকখ্রবা অচুদা মরুনা মৈফম খুদিং কোয়না য়েংলগা হায়, 'শঙলেন কাবা মাইচৌশিংবু মৈফম অতৈঙি চাকপা লোইরে তাঙ্গোই মৈদা মঙাইরে মশিদা মৈফম অমদি মচাক্তি য়াওদনা মৈরি ঙাক্তা হৌচুনা লৈরিবা অশিবু মুৎনবা অচুক তৌবনা চুম্নগনি মাইচৌশিংনা মৈ মুৎনবা তৌবিরো ।। মরুগী রা তাবদা মাইচৌশিং মৈমুংকে হায়দে তুমিন তুমিন মরু নুক্নুনা লৈনৈ ।। থেঙ্গানা হায়জে, "নোংদম মরুনা মুৎপিদনা কনানা মুৎকদবা মতিক চাবা কনা য়াওরিবনো মরুনা মুৎপনবা তৌবিরো" ।। মচুদা মরু লৌরেম্বনা মৈরক থায়না চংখিচুনা কংলাগী শুকং মুংফানবু ওইগী খুৎনা কাংখৎলগা য়েং থংবা খুংনা শুরুঙ্গী মৈনুংদা থিংজিন্দুনা মৈরিবু ফাচুনা মনুং অচুদা (৬) লক্তং নৈবদা মৈরি অচু মঙান শামথবা হৌখি ।। ৭ লক শুবা মতমদা মৈ পুংমুং মুক্তুনা ইথং খংহৌদনা ফৌবামুক পাকপা মুংচুম ১ কংলাগী মপাদা নম্নম্বগা লাউ খোংবগা লোয়নচুনা পুংলুপ (৩) চুপ্পা নোং তাচুনা কংলা মৈ মুৎলে ।। মরুগী মখৌনা উবদা মাইচৌ পুম্বা অকি তুজুং ওইচুনা মরুগী মখোঙ পায়চুনা নোল্লুক্রা রাহৈনা লৈপায়চুনা থমোই লকাম্নঙ্গা খোংলিনা মরুবু পুন্দুনা থমখি । অঙম্বা পুম্নমক মরুগী য়াথং হিক্কোকপা তৌদনা ইকাই খুম্নবা লৈখি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮০২ নোংদালাই কুমশিং ১৬৯৪ শকাব্দ ১৬২৩ চৈথাবা ২১৮ শুমা হাওরোংবম লালহংঙ্গী কুম অসিদা ইবেম্মা অপাম্বী হিজম চমু শঙ্গোইরেম্বী মচা ইবুংঙো থমপাম্বা পোক্লে ।। থাংজম চমু অপাম্বী থবাঙম্বীনা মচা ইবুংঙো থম্লাং পনশাবা পোক্লে ।। শাপম চমু অপাম্বী রুহিনীনা মচা ইবুংঙো লোইযুম্বা পোক্লে ।। মতম অসিদা মৈতৈগী শ্না পুক্লিং থরা মুংঙাইতুনা কোম্মুংদা লৈখি ।।

কুম অসিদা ঔরা নিংথৌ মৌথ্যাংলংগনা ঔরা লৈবাক্কী মহৈ হৈবা গোনোশিঙ্গা মৈতৈ গোনোশিঙ্গা মহৈ তান্নবনশি হায়না চেপাও অমা পীরক্তুনা থেঙ্গ্নবু মৈতৈশিংনা তমপাক য়ুমদগী কোথক্তুনা ঔরা লৈবাক চংনবা হায়জবদা থেঙ্গ্নানা য়াবিরে ।। খুদক অসিদা থৌবী লৈফম্বী লাইরেম্বীনা মমিংবু থোবা লোয়াম্বা হায়না লৈচংলক্তুনা মকনী থোগন তুংইনবু তানফংজগে হাংতুনা চংমিন্নে ।। ঔরা নিংথৌ মৌথ্যাংলাংগনা মৈতৈ মাইচৌ ২ বু ইকাই খুম্নবা ওক্তুনা ঔরা কোম্মুংদা পুশিন্দুনা থম্লে ।। ঔরা লৈবাক্কী মহৈ হৈবা পুম্বা কোথক্তুনা ঔরা কোম্মুংদা গোনোগী য মদা সুমিং ৭ নি মরম পুম্বা ওংনতুনা য়েৎনতুনা নৈনরকপদা ঔরা পণ্ডিট চো ক্যালাং, মোঙ্গ্যংরা, শোংডার মথোয় অহুমশিবু থৌবা লোয়াম্বগা রাহং পাউশাগী মমাদা রা মথং তানা খুম্না ওমদতুনা পণ্ডিট অহুমবু ইকাইবা পীতুনা ঔরা নিংথৌ মৌথ্যাংলাংগনা হায়জতুনা পাউশানব লোইরে । থৌবা লোয়াম্ববু ঔরাগী নোংদম্বা হাপখ্রে । ঔরাগী গোনো শুম্নোবা, গোনো লোংদাইবা, গোমো শুম শ্যায়ফা, লাঙ্গরা, মৈনাগাং মথোয ৫ অসিনা রাপেপ অমতা ওইনা তৌরগদবা থৌদোক অমা হায় ।। খুদক অহুমদা চুম পূক্কংবী অমা ফক্লাংদগী পরশ্রপ কুমথরক্তুনা শিংথোং ময়াদা মঙক থাঙ্গত্তুনা হেক লৈবে ।। মতুদা ঔবা গোনো শুম্নেংবনা হায়, ‘ফৈয়া ফসিদি কুম্মে পাওহং অঙকপা ১ হংলরি ।। ঔরা নিংথৌনা হায়, অগী পণ্ডিট অঙকপা পাউহং কারনো হায়যু তাশি” ।। সেন ফৈয়া ফক্লাং ময়াদা মঙক থাঙ্গত্তুনা লৈরিবী চুম অসিনা মাগী মপুরোইববু লংকৈদগী কৈদৌঙৈ থুংলগবা ইকুম ইথানগা শুবগা ইথক্সা ঙাইবা অসিদা থরাই য়াম্ম রানা লৈরে হায়না পাউহংলি । অতুদি অতুক য়েংবিযুদনা কৈদৌঙৈ থুংঙতুন মকম কদাইদা মথোয় ২ উনগদৌরিবা ? “সেন ফৈয় মহাক অসিগী মপুরোইবা অসি হৌদা তোংতুনা ললোনবশিঙ্গা লোয়নতুনা চৎখিবনি, নুংখিল পোপ্তা হুমবা মতু রাংলেন ৩ হেক তাবা মতমদা মফম অসিদা থুংলতুনা ফক্লাং অসিগী মপা অসিদা মথোয় ২ উননি” হায়তুনা ফক্লাংদা লৈয়ি অমা চিংতুনা থম্মি ।। মতুদা ঔরা নিংথৌ মৌথ্যাংলাংগনা পণ্ডিট গোনোশিংদা হংজি, “নিংথৌ ঔরগী গোনো পুম্বা পণ্ডিট শুম্নেরাংনা হায়রিবা পীরিবা মতম অসি কমদোই” ? শেন ফয়া মতম অসি শোইরোই খুদক্তা থঙ্গদবা পাউজেন্নি ।। অতুদি মৈতৈ লৈবাক্কী অহন মতম ওইবিরবা মরুদি কমদোবা মরম অসিবু য়াবিরব্রা ? মতুদা মরু থেঙ্গ্নানা হায়, হে নিংথৌ মমম অসি শোইদনা

তোৌরগদবনি মতুদা মখোয় ২ উনবা মতম অসিদি হায়রিবা পুংলুপ (৩) অতুগী মমুংদা উনকম লৈতে. পুংফম অতুদি লল্লে লুবদা পুরকপা পোৎশিং অদো অরাৎ রাত্তা য়েংনতুনা পোৎ পুম্বা মপুনা শিন্নরগনি, রাংলেন ৩১/২ তাবা মতমদা চিংলিবা লৈয়ি অশিদা উনবদি শোয়দনা উনগনি ।। মতুদা ঐরাগী অচম্বা পুম্বনা হায়নৈ, মরম পুম্বদি চুম্লে উনবা মতমদি মাল্লদে করিননো খল্লে । ঐরা নিংখোমা হায়, মৈতৈ পাওট মুম্না য়েংঙু শোইগনিদা মখোয় ২ উনবা মতম অশিবু ।। করিনো নিংথো থেঙ্গাগী হোরিবা মকনা হায়বমু শোয়বা ছৌনদে মযুম গোনোশিংবু মরম অসি মুম্না চম্না হম্না হোবিতনবিবনা মাইচাও মাইঙৌ তানফংবা রাগনি ।। রা অসি তাবদা মতৈ মহৈ ইকাইনতুনা মতম ভাইংমা লৈনথি ।। মুংখিল পোম্পা তুনব। পুংলুপ ৬ তাংদবা রাংলেন ভাইহাক রাংলিতৈদা ঐরা নিংথোগী মনাই ললোনবা নিপা ৫ থক চৌদগী কাথংলতুনা লুবাক ১/১ মম নাকন ২ দা য়ান্দুনা লুবাক ১০ থক পুতুনা থ্বাইনা তিল্লিবা মফমদা থুংলতুনা ঐবা নিংখোবু পুকমতুনা মখোয়না পুরকপা পোংপু হেক কৎলি ।। মরাম পুম্বা চুম্মি চুম্মি থুংলরে হেক হায়নৈ । নিপা ৫ দো কবিনো হায়নবিবশিবু হায়তুনা ভাহাক শকচাননা লৈ ।। ঐরা নিংগোনা হায় 'কদায মখোয়বু কার কনিনা য়োনথুবা করম্বা অনোবা পোৎনা পুরকপা" ? রা তাবদা মখোয় ৫ না মগী মাগী লুবাক মথুম হাংতুনা য়াউরিবা পুম্নমক নিংখোদা য়েংহল্লি ।। অহানবা লুবাক হেক হাংবদা মুংখিল পোম্পু পুংলুপ ৩ হেক তাই । মতুদা ঐরা মরাম পুং ভাখ্রে শোয়রে শোয়রে ইনিল হেক নিল্লি ।। অশুম্ব হাংতুনা মথং মথং য়েংলকপদা পুংথায় তাংদবা মিকুপ থবদা মভাইরবা মতমদা লুবাক থমজিনগদবগী মথুম থুমজিনবদা মথুমদগী চুম অমা চোং-থোরক্তুনা হম্বা য়েংদনা ফক্লাং তম্না চেনশিংখ্রে ।। চুম অমোম অতুগু মপুরোইবা থুংলবনি লকলগে মকাগুম্না পরপ্রপ কুনথবতুনা পুংথাই হেক ভাবদা লৈযি অতুগী রা মা বাংমদা লৈনরগা মচীন মচীন চীল্লাক্রম্মগা থাংরাংনতুনা চেল্লখ্রে । মৈতৈ মকনা চুম্লে রা-রা হেক লাওনৈ, নিংথো অমদি গোনো ৫ তাংজ লুক্ক লৈ-থি । নোংভারবা মতমদা গোনো ৫ মক্সা হায়, "শেন ফৈয়া ভসিদি মনিগী থুদোপ ১ শঙ্গাইগী শুমাং থেলোঙ্গী ময়াই অসিদা থাদগদোরি রাক না মমাই মগা পাংনা পাইরক্তুন." । ঐরা নিংথোনা হায, মতম করম্বদা ? শেন ফৈয়া তভানবনা য়ুংথক থানবা মতমদা শোইদনা মফম অসিদা তরগনি । মতুদা হম্না হম্না তংবদা মখোয গোনো ৫ মক পাউদাক ১ তা ওইনা মানরবদা মক গোনো থেঙ্গাদা অমুক হংঙি । ঐরা লৈবাকী গোনে পুযাবু থংবা তৈবশি ফনদি মহৈরে অতুবু রাথন্দা লাকশিনবা পুংলুপ হোরিবা থরা তমহনবিখো, মরম পুম্বশে লোইনা চুম্নবনিশে মসিদা উক্রোং হেংনবা পোরাংনা লোইতুনা থম্নবা য়েংবদগু চংখোম্নবা মপুদা কৎলগে তোৌরকপদা চপ্রিং ১ পোৎলম হাপ্লিবা পুথমদা পকলমতুনা পোৎ পুম্বা মাঙবগুম্না শোইদ্রবা রারম পুম্বশি মাঙহল্লবনি ।।

লান্না শন্দোকপীগে হায়রিবা য়াথং অচুতা প্যামজবগী চৎচবনি য়াথংবু নোংদম্বীত্রবদি সনা লুপাবু পুরকপা ঙমগাত্রা ননাইনা ফংজরকপা পুম্বশে মৈতৈঙ্গীদমক্তি ননাইস্নু কুমজরে" হায়রম্মগা তম্পাক য়ুমদা হনখি ।। ঐরা পণ্ডিট রেবু থেঙ্গাগী মতুং ইন্দুনা গোনো পুন্নাবু তমচুনা মতম থরা লৈরম্মগা ঐরা নিংথৌ মৌথ্যাংলাংগগী মনাক্তা হনখিজুনা লৈখি ।।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮০৩ নোংপালাই কুমশিং ১৬২৫ শকাব্দ ১৬০৪ তৈথাবা ২১৯ শুবা অরাম্বম খুলজালগী কুম কাসেনগী নিসমাং ১৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা মুমিংকী মুংথিল পোম্বা জুনবা মতমদা কংলাগী শুকঙ্গা মুংফালবু মখল্লা হায়নজুনা লৈরম্মে । মাইচৌশিংনা য়েংবদা পুংপ অচু মপৃশিব মুমিং থোক্লে অচুগীদমক্তা শঙলেন মপু লুখোই, কমেংদিবা শমুরো চীঙ্গোং, রাঙ্গোই খেমা, খুঁরখুন তেবি, থোংগীমাইবা, য়ুম্নাম তোম্বা মাইচৌ ৭ না কংলাগী শুকংদা ফমজুনা পুকম লৈপায়জুনা থৌনি । থেম নৌবা ইন্না য়াদে মজুদা লুখোয়না হায়, 'পান্দ থৌনিবশি য়াদ্রে মঙ্গুংদ চংজুব অচুক লৈপায়নবগে ঐখোয় মাইচৌ পুম্বনা পান্দ অচুক লৈবিরম্মু" হায়জুনা শুকং মঙ্গং চংদুনা থৌনিখি ।। লুখোইগা মা লুপা তাঙ্গা হুল্লম্মগা থৈয়োম লৈপুন পায়জুনা শুকং মঙ্গুংদা চংশিনখি ।। চংখবা মুমিং ৫ নি শুরবা ফাওবা হল্লক্লে মাবু হল্লকপা ঐখোয়না মকম অসিদা ডাইবা ঙম্বা তৌনদ্রে অচুগা শুকং অশিগু মুমিং অমুক কুইন থোং হাংজুনা থম্ন অসিমু চুমদবা অমনি, চাদ থক্তনা লৈবা লৌনদে শুকং অসি মেন্নবা তৌসি খল্লজুনা মৈতৈঙ্গী মকমদা হঙ্গংলে ।। মৈতৈঙ্গু মাইচৌ ৬ না হায়বজুদা চুমংত্রা হায়জুনা মেন্নবা তৌবা নোংদয়ে ।। মাইচৌ ৬ পু শুকং মেন্নবা থোরক্লে মরম অসি লুখোইনা উরে । অং করিনো শুকং মমায় মেনখিদোরেন, রাখন লৈতেদা মমুং অসিদা মী চংখি খংদবসু নত্তে মথোয়না নৈ মকম অসিদা তৌজরিব। অসি খংজদজুনা তৌরিত্রা নত্রগা ঐবু মাংহম্নবা তৌবর থন্দুন। শুকঙ্গী মঙ্গুংদগী লাওকই । 'ঐখোয় মাইচৌ ইচিল ইনাওশা ইবুধৌনা থাগোম্নবা থেমনৌবা য়াদজুনা ঐবু লৈতম্মি মিকুপ অমতং শুকং মেনখিগু" লাওরকপবু মাইচৌশিংন, তাবা ঙমদজুনা শুকংবু মেনগাদবগী মাযথুম মুঙবু হাপ্তুনা লৈবাক থোৎচনবা হৌরক্লে ।। খুদক অচুদা লুখোইনা শাও খিজুনা মবুধৌবু থেমনৌবা লোইদনা থাদোক্লম্মগা মমুংদগী চেনথংলজুনা মাইথুম মুঙবু মথোংনা কাউথোক্লুনা মপান্দা চোংথোরক্লে । মায়খুম মুঙনা তুরকপদা থোংহীমইবগী মথাংদা তুমুনা মথাং থরা শোক্লুনা রাখি ।। থোংহীমইবগী মথাং শোকপগীদমক্তা নিংথৌ য়ৌনজুনা রাকৎনৈ ।। মজুদা লুখোইনা হায়, "হে নিংথৌ থবকপু তৌগনি হায়না থৌপুরগা থৌঙমদনা তে কপা চৎলম অসিদি শঙলেন পুবা ঙমদাই পুবা মাইচৌগী চৎলম নত্তে, মীচেঙ চারবদি মথায় য়েন্দুনা লৈবাক্কী মুংতাইনবা থৌপুগদবনি মতিক চাদনা মতৌ মান্নবা থৌপুজুনা শঙলেন ফম্বদি ননাই লুখোইবু কয়া পামজদে মরম অচু মুম্না খ জরুখিগে ননাইনা লাক্রিবা মথৈদি শুকং মেনবা তৌবিনু" ।।

ইবুংঙো কুকিলানন্দ ইরেংবনা তোরেন্দ্রম চনু গৌরমঞ্জরীনে, ঙাংঙোম চনুনে, লাইরিকয়েংবম চনুনে, ওইনাম চনু শন্তেশ্বরীনে, হাওবম চনু নবচম্পানে, লৌরিয়ানবম চনু হেমাবতীনে, অকোইজম চনুনে ৭ মক পাম্নবা লৈবাক ঙাকখি, লোঙ ৬ কী মরক্তা ।

কোকিলানন্দ ইরেংনগী য়ুম

ইবেম্মশিংনা পোকপা

১— তোরেম চনু গৌরমনজুরীনা ভলাসিং পোকই । ( শোইনাইদে )

২— ঙাংঙোম চনুনা নরসিং হাওমচা শঙলাকপা পোকই । ( শোইনাইদে ) ।

৪— ওইনাম চনু শন্তেশ্বরিনা লোকনাথ পোকই ।

৫— হাওবম চনু নবচম্পানা দিনবন্ধু, পোকই ।

৬— লৌরিয়াম চনু হেমাবতীনা অহোঙহাংবগী ধর্মশিঙ ১ মা পোকই । ইবুঙো তোঙহাংদি শোইদেনাই ।

৪ গী ইবুংঙো লোকনাথনা লাইরিকয়েংবম চনু চিত্রাঙ্গিনীনে, একোংবম চনুনে, ফুরিংশংবম চনুনে, ঙাংবম চনুনে, মাইস্নাম চনুনে, অঙোম চনুনে, উশম চনুনে ৭ মা পাম্লে । ( ৪ দি শোইনাইদে ) ।।

১— লাইরিকয়েংবম চনু চিত্রাঙ্গনা ইবুংঙো নবকান্তগা ইবুংঙো কলাকনন্দ পা-চনবগা, ইবুংঙো দুর্গাসিঙ্গ (৩) পোকই ।। ( নবকান্তগা দুর্গাসিঙ্গ অনিদি শোইনাইদে ) ,

৪ শুবী— ঙাংবম চনুনা ইবুংঙো মধুরশিঙ্গ ইবুংঙো নিরধজগা অনিমক পোকই । ( ময়ংদা অনিমক লৈখি ) ।

৭শুবী - উশম চনুন ইবুংঙো বেশ্বরসিং পোকই ( শোইনাইদে )

কোকিলাগী মচ ইবুংঙো দিনবন্ধুনা লাইরিকয়েংবম চনু টিকানে. হংনেম শুন্দম চনুনে ১ মক পাম্নবা হংনেম চনুদি শোইনাইদে । লাইরিকয়েংবম চনু টিকানা ইবুংঙো গুনধজগা ইবুংঙো মাধোবশিঙ্গ অনি পোকই ইবুংঙো মাধোবশিদি লম্বোইখ্রে ।

ইবুংঙো ধর্মশিংনা নোংমাইথেম চনু তরানতীনে পেবম চনুনে পাম্লে । নোংমাইথেম চনু তরানতীনা শান্তোবগা গুরধজগা ২ মা পোকই । ( শান্তোদি ময়াংদা লৈখ্রে ) । পেবম চনুনা ইবুংঙো সেতুগা, লাইরোঙ্গ ২ মা পোকই । লুপ ২ অসি লৈতাকপা ইরেংবগী লুপ্নি, মৈতৈঙু চরাই লোংবগী নাওদানি ।

# ৪৯ নং মৈতৈঙু পামহৈবা করিবনিরাজগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮১০ নোংদালাই কুমশিং ১৭০২ শাকাব্দ ৩৯০, চৈথাৰ ২০৬ শুবা থোনাওজম খোংজমগী কুমদা লৈবাক অশিগী নিংথৌ ওইরে। মনাগী ইবুংঙো চইয়োল লাঙং শাক্‌বা খপ্রাং পাংশাব, মনাও ইবুংঙো মথং খনব লোইয়ুম্বা, খুবাই লাকপা মনাও ইবুংঙো ঘনশাই মেংযাং, যাতঙ্কল্লাকপা মনাও ইবুংঙো থমপানবা, রাংথৈল নপা যম্বয় খরোই, খুইরাকপ নামেই শাইদোন, শেলুংবা খাংজবা নৌতোন চিজম অভাং সেলুংবা। সাপম চংঙোই সেলুংব। চিজবা নোংপোন শাচেম্বা হাওবম ঘনশ্যাম সলুংবা। (হাওমচ সেলুংবা ওংগবন পুকসংগম। শঙ্গাই শেনবা সেলুংবা ওংবম অচুতা)। মাইবা শঙলেন মপু ওইনাম লাইন, মাইবা হঞ্জন থোংশাত্রাবা তাঙ্গো, চিদং তোকপম লাই, নাপল লম্বা লম্বুবা ইরোম মংচাও, নপাকবা খোঞ্জম মাংঙো নোংখাইবা শাইবোম শ্যাবোক, নোংদম শঙলেন মপু লাংজই লংগাই, লাংদাই শঙলেন মপু থোংচি মাইবা, রাঙ্গোই খেমা, কাইবিরেন শঙলেন মপু শমুরৌ চিঙ্গাং, নোংমমপু বাইবাকপম লমচিং, ভাইশেবা য়ুম্নাম মরিক, লুম্নাং হেনব হাওবম শ্যাম লাইফমাকপা লাইশোম লমফেল, শাংপ নোবো অঙম্বা, অবাম্বা শাজো অঙম্বা, থাংজম শুনো অঙম্বা স্নাপু আকোং, চন্দ্রশেখর শেলুংবা, তবাচান্দ শেলুংবা, শোইরা ইশম্বা শিদাম শেলুংবা, নবরাম চাবানা শেলুংবা, চুংদ্রুবা শুবোন অঙম্বা, রাংথৈ লৈথোন থাং ফানবা অন্দে, থাং ফনবা নন্দে, থাংজম যুইথুলি অসিংচিংবন পৌগল্লি।

## চেকশা লাক্কুনা থোগল্লবা

মতম অসিদা থাংজবা চেকশা কৌবা অমা লাক্কুনা মাগী মথৌন উবদা অঙম্বশিংনা মাবু চংশানি খোল্লি মহাক অসিনা লাকপদা শগোল অমা তোংলগা টা ১ নমদা পোরগা থাং খা নাকন্দা য়াল্লি মফি নিংতম্না কুপ্পা অমা তাশিন্দুনা শেংলি। ফুরিং শাইককপা অমা লিংলগা তেলোক মতোক মমৈ চোননা ১ য়েঙ্গুনা লাকই। মযুম লৈতে ময়মজি মহাক অশি নোংপোক লোইযাবমদা লৈরম্বা শিংচনবগী খবক শুবা মনি। নোংমা মানা নোংপোক লৈংথৌ চীংদা শিংচনবনা চীংবু কেযনা চত্তুনা য়েংবদা লৈখুন ১ থেংনহুনা লৈখুন অহুদা পংচং চংখিত্তুনা মফম অমা থেংনহুনা লাইনিংবা অমা থেংনজে। লাইনিংবা অহুনা মাগী মপুক্কিং উবদা মনাক্তা মতম খরা থম্বীখি। মতুংদা নং চংনিংলববা হংজি, মানা চংনিংঙে হায়। চংনিংলবদি নং করি পাম্মী ঐ পিগে হায়, মতুদা মানা খল্লি "লম্বীশু মফম থংদ্রে খোংনা চৎপম্মু ওম্মি ওম্মোইশু হায়রা ওমদ্রে, শিংচন্নবা থাংশু য়াওদ্রে অহুনদি শগোল ১ গা থাং ১ গা

পিয়ু হায়গে" হায়না খন্দুনা হায়বদা যাগং নোংদম্বীরক্রবদা মফম অতুদগী হল্লকপদা মথুমস্থু লৈরমদ্রে। মতুদা মানা অশুম খল্লুবদগী স্না নাক্তা পোগদ্দুনা লৈগ্রগে খনবদগী স্না নাক্তা লৈরবগী রা হায়রবদা অঙম্বা ময়াম্না মাবু পুশিন্দুনা মাগী মপোবু কুম্মে ওইনা য়েংনহুনা থম্বি মাবু ফম পিবস্থু য়াদে অকন অথো ওইমা লৈ।

## রামজি প্রভু লাকপা

পামহৈবনা অংগোম কবিবু ইস্তোক্লুনা শঙলেন মপু থাদোকখংগ্রে।। লা: ৪৮১, নোং: ১৭০৩ শাকাব্দ ১৬৩২ চৈথারা ২৫৭ শুবা থৌদাম খোংজোম্বগী কুমদা পামহৈবা টিয়াঙ্গে থাদা হী তোংঙি, লম থেক্লুনা খোং কাংজৈ, মুক্তা-লমজেল, শংগোল কাংজৈ, থংটা অরাম্বাইগী কুম্মে তৌহুনা লৈবাকপু যেংহল্লি। লা: ৪৮২ নোং: ১৭০৪ শাকাব্দ ১৬৩৩ চৈথারা ২২৮ শুবা রাংথৈলাকপা কোংযাম্বগী কুমদ অদোম তেখাও লৈবাক্কী সর্গদেবগী মনক্তা লৈরম্বা মপু শুপ্রানন্দ শর্ম্মগা পরমানন্দ শর্ম্মগা মনিপুরদা থেরক্লুনা স্ন নাক্তা লৈরে। মখোয় ১ না সর্গদেবগী কোন্নুংদা লৈব চি-যাইনচিংবগী মরম তম্বদগী মখোয় ১ বু অমুক তোম্না থাহুনা শ্রীরামজি প্রভুবু লৌহল্লুবদা মখোযনা রামজিগী থোংবু অকিংদা হাংহুনা পুংক্লে। চু প্রম চীচেংদা অহিং লেকপদ রামজি প্রভু মখোয়গী নাক্তী মাংখিহুনা পামহৈবগী মফমদ মখোয় ২ না মরম পুথ্বা তমহুনা থিবা ফংদনা লেনরে। মতুং নিনি লৈরগা। কাঙবা যাংঙম্না। শম্ভী পেকপদা লাই অসি য়াওরক্লুনা পামহৈবদা পিরে। মৈতৈচনা শুপ্রনন্দ, প্রমানন্দ ২ বু যেহনংদা মাম্নি শোইদ্রে হায়হুনা লাইগী শঙ অম শাহুনা কোন্নুংদা বাপু ২ বু থোংনহন্দুনা লেরে।

শ্রীরামজি প্রভুবু থিকাশং থাশেংব লৌইহুন অহিং য়ুংশক থানবা মতমদা লৈবাক অসি কন্না নীক্লুনা নুংশিৎস্থু য়াম্না শিন্দুনা লৈবাক্তা য়ুহাবারে হায়নৈ। মতম অসিদ, মন লৌরেম্বনা লাইনিং শঙ কৈক্রু মখোঙদা হায়, "মক মচা থেঙ্গা চোপেদো ঙসিগী য়ুংথক্কগী অতুগা লুথোক নংদি থরা চেকশিনগনিদো মীরোন ৫ বাংলিদো নবুথোনা হন্দক শান্নগদবা লাংঙন অসিদি লংজখিবগী লমন শিংবনিদি হায়ববু লৈবাক মীপুম খুদিংগী পুক্লিংবু শুমহৎনবা ওইবা লাংগেন্নীদো মশক অমতদা পাউ পিবনা লৌনম্বদগী লাচমিং থংদনা শোঞ্জংলৌরি লাইশক য়াম্মরনি, নপা অনিগী মতুং শিন্দুনা লইশক য়েংঙ মতমদো রা ঙাঙ্গনো। নবুথোনা লৈবাক্কী চংলমগা মীরমলেনগী চংলমগা মউ অমতনি থংহনগে থোবাংবনি। চংলমদি ইথোং পুম্বগী ইচেন মাম্নদবগুম্বনি চৌরককমস্থু অমতদগী চৌরকপনা ইখোংপুম্বনা ইতাখিহুন ইতিম্রবনি মফম অমতদা থিল্লিবা অসিহনি। নপুক মরোং নাইগনু রাদি ২ ঙাংঙম্মু সুতিন লাইরকচন্দা অমতদগী চেনফদে। মরম অসি থংনা পাউদাক্লুনা ১ না ২ থোক্না ঙাঙ্গনি ২ না ১ ওইনা তাক্লনি লৈবাক অসিদা

লাইশোল (৩) শুরবমি ।। মশি মরুগী কাংখোং চুকখোং (৩) কৌবনে, মমিংবু হুং উং ওঁম কৌই ।। ১ না ওঁম ক্রী শ্রী কৌই ।। ১ না হো রো সো কৌই ।। মৈ ঈশিং, নুংশিৎ কৌই ।। চিংখৈ ফিজুপ মরোল ৬ কৌই মমিংবু আ অঁম সোরোংপী সিনখোম্বা, আ অঁম সোরোংপী সিনখোম্বী কৌই ।। মহাকী মন্তাম্রা লৈমরেল ৭ কৌই ।। মমিংদি গোরোং গোরোং চিরোং খিম্বিং খিম্বিং কৌই ।। কেরে কেরে চিংগুং নপ কৌই ।। সোনা থিং প-ব হু তুঙ্গং হিং হিলিং সোনএ কৌই ।। হুঁ শ্রীদনা সেনকা ননূন্য কৌই ।। লূম শ্রীবে নতু সানামাথা ভুমও কৌই ।। হেং হিং নিং নপ কৌই ।। লু তে হীং মানপ হো কৌই, মক ৭ কৌই ।। মিংলেনবু ওম হ্রীং হ্রীং, ওম ঐঁ ক্লীঁ, ওম হুঁ শ্রীং, ওম ঐঁ স্ত্রীঁ শ্রীঁ, ওম হ্রীং ক্লীঁ ক্রঁ ওম হ্রীঁ শ্রীঁ, ওম এঁ শ্রীঁ নুমিৎ চয়োন ৭ কৌই। মরু ৭ মক অশিনা য়োম্লিবা মশক্তি (হ, ক) গী মশকপু য়োম্বনি ।। ভানু মাথু কৌই ।। য়াকম মরোল অতুম কৌই ।। মশক্তি নোংপোক কৌই ।। খোইদো অতুম কৌই ।। লৈথক্তি খোইদৌনি ক্লীঁ মশক্তা লৈত্র।। লৈয়ায়দা লৈবদি ক্রং হুঁ না লৈত্র।। খোইদৌদগী থুদোল ২১ বু লৈথারোল কৌই। মশক্তি সঁ মশক্তা লৈএ। মশক অতুম অশিবু নশক্তি থংও। (৩) মকশিবু মতম পুম্বদা নিং নিং নিং, রি রি রি হায়না নাওথেমতুনা সঁ না নকোক্তা, ক্রং ক্রঁনা পীশুম ২ গী মরক্তা থমতুনা শ্রীং মশক্তা লাইবক্তা, ক্লীংনা নথাংদা, হ না ওইগী নাত্তোন্দা, র না য়েংক্তী নাত্তোন্দা থম্লগা (শ্রীঁ ক্লীঁ হুঁ) বু য়েংঙু মাগী মশক পুম্বা উগনি। পোকউগদবা মফমু থংজবা ভম্বা নশক থংবা কৌই। নুমিৎ, থা লাপুন্ গী মন্তালগুম ভাম্বা ইংনা থরাই পানবা খিবিকী চংনকম হংনকম মহাক্তনা ওইএ মাগী মশকপু শিংথাব লোইবা নত্তে মহাক্তনা অতেনবা ওইতুনা লৈরবা নোংজম্বগী মপা মপুরেন (মহাক, মহাক) নুমিৎ-থানা লেংদবনি। লৈথক লৈথা লৈয়াই, নুমিৎ-থা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ মরু ৭ অশিনা ১ ওইবা। ১ না অতুম ওইবা, ৩ না ৬ ওইবা ৭ না ৫ ওইবা, ৫ না ১ ওইরতনি। লুখোই মীপোংগু লাইফমে, ইপোংগু চেকশিম্না কুয়োম অশিনা য়োমতুনা নপুক লুবাক মথুম হাংতুনা মতম অতু থমগনি” পাউদাকপু তাকপীবা লোইতুনা নোংতানতু উরক্তুনা মকোক ইক মাইতাতুনা মরু ২ গী লাইনিংনবা খোরাংতুনা লাইনিংপুংদ চংতুনা লাকপবা য়েংতুক্তা মতম থরগী মরু ২ বু ভাইতুনা লৈখি।

মৈতৈগুনা লাংদাই মাইচো খোংহী মাইবগী মফমদা অহিংদা ওইখিবগী মরম্বু হংভি। খোংহী মাইবনা হায়, “মৈতৈগু য়ুহারাবা মতী নত্তে ননাইদি থংবদি থংজদে স্না য়াথং তাকপীবগী অতুক নীংশিংজবা হায়জবতুনি, ভরাং অহিং নীকখিবা নুংশিং শিংথিবদি মৈতৈগুনা হোরকপা লৈফমু স্না পুক্লিংদা চিংনরতুনা ১ তা ওইবা চংলম লাইশকপু ২ খোক্তা শেমদোক শাদোক্তুনা

মিয়ানগী মরোল্দা লাইমিংবু লৈহৃম্না লাইশক ওইনা লেপ্তু্না শ্রী রামচন্দ্রগী থুয়া থাদা পুরুম লাইশোন ওইখিবা মরম্বু শ্রী রামগী মনাই হনুমাল্তুনা পেনখ্রহ্নুনা মফম অসিদা মবুংঙোগী থৌগল লাকপনি"। "মাইচৌ শ্রী রামচন্দ্রগী মনাই হনুমান্তু হায়রবা অহুদি মবুংঙো রামগীদমক লাকফম অসিদা লাক্লে হাযবশিবু মফম কদাইদা লৈঙম্বা"? "মৈতৈঙু শ্রী রামগী মনাই হনুমান্তুনা লৈখিবা মফম অসিদি হৌজিক্কিদি নত্তবা মকশিংনা তাকপীনখিবা শক্তাই য়ুমফম য়াংনা থৈবগী পম্লোঙ্গী থাগী মেনফমগী নোংচুপ পাংবা ১দি রাক্রম পন্তোংগীশু নোংচুপ, মরু লম্পাক্তী মোংচুপ পাংবা হম্বিং থোং হায়রিবা অসিগী মৈরম, পাম্লোইবা ইবেনগী মমাং, মীলেল পাংকী ঔরাং থংবা অঙোম ইংখোনগী মোইরাং শম্লোং মবক অশিপা লৈজুংদা চংহুনা লৈরে"। মাইচৌ মরম অসিবু করি লৈবনা মফম অহুদা লৈখিবা শ্রী রামচন্দ্রগী থৌগল চৎনবা লাইগী শঙ শাহুনা পুকম্নবিবা মফম্না কংলা অসিদা ওইরগা? মহুগী মরমদি মৈতৈঙু লাইযুম শঙ্লেনবু শানা থৌগনবু ফংজগে স্না পুক্নিং লুম্না'বু লৈথাখিবা লৈফম অসিবু লৈফম মফম নত্তবনা লুকুদা মবুংঙোনা লৈঙমগদবা লৈফম্বু লৈয়েং লৈথিনা থৌগন থরদং লৈকংচগে রাখঙবনা লৈফম অসিবু চীংফুকে লাকপদা মঙ্গোগা থঙ্গোগা ২ বু উনজবদা লৈফম্বু লৈনিংখিববু মবম লৈবনা থোকাংংখ্রবা পরঙ্ থোকাওদনা লৈরবনি। শ্রী রামচন্দ্রনা লৈবাক অসিদা লেংলক্তনন থুগ্না লৈবগ্বনি তৌজাক্ত মবুংঙো শ্রী রামগী থৌগল চত্তুনা রামগী মমিংবু নীংশিংনরবা মবম্না মফম অসিদ ঐ লৈ থংনবা থুবম্বু তাকপনি হায়না রামায়োনগী পুরাংরগী চীংফুকপগী কোয়না চত্তুনা চীংবু ফু কপদা তৌ কংলৈ লম্মচনবদগীবু ফুক্কে তৌবদা ফুকপা ঙমখিদবদগী পরম থৌরম্ মীহুনা থোংবী মাইবনা মথং শিংনা লীহুনা মৈতৈঙুন তাহন থংহল্লগা মফম অহুদা অঙম্বা মাইচৌশিংনা চত্তুনা যেংনবদা লৈবাকপু ককথাইহুনা লৈরম্মি॥ মহুদা মাইচৌশিংনা থিবদা স্নানা ফুদোংহুনা শ বগুম হুক ১ নিনবা হনুমন্তগী মশক ১ ফংহুনা মফম অহুদা শঙ ১ শাহুনা হনুমন্তগী থৌগন চৎনবা শ্রী প্রমানন্দবু থমহুনা মফম অহুবু হনু লমহাং কৌহুনা হনুমন্তগী থৌগল তৌবা হৌবে।

( চিংফুকপগী য়ায়া থমথং কৌবা পুরারিদা য়াওরি, থমথং ঔরাদ লৈখ্রে )

## ইরোই শেনবা কৌখিবা

লাংবচক্তী ৪৮১৩ নোংমাংলাই ১৭০৫ শা. ১৬৩৪ চৈথাবা ২১৯ শুবা অথাম ভাইথোংগী কুমদা পামহৈবা অরম্বম চনু লিম্লোইঙম্বীবু লুহোংহুনা লোরে। মতুংদা হাওবম চনু চন্দ্রবতীশু লোরে। চৈথাবা অঙোম চাওবা শা. ১৬৩৫গী কুমদা ইবেম্মা লিম্লোইঙম্বী মচ ইবুংঙো শমজাই থুরাইলাকপা পোক্লে। কুম অসিদা মৈতৈঙু করিবনিরাজ অঙম অথৌগা লোইননা নোংচুপ হারমদা চীঙী কম য়েংবা থোংলেংতি মঙম

অসিদা অয়াম্বম মাগী নুপী রায়েনবম চনু খম্বালবতী কৌবী অসিনা মপুরোইবা নাতুনা লৈবদগী মপুরোইবগী মছুং শীন্দুনা খোইদোম পাংকী চীংজিন্দা যণ ইরোই শেন্দুনা মফম অতুদা হ্ণশেন যণঙাক্তুনা লৈবদা পামহৈবমা মুংদা'বাই মা কোমুং তম্না খোঙ্গারকপদা ইবেম্মা খম্বালবতীনা যণ হোইগং-কদবগী কোইচেন চেন্দুনা যণ ইরোইবু খক্তুনা ক্ষেইরকপবু উবদা মা পুরিংদা রাখল তম খনখিদুনা খোংনেৎশা কারু খোংদাংবু খুজৈ য়েংতুনা খ'মুগা য়েংদুনা লৈখি শুদক অতুদা মুংশিং লিরি লিরি শিত্তুনা খম্বালগী লৈনম্ব মীপুম থুদিং য়েন্দুনা পুক্নিং লাংতক্লক্লি। অঙম্বশিংনা "চী: খম্বালগী লৈনমশিদি কনখেদা খায়দগী খম্বাল শাৎপা উদে মফম অসিনা ইংনা চীকপা মফম ওইবনে মুংঙাইখ্রেদা" হায়তুনা মা খোগন ওইনা পোৎখাতুনা লৈরে। যণ ইরোই হোইতুনা ইবেম্মা খম্বালবতী যুমগারকপা অতুদা নিংথৌনা হংজি, "ইরোই যণবু শেংদ্রিবী ইবেম্মা নংবু কনানো, চৎলিবা অতুনা কদাইদা চৎলিবা, নংবু কনানা শেনহল্লিবা করি মরাল লৈতুনা শিল্লম অসিদা খোদা নোংদম্নীরিবা" হায়না মুন্না য়েংতুনা লৈরম্মী। পাউচং অতুগী পাউখুম পীজমদনা মসুম ৭কা ৮বানি হায়তুনা খাপ্রপ্পা পুকন্নম্মগা খম্বালবতী যণ তোইগত্তুনা চৎখি মতুদা পামহৈবনা হায় খোইদোম পাং অসিদি লম অসিগী যণ, ইরোই যণশেনবুং ওইরে, মহাক্না শেল্লিব অসিদি লম অসিগী মনশিংবু শেনবা ওইরে মরম অসিদা নেমা পুক্নিং রাখল চিংনবা শক্তুনা মহাক্না রাখলবু পোৎথাবা ওইনা রাখলতুনা য়েংখিবা মফম্মি নিংথৌ এনা কাওদনবা মফম অসিবু ইরোই শেনবা পুং কোনা খংনরগে হায়না মিংছল্লম্মগা মা কোমুং য়োনবা লেংখি ইরোই শেনবা হায়না কুম'শিদগী খংনবা হৌরে।

খম্বালবতী মপুরোইবা অরাম মা নাবগী উশিন ঙা লৈবা মা কৈথেন্দা অসুক্না কাজবকই। মকম অতুদা নিংথৌগী মনাইশিংনা উতুনা নিংথৌগীদমক ফাতুনা নিংথৌদা কৎলে। ইবেম্মা খম্বালবতীনা হায়, "ননাইবু পাদোকপীয়ু ননাই নাবগী উশিন ঙা লৈবা লক্কবনি অমাইবশিংনা খৌনিগদবগী ঙাইতুন লৈহোরিবনি"। হায়জববু কনামতনা তাবিবা তৌদনা ফাতুনা থমখি। মতুং অতুদা অমাইবশিংশু ঙাইবা ঙমদ্রতুনা মুংথিল ওইমা মতৌরশি হায়তুনা হংল্লে ময়ক অসিদা অঙম্বশিংন নারেন্দা লোম্না শাঙানবা লাক্লে। অরাম মুনা মদাইরেন খম্বালবু ঙাইতুনা কম্মেন উথোক্তেন্দ ঙাতুনা ঙাইরি। থুদক অতুদা ইংখোল অসিদা লমওক চেমপ্রে হায়না লাওতুনা

---

খোইদোম পাং লৈকিম্ববী হায়রম্বগী মরমদি কবো ব্যাং চনু লাংঙম্বীনা মগী নবো লৈবাক্তগী মাগী লৈজবা ইরোই যণবু পুতুনা লুবাং পোইংতোনগী মরাময়াইবু থিদুনা লাকপদা, চীংচেপ অসিদা ইরোই যণবু শেন শেন্দুনা পুবক্কপদা চীং কিম্বতুন যণ ইরোই সাঙখি হ য়বদগী মফম অদুবু ইরোইশেন লৈকিম্ববী কৌনখিবা অমশু লৈরি, মিংলোন ২ চংনবু খংনৈ॥

মখোয় থরুনা চেনশিল্লকুনা টা লংশিল্লকুনা অরামম্লাগী পুংনোঞ্জা লেংহুনা লাইয়েংবা য়াদনা থুদক অহুদা অহুম শিখি । মখোয় খিবিক্লা নিংথৌদা অরোনবা য়ানা পাঙিদম্লবদা ইবেম্মা খয়াল য়ায়েনবম চন্থু নাশোল থজিক তাথিহুনা স্বা শঙ্গাই মন্থুংদা তেংথা নাওয়ৈষ্ণুনা কৌহুনা কপ্লক্লে । মত্তো অহু উবদা ইবেম্মা অয়াম্বম চন্থু লিপ্তোইঙন্বী, হাওবম চন্থু চন্দ্রাবত্তী ২ না চংলক্লুনা থম্বালবত্তীনা কপ্পবু থেম নৌনা কপ্পা তোকহনখি । ইবেম্মা অরাবা য়াথম্না থুমহৎখিহুনা চাবা থকপা থংদনা লৈরক্লবদা নিংথৌনা মথল মথা অয়াম্বা য়াহৈনা থেম্মৌবদা ইবেম্মগী অরাবা কোকহনবা ঙমদহুনা নিংথৌ পুক্লিং কুংঙাইহনা লৈখি । ইবেম্মনা চাবা থকপা তৌদনা অহুম লৈরবা অহুদা স্বা পুক্লিং অম্বুকা হেন্না য়াখ্রে । অরাম্বা স্বাগী উক্রোং চোংবগী মুমিৎ ঙুহুনা পামহৈবনা মরম পুম্বা শিল্লাংহুনা উক্রোং কোংলে । মত্তম অসিদা কম তাহুনা লৈবা অঙোম কবিনা খোয়াং অসি থল্লুবদা "মত্তাং অসিদা ঐনা খৌবুহুনা য়াঙম্লবদি নিংবদি শোইদনা থুংলানশে অহুদি থরদি হোৎনহুনা অফবম্ফ ফজ্জবম্ব ১ মঙ্গী লমন ১ ঙনা শিংবা ঙম্লবা পোখাংবা তাইদনা অহুদি ঙমগদ্রা, কবিনোদা কবি শেখর অহুবু ঙমদ্রবদি নমিং কবি শেখর কৌবগী করি কাম্নগনি ঙম্লবা তৌ" হায়না য়াথন্দুনা লোইশঙ কাবা শাহুনা নারোল্ল ইবেম্মগী মাক্তা চংলক্লে । "পোইরৈ মৈতৈ লৈমা য়ায়েন কাম্না য়াফাওবী য়াথল লিপ্তোই শাফবীবু পুকমজরি" । য়া হাবদা ইবেম্মা য়ায়েনবম চন্থু কনাবু ওইবিগবা হায়না লুকথহুনা লৈরম্বদগী মায চায়গম্ভনা হেক থেং-লকই । ননাই কবি শেখরবু কাওবিরব্রা ? য়াহৈ অসিদা ইবেম্মা ঙম্লহুনা "করি থবক্কী লাকপা করি মরম তাকপিগদবা লৈবিবা" ? ইবেম্মগী স্ব পুক্লি অরাবা মবম অসি ননাইশিংনা য়াম্না লুনা হায়বদগী ননাই লাকচবনি মহুদা ইবেম্মনস্থ তৌবিগদবা পবক্তৌ তৌবিদহুনা থয়াই কুংঙ ই-ত্তরনি পুক্লি রাবিৰখি হায়হুনা চাদ থক্ত কপ্পুনা পুন্সি ময়েং তানবা থোয়াংগা হেক্লব কুংঙাই ত্তরগী লমনবু লমন খুম্বা ঙম্বা হৌনদে ইবেম্মসু থন্দুনা য়োংবিয়ু । য়া ত্তাবদা হায়, মরম অসিবু ঐবু য়াথল লাম্ন কংদবা ওইনা খোকঙম্মি মরম শেংনা চায়বিয়ু । ইবেম্মা ঐ কবি শেখরনি ঐ অসি নিংথৌগী মী ওইরমগনি য়াথন্দুনা ইবেম্মগী য়াশক লম্বীনা থুমহৎখিহুনা থম্লগা বেত্তা থোহুনা পংঙাংদা ঙাংহন্দুনা থংলোকপা ঈংনা লুনা শিংঙিদা মরম অসি ননাইনা উহুনা ইবেম্মবু য়াথল লিপ্তোই শাফবী হঙ্গৎচম্নিবনি । ইবুধৌ মানা পল্লেংবা ওইশম্ব ননাই ঐ পুকখিন চংবা লাকচবা নত্তে ইবেম্মগী অরাবা য়াথলগী লমনবু শিংঙম্লবা য়া ত্তায়জগে লাকচবনি, ইবেম্মগী অরাবা য়াথল অহু ননাইনা ত্তশেংনা উৈজ্জ থংজ্জ স্বা পুক্লিং চিংমবা তৌবিঙ্গু । য়া ত্তাবদা ইবেম্মনা হায়, অঙম্বা ঐন য়াবনা করিনো শিঙ্গদবা লমম্বা করিনা শিঙ্গদবনো মরম অহু থংনশি । লুংখ্রদা ইবেম্মগী পুক্লিং চেংথ্রেদা ঐ অসিনা শাশিল্লবা পুকখিন চংবা ওইরম্মগদবু করি খোক্কদগেশে

স্না পুক্লিংদা খল্লিবা রাখল অসি মীবু শুকথং খংহন্দবা ওস্নিদা অসিবু রাখল লিংখোই শাকবী য়াশক করা রাফাম্বী কৌইনে ইবেম্মগী মনাই ওইদনা কবি শেখরনা কনাগী মনাই ওইগদগে, ননাইশু মফম অসিদা লৈখদি কনাগুম্বনা উপ্রয়দি থরাইমক মাংবা য়ানা লৈবা মরম্নি । মবম অসিদি রাশক্রয়গা তৌগদবা থৌরম্নি কনা তাহন উক্ননা য়াম নক্লেদো ইবেম্মা হায়রুনা রাশক্রুনা ঙাংনখি । ইবেম্মা তৌরিবা থৌরাং অহুনদি লমন শিংবশু য়ারোই শিংলবশু ইবেম্মগী মিংচং থীবা ওইপনি । মশিদা ইবেম্মনা তৌবিগদবা থবক্তি মিংথৌবু থুহুম চম্নবা তৌবিগদবনি । ইবেম্মনা শিঙ্গদবা লমন্দি নিংথৌবু হাম্না রাশকহনগদবনি রাশক্তি ইবেম্মবু মৈতৈ লৈনরল হায়, ইবেম্মনা পোকপা ইচা অহন্দা নিংথৌ থুবম পিবা হায়না রাশক্রুনা য়াথং অসি লৌশিন্দুনা ইবেম্মগী নমথাং মচিদা রাতৈ অহু পুন্সিন্দুনা থম্নীগদবনি । নচা ইবুংঙোগী মতম চারবা মতমদা নমথাং মচিদ কিশি থাখিবা রারম্ব কিশি থোক্লগা থুবম লৌশিন্দুনা মতুংদা রাশক্তি লমন লাংবু থাক্নুনা নচা ইবুংঙোগী য়াইফহৌবা ইবেম্মগীশু রাশক্তি লমন শিংবা ওইবা মরম পুম্বা লিনশু শিদনবা চৈশুশু তেক্কনবা মতম অতুদা ইবেম্মগা ননাইগনা মন্নুংদা মরম পুম্বা শিনগদবনি । মফম অসিদা ননাইশু পংচং চংবা ফত্তে স্না রাখল তৌবিরগা নিংবা থুংবিগনি ননাইশু হঞ্জরগে হায়রম্মগা মফম অহুদগী হনখ্রে ।

মা থরা হাংবা য়েংতুনা স্না নংক্তা অমুক লাক্নুনা পুকৈম্নে । পুক্নমজরি ননাই শেখর ইবেম্মা লৈমা গোমতীগী য়াইফ লখী ওইববু মপু থুম্না থ,দা মতম পুম্বদ, নিজরি । মাইচৌ কবি শেখর পাউদাক অহু করিনো ঐবু ওক্লা থোকইদা । "স্না লুম্নাং খাবিরগা স্না পুক্লংনা নিংবা পুম্বা থুংবিরনি নোংদম্বনা খাপ্রব; মাংফদবা ইবেম্মা গোমতী লাইরেম্বীনি" মনাই হঞ্জরগে হায়রম–মগা মযুমদা হনখি পামহৈবনা ওসি অঙোম কবিনা নিংবা থুংলনি লৈমা গোমতী হায়বী অসি নোংদম মউ চারি লিংখ্রবনি হায়খিবা ? কনানো গোমতী মিংহুন অসি খ্বামনা খংনদবা মিংলেন্দা থৌরমগী মতুং ইম্না মানা হায়রিবা ওইরে খংলহুনা রাখন্দুনা লৈখি । ইবেম্মা থম্বালপতী কবি শেখরনা তাক্লম্বা পাউদাকপু অশুম খল্লুবদা চুমগদবোইনা রাখন্দুনা লৈরিঙৈদা পামহৈবস্তু ইবেম্মগী মফমদা লেংশিল্লক্নুনা "ইবেম্মা নংনা নিংবা নংনা পাম্বা কবি লৈদনা ঐনা নঙ্গৗদমক থৌবাংবদা চিংনবা ওইবা মরম অদু ওসি ঐগী ইফমদা খংহল্লু, নংমা হায়বা মরম অদু ঐনা শোয়দনবা হোৎনগে ।" মদুদা ইবেম্মনা হায়, লাইনিংথৌ ননাইবু হঙংচৌ তাকপীরবদি লেংদবা নিংথৌগী রাশক ১ তদি পিনখিম্নু ।" "মুংঙাইদা ইবেম্মা ঐগী রাশক্তা ননিংবু থুঙ্গদবা লৈরবদি ঐ নিংথৌনি পামহৈবা ঐনা লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌবেনশিঙ্গী শমথরকপা নাওদা মৈতৈ পিবা মক্তা ওইরবদি নংনা ঐগী ইফমদা হায়বা নিবা মবশু শোইদনবা থৌপুত্রবদি লৈবাক অশিদা ঐগী নাওদা অমুক হন্না পিবা থুবম্ব ফংদবা ওইথ্রশম্নু ইবুংথো পাংথংবন তাবি

থংবিদা ওইশন্নু নংনা হায়বা মশক অহুত্তদি ননিং থুংনবা ঐনা থোৌপৃগনি"। রাশক্কী মতুংইন্না, "পিবা কন্থাল তোংবদা ওইথম থোগন লাংজহুনা ননাইনা স্না নোংদমদগী কংজবা ইচা অহন্না পিবা খুবম্ন পিবিবা নিজরি"। অহুরা ইবেম্মা মহুদি মশানা লেংত্রবনি মহুগীদমক চিংনব, তোগন্নু মরম অহুনা নিংবা থুংবা ওইরবদি ইচানা মপা ঐগী ইকমদা মৈতৈ চৎলম অকায়ববু থোৌপুরশন্নু ইচানা তৌবা মরম পুন্না নিংথৌ ঐনা য়াজবা ওইথ্রগে লেংত্রবা ইবুধৌনা নিংথৌ ঐগী রাশক্কি" হায়না রাশক্কা লোয়নননা স্না য়াথং পিনরে। তুমিং অসিদগী স্না থোগন ইবেম্মা থম্বালবত্তীনা ফংজখি।

লাংবচক্কী ৪৮১৫ নোংদালাই ১৭০৭ শা: ১৬০৬ চৈথাবা ২৩১ শুব ইয়োম কোংজাম্বগী কুম শজিভুগী নিনমং ৭ নি পানবা নিংথৌকাবগী মুংখিল পোপ্তা হুনবা মতমদা য়োইবেন থাবী লেংনখিন, অমাই অনপ লৌশিংনা অশৈ খোনফা লাংহুনা মৈতৈগু কবিবনিরাজ পিব ফম্বাল তোংলে। মিংলেনবু করিবনিবাজ মিংহন্দুনা ইবেম্মা রায়েনবম চন্নু থম্বালবতীবু লৈমরেল শাপুনা, ওইথম ফম্বাল লাংহুনা মিংলেনবু গোমতী হায়না কৌদনা অমাই অনপ লৌশিংনা থেমগোত্তুনা ফম্বাল লৈকুমদনা স্না শঙ্গলেন্দা লেংশিন্দুনা সনা থোৌগন্দুনা লৈখি। ফম্বাল তোংবা কুমশিদা ১) চিংঙাথম চন্নু হেমাবতী, ২) ঙাংবম চন্নু রসমনী, ৩) য়াইথোম চন্নু কুঞ্জবতী, ৪) লাইরিক-য়েংবম চন্নু ইন্দুমুখী, ৫) মাইবম চন্নু হেমা, ৬) মোইবাংথেম চন্নু কুঞ্জরানী, ৭) অরাম্বম চন্নু লশমনী ইবেম্মশিং ৭ শিগা লোয়নহুনা ইবেম্মা ১০ না সনা থাগল ওইরে। মতু ফম্বাল তোংবা থা ১ শুবকপদা লৈমরেল গোমতী রাঙ্গোন শঙ্গুমহুনা মচা ইবুংঙো অমা পোক্লে। অঙম্বশিংনা ফম্বাল কুমশিংবু পানহুনা মচা ইবুংঙো অসিগী মমিংবু সনা শামৈরাংজ্বিংশাই থোন্দুনা মিংহুন তমখি। সনা পুয়াদা মিংহুন তাগদবা সনা থোৌগনবা থা ৭ লোমদা মঙাইহুনা তাবা ঙমদন লৈরবদা কবিবনিরাজনা হায "সনা পুয়াদা ময়েক লানা নিংথৌ ঐগী চৎলম্বু ইগদবনি মচাগী মশকপু মপা মমানা থঙ্গদবনি ইচাগী কোলোইদি সনাহন মবাম্বা শামৈবাংজ্বিংসাই মিংলেন অসি তাগদবনি", নোংদম্বীহুনা পুয়াদ মিংচনখি। মতুংদ ইবেম্মা অপামবী ঙাংবম চন্নু রসমনীনা মচা ইবুংঙো সনাহন মুরারি পোক্লে, ইত্তারমদে। ৪ শুবী ইবেম্মা চিংঙাথম চন্নু হেমাবতীনা ইবুংঙো সনা হরিচোরন পোক্লে। ২ শুবী ইবেম্মা য়াইমা হাওবম চন্নু চন্দ্রবতীনা সনাধরশাই পোক্লে। ৬ শুবী য়াইখোম চন্নু কুঞ্জবতীনা মচা ইবুংঙো হরি শাই পোকই। ৮ শুবী মাইবম চন্নু হেমাবতীনা স্না ভৌত্রামশাই পোকই। ৮ শুবী লাইরিকয়েংবম চন্নু ইন্দুমুখীনা স্না অনন্দশাই পোকই। ৯ শুবা মোইরাংথেম চন্নু কুঞ্জরানীনা স্না কেশ্বরশাই পোক্লে।

# শ্রীভাগবত লৌরুবা

মতম অসিদা অঙম অথৌশিঙ্গা লোয়নচুবা লুরাং চীংদা শা তানবা লেংঙি মচুদা কৈ ৭ ফারকই, ৩ দি শিনা অচুগা ৪ দি চংনা কোন্নুং য়োরকই। অঙম্বশিংনা কুমচুনা পীশুম চীংদগী লোইয়ুম্বা উ য়ান্দুনা নমুল তুরেলদা থাদচুনা চিংখৎলকই।

লাংবচক্কী ৪৮১৬ নোংদালাই ১৭০৮ শা: ১৬৩৭ চৈথাবা ২৩২ শুবা অশাংবম হাওজোগী কুম অসিদা পীশুম চংদগী য়ানবা লোইয়ুম্বা উনা (হীশম চাইবা) হৌ শাবা লোইখি। শা: ১৬৩৮ চৈথাবা ২৩৩ শুবা চোংথাম লৈশংজাও দা করিবনিরাজনা হৌ তোংঙি লমগু থোক্লুনা হয়াও কুম্মে য়াম্মা তৌদুনা লৈবাকপু নুংঙাইহল্লি। কৌরু চীংদা শামু তানবা চৎলি, শামু ৩ কাচুনা পুরকই। মৈতৈ লৈমরেন মচা ইবুংঙো স্না নন্দাশাই পোক্লে। ইবেম্মা চিংঙথম্বী হেমাবতীনা ইবুংঙো গোদাধরশাই পোকই। অরাম্বম চম্নু লোশমনীনা ইবুংঙো তুলশি শাই পোক্লে। লাংবচক্কী ৪৮১৮ নোংদালাই ১৭১০ শা: ১৬৩৯ চৈথাবা ২৩৪ শুবা হৈস্নাম লাইবগী কুমদা তেথাওদগী বাপু ভাশকর শর্ম্মগা পাংঙন হল্লবগা চেল্লকুনা মণিপুরদা লৈরে। বাপু ভাশকরনা মৈতৈগী মফমদা তেথাও নিংথৌ ইন্দ্রধ্বজগী কোন্নুংদা লৈবা শ্রীভাগবোটকী মরম্ব লৌচুনা খংহল্লি। লাংবচক্কী ৪৮১৯ নোংদালাই ১৭১১ শা: ১৬৪০ চৈথাবা ২৩৫ শুবা শাইরোম পনশাগী কুমদা তেথাও নিংথৌ ইন্দ্রধ্বজ = সর্গ দেবনা মৈতৈ লৈমা কজেং ভানবীবু তেথাও লৈমা ওইনবগীদমক তেথাও মন্ত্রি শত্রা সিংহবু থোরক্লুনা হায়রে। মচুদা নিংথৌনা হায়, মন্ত্রি ঐগু তেথাও নিংথৌগী মফমদা নিনিংবা অমা মতম কুইনা লৈরক্লবনি ইন্দ্রধ্বজ = সর্গ:দবনা হায়রকপা ঐস্নু য়াম্মা মুংঙাই, ঐনগু মাবা নিংবা থুংনবা হোৎনগে মানস্নু ঐনা নিব থসিতদি থুংহনবা পাম্মি। শত্র সিংহ মন্ত্রিনা হায়, 'মহারাজগী করম্বা স্ন. য়াথং তাকপীগদবা অচুস্নু তাকপীয়ু''। মন্ত্রি ইন্দ্রধ্বজনা থৌগল্লরিবা শ্রীভাগবোট অচুবু ঐনা অমুক্কা লাৎচগে নিংঙকপংশ মতম কুইরক্লবনি অচুবু ইন্দ্রধ্বজনস্নু য়াম্মা লুন থমজরিবা বেদ অমা ওইবনা ঐগী চীন অসিনা হায়দোকপা ঙমদনা লৈরক্লবনি, মরম অসিবু মন্ত্রিনা থৌরাংচুনা ঐনা নিংজবা অসিবু থুংহল্লবদি মৈতৈ লৈমা কজেং ভানবীবু অঙং অউন ঙমচুনা লুহোংনবা থৌরাংগনি মরম অসি সর্গদেবদা খংহল্লু। ভাংনবা লোইরচুনা সত্রাসিংহ তেথাওদা হল্লকুনা সর্গদেব নিংথৌগী মফমদা মৈতৈ নিংথৌনা হায়রকপা রাফমবু থংহনবদগী তেথাও লৈবাক ঐথোয়গীস্নু ১ দি লৈহৌনবা শ্রীভাগবোট অসিবু ১ ভং শিন্দোক্লবা থৌরাংসি হায়না থচুনা তেথাও অসাম লৈবাক্কী ব্রাহ্মণ মথৈবু কৌথক্লুনা ভাগবেটপু শিন্দোক্লবা থৌরাংলে, মরম অসি মৈতৈ নিংথৌগী মফমদা খংহল্লচুনা ভাগবোটপু শিনবা লোইবা ভাইখি।

লাংবচক্কী ৪৮২০ নোংদালাই ১৭১২ শা: ১৬৪১ চৈথাবা ২৩৬ শুবা হাওরোইবম কিরাম্বগী কুম অসিদা মৈতৈঙু করিবনিরাজনা অনৌবা শঙ্গাই অমা শাগনি হায়চুনা মাইচৌ - পণ্ডিট অথক্ত অচৈ কুমচুনা লাংথবান্দা য়ুক্কম য়েংচুনা মতুংদা মুমিৎ থা য়েংচুনা হিরাঙ্গৈ নিনথাং ৫ নি পানবা নিংথৌবাবা

অযুক্তি পুং ৫ তাবা মতমদা শঙ্গাই ট্রিবেপ্ ময়মতুনা ময়মথাবা হৌবে। ব'য়েনবম চন্দ্র লৈমরেল গোপন্তী মচা ইবুংঙো ম'তাঙ্গশাই পোকই। চিংঙাখম্বী হেমাবতীনা ম্নাতুলবশাই পোকই। অয়াম্বম চন্দ্র লোসমনীনা ম্নামেম্বশাই পোক্লে।

লাংবচকী কুমশিং ৪৮২১ নোংদালাই কুমশিং ১৭১৩ শা: ১৬৪২ চৈথাবা ২৫৭ শুবা কৈশাম ওমাগী কুমদ' তেখাও লৈবাক্কী ইন্দ্রধ্বজ=সর্গদেবনা মনাই ৩ থারক্লুনা নিংথৌগী মকমদা হাযত্নে। শ্রীভাগবোট তেখাও লৈবাক ঐখোযগীদমক কোলোম অমা লৌথোবচবা লোইজরে শ্রীভাগবোটপু মণিপুরদা থিজ্ররক্লগনি ম্না পুক্লিঙ্গী মতু' ইম্না সেবা চংনবা থৌরংবিরো হায়না পাউ পুরক্লুনা তত্নে। নিংথৌনা মথোয় (৫) লৈনবা যুম অমা শেমত্লুনা থম্নগা পুক্লিংদা চিংনবা অমা লৈত্লুনা অঙম্বশিংবু কৌখত্তুনা মফুংদা বা থত্নে। লৈমা কজেংঙানবী তায়বী অসি নিং'থৌমক্লা পোকচবদ নক্তুবনা মবম অতু ইবেম্মনা কম্বি খল্লিগবা মরম অসিদা ম্না পুক্লিং চিংনবা এই ম্না পুক্লিং অসি অতম অথৌ মীথ'ই থনশিংনা উত্নুনা হঙ্গংলি, "লাইনিংথৌ ননাই ঐখোয়না লৌজকনি পুক্লিং চিং'নবা তৌবিন্না তেখাওগী অঙম্বশিঙ্গা ঙাংনবা ঐখোযগা ঙাংনজগে শঙ্গাইদা লে'শিন্নবা তৌবিবনা ফরগনি" হঙ্গত্তুনা কম্বিবনিবাজ ম্না শঙ্গাইদা লেংশিনহনখ্রে। অঙম্বশিংন তেখাওগী অঙম্বা (৩) বু কৌরত্নুনা মবম অতু খন্নত্নুনা খংহল্লি। "তেখাও নিংথৌগী অঙম্বা শ্রীভাগবোট পুবক্লম্বা তৌবাক্লে। ঐখোয়গীম্ব মৈতৈ লৈমা খিল্লক্লবা তৌরগে"। তেখাও অঙম্বনা হায মৈতৈ অঙম্বা ন ভাগবোটক্তি পুরক্লম্বা থৌবাং লৌরবনি লোমদম্ব লুহোং'নবা মগম্ব থৌরাংখিনবা ঐখোয় (৩) বু পাউ খংহনবা অক্লক থাবকপনি ঐখোযনা অমুক হন্দুনা মরম অসি ই পাউ খংনবা হন্দোক হল্লিনগী মরম থোক্টনা লৈত্রে ঐখোযম্ব লুহোংবা লোইয়গা ইবেম্মবু থিনবা ওইনা অহুম হল্লগদবনি। বা অসি তাবদা মৈতৈ অঙম্বশিংনা "ফয়ে অহুদি নখোয়ম্ব লুহোংবগী মতম ঙাইহনা লৈরো হায়হনা লৈহনখি"। তেখাওগী অঙম্বা (৩) বু তাহন খংহন্নানা মহক্লা নিপা ১৫ থারে মৈতৈ লৈমা হিল্লকহৌরে হায়হনা শ্রীভাগবোট খিল্লকপশিংবু উনবা মকমদা থামহনা থম্মু কায়হনা মখে য় ১৫ না হম্না চৎখিহন মকক্লা থামহনা থম্নবা থৌবাংখ্রে। মতুংদা মীথাইখন ১০০ না হুলাই ১ শেশ্নগা অকোয়বমা ফি অঙৌবা ১ না কোযশিন্দুনা পুম্নগা মথুং চাবা উতুপ রাতুপ মনুংদা লোম্না পায়হনা তেখাও য়ৌনবা লাক্লে। হাম্না চৎখিবা নিপা ১৫ গা ভাগবোট খিল্লকপা তেখাও অঙম্বশিঙ্গা ( ডিথু তুরেল ) মপান্দা উনহনা হায়, "তেখাও অঙম্বশা বানর্বন চৎশিল্লয়নু মৈতৈ লৈমশু পুবক্লুনা নখোযগী অঙম্বা (৩) গা লোয়নন্না থুংলবনি লৈমগা ভ গবোটকা ওয়বা মতম্নে। মফম অসি য়াম্না থুদোং চারনি ঈশিংখোংশু থুদোং চারে নখোয় ঐখোয় অহৌং অয়ুত ওইরবম্নু চামন থকমিন্নহনা পোংথারশি নখোযবু চীং মান্দা চৎপদা রারনি হায়হনা ঐখোয় ১২ বু পাউ খংহল্লু কায়হনা হান্না থারকপনি, নখোয়না লাক্লমত্রবদি ঐখোয় তেখাও কোম্লুং মৈনা চৎলিগদবনি

"মখোয় খ্বায়না লাক্লমছুনা ইখোয়বুসু রাহক্রে মকম অসিদা লৈমবু ঙাইরসি" হায়না মৈতৈ মীথাই থন ১৫ পা ভাগবোট পুরকপা তেখাও অঙম্বশিংদা ডিথু তুরেল মপান্দা ঙাইহুনা লৈরে। মৈতৈ অকল অখোশিং অঙৌবা ফিজংনা কোয়শিনবা তুলাইগা লোইনহুনা কুংদাংরাই ডিথু তুরেল মপান্দা থুংলরে, মতম অহুদা ঙসিদি পোৎখাহুনা লৈরো ইখোয়সু পোৎথাহুনা লৈরগে হয়ে' নো ঙাম্লগা পাংখোক্লসি হায়নহুনা অহীং অহুমা তুরেল রা'মা রাংমদা পোৎখাহুনা লৈনরে। মৈতৈ মীথাই থন ১৫ মা লোয়না ইরাল্লহুনা অচৌক অকোয় য়েংঙহুনা লালহৈবা ১১৫ না থুংলাই পায়হুনা লান হৌহুনা তেখাওগী অঙম্বশিং তানখায়হুনা শ্রীভাগবোট মুন্দুনা পুরক্ল নো ঙাম্লবা মতমদা তেখাওশিংনা লম্বী থম্বা তানশিন্দুনা য়ে'বদা তানবা ফংত্রহুনা মযুম তেখাওদা হন্দুনা তেখাও নিংথৌ ইন্দ্রধ্বজগী মকমদা পাউদমখি। মখোয়গী রা তাবদা তেখাও নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌবু লৌনম চাওবা অমনি হায়না রাথনখি। মৈতৈ লান্দা থোবশিংনা নিংথৌগী মফমদা ভাগবোটপু পুবহুনা পিরে তাবদা তেখাও অঙম্বা (৩) বু কিহুনা অহীংদা লেল্লা চেনখিহুনা তেখাও য়েংথ্রে। অঙম্বা (৩) না তেখাওদা য়োরহুন পাউদম্বদা ইন্দ্রধ্বজনা অমুক হেন্না নুংঙাইতহুন তেখাও অঙম্বা পুম্বা কৌথরুনা মখোয়না হৌগদবা মরম পুন্নমক থম্নহুনা মৈফু ১০০১ শিংহুনা লানগী থাং-টা, নোংমৈনচিংবা শাহুনা থোরা হুনা পৈথি।

# শান্তদাশ লাকপা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮২২ নোংদালাই কুমশিং ১৭১৪ শা. ১৬৩৩ চৈথাব ১৫৮ শুবা থোদাম হৈতোনগী কুমদা গৌড়নগড়দগী শান্দাস কোবা বাপু অমনা মহাক্কা চৎচবা লইনিং লম্বীগী চংলম ইম্না চৎমিন্নবা কাংলুপ শেম্নবগী কোয়না চত্তুনা মাগা তিন্নবা য়াবা খিরকই। মহাক্কা মোংচুপ হারমদগী নোংপোক হারম লাকুনা মণিপুর য়ৌগে লাকপদা লোইবী লম্বেল ফাওনা লাকপদা লোইবী মনিংথৌ মরাম্না পায়দা ম'-মাগী মথৌ শুবগী পোৎখাববু ওইনা (হো হোই হো) হায়বা খোন খোল্লা অরেম্বা লৈতনা লোন্দুনা শুবম্ববু শান্দাশনা তাক্কবা উক্কবা চীং লম্বী লাক্কপদা ফংঙি। হো হোই হো হায়বা লাইশোনবু তাবা ফংবদা লৈবাক অসিদি চীং অকোয়বদা লৈবা ফাওবা মপুগী লাইশিংবু মতম্বু মিকুপ অমতং মাংহন্দনা লৈন লৈবাক্কিদনা মকম অসিদা চংলুবগী তোংজবা লৈরোই অহুনদি ঐ অতোপ্পা মফম অমদা চৎপনা য়াইযবা ওইগনি হায়হুনা মফম অহুনগী হনখ্রে।

চৎনরিবা অসিবু মা পুক্লিংদা উবদগী চৎলমশিং অসিবু পুক্লিগী অৱেপ্পা ওইনা চৎলম করম্বদা ওইশিবা হায়বগী মরমদা রাখন অরেপ্পা খুংদনা লৈরক্লে ।

মতম অসিদা গন্নিপর্তরাজ পামহৈবনা অশোন অনা পুম্নমী মপু ওইবগী রাখনবু লাইনিংথৌ সনামহিনা উরবুনা নিংথৌগী মংলান্দা লাকুনা হায়, "মৈতৈ নিংথৌ মযুম ৭ পু লুচিং পিবা নংনা লৌথুনা চৎকদবা লাইনিং ইরাৎ মশক্তি ঐ হায়গে তঙ, লাইবু নিংবা পুরুম ইরাৎপা হায়বসি মশক্তি অমত্তনি হায়ববু চৎলমদি মতম মতম অহুগী লাইবু নিংবা মা-মানা পাম্নগী মতুং ইন্না পুরুম্নবা ঙাক্তনি, অদুবক্তী ওইরগা মতম অসিদা লাইনিং লাইশোন ইরাৎ চৎলমদি অরুবা পুক্লিং হকচাংবু অমকপা লৈতনা লাইমিং লাইশোন্দুনা পুরুম্নবা থোরাংঙ্. মতম অসি লাংবচক হায়বা চক অসিগী মনুংদা তাইবং মপোক অথোই চাংখোনবা পুমমক্তী অমম্না মপোক ৩) বু কোকচত্নুনা লৈজবা ওয়বা থোরাংবা মতম্নি । নংবা চৎকদবা চৎলমদি (গৌড়নগর) হায়বা মফম অমদা জন্মবী কৌবী ঈখোং অহুগী মযাদা লাইনিংবা পুমমক্তি চংন তুংনফম ওইবা মক্তিক মঙাম্না মুমিৎ থাগুম্না অথোইবা মক অমা পোকুনা মহাক্তী লাইনিং লম্বীদা লুতিন অমতা ওইনা থরাই হকচাংবু নোংদম্না মপুদা কৎথোকুনা নোংদম মপা মপুগী মশেক মঙানবু মঙম থরদংদি তানফংদুনা থোবু থোরম্বু হৌদোকুনা মহাকপী লাইনিংবা ৬২ বু পুথোকুনা মহাক্তি লাইনিং চৎলম্বু অমতা ওইনা চৎহন্দুনা মথোয় লাইনিংবা থিবিক্লা মফম কয়ামুক্তা কোইনা চত্তুনা মথোয়গী লাইনিং চৎলম্বু চৎনবা থোপুদুনা লাইনিং লাইশোন অমতা ওইনা চৎনরিবা চৎলম অসিবু থিজিন্দুনা চৎনবা থোরাংঙ্. মশক পুম্না অমত্তনি লাইমিং লাইশোল মাম্নরবম্নু মশক্তি অমত্তনি হায়ববু লাংবচক্তী মনুংদা কংঙমম্নবা মপোক ওইবা মতমগী অচুম্বা অরেপ্প ফংঙ্নবা মপুরেনবু কংজগনি, পুয়ানা তাকপা চৎলম অহু মতম অসিগীদি লৈমরেন ৭ না য়োমহুনা লৈববু ফংনবা পুরুম ইরাৎচবদি (কৌপিন) হায়বা লাইনিং কিশেৎপু শেত্তুনা লাইনিংদা নৌনা তিন্দুনা মীপুম খুদিংদা থংহল্লম্নিবা মরু অহুগী চৎলম্বু লৈবাক অসিনা চৎনবা পিবা নংনা থোবুহুনা চৎলু ঐনা অরেপ্পা চৎলম্বু হায়রিবসিনি ঐ চৎলে" হায়দুনা তাক্ত্রগা মফম অহুদগী থোকখ্রগা মবুথৌ সনামহিগী লাইশঙদা লাইনিংবা অহন অমগী মশক্তা চংখ্রে নিংথৌম্নু মিকপ থোক্কুনা রাখন্দুনা লৈখি । মং অহুবু কনামতদা হায়দে জুনা লৈবদগী মরু ২ বু কৌশত্তুনা নোংদম শঙলেন্দা কনা য়াওহন্নন লাইনিং পরম্নু হংখি, মতম অসিদা লুখোই মরু ২ গী থোগন ওইনা মশক ৪ বু ফম্নগা ১ না তাকপীখি। "মৈতৈ নিংথৌ লাইনিংবা হায়বা অসি মথল মথা অযাম্ন সম্ম মতমদা থোকখিবা মত্তৌ মওংবু মানা মানা পামজবা নিংশিংজবতনি মশক্তি অমত্তনি । অতঙা য়াইবিরেন শিদবনা শাম্নখিবা লাংঙনদি অশি অচং নাইবা তাইব পোক্ত লম্বীদা পোক্লহুনা মহাক অসিবু ফংঙমদনদি নোংদম

মপা মপুরেন উঁলো য়াইবিরেন শিদববু ফংবা ঙমদে। নোংদম মপা মপুরেনগী মশক্তি পুন্নৈভী মশক্তি মাসা মান। পামজবা মশক্তা মানা ওইখিবা মতমদগী অমীংবা লৈতনা লেংদনা কনাগী রাখন্দা অকি তুজুংবা লৈতবা কনাগী অরাবস্তু থল্লুবা লৈতবা নিংঙ, নিংঙ্গা রাখন্না মুংঙাউজবা ওইনা লৈগ্রবা, তাইবং মপোক্তা হায়রগা চহী ৫ মা মপুং ওইদ্রা নাওরা অতুকী মপু মাগী অয়োইবা মপুং কাবা ওইবা মতম পুন্নমক্তা লৈতম্মী। মহাকী রাখন্না নাওরা থা ৫ তুরবা অজোলা মপুক লাম্বা মতমদা লেংনা হিপ্রগা মখোং খোংবীবু ময়াদা চুপ্তনা অরাম খোবাংববু শাংহনা শান্নহনা লৈবা মশক্তা ভমজবা, অশিবা হায়বা মশক্তা চংত্রবা মক্তাজনা লেংত্রবা ওইহনা মশক ২ অসিনা মহাকী অরেপ্পা ওইহনা মশক পুন্নগী হক্তনফম তিন্নফম ওইবা মহাকুগী মতিক মঙানবু মহাক্তনা নিংশিংজবা ওইনা লৈখ্রবা মহাক্ত। মহাকী মতিক মঙামবু মশক অমমা শিংথাবা ঙম্বা নত্তে, অরোইবস্তু অহৌবস্তু মহাক্তি। মশক অসিগী মশেক মঙানবু খবনং থংজবা নিংজবা পুরুম ইরাংপা চংলমদি ঙম্বমথে অকবা পুক্তিং হকচাংবু অমোংপা লৈহনবা নিঙ্গনি। কজবা অকবা, য়েংবদা মুংঙাইববু ঙম্বমথে লৌশিনগানি, মপু মাবু ইরাংচবদা নামুংমা চংলম লুতিন অমোংপা মশক্তি ঙম্বমথে খাদোকদবমি, লাইমিং চংলম হায়বা অসি লৈবাক অসিদা লৈবা লেংববা উমংলাই পুন্না পুরুম থোনি মান্নদবা লাইশোন মান্নদবা অসিগুম্বতমি। মৈতৈ পিবা মতম্না মউনি ঐগী মশক্তি লেংদবা ওইনা থম্মগনি, চংলমদি নিংখিবা য়েংবদা মুংঙাইবা পুক্তিংনা পেনবা ওইবা চংলম্না মপু মাগী থোগম্নি. লাইনিং লাইশোল হায়বসি হৈপাল লৈপাল ১ দা মশা মরেং য়াম্না লোংহনা মপাল মহৈ লাপুন লিপুন শাংপা য়ানবগুম্বতনি॥ থঙ্গদবদি ( শনামহী, পা-খংবা, - অশিবা, কোজ্জনতুথোকপা — লুমিং, থা ) অসিনা লেংদবা মশক্তি উঁমলো য়াইবিরেন্না অরেপ্পনি। মিংলেন অসিনা মকম খুদিংদা পেংকঙমথিহনা ওইখিবা ঙাক্তনি সনা পুক্তিং লাংলন্ন মতম্না ইচেম্নি লেংদবনা মশক্তি খংদবগু থংবা থোপুনি উদবস্তু উনবা থোরাঙ্গনি মরম পুন্না অসি নবুধোনা থোশিনবা ঙাক্তনি নবুধোদি অচুম্বা লেংদবনা মাগী রায়েন লাইগী ময়াথং লাইরানি। লাইনা হায়নবা রাদি লিক্রাং পবেং অচুম্ব, মবক হাংবা লৈতবা পরেংনা ভমজবা লাইগী রানি। মরক হাংত্রবা লীক্রাংবু লীক্রাঙ্গী মরকপু হাংহন্দনা লাইশোল লাইমিং হায়গদবনি, তাকহৈদবনি। লাইমিং লাইশোল হায়বদি অনেম অরাং নাইফদে লীক্রাং পবেং কাইফ হোংফদে মপুক অরাং কাবনা লাইমিং লাইশোল্লুরবদি মশাগী মাংনবা মপোক্তাদমক্তা লাইশোনবনি "লৈথক্ত লাইরানে, লাইশোম্না লৈরাইনে, লাইনিংনা লৈথারোম্নি চংলম অসিবু থোপুন লাইনিঙ্গনি" হায়না পাউদাহনা থংহনখি। মরুগী পাউতাকপু লৌহনা তুমখি নিংথৌগী পুক্তিংবু অরেপ্পা ওইহনবিগে হায়বগী অমুকা হন্না মবুধো শনামহ না লাহুন, মংদা হায়, "মৈতৈ পিবা হৌগংলে ঐনা হায়রিবা অসি নং মুন্না ভারগা থোরম অসি রাশকা লোয়নদা চংকদবনি। নং অসিগী নমিং অসি নশাদি মথন্তনি

মিংছন্দি ২/৩ শুরিবসি করিননো ? পামহৈবা হায়বশু নংবু মখংভি, করিরাজ হায়বশু নংবু মখংভি, গরিপক্তীরাজ হায়বসু নংবু মখংভি, অশুম্না মতম মতম অহুদা নং অসিনা তৌথিবা থৌরম মতুং ইন্না মিংছনবক্তনি। নংনা অরেপ্পা মিংলেন ওইনা থমজরিবা অসিশু হয়িচকত্তা অশিবা, কোম্ভুঁ, থকপা হায়না খংনৈদো লৈহৌদা, মতুংদা লাইনিংথৌ অশিবা, পা-খংবা মিংছল্লি, মতুংদা নোংদম মক শঙলেন পূবা, মযুম ৭ লুচিং পিবা মিংছল্লি. মতুংদা মরু শিদবা পোইনাওত্তা, তাইবং নিংথৌ মযুম ৭ পু লুচিংবা,—তাংতা লাংওন পাথংবা—নোংদালাই পা-খংবা হায়না মিংছননদগী লাইনিংথৌ সনামহী হায়না অমুক থোকওয়কুনা যুমথোং থুদিং লৈওম্লিনা লাংওন লৈথক্লোনগী মপোক্তা ঐনা থোকওম্বদি নশাইকোনগী নযুম ইমফম কয়াং ৯ দা থোকওম্লবা লাংওন ফালম্লিনা নংনা ঐবু কাওবিবা লৈহনা নিংশিংবী। মশিদা নবুথৌ ঐনা মৌরমলেন্দা শান্নবা লাংওন ফাসম মিংথৌরোন্দি লৈবাক অসিনা খংদে। মরম অসি লৈবাক অসিদা লৈরিবা ঐবু লুনা তৌবিরিবা মৈতৈ মুখু ঐগী ইথৌ ইওপু লৈবাক তুনা খংহনগে হায়না রাথন্দুনা চৎলম অসিবু লৌশিল্লু হায়বনি। মতুগী মরমদি পিবা নং ঐবু মুন্না য়েংঙ্, হায়না মও অহুদা হায়রম্মগা অহানবদা (অশিবা, কোম্ভুঁ, থোকপা পা-খংবা) ২ গী মশকপু উহল্লে। মথংদা তাইবং মপোক্তা পোকওম্বা শ্রীরাম, লক্ষ্মন ২ গী মশকপু লিক্লং টেন পায়হুনা উহল্লি। মথংদা পাম্বোম ৪ পান্দুনা মখক্তা চেপ্পগা লক্ষ্মীনা পাদ সেবা ওইবগী মশকপু উহল্লি। মতুংদা বলদেবা, কৃষ্ণ ২ গী মশকপু উহল্লগা খুদক অহুদা রাধা, কৃষ্ণ ১ না ১ তা ওইবা মশকপু উহল্লে। মতুংদা নিত্য অনন্দ, গৌরাঙ্গ প্রভুগী মশকপু উহল্লগা খুদক অহুদা গৌরাঙ্গগী হকচাঙ্গী মনুং মপান তুনা মরক মরক্তা গোলুক নাঠ শ্রীভাগবানগী মশক শ্রীরাধাগী মশক, বাশুদেবগী মশক দ্বারিকা নাঠকী মশকপু উহল্লি। মতুং অহুদা মথোং কাংবকপা নিংথিজবা শাইবং নহা অমগী মশক ওইনা উহল্লগা চৈশু পায়হুনা পাইড় ১ য়ান্দুনা মচু শংবা ফি ১ ন নীংথু থুম্না শেৎলগা, ফি মচু ১ য়ান্দুনা লৈরম্মগা মাংথিহনা মও অহুদা মবুথো সনা মহীগী মশক্তা লৈওমহুনা হায়। মৈতৈ নিংথৌ মরম পুন্নমক অসিবু খংনবা নংমা থৌপুদ্রবদি থৌপুনবা পোক্লরোই। মশা মশাগী অরাং কানবা থৌশিনবদা তাইবং মপোক চংখোনববু মাবু মানা মশক শংজবা ওমদনা লৈখা তানা মাংনরগনি মরম অসিবু খংবদি লৈবাক অসিদা মক ১ তনা খংবনি মাগী মওান্দগী মক থেঙ্গাবু খংওমজরি। মক ২ গী নোংদমদগী লুথোইগী থমোই অমম্বা মিংলাংবু থরদংবু পাংজরকুনা খংওম্মি মশক অসি নত্তনা মৈতৈ কনাবু থমোইগী মিৎলাং পাংওমদে অশাওবা মিংলাংনা অরাং কহুনা লৈনপ্রবা তাক্কনি। মরম অসিবু অমতনা ওইবনি খংনবা থৌবাংঙ্, লাইনিং লাইশোন চৎলমদা মরোং মশা য়ামখুরবশু মউ লুত্তিনবদি ১ তনি খংহল্লম্মু ঐগী চৎলম্না অরাংবনি ঐত্তনা খংবনি। অরাং কাবদগী লাইনিং পুম্বা মশা মরোং খংদনা য়ামহনখিহুনা মানা মাবু খংলরোই, নোংদম মপা মপুবেনবু নিংজবনা অগোইবা

লাইনিংহনবগী মশক ওইনা অহৈবং মপোক্পা খোকওয়খা মহাক্কি চৎলম অসিবু মতম অসিদা ঐনা পামজবা ওইহুনা ঐহাক মহাক্কা হোৎনা খন্দোক্লকপনি মরম অসিবু খংবা তাই। মপুক রাথল চাওবা অমা কোয়না চন্না মানা চৎলিবা চৎলম মহুগী কাংলুপ ওইনবা থিরি, মাবু ঐবা মফম অসিদা লাকুবা থৌশিনগে মহাক্কি মফমদা লাইনিং চৎলম হংজহুনা নহাকখক্তা থৌলিংলম্মু হায়রমগা মবুধৌ সনামহী লাইনিংবা অহন ১ ওইনা মবুধৌগী শঙ্কলেন্দগী থোকখিহুনা লোংচুপ হায়মলোমদা চৎখি। গরিবনবাজ মিকপ থোকুনা লোংতান তু উরমহুনা ইরু মাইতানা নোংদম্বা মপুগী কোলোইবু নিংশিংহুনা রাখন্দুনা লৈখি।

শান্তদাশনা রাখন্দুনা নরসিং কিলম হায়বা লাইশঙ অহুদা লৈবকগী তুমখ্রে মহাকী মঙদা লাইনিংবা অহল অমা লাকুনা "শান্তদাশ নংনা নিংথিবা অহু চৎলু মণিপুরদা নঙগী লুপপু শোয়দনা ফঙনি নঙগী চৎলমু খোংনা তাকপীহুনা তম্বীয়ু নঙগী চৎলম অসি ঐনা পামজহুনা নংবু কৌবা লাকপনি, নংনা লম্বী খংদবা অহু খংনবগীমক খংনবা বাখি — হুই খোংলেলবু ঐনা নোংপোক থক্তা খোংহুনা নংবু লমজিংগনি নঙগী লাইনিংবু অথাকপা লৈহনা তম্বীহুনা নঙগী লুপপু শেমজরে।" হায়রম্মগা মফম অহুদা অহুম মাংখে। শান্তদাশ মিকপ হেক থোকই "রাম রাম পাউদাক অসিদি" অহুবু হায়রিবা মাইগৈ অসিদি লাইমিং পুম্বা কংলবা খুদম ওইনা এনা থেংনরকই, মসিদা ঐনা চৎলগা ঐগী কাংলুপ ওইহনগনি অসি অঙকপনি অহুবু খংবা ঙমদে নোংদম্বা নঙগী থৌরাং হায়না রাথলগা চৎপগী মরমদি থোইনা রাখন্দনা মকোক মউ তুম্বা ইরু মাইতাহুনা শ্রীবিষ্ণু ভাগবানগী সেবা তৌনবা থৌরাংজে। শান্তদাশকী চংনিংদববু উহুনা পুমমকী মপু ওইবা সনামহীনা শান্তদাশকী বিষ্ণু সেববু কায়হনবা থৌরাংহুনা সেবগী মরমদা লুতিন য়াদবা মহাক্কি চংলমগা নামুংবা মশকপু থৌরাংজরিবা অহুগী মরক্তা য়াউহন্দুনা লুমিৎ অহুগী বিষ্ণু ভাগবানগী অমুক্তা রত্তনা খেঙ্গং ৫ রকপু কায়হল্লে। শান্তদাশনা খল্লি ঐনা থৌপুরিবা অসি লানথুরোইনা তাকশিনখ্বা মফম য়ৌনবা ঐ চঙবা য়াদে রাখন্দুনা অমুক হন্না ইরু মাইতাহুনা বিষ্ণুগী সেবা চৎচবদা সেবা পন্দোম লোমহুনা শ্রীরামগী নাম্বু শোম্দুনা লৈখি।

নোংঙাল্লগা মণিপুররোমদা চৎকদবগী থৌরাংহুনা চৎকদবগী শরগী পুংকম য়েংহুনা লৈ। মতম অহুদা নোংদম মপু সনামহীনা কোয়ৌ থক্তা হুই খোংহুনা শান্তদাশপু ভাইহুনা লৈ। হুইগী মংথাল তাবদা নরসিং কিলাদগী থোরকুনা কোয়ৌ থক্তা সনামহীনা হুই খোংনা লমজিংহুনা মণিপুর য়ৌনবা পুরক্রে।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮২৩ নোংদালাই কুমশিং ১৭১৫ শাঃ ১৬৩৪ চৈথাবা ২৩৯ শুবা পুথিবা ইথাইগী কুম অসিদা লাংথবাল কোম্নুংদা য়ৌবকুনা মৈতৈঙু গরিবনবাজগা উনহুনা মথল মথা

অয়াম্বা লাইনিং লম্বীবু ভাংনৈ। মতম অসিদা শাস্তদাশনা হায়, "হে মহারাজ ব্রহ্মমন্ত্রতোরমনি মুও হায়বা ( সঁ ক্লীঁ হ্ৰঁ ) ময়েক অসিনা ভম্বদি মীবু শুমহৎপা উবদা প্রেমগী তুংনফম ওই। ঐনা নিংজবা মশক অহুবু ময়েক অসিগী শাইধনা চিংশিনবা ভম্বা মশক্তি। ময়েক ৩ অসিগী জীব অম্না পরম্মাদি ( ক্লীং ৰম্বহংস ' নি। ময়েক ৩ অসিনা সূর্য্য, চন্দ্রা কোটিগী মঙান্না লংনা ইংখগুম ইঙ্গনি। মমিংবু উক্তর্গদন কৌই। মশক্তা শ্রীঅঙ্গ অনঙ্গ ভবঙ্গ ময়েক অসিনি। ঐক্ষ্‌ব ৩ অসিনা ভম্ববু শ্রীকৃষ্ণবু ফংজবা ভম্মি। ৩ অসিনা ওইব মশক্তি হল্লদিনী, সন্ধিনি, সম্বিৎ কৌই অহুমশুবী হল্লদিনিনচিংবা অসিদি মহা বিষ্ণু পরমেশ্বর বিষ্ণুগী মশক্তি। বিষ্ণু কৌবদি অসিনি। ময়েক ৩ অসিগী মশক্তি শাইগুন য়ামখ্রে ওইনিংবদা। ওইখ্রে শ্রীহরিগী মশক্তি অসিদগী হায়রেম্রে হংহেন্রে। মরম অসিবু খংজবদা পাপকী লম্বী, অবমৃত্ত্ যোম, কালগী শক্তিনা চংবা ভমদে। ঐবু ঐনা মশক খংবা কৌই ঐনা পোকউগদবা লৈগদব মফম্বু খংবা হাতিশ্বর কৌই, হে মহারাজ অকবা ভোজন শায়ধনে অসিবু সিদ্ধিরূপ হায়না কৌখ্রে। শক শোনগদবা লাইমিংদি হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে। নাম অসিবু ময়েক ৩২ নাম ১৬ কৌই, নাম অসিবু ভক্তনা শক্তনা জীবাশংবু অয়াম্বা খুৰম ভাকপীগনি। নাম অসনা থুপ্পগদবা মফম্না নাম ৮ দা থুপ্লেঞ=হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। নাম অসিনা অমুক তৃনাম হায়বা নাম অসিদা থুপ্পনি=হরে কৃষ্ণ রাম ॥ নাম অসিনা এক্ৰনাম কৌবা নামদা চংলরে=হরে অসিদা লোইরে শুলোনামগী বীজবু ক্লীং রেবে ক্লীং হ্রীং হরে না ওই। নাম ৮ গী বীজনা ( ক্লীং হিং হরে ) মশক্তি। ত্রিনামগী বীজনা ক্লীং প্লিং হবে হায়বা মশক্তি। এক নাম বীজনা দ্রং শ্লীং হরেগী মশক্তা ওই। নাম অহুম্মকী বীজনা পুনখুগা দ্রং শ্লীং ক্লীং হরে অসিনা ওই। হরে কৃষ্ণ রাম হায়বদি অসিনি। বীজ অসিনা অমুক থুপ্পবদি হঃ হায়বা অসিনি। হঃ অসিনা নিরূপব্রহ্মনে নিরাকরব্রহ্মনে সঙ্করব্রহ্মনে অসিনে। (২) হায়বা নিরূপব্রহ্মনচিংবা ওইরিবা ব্রহ্ম অসিগী শ্বর হোন্দোকখিবদা শংশার শেম্বা পোকপা ওইখ। ব্রহ্ম অসিনা শ্বর চিংশিনখিবদা মহা প্রলয় তৌই। মরম অসিবু খংনা শাধা তৌগদবনি। মীওইবগী শিবা হায়বা অসিবু শ্বর হোন্দোক-খিবদা শিবা নাংদ শিবা হায়বা অসি প্রলয়গী মতৌশুম্বনি। প্রলয় মখল অহুম লুই। খণ্ড প্রলয়, নিখন্দ প্রলয়, মহাপ্রলয় অসিনি। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্তি মন্ত্রবিজ সিদ্ধিগী স্বরূপনি। জীবদি শিবা লৈতে ময়ুম যুমফম হোংবনি। লাইনিং লম্বী চুম্লগা জীবগী ময়ুম যুমফম নিংখিববু ফংজবা ওই নাম্বু শোনবদি জীবনা শোনবনি মরম অসি খংনা ক্লীঁং রাঁং ভক্তনা শোনবন ঐখোয়গী অখোইবনি।

ধর্ম্মগী মরম্বু তাবকপদা মচা ইবুংঙো অহন শ্যামজাইনা থল্লি, রামায়োনবু ব্রত্তা শংকল্পগা লোয়নবা তারবদি মরম পুন্নদা সিদ্ধী মংগোল ফংজবা ওই” হায়খিব. মরম্বু পুক্লিঙ্গী অরেপ্পা ওইদুনা শ্রীরামায়োনবু তাজগে হায়বগী থৌরাংবু শেম শাদুনা মপাচৌং মথক্তা শঙলেন অমা নিংথিনা শাদুনা চংনবা থোক্লবা মায়ৈগে ৪ দা থোং ৪ নিংথিনা পান্দুনা শেমদুনা থম্লে। লাংবচক্কী ৪৮২৪ মোংদাল ই ১৭১৬ শাঃ ১৬৪৫ চৈথাবা ২৫০ শুবা রায়েলপম মৈরাগী কুমদা ব্রাহ্মন ৫ বু রামায়োন তাগদবা মুমিৎ ৩ নি লৈরিভৈদ। রামায়োন তানবা লৈকংতুনা ব্রত্ত শংকলপগী মরম পুন্না থংহন্দুনা মতুং অদুদা মহন্ত শান্তদশ মশম পুন্না কোকথেংদুনা খুজিন থুয়া শেংনা ইক মায়তাদুনা পুক্লিং হকচাংবু অমোৎপা লৈহন্দনা শ্রীরামনিক্য রামায়োন কৌববু পাঠ তৌদুনা শ্রীশ্যামজাইবু তাহনবা হোরে শ্রীরামগী নাম অসিবু তাবা লোইবগী মতমদা থোকখিবা বামোন অসি ৬ শুনা হেক হেক থোকখি। নাম অসি তাবা মতমদুদদি থক উদে, মদুদা বামোন অহন মশক থংদবা অসিগী মরমদা মচা ইবুংঙো শ্যামজাইনা মুমিৎ খুদিঙ্গী রাখন্দুনা লৈখি শ্রীরামগী গুনামৃত্ত তাবা অরোইবা মুমিৎ অদুদা ব্রহ্মণ ৫ বু ফমথুবা মতুংদা থোং মরিগী গোংবু মথা লৈবাক্তা তাইনবা অদুদা শ্রীরামগী নাম্বু থুংনা ইদুনা থম্লগা নাম হৌদুনা "রামগী নাম্বু তারে। মতুংদা লাইরিক লোয়দুনা বামোন পুন্না মহন্ত শান্তদাশনচিংবা হনখিদুনা তুম্না চিপ্লে। অহন ওইব বামোন অমদি মফম অদুদা ফমদুনা অতম লৈ, মত্তদা শ্যামজাইনা নোলুক্লা পুক্লমদুনা হংজৈ। অহন অদুনা হায়, "শ্যামজাই চুম্মি নংনদি ঐবু রামায়োন তাওদি হায়দে অদুদা রামগী নাম হায়বা অসি ঐনা পামজবা ওইবনা নংন ববু হায়বা হায়দবা ঐনা রাখন থোইনা লৈতম। ঐ তাজবনি, অদুবু মফম অসিদা নাম অসি শোনগদবা মরমস্থু লৈত্রে মদুদা ঐনা চৎতনা লৈবিবশি চৎনবা লম্বীদা নংনা লম্বী থিংদুনা থমখিবনা ঐ চৎপা য়াদদুনা ঐনা নংবু ভাইদুনা লৈবনি। নঙ্গী মরম পুম্বা ঐনা থংলে নংনা ফুম্মিবা নাম অদু লোখোক্লো অদুগা মতখুস্থু থেংথ্রেদো অহনগা ওইবগা হনমিল্লনবত্ত লৈত্রে নংনা ঐবু থরস্থু খিনবিয়ু ঐগী লৈফম য়োনবা"। রা তাবদা শ্যামজাইনা থংলদুনা ফুম্নিবা নাম্বু লোথোক্লগা নোলুবপা রাতৈনা লৈপায়জদুনা অহন শাবা রামদাসবু পোদুনা খিল্লকই। ওরাং চাঙ্গোন য়োরকপদা হায়, শ্যামজাই নংবা পাম্বা মরম অদু লোজরো পীরম্মগে ঐ ভসিদি কুরুম খেঙ্গুং চৌংদা লৈরংগ তুবৈ অসিতদি লাল্লম্মু ঐদি মতম পুম্নদা হম্ন লমহাং হায়রিবা মফম অদুদা লৈবনি. করি করিগুম্বদা চৌং অসিদা মকশিঙ্গা লাইমিং শোনবা হেক হেক লাকই ঐ মক (৩) বু অমুক উনথিবা তারি হায়না তাক্কুনা ওরাং চাওগোন ইবেন অবা পোংথা হাদেনবু লান্দুনা খিল্লে। মতম অদুদা শ্যামজাই সিদ্ধা সাইধ অসি শেল্লু নংনা হৌবা থবক ভম্লিংবা মতমদা মরম চাদবান্দি তৌরৈদে। "অঙ্গ ও ক্লীঁ শ্যাম বিন্দু হরি হরি ক্লীঁ শ্রীশ্যাম হ্রীং। জাই শ্যাজায় ক্লীঁ শ্লীঁ হরি হরি ক্লীঁ শ্লীঁ

গৌর । জয় পরমেশ্বর ক্লীঁ শ্লীঁ হরি হরি ক্লীঁ শ্লীঁ গৌরদাস সনাতোন দাস ক্লীঁ শ্লীং হরি হরি মুই ক্লীঁ শ্রীয়া। সাচ্চিদাশ মহাপুরুশ। বিজ অসিগী সাইধনা ঐগী মখাক ময়াইখা লৈরিবা ময়েক অসিবু উবা ফজনি। নংনা য়ৌগে নিংবা মফম্ব য়ৌজহনা মঁনা তৌরম্বা য়েক্রবগী খোয়াংবু নংনা উগনি খজনি। নংনা তুম্বা মতমদা বিজ অসি (৩) লক শোল্লুনা তুমগনি শ্রীগোপীকার খন খন জয় গোপদের সয়া তাহা দেখিয়া সোয়োন স্বপন কৃষ্ণ করিমু সোক্কন সোনে কেতে দেখিয়া সোয়নে চোলো চোলো ললিতে কৃষ্ণ দোরোসন্নে ব্রিং ব্রিং সোদাই কৃষ্ণ।




জয় রাম চন্দ্র সিতা
নাথ বীর হনুমান

| | | |
|---|---|---|
| ৮ | সি | ল |
| ২ | ম | ৯ |
| ৮ | ২ | সি |
| ৩ | ৮ | ১ |

| | | |
|---|---|---|
| ম | লিল | ১ |
| হা | দগী | ৮ ১১ |
| ৯ | ৯ | ক্ষ |
| ২ | ছ | ২ |

অসি তত্তনা শোঙ্গৌ মরম অসি রামগী নাম্বু লিবা মহন্ত অতুগী মফমদা। হংঙ মথোয় খিবিক্রা খংবা মরোল অসি ঐনা হায়রবনি ঐদি চৎলগে লৈহৌরো। হায়দুনা চীঙ্গোন অতুদা চংগে। রামায়োন তাবা মফম অতুবু লুকোকচীং হায়নরে অতুগা শ্যামজাইবুনা থুরাইলাকপা কৌগে।

শান্তদাশগা গরিবনিৱাজ রাজগন। বোল করামুকী রা ভাংনব। লোইহুনা লাশরকয়ে। অতুংদা কাইথোর-য়োম শক্তলেন্সা চংহুনা লোয়নও কাব। মাইচৌশিংবু লৈরিবা পুয়া পাংনুনা তাকা লোইরগা শান্ত-দাশনা থরি, পুয়াশিংশি লৈরবদি নাম পিহুনা-ঐগী মীনি হায়রবা যায়েইদৌদ্রি অহুনদি পুয়া শেমদ্রোকপা হায়ে থম্নুনা হায়। পঞ্চযুক্তে খক পুয়াশিংশি সুর্জ্জ বংশগী চংলম পুয়া নত্তে, পুয়া অসি থমবদি বংশ অসি লৈখা তানা মাংলগনি পুয়া অমা লেংহুনা লেংদনবা কপনা যাইথবা ওইগনি। মতুংদা মৈতৈডুনা মনুঙ্গী মরমদি থংদবনিনা মরম পুয়া মহন্তুনা ফনবা লোম্বীয় হায়রহুনা শঙ্গাই কম্মাং কৌবা পুয়া ১ মিংহুন্দুনা ইবা হৌরে।

শ্রীরাম কৃষ্ণ ভ্যাং নমঃ।। শ্রিরাম চন্দ্রা থরাইগী ললবু ওইরিবা শ্রীমান মণিপুর পুরন্দর শ্রীপঞ্চযুক্ত গরিপপতি রাজ স্না হাজক মবুদো ইবুংঙো সুর্জ্জ বংশগী শাগৈদা পোক্রবশিংনা মত্তবা চংলম চংলমহুনা চীঙ্গাক নত্তবনা থুমহংখিহুনা বংশগী মচুবু খংলমদ্রবক্ত বৈষ্ণবকী থুয়াখাদা চংজহুনা মৈতৈ নিংথৌ জয়গরিপপতী রাজ শ্রীমতী মহাবানী গোপতি ২ মক্কা বৈষ্ণবকী থুয়া উফলবু .কাক্তি পূত্তন। সুর্জ্জ বংশ, চন্দ্রবংশ ২ বু মচু মশক থংনা শেংহল্লে। মথোঃ ভগবত্তে বও দেবয় নরায়নং নমস্কৃত্তং নবকৈব নরোতমং দেবী স্বরসপতী ব্যাসংতত্তো জয় মুদিরয়েৎ শরন্না ভাবানগী মশক ওইনা কৃষ্ণ কৌবা লাইগী থুয়া থাবু পুকম ইজরক্কে, সত্য, ত্রেত্তা, দ্বাপুর যুক ৩ মক্তা চৌথ্রবা মতুংদা লাংলচক্কি ৪৮২০ লোংদালাইগী ১৭১৬ তা শাঃ ১৬৪৫ ইশ্বরনা নোংদম্নকপগীদমক বিষ্ণুগী অংশ মনুং ১ মা বৈষ্ণবকী মশক ওইনা অবতার ওইনা শোক্রকপা মহন্ত মহাপ্রভূজিনা লাকুনা চন্দ্রবংশকী শাগৈদা পোক্রবা মৈতৈ নিংথৌবু বংশগী মক্তুংইন্না লমচংপু লেপহনবিরা।

শ্রীবামচন্দ থুয়া থাবু থুকমজবি। শ্রীমহা প্রভূজিগী থুয়াথাবু থুকমজরি। পাকংবা পুলৈরোম্ব ২ বু থুকম ইজম্বক্কে। চন্দ্রবংশ সুর্যবংশ ১ গী শমথরকপা মরমদি অশিনি। লৈখারোন্দী লৈখুরোন চন্নুনা পোংখম পোংহম্নে চনফুরেন লৈচিক ভানবীনা নোংদম্নেনং অম্বুবনে। লৈথমলেন চন্নুনা নেংদম অহনবনে। চিংন্ন লৈমন্না কুরুম্নেন মৈনাইবনে। শিরাইইন্না হৈরোং ভাংথ ভাংলেম্নে।। মনাওদি পোইরৈত্তোম খোং মকাং অত্তোনবনে।। মরাওদি ভাংখোং কৌবনে। মচন্দি লাইস্না শ্রি মৈতৈ লৈমনে।

মহন্তুনা পুয়া পাহন্দুনা ওরগা পুয়া ১ শেমগত্তুনা ইবা হৌরে তারকা লৌমেস্মা তারহুনা কংলাদা মক থেজ্জা, লুখোই ২ না থোপম্না লাকুমা তায়, 'মৈতৈডু শান্তদাশনা শেমগংলিবা পুয়া অসিদগী লৈবাক অসি মরু ফংনা মাংখিবা ওয়ে।। লৈবাক অসিদা লৈবা মশক্তি ধর্ম্মদগী অখোইব থাজবমা লান্নফমগী মক ওইরিবা ঈশ্বরনি হায়রা। মশা মশাগী মশক মচুবু নাইনা অমগী চীঙ্গাক্তা ১ ন চাবা থকপা, ১ গী মশিন্দা ১ না ওবা ভৌদনা ম-মাগী মশক মচুবু মাংহন্দনা

লৈরক্রবনি । মশক খংনা লাইনিংবা লৈবাক অসিবু মশক মঙান নাইদনা লম্বী ১ ঙদা চিংশিন্দুনা লেংবা পুয়া অসি চুমদে । লৈবাক অসিগী পুয়াদি মা-মাগী চৎলম ময়েক মশা থায়না ইবা পুয়ানে লাইনিং লম্বী অথুপ্পবু পাওবা থুপ্পা ইদুনা তাকপা পুয়ানি । চৎলম হায়বসি মপান্দদি মশা মরোং য়াম্মি মমুংদদি ১০ নি জাতিগী চৌঙ্গাক্ক ধর্মগী চৎলম্মি মশাগী লাইনিং লম্বীনি । মরম পুম্বা খংনা পিবা নাওদানা কোন্নো হুনবগী মচু মঙাল্লা মথং লেংনা শমথদুনা খাজা নাওদানা অসিনি কোরৌহনবা নাওদানা অসিনি লেপ্পুনা লৈরবা মৈতৈ পুয়া, ময়ুম পিবা ৭ না ৫ দা লেপ্লিবা মরম্বু ময়ুম মাগী ময়েকপু নামুংলুবনা চুক্তিন য়াবদা তিলহন্দুনা লৈখিবনা পিবা ৫ দা লেপ্লিবনি মরম পুম্বা মশক থায়না অচাবা চাদবা চৎলম মশক নাইনা ইবিয়ু নত্রবদি মশাগী অরাং তাম্নবদা লৈবাক অসি মাবু মানা খংলরোই । পুয়াদি অফবনা ফনা ইগনি ফত্তবনা ফত্তুনা ইগনি কোলোম মচীন থৈফদে চৎলম কায়না ইকদে মশাগী চৎলম্বু নৌনম্না পুয়া কোলোম তাফদে লৈবাক নোংথৌতুবা অরা অনং মিত্তাপিদা নোঙ্গাংদবনি পিবা পুন্সি রাংপনি মশাগু লাইথুং ফংবনি । পুয়া লুক্তিন শেম্বদা মশাগী চৎলম নত্তনা অনেম অরাং খায়কদে অচান মীবাক্ত নাইফদে পুয়াদা মনিং তম্নবদি মতম খরগী মতুংদা মীরমলেনগী থৌরিনা ওক্লাংদা লাঙ্গোই থুদুনা ফুঙ্গা নাইথাং ওইববু ফংলরগনি মহারাজ মতম অসি লাংবচকী তাইবং মপোক চংথোনবগী নুংঙাইবা মতম লেপ্লক্রে । অরা লাংবচক হৌরনি ঐ মশক খংদনা অখংবা শানা থৌশিল্লুহুনা লৈবাকী চুকশেল পুম্বা মরা লেমফু তাওরবগনি থোয়যুম লাইরবচনবু মথক মথা খংলরোই খংদনা অখং শাবনা য়ুমথোং শিম্না লৈরনি অতাওবা সুংগু লুপখ্রগনি হকপ্পা নুংগু লুপখিবনা মুংশাথিবা রারগদবা মতম্বু হক্রম্ব বুইরক্রে । মৈতৈ চৎলমদি চৎলম পুম্বদগী অথোইবা মনম নাইবা চৎলম্মি ভম্বা মথৈ পিবা নংনা থিংনবা থৌশিন্দ্রবদি মৈতৈ চৎলম তাইবং হকচাং পোংথাঙ্গম্না শিবা হায়বা মশকুম হন্না উবা ফংগ্রুরোই । পিবানা চৎকদবা চৎলমদি লৈবাক্তা য়াবা য়াইফনবদা চৎকনি অহন মরানা লুতুং রাথল মাংওইনা থোদা নোংদম্বীয় ফজবা অরুববুদি লৌবিনি মশক ইশক লেংদববু থৌশিন্নবা লৌশিনবদি লৌকদে ঐবু ঐনা খংদ্রবদা মীবু ঐনা খংবনা অরানবা থুবম অঙানবা তানফংদবনি । রা অসি তাবদা শান্তদাশনা মরু লুক্কা রা ওাংদনা লৈ । মহুদা পামহৈবনা হায়, "মরু নিংথৌগী থবক মরম পুম্বা শান্তুদাশকী মফমদা লোইনা শিন্নজগ্রে মহন্তুনা তৌবা থবক ঐনা তৌবনি মরম অসিদা থিজিনবগী তোংজররোই"। "মুংঙাইদা নিংথৌ মতম থুনা ওইখ্রেদা, য়াদ্রেদনা" হায়দুনা কাঞ্চিপুরদগী কংলা তম্না লৈদুনা (৩, লকপু লেংদুনা হায়, "মৈতৈ পিবা থৌডম্নবা থোপ্পবিরো :

ঔরাং চাওগোন মপা পুঙ্গী ইরেন্দ

লৈরম্বা লাইমিং শিনথরে:
মিংশিংলকপা লাকখিনি লাকুনা খুজরো
ঙাংঙবা লৈরাঙ্গী লাইমিংনি
পাম্মুবা শিংঙেম লৈরাংনি
মৈতৈ লৈবাক অসিগী লিক্লাই হুখী অসিদা
মনিক মঙমতনা থন্নবা কংলৈ লৈবাক্কীনখক্তা
মউ চারি কায়রুদো, মীরমলেম্দা ভাঙখিত্তুনা
ইরমলেম্দি খুনুমক্লনি মপু নঙ্গী থৌশিন নোংদম খিংঙমক্কে ।

## পুয়া মৈ থাবা

শাস্ত্রদাশনা থল্লি, লৈবাক অসিদা লৈরিবা মরু ২ সিদি সিদ্ধান্তনিদনা, হয়খিবা অসিনদি মৈতৈ পুয়াগী মনুংদা ধর্ম্মগী মরম পুম্বা লেংদবা মশক ওইনা পুন্দুনা লৈরে অহুনদি মখোয়গী লৈরিবা পুয়া পুম্বশি মাংহনগ্রবদি শাস্ত্রদাশ ঐনা হৌদোকুনা চৎঙম্বনি থংনগনি রাথন্দুনা নিংথৌগী মফমদা হায়খ্রুন। লাইফম খুদিংদা লৈবা মাইচৌশিঙ্গী নথুংগু নিংথৌরেম্না নোংদম শঙলেন্দগী থাইহুন। থমখিবা পুয়া পুম্বা লৌথংলে। মতুংদা ময়ুম নাওদ। পিবলোম্নচিংবা পুয়া ৬ কা লোইন-হুনা লাইরককচন চৎলম্নচিংবা লৌথত্তুনা কংলাদা লৈবাক নোংথৌ তুবকী ( মথাপুং, লুরাং নোংফংপুংদা ) শঙ ১ শাহুনা পুয়া পুম্বা পৈথ্রে। মতুংদা নিংথৌদা হায়, "মৈতৈ নিংথৌ পুয়া অসি লৈম্নবদি লৈবাক অসিগী চৎলম মাংলগদবনি হিংহনবা ওম্নরোই মৈদা কৎনবা তৌরাস" লেপ্লহুনা মফম অসিদা মৈগী কোম শেমহুনা থৌরাংথ্রে পুয়া পুম্বা খোমগত্তুনা মৈ থানবা থৌরাংলে হায়বা তাবদা মরু লৌরেম্বনা মরম অসি কমদৌনা পোম্নাংখিবনো থঙ্গে হায়হুনা মরুগী লাইনিংপুং হৈক্রু মথোং চাথাব। তুথুপ্তা চংহুনা লাইনিং পরৈ থানা হৎলক্লে। মরুগী লীকওন ৩ লক শুবদা মরম পুম্বা উরে থংলে রাদি ভাংদে রাথন্দদি মৈতৈ ময়ুম ৭ তী মচু থংদনা লৈথা তানা মাংলেদমা পুয়া পুম্বা মৈদা থাখিদৌরে করমনো মশিদা ঐনা করম তৌরগা হিঙ্গবা। উম শঙ পুবদি শোক্কেদন, মহিঙ্গদৌরি ময়ুম ৭ অহুদি শাস্ত্রদাশনা পুয়া মৈ থাবা, লৌরেম্বনা মৈ হৌদম্নবা খৌপুবা তাইদনা, লৌরেম্বা নশক নঙানবু মৈ চংক্রবদা মৈ কনবা ওমপ্নরোইদনা মতমগী থাংলৈমা পুন্দুনা অশুম রাথল্লম্বদগী শাস্ত্রদাশনা তৌরিবা থৌরম অহু মথং মথং উরকপদা মরু মিংম্না হরা চেন্নকপা পানগী মিৎলাংদা নস্তুনা থমোই লকাম্নুং খোইজিথাগী মিৎলাংবু তরং ইহৌখিব লাইনিং

পয়ৈ থাববু য়াওমদয়ে । থুদক অহুদা হী: করিনো লোয়েম্বা হায়হুনা মোমোন হেক নোকই মখা তাদে, মিং পাংদে য়া তাংদে লীক চত্তনা লৈখি । তমদাই লুখোইনা হংজি, মরু নোংদম মরুনা কপ্পম্দগী নোকখিবা করি ওইত্তবা ? থেঙ্গানা চুম্মি "লুখোই য়েংবা কৈতমজো ১ না মৈ থাগদৌরি ১ না কনগদৌরি হাক্লা মকুটয়রোই নং ঐবু উত্তম্নি" হায়হুনা মরুগী লাইমিং থৌগলবু তেংবাংনা লৈখি । শান্তদাশনা পুয়া পুম্বা মেরা থাগী ১৬ নি পানবা ইয়াই মুমিংকী মুংখিল পোংগ্রা হুনবা মত্তমদা কোম অচংবা শিঙ্গা লোয়ননা পুয়া পুম্বা থাদহুনা মহত্তুনা মৈ কৌবা লাইবু পুকম লৈপায়হুনা লৈখারোন্দগী মৈ কৌববু নিংশীংহুনা কৌরক্লে । মৈ চৌবা তমাক্রে মতুদা মহত্তুনা হায়, মৈতৈ নিংথৌ পুয়া অশিবু মথাক লৈরিমায়ে মৈ হো হায়বা য়াক্রে করম করম্বা পুয়া লৈরিবা ? মতুদা মৈতৈশিংনা মাইচৌ খেবা মাইচৌ চৌঙ্গোং ২ দা ইপু মাইচৌ ঐগী শঙ্গলেন্দ করি পুয়া লৈহৌরিবা ? মৈতৈশিং শঙ্গলেন পুম্বদা পুয়া থোইনা লেমহৌবা লৈত্রে, নোংদম শংলেন্দি ননাই ঐথোয়না চংবা ওম্বা শঙ্গলেন নত্তবনিনা নোংদম মরুগী মথুংশুংদা মত্তাইয়ে । অতুদি মাইচৌ ২ না পুয়া লৌথোক্লবা তৌবিয়ু । মৈতৈশিং নোংদম শঙ্গলেন পুবা পুয় দ মীথুং নত্তে লাইথুংনি য়া রাথল তৌবিনি কংলৈ পুংমাইয়োন থুম্তোক লৈশেমত্তে গী অত্তাংবা, অত্তোবা তাংতানবা, মেমানবা, খেমানবা, অশনবা, অয়াওবা মচু ৭ শাংনফম লৈময়েন ৭ চি থৈ ময়োন ৬ না য়োম্লিবা লাইনি ননাই নপু অনিনা পায়ত্তম শোকত্তম্বা ইতিক ইপা নচ্ছদে নোংদম্বা মরুত্তনা শোক্কদবা পায়গদবা পুয়ানি অয়োন অয়ান ত্তাকপীনি । শেংমদা নোংদম্বা মরু পানগী মিংলাং অনিদা তরংলাইজা মতুম মতুম শীম্হনা লাইনিং পয়ৈ থাত্তম্মি, মরু থেঙ্গা লুখোই রা তাংদে মরুগী মতৌ য়েংহুনা মিং কুপ্পুনা লৈখি । মাইচৌ ২ গী রা তাবদা মহত্ত শান্তদাশনা শাওহুনা মহারাজ নোংদম শঙ্গলেন কদাইনো তাকপীয় মিত্তিন পণ্ডিৎ শংসি দ নিংথৌগী য়াথংবু থৌপুদবা ওম্মিনা । মতুদা মৈতৈশিংগা লোইনহুনা নোংদম শঙ্গলেন্দগী শান্তদাশনা নোংদম্বা পুয়া ১২ গী শাংনফম পুকোক লৈশেয়োন, মীহৌয়োন, লৈথক লৈথারোন, শলাই পোকপা, শঙ্গলেন পুমাবা সনা পুয়া, লাংওন লাংদাই, লাংদাই কাইখিয়োন, মৈতৈ পিবা নাওদা, চৎলম লুত্তিন, তুবি লাংওন তুদৌয়োন, য়ুমথাই য়ুমদবা, ১২ পুয়া মউ চারি নোংদম্মবু মহন্ত শান্তদাশনা ইলাই লাইনা পায়হুনা পুবক্লগা কোম মন্নুংদা লংথহুনা মৈ কৌবা লাইবু নোনা অমুক পুরুম লৈপায়খি । কোম মন্নুংদগী নোংলৈ নুংশিং অকি তুজুংবা অমা হুমগংলহুনা পুয়া থাবা য়েংলিবা মীপুম থুদিং মমিং পা বা য়ানদহুনা করয়ো করয়ো তৌওম্লিবা অসিদে হায়হুনা ওক্তুনা লৈনৈ । থুদক অহুদা নোংলৈ অহুনা থুম্তোক লৈশেয়োন, মৈহৌলোন হায়বা পুয়া পুয়া ১২ গী পুকোকপু নেংথৌ পাংনা হুমগত্তুনা পুখংখ্রে । থুদক অহুদা মৈ হেক হৌহুনা পুয়া পুম্বা মৈ অহুনা উবা ফংখিত্রে, নোংথৌদা হুমগংখিবা পুয়াবু মীপুম থুদিংনা করোম পাংত্তমগদবনো হায়না মুম্না য়েংহুনা লৈনৈ ।

মহৎনা মাপী শাথোক্ল। চিংনবা হোৎনববু যাদন্থনা পুয়াবু নোংলৈ অদুবা পুন্থনা চৎখি। নোংদম মরু হেক নোকই লাইনিংবদি তোক্তে নোংথোদা পাইন্নিবা পুয়াবু মরুগী মতমা নোংলৈ মরক্তগী পুয়াবু চিংনবা থোপুখি। মরুগী লিফা লিচিং অদুদা থাবা তাওরোইলাটপী নীংশানা হুমন্থনা পুয়াবু পুবা ঙমদন্থনা মরুনা লাইনিংবা মকপু তম্না নোংলৈ অদু হুমজিন্নহুনা মরুগী তম্পাক্তা পুয়াবু থাদরম্নগা নোংলৈ অদু মুৎখি। থুদক অদুদা মরু মিৎ থংপাং পাংন্থনা হী: কম্নমলো বাপু অসি পুযা চাকপগী মৈথুবু নীংশা চিংশিনবদা চৎপ্রেনা কমদোয়গবা কুমজা কাঙমরনা পুয়াগী মৈশা থাংদোরে কমদোশিবা মপু নংনা ঙাকপীয়ুকো মহুমগী ইচেন। মরু মচা মৈতৈ কংলৈ পুংমাইযোন অসি পুমশি শিবমক্তি শিঙয়্নরোই মশক মচুদি মথংঙখিনি অদুবু মুংশাংথ্রেদা ('প" না "পো" দা লৈকা লৈথুপ্পুবা মথৈদি মীযিশেৎ মীচাক চানা পানঙম্বা ওইদোরি, অরিবনা নোনা শৈহৌবদি শোইদনা মক্তি ওইরবি নং এদি মপুনা নোনা শাগোম্নহন্নে অসিতগী য়াবনি। মীপোৎনা ইপোৎ শান্থনা নোংদমগী পৌশিন্দা তাওন্থনা লিকানন্থবা মীবোব অনিদি লৈরনি, অতমগুবা মীবোক্তি নংগু এগু লৈঙমজবা যয়ারনি। কদাই লুথোই নংগু মরুগী থোগন লাংলিবয়া মুংশিদা ইচাদি পাউচাক থুনবা হৈজবনি নংদি লাংদাইকাওবা লৈঙমথো মশক মৎং তম্মখিনি, লাইবক কবা ইচাদি ময়েক শুনা থংঙমজব ওইরকউ হায়না নোংদমন্থনা হয়খি।

লাংবচক্কৌ কুমশিং ৪৮২১ মোংদংল ই কুমশিং ১৭১৭ শা: ১৬৪৬ চৈথাবা ২৪১ শুবা মোইরাংথেম খোংদোনগী কুমদা শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর পামহৈবা গবিপতিরাজনা মহন্তা শান্তুদাশগী সেবা তৌনবা ইবেম্মা লৈমা কজেং ঙানবীবু লুহোংহন্দুনা পিরে। বৈত্রা কৃষ্ণ ত্রযোদশী ২৮ নি পানবা ধনিষ্ঠা নক্ষত্র মহাবারুনি গঙ্গস্নান নুমিত্তা ব্রহ্মপুত্র ত্রিথ=ইরিন তুরেল্লা সুর্য্য বংশ শাংগেগী শাখি ওইরন্থনা বংশগী তেজ মঙান চাওথৎনবা গৌরধর্ম্মগী লাইনিংবু মহা মহন্ত শান্তিদাশকি মফমদা দিক্ষ্যা তৌন্থনা ব্রহ্মান্না চন্দন খিলহন্দুনা বৈষ্ণবকী থুয়া উযুলবু কোক্তা হাপ্তুনা সুর্য্য বংশ শাগৈ নিংথৌবু বৈষ্ণব ধর্ম্ম য়ামান্দি ভিন্দুনা গৌরিয়া হায়না মিংথোন্দুনা ধর্ম্ম অসি লেপ্রে। ধর্ম্ম অসি অঙোম কবিবু মৈতৈংনা হৌদে তাক্তে নিংথৌনা অঙোম কবিবু চুংঙাইতবা থাক্তদবা হৌখিবা মরম অমা লৈবনা মতুদা কবিনা মপুক্তা তাখিরে নহা ওইরিঙৈদা তৌখিবা থবকপু হৌজিক কাওবা থাকম থম্বা হৌনত্রা ঙরাং নহান্ত ঙাইবগুম্বা, মাপী নীংবা থুংনবা চনা থোয়াংখিবদি নিংশিংনবা হাযন্থনা মৈতৈংবু কমদোরগা মাইথিবা পিবা ঙমগদগে মরম অসিক্তা থন্দুনা লৈখি। মতুং অদুদা ইবেম্ম মহারানী গোপবতীগী মনাই অচেৎপা অমা শান্থনা মথল মথা অয়াম্বা পুক্থন চংন্থনা হাওনম শেলুংবা ঘনশ্যামগা মবানি লৌতুনন্থনা মহারানী গোপবতীগী মনাক্তা লৈথ্রে।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮২৫ নোংদালাইই কুমশিং ১৭১৮ শাঃ ১৬৪৭ চৈথাবা ২৪২ শুমা নোংমাইথেম লোইচা পঙ্কযুক্তেশ্বর পামহৈবা নিংথৌনা কমদৌ ৬৪ পুম্ফনা থোংনেং জ্রীং তো কংও তোলোংগুম্ব হীশমশাইবা তোংহুনা ককচাংদা কুমহুনা গৌবিন্দ ধর্মগী চাক তীনচাক চাই । লম য়েংশি হায়হুনা নোংমাইখোং য়োনা কুমথহুনা লোক্তাক খোংলুং য়োরকপদা হোনবা হায়বা লৈজনা মথক্তা অম্না তাওথরক্লগা লোক্তাক য়োরবা মতমদা চথাং কামহুনা চাহুনা লৈরে । পামহৈবনা শাগুহুনা হীগী মঙক্তা খাংনা য়াম্লুবদগী থোকখিবা ঈনা লোক্তাক। ঈশিংবু ঈশুম্না লৈরে । মতৌ অসি উৱদা মতম্ত শান্নুদাশনা বিষ্ণু মন্ত্র শোন্দুনা খাংনা য়ানখিবা থাংথুম্দ। খুৎনা য়েম্লগা শ্রীরামগী নাম্ব শোন্দুনা থম্বদা ঈ অহু থগা থরা থক্লহুনা মতুংদা শ্রীগৌরাংগ অবতারবু মথৎশিংনা লিহুনা মা সঙ্গাইরোমদা হীগারহুনা কাঙ্গিপুর মা শঙ্গাইগী হীথাংকম য়োরহুনা হীথাংলম্মগা খোজ খোংলেংলহুনা মা শঙ্গাইদা লেংশল্লুনা পোংথাহুনা মৈতৈগু লৈখি । অহিং মুংথক থানবা মতমদা হীথাংফমদগী তোংলোংবা শমশাইবা পুম্নিবা য়োংহি থদহনা লোক্তাক খোংবাম য়েংনবা তাওথহুনা চেম্বরক্লে । মনাইশিংনা হী চিংথংকে য়েংবদা লৈরমহুনা হীরম ঈন্না খোম্দুম্লহুনা য়েংবদা লোক্তাক খোংমুংদ হীবা থুপ্লুনা লৈখিবা খুদম্ব ফংহুনা মকম অহুদগী সনা কোম্লুং অনৌবা লাংথবান্দা হল্লকুনা মরম পুম্ব তরে । মা পুক্নিংদা থবা রাই কবি ওইগাবা তোংলোংঙম্বদি থুপগ্রে তোংলোংঙন্দৌদি হীজগাংদা লৈহৌরি অসি মাগী মরমদি থংবা ঙমদ্রে লৈবাক্কী খুদম্ম নিংথৌ ঐগী খুদম্না হংনকম পুম্বম্ত পম্বিংথরে হায়না মা পুক্নিং য়াম্না য়ানা ( নোংদম মরু শঙলেন, লাংদাই শঙলেন, কাইবিরেন শঙলেন ) শঙলেন অহুম্ব নিংশিংনা লৈঙমখি ।

# মাইচৌ ৭ না মরু অনি পুরুম্বা

## লাইনিং লম্বী থিজবা

লাংবচক্কী কুমশিং ৪০২৫ নোংদালাই কুমশিং ১৭১৮ শাঃ ১৬৪৭ চৈথাবা ১৪ শুবা নোংমাইথেম লোইচা কাইরেন ১৫ নি পানবা নিংথৌকাবগী য়চবা মতুংদা পাউশানৈ । রাঙ্গোই থেম, শমুরৌ চৌংগোং, নম্বোল থোংহীমাইবা, কমেং ফদিবা, মুয়াম তোম্বা, লাঙ্গোল লুখোই, রাহেংবা খৈরোম্বা, নিংথৌজাম্ব। কিয়াম্বা মাইচৌ ৮ না নোংদম্ব, মরু লৌরেম্ববু পুকম্ব। হৌনহুনা লাকই । মরুনা হায়, মুংশিল্লু মাইচৌ পুম্বনা পুক্নিং হইচেন অমত্তা ওইনা হৌন্দুন লাক্লিবা অসিবু লৌরেম্বদা করি থংহনবিবা লাক্লিবা ? ননাই ৎখোয় পুম্বনা লাকচবদি মরুবু পুরুম লৈপায়বা মতম ওই-ওম্লমায়ে রাথজহুনা পুরুমজবা লাকচবনি, ননাই ঐখোয়বু মতুংদা হংনকম্ব লৈরকখিগদরা নিংঙম্লক্রে

লৈজবা পুক্নিঙ্গী চংজবা মশক্তা লৈকৎকনি ওঁম ক্লীং শ্লীং হ্লীং হ -রে ধু পুরুষজনা কৎচরি । মতুংদা লাইমিং অসিনা লীক্ল খুদিঙ্গী মশক (৩) গী ময়েক (৩/৫) অসিবু লীক্ল ১০৮ শুনা পাইরগা অয়োইবা মরুদগী অমুক হৌহুন। শোনগনি । অহৌবদা হ-রে ক্লীং গ্লাং অসিনা লীকওন ১, হ্লীং ক্লীং শ্লীং মশক্তা হক্কৎপা লীকওন্দা, (৩ শুবদা হব্রিং ক্লীং মশক্তা লোয়হুনা লীকওন (৩) লক শোনবদা মঙান অমগী মশুং ১ শোঞ্জরে । অস্তুম্না (৩) লক শোঞ্জবদা লাইমিং মশক ১ ওই মথুদা ঈশিং থবা লৌহুনা লাইমিং অসিবু মপুগী মফমদা কস্তুনা মপুগী য়েংকী থবাক ময়াইদা হাপ্লুনা কৎচপনি । ঙয়বদি মশিং লৈতে নিংশ্ববদি কায়ফদে । লাইমিংবু কৎপা লোয়রগা খোয়দা লৈবা ক্লিং, খোয় মথাদা লৈবা হুঁ হুঁ, খুদোন অনি মথাইদা লৈবা সঁ মশক্তা অহুম্মকপু নিং নিং নিং বি ব্রি রি হায়না চিংখৎলগা কোক্তা সঁ মশকপু থম্লগা কুং হুঁ মশক্তা ইরোং অচুম ফাংবা পিশুম অনিগী মরক্তা থমগনি । মতুংদা থমোইদা ক্লিং, খোয়দোদা হ্লীং ক্লীং শ্লীং থম্মু মশক্তি লোংদম মপ। মপুগী য়াইবিরেন মেরুবা কৌই । থরাই পানবা পুন্নবু শুমহৎপা কৌই তুংনফম কৌই তৌগে ঙমদবা লৈতবা কৌই । খোয়দো মথাদা ক্লিং শ্লিং হ্রীং ও থম্মু । মফম অসিদা লৈমরেল লৈবনি ওঁম শ্লীং মিংলেন্না থমোই লকা মন্নুংদা তত্রবা শান্দুনা শেংদোকচনি । খোরিদা ক্লিং শ্লিং হ্লীং থম্মু মশক্তি খোইয়ুম ইঙোবনি । পীশুম মথক্তা ক্লীং শ্লীং ওঁম থম্মু মশক্তি ( অতিংঙা শিদবা, লৈশিরেন ) গী মশক্তি, অনিবু ফম্বাল লাংহন্না নিংবদি পুন্সি মুংশাংঙে লেপহন্না নিংবদি চৎলগে নিংবদা হৈগৎহুনা থমগনি । লীক লৌবদি ( হ্লীং ক্লীং শ্লীং ) লাইমিংনা লৌগনি । লীক চৎপদি ( হ্লীং ক্লীং শ্লীং লং, বং, রং, যং, ক্ষং, হৈং, রিং ওঁম ) ময়েক ১১ অসিনা চৎকনি মশিং লৈতে ঙম্মখৈ, মশক্তি উদবা থংদবা লৈতবা মপোক থংবা কৌই । পুন্সিবা শিদবা কোই তুম্মগে হায়রগা ( ও গ্লাং ক্রীং শ্রীং ক্লিং স্ত্রং স্ত্রং ) লাইমিংবু শোন্দুনা অহুম্নক লৈ, ঙৌ, লৈথাদগী থোকপা ঈশিংবু য়োৎলগা তুম্বা মশক তমগনি লাইবু নিংবা লাইমিংবু শোনবা হায়বা অসি তাইবং মশক্ত। শোনবা নত্তে উবশু ফংবা নত্তে ঐ হায়বা মশক্তা মহাক হায়বা অহুবু শোঞ্জবা নিংশিংজবতনি । মহাক্তা মাবু নিশিংবা মতমদা অমম্বনা অঙানববু পামজবগী ঙমজবনি অঙানবা চৎলমদি উম্মখৈ শিজিন্দুনা অমম্বা হকচাংবু ঙালহন্নবা তৌগনি হায়না লাইনিং লম্বী অসিবু হায়নহুনা অরেপ্পা মশকপু অমত্তান চৎলমদি পুক্নিংনি হায়না শংঙনখি । মাইচৌ ৮ মক মতুং তহুনা মকবু পুকম্মগা হনখিহুনা মরু থেঙ্গাবু অমুক পুরুমলুই ।

মরু থেঙ্গানা "মাইচৌ ৮ মক করিমুক লৈঙমহুনা হৌঙমহুনা ইচেন ইখোং অমতা ঙইবা মুংশিদা উবরোইদো" । মরুগী লোংদম লাইনিং পাউদাক থরদং নিজগে লাকচরি । মুংশিদা থেঙ্গানা করি খংহুনা করি হায়গনি অহুবু নখোয় থাইনা অহন্নি মহংশি হায়হুনা লাকপগী অহুক

রাহৈ অমা অনিদং অহুক মঙাঙ্গে । থেঙ্গা ঐনা থংজবদি ( ক্লীং শ্লীং হয়েং ) অসিবু ঐগী পুক্নিংগী অয়েপ্পা থমজে, থেঙ্গাগী চংজফম হায়জফম থেঙ্গাবু থৌদা থৌবুখিনবা পুন্নমকপু ওইহৈ মহুদি শ্লীং হায়বা মশকপু থানবা লৈতনা নিংজরবা মশক মনম্না উহং মনা সেন্দাং মখা শাবা মনম নম্বা, মচুনা অঙাংবা ফিজেৎ লৈতেংবনা মহাক্কী তুংনফম ওইবা পেনখীনবগী মশকতু ওইরিবা মশক্তা ঐগী লাইবক্তা থমজরগা ক্লীং মশক্তা থেঙ্গাগী তাইনফম চংজফমগী মশক ওইজবা মনম্না উহং উরাং মনাগী মনম্ন নম্বা মচুনা ঈগুম্না ঙাংলবা, ফিজেৎনা মেমানবা মচুবু শেংলবা মশক্তা মতম পুম্বদা পীশুম ২ গী মথা, নথাং হায়বা মফম অসিদা তত্তনা থম্মজহুনা ( হুংং ) হাম্বা থম্বালম্মী মনম নম্বা মচুনা অঙোবা, অশংবা ফিরোনবু শেংপা মহাক্কী মনাক্তা মকচবা ওইনা নাত্তোন অরাংবা ( অখোমচিগী ) নাক য়েক্তা থমজরগা নাত্তোন য়েৎ থংবদা লৈবা শংহো, ওই থংবদা লৈবা শোহিং মশক ২ মক্তা মতম পুন্নমক্তা শিন্নজবা ওইনা ওই থংবদা হং হায়বা মশকপু হোন্দোক্লগা য়েৎ থংবা ( শংহো ) কোববু রি হায়বা মশকপু তত্তনা চিংশিন্দুনা থৌনাওগী মথক্তা লৈবা ঙৌগী থোংশংবা ( তিললিং ) কোববু হাংলগা থৌনাওগী থোংশংবা ( চেথে ) কোববু হাংহুনা ( রি ) মশকপু পুশিন্দুনা ৫গী থোইদৌ মথাদা থমজরগা খাগী থোংবু ( সিনথে ) হায়না থিংলগা থোইদৌ হায়বা ফাংখোংবু পুরিবা ক্লিং মশক্তা ঐগী লম্বীবু চিংবিবা মরুগী মশক ওইহুনা থমজরগা হলীং ক্লিং শ্লীংগী মশক্তা কাংখোঙ্গী মথক্তা পুথত্তুনা থমজরগা নোংদম্বা মপা মপুরেন মহাক্কী থৌথনবু হরিং ক্লিং হায়বা অসিনা তত্তনা শোন্দুনা থৌগঞ্জবা অসিনা থেঙ্গাগী অয়েপ্পনি। হায়বদি অত্তিংঙা মরু শিদবা, লৈশিরোন লৈপুনবী অনিনা অখোইবনি । মশক্তি নোংপোক্তি । লৈমরেন ৭ না য়োমহুনা লৈবা লাই হায়বদি অসিনি । লৈমরেন ৭ হায়বদি মিংলেন ৭ নোংমাইজিং নিংথৌকাবা, লৈখাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন, ইরাই, থাংজ অসিনি, অসিবু মক ৭ হায়নতু কৌই । থম্বাল লৈনা ৭ শু কৌই মরম অসিবু থংনা মানা মানা পামজবা লাইমিং লাইশোন থানা নিঙ্গনি, লাইনিংবদি থোনদি থোক্তুনা চীনবু লেংদনা লৈয়েংতগা পুক্নিংতগনা নিঙ্গনি, শিংথানবা লীকপু মপান থোক্লা চংফরোই । "ওরাং চাওগোল ইরেমগী মপা চীঙ্গী চীংদোম্বা লৈরম্বা লাইমিং সিনথে নিংশিংববু লাকনি" ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮২৭ মোংদালাই কুমশিং ১৭১৯ শাঃ ১৬৪৮ চৈখাবা ২৪৩ শুবা য়েন–কোকপম লৈহাওগী কুমদা নোং তাদবদগী ঈশিং তাংহুনা লৈবাক রাই । নিংথৌনা মফম খুদিং চত্তুনা তেংবাংনবা মাইগৈ খুদিং পুখ্রি চাওনা চাওনা তৌহুনা খম্বী । রাংথৈ মাইগৈগী দমক হায়হুনা মরু লমপাক্তা পুখ্রি তৌনবা লম য়েংনবদা শান্তদাশনা হায়, মহারাজ মফম অসি শঙ্গাই য়ুমফম অমা লৈ মফম অসি পুখ্রি তৌখিগনু মফম অসিদা স্না শঙ্গাই পনঙাকফম স্না কংলাগী থুবম শোকই মরু মরম ৮ দি রাংলি অহু ওইনমক শোইদনা শঙ্গাই অমা শারনি নচা ইবুংঙোশিংস্নু

ময়াম্মি রক্রম পম্মোং মুংত্রাওবীগী নোংপোক পাংবা কৈশাম খোঙ্গী ঐরাং থংবা লমপক অসি লমচিং লমহাং ওইনা তৌই মফম অসিদনা ফগদরা হায়বদগী মফম হোংলুনা লমচিং লমশাক্কা পুখ্রি অচৌবা অমা তৌরে। পুখ্রি অসি চাওনা লুনা ত্তৌরগা ঈশিং ফংবদি মরৈরে। ঈশিং ফংনবা মথং মথং খরা খরা শীকশিন্না ত্তৌবদা পুখ্রি মনোল অচম শুরে মযাই থংবা অতুদি হায়নিংঙাই লৈত্তনা লুম্রে, লৈত্তৌবা মীবু শগাই মথং মথং শাল্লনা লৈহোন লৈকানবা ফাওবদা ঈশিং মচুম অমা য়োনা ফংখিদ্রে। পুখ্রি মনুং অদু লৈক্রক চত্তুনা লৈরে, ঈশিং ফংবা তুংবা শুইপ্র লৈখিদ্রে নোং তারক্লবসু মতুদা মহন্ন শাল্লুদাশন থন্দুনা য়েংবদা মশম অসি থংবা ঙমদ্রে মহন্তনা হায হায়বা পুকম থৌনি পুম্বা তৌবদা ঈশিং তুংবা লৈখিদ্রে। মৈতৈশুন পুক্লিং অরাবগা লোয়ননা নোংদম্বা মরু লৌরেম্বা খোংনাংথাবগী মফমদা লেংথত্তনা হায়জখি। মক লৈবাক্কী অরাবা কোক্লবগী ত্তৌরিবা পুখ্রি অসিনা নোং তারবমক্তদা ঈশিং তুংবা লৈতবা মনুং অসি লৈক্রক্কে চত্তুনা লৈবা অসিবু মরম করি লৈবনা ঈশিং তুংত্রিবা, মসিবু কবি করম ত্তৌবগা ঈশিং তুংত্তনা লৈবাক্কী তাংঙম্বা মতমদা অরাবা কোক্লবা লম্বী থবদং ওইগদগে? মকনা হায় মীতিন নিংথৌ পুখ্রি অসিনা ঈশিং থোক্তবগী মরম হায়কংরগা স্না পুক্লিং কুংঙাইতনবনি হাযকবগী থোইনশু কান্নবা মবমশু নত্রে মতম্না পুনশ্রবা ইচেন্নি, ত্তৌবিবা মরম অসিগী য়াইফনবা মরম্মু নিংশিংলমগে, মতমগী মতুং ইন্না রাহৈ থবদং হাযজগে, "মৈতৈশুনা থৌবুবিবা মরম পুন্নমক্তা নোংদম্বা মপুনা নোংদম্বা থৌদাগী মতুং ইন্না মপু মাগীদমক্তা থৌপুজবনি স্না পুক্লিংদা রাখনবিগনি হায়বদি বিষ্ণু ভগবান্না থৌদা নোংদম্বীতুনা ইবুংঙো মাগী সেবাগীদমক্তা ত্তৌভন্নিবনি হায়না থংবিদবা ওই অতুগা লৈবাক অসিদ। লৈরিবা উমংলাই অশি ৬৪ নি, মাইগৈ ৪ শুংদাই ৪ অসিদ কনিশুম্বা মপুগী থৌদাবু থৌপুত্তনা থৌদাজবদা লম অতুগী ঙাকপী শেম্মীরিবা লাইদা হায় হায়জবগা থৌবম্মু থৌশুবিগনি। মতম পুন্নমক্তা লৈবাক অসিগী উমংলাই ৬৪ অসিগী চংলম লাইরকচনবু থাদোকপম্মু ত্তৌবিগন্নু মতমগী চংলমগী মতুং ইন্না থোক্লিবা দেবা-দেবী মখন মখনগী চংলম লাইরকচন অদুগুম্না মনিকপুবা কুকম লৈযাই অসিদা থুম্মোক লৈশেমঙেদগী হৌনা লেংদবা মশক ওইত্তনা মা-মাগী থুবমগা লোইনত্তনা শেমত্তনা লৈখ্রবনি। থোয়ন্নমশিং অসিগী চংলমশু থাদোকপম্মু ত্তৌবিন্নু, পুকম থৌনিবনা তায়োম্নরনদি মঙম পুম্নদা লৈবাক্কী অবাবদা তাঙমত্তনা পানগনি মীফিনা-মীগী ফিনা স্না লৈতেং ওইনবম্মু শ্রীজবা-লৈজবা ইপোং ভবনম্মু মাংদনবা ত্তৌবিনি। পুখ্রি অসিগী ঈশিং থোক্লবগীদমক্তা লৈচম্বা উমংলাই ৬৪ বু শাত্তনা পুখ্রি মনুং অত্তদা অহৈ অশিংবু পুকম লৈপাযত্তন থৌনিহনবিনি। মতুংদা পুখ্রি অসিগী মিংত্তন তমত্তনা নোংদম্বা মপু বিষ্ণু ভগবান্দা কত্তুনা যগবী ১০৮ পুথত্তনা মথোম শুম্নগা পুখ্রি ময়াইদা হৈথত্তনা শ্রীবিষ্ণুদা কত্তুনা মপুগী লাইমিংবু ১০৮ লক শোন্দুনা পুয়া=বেদ পাত্তনা পুখ্রিগী মনুংদা নাওথেম

( হোয় ) বু লাও বনি = ( বেদগী উংকারবু ভৌগনি ), মতুংদা বাপু চন্না নিংভোকা লুহোঙবা শোয়ুম্নৌরী অমবু পুথি অহুগী মযাইদা থোয়াং মরিক অমুক্তং তাম্জিনবা শুমহনখিদু শোম্জনা ইশিং থোক্রকনি । মক অথং অহে ঐগী কনা লৈখগে মরম পুয়শে মকনা নোংদম্বীহুনা পুরুম থৌনিনবা ভৌবিযু মরম পুয়া থোদা নোংদম্বীহুনা । চুম্মি মৌতিন নিংথৌ অদুবু মহন্ত শান্তকাশ লৈরি, শুপ্রনন্দ, পরমানন্দনক্লিংবা বাপুশিং ময়াম লৈরি মতম অসি মথোয়গী মতম হৌথ্রনি মথোয় খিবিকপু পুরুম লৈপায়কুনবনা য়াইফবা ওইরনি । মকগী নোংদম নয়াথংবু থোওজবা নংচয়ে মরম পুয়া মকনা থোদাবিহুনা বিকুগী থুয়া থাদা পুথি অমিকদি কংনবা থোওপীবা নগুনা হয়া নিজগে মকনা নোংদম তম্বীনি ।

মৈকৈঙ্না বাপু পুয়দা থংহল্লি পুথি অসিগী মরমদা ঐগী নোংদম্বা মকনা তাকপিবা মবম পুয়া কায়দনবা বাপু পুয়না থোওয়বা থোবুখিগনি হায়না থংহন্দুনা মতুংদা মথুং হৈবশিংবু কৌথঙ্না ( মনিক পুরা কুরুম য়া লৈময়োম্পা ) লৈবা উমংলাই পুয়গী মশক মওংবু মকনা অাজুনা শাবা লোইরে । মতুং অহুদা পুথিগী মতুংদা লাই পুয়া পুথহুনা মাগী মাগী পুরুম থৌনি পোৎলম পুয়া লাংহুনা অমহিং লমক্রাংবু কোনবা লাই ( চিংথেন লাইদাই য়া ) কৌববু পুরুমলে । ( ওম ওঁম হ্রঁ রেঁ হ্রঁ রেং রাং ক্লিং হিং সুং সুং ) হায়না তাইওয়গা মতুংদা কংলা পাফন অরবা তুবি লৈরোং শাংথবা থাবা তাওরোইলাইবু পুরুম লৈপায়হুন. ভৌগদবা মপুগী থৌদাবু শোয়নবা থোঙাকপীনবা তাইওম্মি, হ্রঁ রেং ক্লিং থৃপ্তী পাথংবা পীং দ্রীং চৌং, চৌং পীং ক্রৌং ক্রৌং থোঙাকপীয় হায়না তাইবা লোইরগা পোৎলম পুয়া অহু মহাকি মহাক ওইব। পুয়মকী মপু লাইনিংথৌ শনা মহৌ হায়না থংনরিবা মপুগী মকমদা কংলি মকাকী মঙানবু নিংশিংনা শোন্দুনা হৈযাহে হে লাইনিংথৌ মহাকি নহাক ওইবা, নহাকী মহাক্না ওইরিবা নঙ্গী লাংওন চৎলম অয়াম্ববু থাঙমহুনা চৎলম অমম্বা চীঙ্গাক্না থুমহঙ্না লেথা তান্না লৈথরবা তাইবং পুয়বু অঙানবা লম্বীদা পুশিন্নবিনবা হায়বগী নঙ্গী নশক নতিক নঙান পুয়মকপ থংহনবিগে হায়হুনা তাইবং মপোক্ত। অমুক পোকওমহুনা নংবু নিংজবা পুয়গী মথা পোম্না চঙ্না নিংবা নিংবা পুয়বু মনিং থুংনবা থৌপ্পবিরগে হায়হুন। তাংথক নাইদন। চেনবা ইথোংনা তমজবিবা হৈংলবা তপ্পবা পুকচেল্লা নক্লাকী ওইহুনা তাইবং মীশম্ম থুদিঙ্গী অরাববু কোকপিবা, মাগী মাগী চৎলম লুতিন পুয়দগু পাংথোকপা থৌশিন থোবুবিনবা মা অহুগীদমকপ, নিংক্লিরিবা, হে মহিরেন নতুনা সনা মচূনা তমজবা, সনা মহি চেল্লগা মথল মথা অয়াম্বা মশকপু শাহুনা অমম্বা তাইবঙ্গী রাথনবু শুমহৎলিবা, সনা হকচাংবু মালেম লৈশিন্দুনা উহং উরাং মনাগী মরক্না ওনথোকনা লৈবনা য়া হকচাংগী তুংনকম ওহবা, নচুনা কাঙ মপান অনৌবা মানবা, অমুক। অমুবা নোং অনৌবা মচু মানবা ভৌরনবা মচুনগু নহাকি নচু নঙান ওইরিবা, মরুপ মপিজা লোইনবা শিথিজা লোইনহুনা নংবু নিংজবশিংগী য়াইফ

লম্বীবু তাক্লেং মখুং পাক্না শাংনা তানফংনবা হায়বগীদমক্তা মফম খুদিংদা চংলম লুত্তিনবু শন-দোক্লিবা মপু নংবু নিংজবশিঙ্গী মথা পোনবা ওইনা ঐনা চংলি হায়বত্তবু খংনবা ফিশেংপু অমুক হন্না শেন্তুনা মনুঙ্গী ফিরোনবু মপান্দা শেন্তুনা থংহন উতনবিরিবা নহাকপু শিংথাবা কনানবু ওমগবা, হে মপু মহিতো মহিরেন মংগী মনুংদা তুংনকম লান্নকম লাইশঙ লৈ, লাইশঙ অতুগী মনুংদা মহিরেল সনামহী লৈ, মিংলেনবু হীলীং ক্লীং শ্লীং কৌই । ওম ক্লীং শ্লীং হীলীং হং রেং পুকন্না কংচরি" । হায়তুনা কংলগা উমংলইপুম্বদা মাগী মাগী তমদুনা লুখোক মাইচৌবু লাইকম খুদিংদা থিলহন্দুন লাইতাইনখি । মতুংদা মরু থেঙ্‌নানা মুমিং য়েংদুনা ম নৌ পুথ্রি অতুগী চিথেক ৪ দা উয়ুং ১/১ মম য়ুংতুনা মবাক মনুং কারন লাক্না শিংকাপ কারন থারগা ময়াই কারন্দা উয়ুং অমা য়ুংলে । উয়ুং মখোং ৪ দা শক্লোংদা থাংজিং সাতোনবা লায়োন বাংতবা । নোংচুপ্তু লোইয়ারাকপা খোংফেন থোবা ওম হে মৈচিক মা মুংতুরিকপা লাইজিদা কৌক্র খুন্না অহানবা ও-এ মিংলেন শনা নোংতরেংবা তিংনুংরেম্বা । ঔরাংদা—মাজিং রিরিংবোক মা পাগি সোপা কোন্দে মরিক । চিংথৈ য়ুম্বীদা চেংডা উং সোং হায় হায় । নোংপোক্তা নোংপোক নিংথৌ অঙাইবা মীতোংরেংবা । মৈরমদা—য়ুচেং থল্লাংবা ওংহোরিক ওংহোরিক । মথাদা—রাংব্রেন থানা চাওবা লুকনাক । শিংকাপ কারন পুবা পুথ্রি ময়াই লাক্না য়ুংবা উয়ুংদা অতি কোক্তি মশকপু থম্লে, উং লৈহিংক্তা লৈফাও এ । নোংদম্বা মরুনা লৈপাইবা লোইরতুনা বাপুশিংবু কৌতুনা ভাশকর শর্ম্মা, শুপ্রনন্দ, পরমানন্দনচিংবদা পুয়া—বেদ থিতুনা শ্রীবিষ্ণুগী মফমদা কংনবা মরু ২ না থোদা নোংদম্নম্মগা মরু ২ গা লুখোইগা হনখি ।

লাংবচক্রী কুমশিং ৪৮২৮ নোংদালাই কুমশিং ১৭২০ শা: ১৬৪৯ চৈথাবা নিংতোম্বম কিয়াম্বা ২৪৪ শুবা মেরা থা নিন্দুং ২৭ নি পানবা উত্তর ফাঙ্গুনি থরানমিচাক্লা—( মোংক্রোংশক্লা ) পানবা ইরাই হুমিত্তা পুথ্রিগী মিংহুনবু লৈয়াই লৈথারোন রাংনা খৈবা—জয় পতাল শাগোর হায়না মিংহুন্দুনা শনবী ১০৮ গী মখোম্বু পুথ্রিগী অকোয়বদা শুমতুনা ময়াইদা তৈথতুনা পুরা—বেদ থিতুনা শ্রীবিষ্ণুগী মফমদা কংলে । খুদক অতুদা পুথ্রি ময়াইদা ঈখুন মচা অমা থোক্তুনা ঈশিং থরা তুংবা উবা ফংখি । মতম অতুদা ব্রহ্মনী খোম্লোবী শামুরাংপম নিংতোল নোংলেনঙম্বী হায়বী পরমানন্দ শর্ম্মগী মুপী অসিনা পুথ্রি অতুগী মপান্দা ফমতুনা মহাক্তি খোয়াংবু থাখুম হেক লোথেংতুনা মচা অতুবু খোয়াং ভাইহাক পীথক্লগা অঙাংবু পরমানন্দগী মফমদা পীতুনা খে মাং অতু মখুৎ ২ না শুমথতুনা খোয়াংবু তাখিনবা শুম্লক্লে । ঠাকুরানী নোংলেন ঙম্বীগী খোয়াংনা পুথ্রি অতুদা হেক ভাবদা মফম ইথং খংহৌদনা পুথ্রি অতুগী চিথেক ৪ দগী ঈশিং ইরম ৪ বু অকি তুজুং ওইনা কামখোরক্লুনা পুথ্রি অতু ইমাই হেক চোক্লি। পুথ্রিগী মনুংদা লৈবা মীয়াম পুম্বা কংকান য়েনবা অমবু অমনা হন্না য়েংনবা লৈত্তনা 'মাংলে মাংলে' করিনো হায়না লাওনতুনা চেনথংনৈ। খুদক

অছু খোমনৌবী ব্রহ্মমী নোংলেন ওঙ্বীশু মীরায়া চেন্নবগী মতুং ইন্না চেঙখত্‌লকপায়। মফম অদুগীদমক পুথি খাংখাং অনিশুবদা মখোঙ নাম্ম। হেক খাঙহৎপগা মখোঙ নাম্নদি ঈশিংনা হেক থুমখি। খুদক অতুদা ঈশিং অছুদগী মখোঙবু থাঙ্গৎচগে তৌবদা কনাগুম্বা মী অমনা মখোং অছু পায়রুনা চিংবম্মী মতৌগুম্ন। থাঙ্গৎপা ওমদহুনা পুথিগী মপান খাক অতুদা কন্না পাম্মুনা মানবদগী মময় লৈপাক্তা উপ্পা তুথগ্রে। মীয়াম পুম্না 'কলিনো কম্নিনো' হায়না ওকচুনা হেংবদা খুদক অতুদা ঈশিং অতুনা অপনবা লৈতনা চাওখৎলকুনা ব্রহ্মমী নোংলেন ওঙ্বীবু উবা ফংদনা ঈশিংনা থুমখ্রে। খুদক অতুদা পারমানন্দনা মচা অছুবু পুথিগী মপান্দা থম্নগা ঈশিং অতুদা চাংথচুনা ঠাকুরানী নোংলেন ওঙ্বীব থিগে হায়বগী খোৱাংই। পরমানন্দগী অকি তুজুং লৈতবা উবদা ঠাকুরশিংনা পরমানন্দবু কাচুম্না "পরমানন্দ ভাইখো ঈশিং অসিনা তৌথিবশি ওইখোক্কব। থোঁমৈৱক্কি নং ক্রম। ওইরবদি উবরা উদে. খংবা খংদে থুম্মু হায়বগী খুদম্মি ওপাথখো। ঠাকুরানী নোংলেন ওমবীবু হেক থুমখিচুনা মশক উবা ফংদবগা অপমবা লৈতনা চাওখৎলকপা ঈশিংবু লেপথিবা অসি অতকপা থৌরম্মি, মাংখিবমা মাংখ্রে মশিদা নংশু মাঙনা মাংখ্রবদি নচা অসিবু কনাদ। শিন্নচুনা থমম্লগ .. ... তপাথো হায়তুনা পেমচুনা থমখি। পাউ অসি ভাবদা নিংথৌ রানা রাখন্দুনা লৈখি।

প্রেমানন্দনা নোংলেম ওঙ্বীগী মরমদ খকুনা মচা পমচুনা পুম্নিং থুদিঙ্গৌ পুথি মপান্দা (লৈয়াই লৈখৎবোন রাক্সে লৈবগী) মপান্দা ফমচুনা রানা অতম থাংচুনা লেরকই। নোংমা প্রেমানন্দগী মংদা ঠাকুরানী নোংলেনওঙ্বী লাকুনা হায়, "ঠাকুর নংনা অঙাঙ্গী মরমদা রাখিবদে। থাদোক্লো ঐগী মবমদগী থম্লরম্ব লৈবাক নিংথৌগী যাইফনবগীমক্তা পুথি মচুংদা ঐবু লৈবনি, পুম্নিং থুদিঙ্গী লুংশিন পোম্বা হুনবা মতমদা থোংনাং মখোং অসিদা পুথোক্লুনা ভাইগাক ভাইগাক্নু থম্বীরম্মু ইচাগী নেংম মোংমগী লেন্নব। থোম্লাংবু ইঙ্গরগে" হায়না চাংয়রে। প্রেমানন্দন মাগী মংদা হায়রম্বগী মতুং ইন্না লুংখিল পোম্বা হুনবা মতমদা মচাবু পুথোক্লুনা পুম্নিং থুদিঙ্গী মী অচিকপা তাল্লক অতদা। ঠাকুরানী নোংলেনওঙ্বী ঈশিং মমুংদগী কারক্লুনা মচাবু মবুক থৎলা পীথরম্মগা ঈশিংদা অমুক কুমথচুনা লৈখি। মতৌ অমুক্মা হেক হেক কারক্লুনা মচাবু খেমইনবা অসি ম/৫ ওরকক্লবদা নোংমদি থোংনাং মখোংদা মচাবু থম্নগা থোংনাং মরমদা হুমচুনা লৈ। মতম অতুদা ঠাকুরানী নোংলেনওঙ্বীবু ঈশিং মমুংদগী কাথৎলকুনা মচাবু প্রেম পিথকুনা চেৎতুম্মী। মতম অতুদা প্রেমানন্দনা কাগে থন্দুনা চোংশিল্লকপদ। প্রমানন্দগী রাখনবু ইবেম্মা খংলমচুনা হায়রম্মী। ঠাকুর নঙ্গা ঐগা লৈমিন্নবা মতম নত্রে ঐবু কাপম্ব ইচাদি ওসিগী থোম্লাং পীথক্লি ইচাগী মপুক থন্না পিথক খিগে লৈতৌরো হায়না লাওরম্মগা পুথি মচুংদা অওাঙ্গা হলোয়নবা চাংখে। থোদোক অছুবু প্রেমানন্দনা নিংথৌদা ওমচুনা নিংথৌবু য়াম্না রানা রাখন্দুনা লৈখি।

মতম অসিদা ইবেম্মা রায়েনবম চনু গোপতী মচা ইবুংঙো ভোরোশাই পোক্লে । কুম অসিদা অঙোম কবিনা নিংথৌগী অচেংবা মতমদা লমন অমুক্তা থুমগে রাথন্দুনা লৈরকপদা ফংখিদবনা হকখিনা ত্তাথিদুনা ইবেম্মদা রাকত্তনা মঙুংদা পুয়া অমা নিংথৌগী মরুমদা ইবা হৌখি । লাংবচকী ৪৮২৯ নোংদালাই ১৭২১ শা: ১৬৫০ চৈথাবা ২৪ শুবা তখেল নোংশাবগী কুমদা তেখাও স্বৰ্গদেবগী লানমী থারকুনা কংলৈবু মাংহন্নবগী হৌ কেগে থাংহিং ডাংলোই চীংলোমদা খোংদারকুনা বিষ্ণুপুর লানমাংতোক লানশিল্লকুনা লানশিংলৈ । নিংথৌনা চেকশা চক্রপনিদা লানমী কয়ামুক পীদুনা তেখাওবু শঙাইথেন তান্না তকশিন্দুনা মফম অসিদা হুমিং ৫ নি লান কন্না শোক্লে । ৬ নি শুবদা তেখাও লান কায়দুনা চেক্লে । মৈতৈ লানমীশিংনা তান্নদুনা লানমী ৪০ নো মৈ ৬০০ থাং-টা খরগা মুন্দুনা পুরক্লগা নিংথৌগী মফমদা চক্রপনিনা কংলৈ লান্দ ফাবা তেখাও ৪০ দি মচীন হংবদা মপূক চুমদবা রাঙাং লমহেনবা উংলুবদগী শুগমু য়োঁহনখিদুনা মাংহল্লে ।

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৩০ নোংদালাই কুমশিং ১৭২২ শা: ১৬৫১ চৈথাবা শাথোকপা শাইপুলাইবুং ২৪৬ শুবা কুম অসিদা মচা ইবুংঙো অহন শ্রীশ্যামজাই খুরাইলাকপা য়াইথুল্লি তাবনা ইরাংলোন ইবেম্মা রাহেংবম চনু মোইরাং লৈমবু লুহোংলকুনা লৌরে । শ্রীম্না মুরারি শাইনা ঙাথেম চনু ইবেম্মা ভদ্র দেবী লৌই হী তাদে । শ্রীশমৈরাংনা লাইশ্রম চনু পদ্মাপতি ঙৌম্বুহনবী লুহোংদুনা লৌরে । শ্রীহরি চোরোম্না ওক্রম চনু হরিপুয়া লৌই হী তাদে । শ্রীধিরশাইনা মাইবম চনু শ্রীমতি লৌই হী তাদে । শ্রীমতি মহারনী রায়েনবম চনু ইবেম্মা গোপতী মচা ইবুংঙো শ্রীঘনশ্যাই—ভোলেনভোন পোক্লে ।

নোংদালাই ১৭২৩ শা: ১৬৫২ চৈথাবা ২৪৭ শুবা শোরাইশম পাংলাগী কুমদা মৈতৈগী হিয়াঙ্কৈদা হী ভোংই । শ্রীবিষ্ণু ভগবানবু হীদা লেংখদুনা মৈতৈগা হী তান্নৈ লমগু থোকই । নোংদালাই ১৭২৪ শা: ১৬৫৩ চৈথাবা ২৪৮ শুবা চিরোম অমাগী কুমদা শ্রীমতী লিম্বোইঙম্বী শিরে । শ্রীগদধরশাই উরুংপুরেম্না চিংঙাথম চনু পদ্মা মালী লৌরে । শ্রীসবা হরিশাই ওক্রম চনু মালীকা লৌরে । শ্রীধরশাই সনাপতী=ভোত্রামশাইনা মোইরাংথেম চনু তুংকোংঙম্বী লুহোংদুনা লৌরে । শ্রীঅনন্তশাই রাংথৈরাকপা নাওরেম চনু শ্রীমতী লুহোংদুনা লৌরে । মতুংদা ঙাংবম মালিনীবু লুহোংদুনা লৌই । তুলশিশাই লাইথোক্তনা শিরে । শ্যামজাই খুরাইলাকপা থোংবম চনু নন্দিনী লুহোংদুনা ইবেম্মা অনিনা থোগল্লে । নোংদালাই ১৭২৫ শা: ১৬৫৪ চৈথাবা ২৪৯ শুবা অঙোম রাকোংগী কুমদা মৈতৈগু গরিপপতিনা প্রজাশিঙ্গী খুদং খুদিং কোয়না চত্তনা লৈং-লাইরা পুম্বদা সনা লুপা, ফো, ফিনচিংবা মফম খুদিং য়েন্দুনা প্রজাবু মপুক পেলহল্লি ।

মতম অসিদা তেখাও নিংথৌ ইন্দ্রধ্বজনা মাগী সেনাপতী নরানসিংহবু ওরা লৈবাক্তা থাহনা ওরা তোংলোই নিংথৌগা মরুপ শান্নবগী থৌশিন্দুনা মনিকপুবা লৈবাক কুরুম লৈমাইয়োনবু

মাংহন্নবগী মরমদা রাশকরুহনা লানগী লাম্ভোং শিন্নরুই। লাংবচক্কী ১৭২৬ শাঃ ১৬৫৫ চৈথাবা শাইবেম লুরাংগী কুমদা মচা ইবুংঙো অঙ্গোশাই শিল্লে। নোংদালাই ১৭২৭ শাঃ ৬৫৬ চৈথাবা ২৫১ শুবা খুমন অশৈবগী কুমদা শ্রীচুলোভশাইনা ইবেম্মা অহেনম চনু শ্রীমজ্ঞৌবু লৌই মতুংদা লাইরিক যেংবম চনু অমগা লৌহুনা ইবেম্মা অনি পাম্লে। লাংবচক্কী ৪৮৩৬ নোংদালাই ১৭২৮ শাঃ ১৬৫৭ চৈথাবা ২৫২ শুবা লৌক'কপম মোরাম্বগী কুম কালেনগী নিনমাং ৩নি পানবা খবাই পিচা চিংচে ইবী=নগশিরানা পানবা যুমশাকৈশাগী (অক্ষয় তৃতিয়া) হায়বা অমাং অত্তা লৈতবা কুমিং অশিদা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু শেম্বা শাবা লোইহুনা জিবন্যাস তৌনা মন্দিরগী শঙ্গাহুনা সেবা তৌই। মতম্তু শাম্ভু দাসনা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা পোক্লকপগী মবমদা গৌর ধর্ম্মগী মরিদা অমত্তা ওইনা পুংসনগদবা লাইনিংশিং মযাম্না মা-মাগী মশক অমা অমা ওইনা পোকখিবা মবম পুম্বা লিহুনা শ্রীগৌরাঙ্গ চৈতন্য প্রভুনা নাম ধর্ম্মগী মরমদা হৌখিবা তৌরম্বা পুম্ববু লিহুনা নিংথৌ অওম্বা লৈবাক্তা শাহন থংহল্লে। লমপাং খুঁদংদা কোয়না পুহুনা হরিনাম্ব শকুনা মযুম ৭কি পুক্লিংবু থম্নকম থইনবা থৌরাংহুনা মীতৈন নিংথৌগী শবাক্ত মীতৈন পুম্বা নাম মসিদা পুক্লিংগী তুংনক্রম ওইহুনা লাইনিং লাইশোন লাইশক অমনি হায়না রাখন্দুনা অঙ্গোইলা ধর্ম্মদি গৌবিয ধর্ম্ম হায়বা অসিতনি ধর্ম্ম অমনা তাংফংবা নাম মংঙে কায়নহুনা পুক্লিংগী অরেপ্পা ধর্ম্ম ওইহুনা শক্না শোন্নরে।

মৈতৈশু পামহৈবা গরিপপতৌরাজ, শ্রীমহন্ত শান্তদাস গোস্বামীগী মরুপ পুম্বনা তিন্দুনা সনা কোল্লুংদা লাইনিং লাইশক্তি মবম্পু ওংনহুনা মুংঙাইনবিতৈদা নোংদম্বা মক লৌরেম্বগা কাইবিবেন মক থেঙ্গাগা মক ২ন লাক্কুনা মক লৌরেম্বনা হায়, মীতৈন নিংথৌ গরিবপতৌ মহন্ত শান্তদাশনা তাক্লিবা লাইশক লাইনিং অসি চুমদি চুম্মি অদুবু লাইশক লাইনিং অমা থক হ্রাংচনদ মপুক্লিংদা তাক্লিংদহুন থুপ্পুনা খবরা অহুগা খংদহুনা তৌবনা, খংদহুনা তৌজবা ওইরবদি কদৌবাই খংনা খনা মপুক অরাং কানিংবগী মশাগী ওইজবানি রাখল্লা খন্দুনা তাবজ্জা ওইরবদি মতম থরগী মঙ্গুদা মশক মচু মতাল মাংলরনি মীয়োনগী মত্তাঙ্দা বাপু পুম্বা লৈথাতানা মাংনবা লুতিন পাউদাক লাইমিং লাইশক ওইনা থোক্কুনা (লাই মরোন মচীন্তি, বাপু নত্তে পুরুমদে, খাদোই কোয়িবা বা খং খংত্তোক্লো, পাপ্রা লুপ্র তুনাম্বী) শোয়দনা মশা মশাগী মাংনবা মশক ওইগদবনি। মীতৈন নিংথৌ লাইনিং, লাইনি লাইশক হায়বসি লৌনম তৌনা তাকহৈ হায়রগদে তাকত্তম ৩ যহমরবদি, (মহন্ত শান্তদাশ গ্রীদি লাইনিং লম্বী লাইশক লাইওম লাইচং খত্তবদি নাত্ত অদুবু নংশু লৈবাকশু মংম অমদা লৈথ তানা মাংলরনি পুক্লিং ইচেন তুলুখাই তানহুনা লৈবাক ইরাংতৌ, মচু মতাল শংদনা চংলম লুতিন খোঁদ্র থৌশিল্লরনি) রাহৈ অমা অমিদং হায়রমগে। লাংবচক হায়বদি কলি হায়বা মহম অসিদি হৌখিবা লাংওন মরৈ মথুপ লাইচং লাইয়াং পুম্বা তিন্দুনা লাইমিং লাইশোন চংলম ওইননি হায়বগী লাংবচক কৌওরম্বনি, অদু মহন্ত নংনা হৌজ্জা ওইনা

পোক্লরে অদুম। মদুম মতমনি। লাংবচক অসিগী মতুংদা হৃয়িচক্কি মঙাল চংঙম্লগদবনি অদুদা মা-মংগী চৎলম লুক্তিন অমুক চৌঙম্লা লেপকদবনি মদু কনানা খিংঙম্লোই। মতুংদ হৃয়া চক্কি মঙাল মশেক থরনা অমুক পুরনি মদুদা চৎলম লুক্তিন লাইমিং লাইশক অমা লাক্কদবনি চক অমদা চক অহুমগী মঙাম্না লেপ্লুনা মপুনা নোংমম্বা চক্কি হায়দুনা (লাংবচক কৌবনি) চক অহুম্বু নোংমম্বা লোইরবা মতুংদা শেম্বা চক্কি হায়দুনা কোন্নচক কৌই। হৌখিবা চক অহুমদগী মতিক মঙালবু থরা থরা লৌখোক্লগা থায়গত্লুনা শেমগৎখিবা চকনি হায়দুনা খাইজশি চক কৌই। নোংদম্বা মপুনা লৈশেম মীশেম্নবা অচং-চম্বা লেংলি পাক্লিবা পুম্নমক্পু শেম্বীনবা মপুনা রাখন্দুনা নোংদম মপা মপুনা লৈশেমহনগে লাই ফিংচাবা, মী, অচং-চম্বা লেংলি পাক্লিবা পুম্বু শেমগৎম্লবা হায়বগী মউ চারি লৌনবা পুম্না অহুম খথীদুনা নোংদম্বা লৈশেম্বা লাইদা পীওম্নীদুনা পুম্না অমনা লৈথকলোনগী মপোক শেম্মী, পুম্না অমনা লৈথারোনগী মপোক শেম্নে, পুম্না অমনা লৈম্লাইরেলগী মপোক শেম্নে। মতুদা কৈদেৌমদি ৪ থোক্লা লৈশেমদুনা মথুং মফেন-শরিং ফিংনা থমথোং লেংথোংনদুনা লৈশি লৈশেম হনথরে। নোংদম লৈশেম্বনা নোংদম পুম্নাদি অহুমত্তনিনা চকশু অহুমদি মপুং ফানা লৈঙম থাঙমী কৈদোমদি ৪ থোক্লা শেমথরে চক্কি অহুমদা মত্তাইবসিবু কমদোগবা হায়দুনা লৈশেম্বনা মপুক রানা রাখনবদা কৈদোম অহুমগী চক্কগী মশেক মঙাল অরোইববু থরা থরা লৌথোক্লগা চক অহুমদগী থাইগত্লুনা মশেক মঙাল অহুম্না অমা শাদুনা চক অসিবু শেমখি। হৃয়ি চক্কি লাইবানে। হৃয়া চক্কি লাইরাগা মীরাগা তিনবনি। খুম চক্কি হৌখিবা চক্কী চৎলম অনিগা চক অহুগী চৎলমগা। চৎলম অহুম্না চংখিএ। লাংবচক অসিদি হৌখিবা চক ১ গী চৎলম্না ওম্না ওম্না শিন্নদুনা চৎলগদবনি অদুদা শিংথাবদদি য়াওথরে শিংথেক-পকদি য়াওদব শিংশত্লুনা থম্লিবগী মরম্বু হায়গে। লাংব চক হায়বা চক অসি লাংবচক=কলি অহুম্নি মদুদি (কলিগী নিংথৌ প. থংবনে, শনামহী=জগনাথনে, গৌরাঙ্গ=চৈতন্য প্রভু=তাও-রোই পাখংবা) অহুম অশিনা লাংবচক অমনা অহুম থোকপা মতম অসিগী হ্যায়েন খৌপুবনি হৌনবা মাংনবা খৌপুবনি। গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু হায়বশি কনানো? শান্তদাশ?? মতুদি অতিয় গুরু ইবিরেন শিদব. লৈশিংেন লৈপুনবী=গোলুক নাথ, লক্ষ্মী, পা থংবা=বাসুদেব=দ্বারিক নাথনে অশিনা তিন্দুনা পাখংবা=তাওরোইলাই পাথংবা=বাসুদেবা নরাম্না পোক্লবা লাংগন মথুংগী। লুমগী মতুংদা মহাক্কী মহাক গুরুবিরব অশিবা সনামহী=সঙ্কর্ষণ বাসুদেবনা লৈখি। সনা মহী =সঙ্কর্ষণনা বিলাংঙ্গা যিশু খ্রিষ্ট ওইনা থোকখি। যিশু খ্রিষ্টনা থুম্নবা মতমদা শঙ্করগদা তিন-গদবনি। শঙ্কর্ষণা থুম্নবা মতমদা বাসুদেব শ্রীনরাম্দ তিনগদবনি। বাসুদেবা শ্রীনরাম্না থুম্নব মতমদা শনামহী অশিবদা থুম্লি। শনামহী অশিবনা থুম্নবা মতমদা অতিংঙা শিদবগী মফমদা থুম্নখম ওই। অতিংঙা শিদবা লৈশিংেন লৈপুনবী অশিনা থ.প্লগদদা মফম্বু নোংদম মপা মপুরেন

অউন লৌয়াইখিবেন শিদখদা চংঙম খুণ্ডঙমগদবনি মতম অসিদা লৈশেম্বা লাইনা মিকপ অমা ওইগদবনি। শনামহী=শঙ্কর্ষন্না খাগিদা বৌধ ওইনা মরৈ মখুৎপনি। অশিবা শনামহীনা মথ্বাই পান্দবা চৌপ্লাক চাদুনা লেংভি পাল্লিবা অচৎপশিংবু কনখিরগে হায়জুনা মপোক অথোই চংখোনবা ভাইবঙ্গী অমম্বা অমাংবা চপ্লাক চাদুনা লাইনিং লম্বী চৎলম লুপ্তিন ওইহল্লরোই লমচৎ চৎলম যামখিবন মপু মাগী মশকপু খংঙ্গরোই হানা মানা পামজবা মশক্রা খাজবগী চংজ তুংজফম এউনা পুরুম লৈপাইহল্লগে অভানবা লংভদবা চপ্লাক মশক খংনা পিজজুন, লাইনিং চৎলম ওইহল্লা ঐগী ঘৃন্তিনবু কওদনব, শেম্নগে হায়দুন লাইনিংথো শনামহী অসিনা লাংবচক্রী মতুং অসিদা ভগৎনাথ ওইন মরৈ মখুৎপ লাংওন অমা থোকখি। শনামহী, পাখংবা, জগৎনাথ লাংবচক্রী লাই মশক অচুম অসি বাপু খৎলাই পানম্বু কনখিবা ময়াই বাবু চাদবা লাই মখুৎপ মরৈনি। পাখংবা ভাওয়োইলাই, যিশু খ্রিষ্ট, বৌধ অশিগী শথাইনা ময়াই কানা চৌপ্লাক ভিনবনি। মরম অসি খিজন্না লাইমিং লাইশক খমগদবনি মশক মচু মতান লৈভম্ববু মাংদনবা থৌবুজৌ লমচৎ পুক্লিং মাথন অমাংববু তাল্লমু নকোক লুতুনা মাংচৎনা শিল্লাক শিল্লম থৌব্রবদি পুন্সি মবা ভাদবনি। লাইমিং চৎলম চায়বসি চংকদবদি অনিতনি (থুনা চৎভমখ্রগে অমম্বা লাইবংলক্তুগী লাইনিং অমা, অমম্বা ভাইবংলক্তা মবা লেমফু তানা অতাং অহোং অবি অনৌ যেংভন্না লৈভম্নবা লাইনিং অমা). লাইশোনশু ময়েক অনিতনি মুমিৎ থা অনিনা অয়েপ্পনি মশক্তি লৈমবেন ৭ না য়োম্বনি, লাইমিং লাইশক খংদ্রবদি হাইফ ভাকহৈদবনি। গৌবাঙ্গদি লাইনিংবা চংলম ভাকপা লাকপা, লাংঙন লাইবু নিংবা শাবনি লাইনিংদি মযুম মযুমগী লৈজখ্রবা মরক্নি মপান ঘ্রায়া শারগা মহৈবু ইয়ান হান্দ্রবদি নংশু ঐশু অমাংবনি মীভিন নিংথৌ চৎলমদি পৌখিনি মশক মচু ফোংবিদু অচুক নিংশিংজবনি থিংঙম্বা ভম্বা ইচেন নংলক্রে নিংশিংনবা হায়বত্তনি।

লাংবচক্রী কুন্শিং ৮৩০ নোংদালাই কুমশিং ১৭২৮ শাঃ ১৬৫৭ চৈথোবা লৌক্রাকপম সোরাঙ্গী কুম অসিদা ভেখাওনা নোংচুপ হারম লমম লাকুনা লান্দংক্রে। শ্রীনারিন সনাপ্তী. হিংকম সনপ্তী, হৈনয়ান সনাপ্তী অহুম্না লুচিংজুন, অকল অথৌ ৫০০ ভেখাও কাশারি মংাদ, কে বি য় নবা চখৗ শেম্নবা লাম্মী ১০০০ ভেখাও ৫০০, পাঙন ৫০০, খুংলাই পায়বা ১৫০০ অশিন চানা থকুবা শাগোল শায়, নোংমৈ থাং-টানাচ ব অরাংপা লৈভনা নোংচুপ চম্বী থোংনারকুনা মঙাইত, নমতুমাই জান্দুনা থাংজিং চাংজাও পাংনা ভমশল্লক্ল। সনাপ্তী ভভুম্না রা ভাংদুনা ভেখাওগী ভভম্বা অভুমদা চিঠি অমা পিদুনা মৈতৈঙুগী মকমদ পিরৈ। চিঠি অদুগী মরম্ব পারগা হায়, "ভেখাও ভেংকভাশাবা অভুম লৈমা কজেংও নবীনে শাগোল ১৫ মে বামোন ভাশকরনে, পাংঙন হজ্জবনে পীথু হায়রিবা মরম অসিবু কখিংভৌনবনে। থবক মন্নমশু য়াওদে, বামোন হায়বা অসিদি পুরুম লৈপাইনবগী মশক্তি অমন্ম পুরুম লৈপাইজগে

হায়রিবা ওইবিগদরা মতুংগু খংদে থবক মরম খংদনা পীয়ু হায়রগা হেক পীবা য়াব নত্তে নখোয় তেথাওগী নিংথৌ অসিবু থরা ডাওচৎ বৈজংনবরা মানা মিংডক মিংডকপদা পংডাংদা ড রেব চংলম ওইনা তৌই, মশি নখোয়না খামজিনবিযু শামুগী মপোৎপু পুবা ডমলোইদবা মন্নাও অমদা পুহনগ ন হায়বা রাঙাং ডাক্তা ওইনা তৌই, মথ্বাং তেকপদগী হেজিনখিতুনা মথ্বাই য়াওবা মাংবা য়াবা রাঙাং ডাক্তা হায়ওম্মি, নয়েবাক্তি নিংথৌনি খামজিন্দুনা ময়েংবিয়ু চিঠি অসিগা পীতুনা খংহল্লু” হায়না তোকডা শাবা অহুম্বু হলহনখি ।

তেথাও তোকডাশাবা অহুম্না পুরকপা চিঠিগী মরোল তাবদা তেথাও নিংথৌ ইন্দ্রধ্বজগী মুংডাইতবা পস্থেংখিতুনা মাগী নৈজবা লানমী থুংগু থুংলাই অথাকপা লৈতনা মথং মথং থাজিনখি। থুদক অতুদা পঞ্চযুক্তেশ্বর গরিপপতিনা সনা য়াথং পিতুনা থ্বাই লানপুং পুংজাও য়েইহনখ্রে । পুঙ্গী পুংলোন তাবদা মৈতৈ অকন অথৌ অথাকপা লৈতনা মাগী মাগী মথুংগু থুংলাই পায়তুনা অতেং অথম লৈতনা কাখংনরকুনা সনা কোন্নুং মন্নুং মপান খা-য়াং নোংচুপ নোংপোক অকোয়বদা চৎনা চাইনফম লৈতনা তিন্নক্লে । মাগী মাগী থুংলাই পিতুনা শ্রীঅকোং সনাপ্তী, শ্রীহুইক্রুবা খোমা মেজর, লাম্থোং শিনবা মনাও ইবুংঙো সনাপ্তী থপ্রাং পনশাবা অহুম্না লুচিংতুনা লান্দা হৈবা মীথাইখন ২০০০ গা লোয়ননা কুমথরক্লগা শমজি থাইতুনা অকোং স্নাপ্তী, হুইক্রুবা মেজর অমিনা লুচিংতুনা লানমী ১০০০ পুতুনা লোক্তাক খোংনান্দা লানবন শাতুনা কন্না ডাকুনা লৈরে। মতম অসিদা নোংপোক্লোমদগী অরা তোংদোই নিংথৌ, শমলু মন্ত্রি ২ থন্নতুনা অবা মন্ত্রকেং সনাপতিবু অরা লানমী ১০০০ গা লোইনতুনা থারক্লে । নিংথি লাল্লকপা মতমদা মৈতৈ নিংথৌগী খোংনং হী থহবু থেংনতুনা মন্ত্রকেং সনাপতীনা থুগায়তুনা মাংহল্লম্মী, অবা লাক্লবা লানমীনা তেংনোবন য়োয়ক্লে । অরাগী লানগী উরাংনা ককচিং থুল লৈবা য়াদতুনা সনা কোন্নুংদা চেংখৎ-লকুনা পাউদম্লে । পাম্বৈবনা শ্রীসনাপ্তী থুমন লুপ্পা শাৎপা মেজর, লাইফম্লাকপা চেকশা চক্র পানি, মনাও ইবুংঙো য়াইঙ্গম্লাকপা শ্রীথমপাম্বা, মনাও ইবুংঙো থ্বাইরাকপা মনশাই অহুম্বা ৫ না লুচিংতুনা মৈতৈ মীথাইখন ২০০০ ( লিশিং অনিগা ) লোইনতুনা উত্তমপাৎ লিলোং, ডারিয়ান চিং থৌবান মুমজংও মানবী, তেন্থা য়োনা কুমথরকুনা নোংদম চীং, য়াইঙং হিংগোল, কৈথেল মনবী কাহনা অমা তেকচম তেন্থা, হৈরোক রাংজিং, লাংডখেন য়োন চংশন্দুনা পনফম অমা চীংশাং অকোইনা অরা খোংদায়রকদবা লম্বী অকোয়বা থম্মুনা পন কন্না শাতুনা অরাগা লান শোক্লবে।

অরানা থুংলাই ফবা থরা হেন্দুনা মৈতৈ লানমী য়াম্না শিজিল্লকুনা তেঙ্গোল কায়বা তারক্লতুনা য়াইডংহিঙ্গোল, কৈথেলমানবীরোমদা পাউ পিথনতুনা লানমী খোংলম ২ গা পুম্না শোক্লবদা মৈতৈ লানমীনা অরা ডাকপা ওমজ্রে । স্না কোন্নুংদা পাউ লাকুনা মৈতৈতুনা চীং মান খাকুনা পাউ

শিন্নহুনা লানমী ৩০০০ খোমদুনা মপান কাংলৈজবুংদা পৈন্থহুনা লৈরে । অচোৌবা ওনোন্না শামু খোংলোংবু শেম শাহুনা মৈতৈশুদা কৎলে ।। শাগোল তোংবা লানবী ১০০০, অরাম্বাই লানমী লোংমৈ পায়বা ১০০০, থাং টা পায়বা ২০০, থেঙ্গুম খোংবা শাংগুল হুঙ্কৱনচিংবা মিশা ৩০ গা ঝান মাঙ্গং পায়বা মিপা ৪০, পুংয়েবা মিপা ২০, পেনবুং ৱৈবা মিপা ২০ অসিনা থোগন তৌহুনা তুলাই ১ দা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু হাপ্পুদা শান্তলাশনা লেংথোকুনা তেক্কোলগী মাংদা থানা লৈখ্রে । মৈতৈশুগা বিষ্ণুগা শামু খোংলোই মথক্তা লেংথন্দুনা গৌরাঙ্গ নাম্বু শোম্দুনা লানমী-শিঙ্গা লোইনহুনা লাংওথেন য়েৌনা কুম্নহুনা থুমম লুপ্পগা লানগী মরম পুম্বা ভাংনহুনা অরাগা লান কন্না শোক্লরে । অরানা লোংমৈ মশিং হেনখিবনা অরেম্বা লৈতনা কাপশিল্লকুনা মৈতৈ অকন অথো য়াম্না শিজিল্লক্লে । মৈতৈশুনা লোংনেৎশা কাক খোংদাংবা নাকথং য়েৎ ওইদা অরাম্বাই মপুক থম্না নাকথং টাগা কোম্নহুনা কাপ্পগা মাক্তা থাংশাং মানশিন, মমদা নমলোন টা থোদেম্বা পোহুনা অরা লানমী মরক্তা অকি তুজুং লৈতনা হুইয়েন লাক্লেং শাকবা রায়োন কন্না রাফাওবা অকি তুজুং লৈতনা অরা তেক্কোন মরক্তা পম্লিং পানমাং কাওনা থৌজিনখিহুনা মাক নাক য়েত্তা অরাম্বাই থুবাম থুবাম হুজিন্দুনা অরাগী লানমী তেক্কে লথুগাইরে । অরাম্বাই লানমী শাগোলতোংবা ১০০ ও শনা থোগন ওইনা অপনবা লৈতনা থৌজম্নরকুনা কম্না কাক্লেংববক্লে । অরা মৈতৈ মশক থংনদনা পংশি শিন্নরে, মত্তৌ অদু উবদা মহন্ত শান্তলাশনা দোলাই মথক্তা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু থাগোম্নরগা মৈতৈ লাইনিংবা ১০০ পুং, ঝান মাঙ্গং যৈহুনা হরিবোল, হরিবোল হায়না লাংহুনা অরা লানমী তেক্কোয়া লৈবা মাইগেদা চংক্লে মা থোগংগী মত্তৌ ওইনা । অরা লাম্মীনা লানজং অদু উবা ওক্রহুন করি লাকপং লাংদ নে। হায়না কাইহাক লোংমৈ কাম্না লেপ্পুনা ঝান, মাঙ্গং, পুং যৈবগী লানওং য়েংজি । মতুদা মীথাইথন লান্দা থৌবনা মহাংবা থুবম অদুদা অবাবাই লানলম্ম কুংবা হাইজম্নরকুনা অরা থাংবা ওমদহুনা কায়হুনা চেল্লে । খুদক অতুদা মৈতৈ লাম্মীনা হাথজিল্লকুনা থাং-টা লোংমৈ, লোংমৈ হিদাক্কচিংবা অথাকপা লৈতনা মুম্দুনা অরা লাম্মীবু য়াম্না ফাহুন, পুরক্লে । মতুদা মৈতৈশুন অরাশিঙ্গী ভাংনবা রাবু অরেম্বা লৈম্নকবা অদুদা শাগুহুনা মৈতৈ কম্নাইবা অকল অথো খুংলিংহুনা (অরাপন) হায়বা মফম ১ গা (তেংমৌবন) হায়বা ১ গা য়াঙোপোক্পী মফম অসুম অসিদা অব ফারকপশিংবু ভাক্নবা মীথম্লে । গরিগপতি পামহৈবনা লান্দা ফারকপা অরাশিংগা অকল অথৌ অরা লান্দগী হিংহুনা লাকপা পুম্নমকপু চাক থাংহুনা মত্তিক চাবা মনা মথুম পীহুনা অরাবা পুক্লিং মাংহন্দুনা মুংভাইনহুনা পোৎথাহুনা লৈ । অরা লাম্মী লান্দা ফারকপশিংবু পীজবা পীথকপা মপুক পেনহনবা লোইরগা ময়ুম অরা লৈবাক্তা হলহুনখি, অরাশিং অহুনা মরম পুম্বা অরা তোংদাই নিংথোদা তম্নবদা অরা নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌবু মশিং নাইদনা থাগৎলি ।

# তেখাওগী লান

তেখাও নরান সনাপতিনা মখাইদা চৌংশাংদা মৈতৈগী তেঙ্গোন শাদুনা লৈব মরম্মু তাত্র খংলদুনা অহিংদা লম্বী নাথৈদুনা লোম্না চৎখিদুনা থাংজিং চীংজাওগী মতোন্দা লান ন শাদুনা লোক্তাক খোংবান্দা লানবন শারিবা অকোং সনাপতিগী তেঙ্গোনগা। অহিং মুংখিল নাইদনা কাপ্লবদা তেখাওনা খুবম ফবা হেনখিদুনা মৈতৈ লানমী পাঙ্গন থোকপা য়াদবনা মীশু য়াম্না শিদুনা তেঙ্গোন কায়বা তাররক্লদুনা চিঠি অমা ইদুনা অকোং সনাপতিনা মা কোংংদা পীরক্লে। পামহৈবা নিংথৌ চিঠিগী রা তাবদা সনা পুক্লিং খরা রাই। অরা লান্দগী হল্লবপদা ভাইরিবা অকল অথৌশিংবু তেখাওগী লানভাকপা চৎলু হায়গদবা মরম অদুদা হায়দোকপা ওমদবনা অশুম রাখল্লুরগা হায়, "শামু হঙবা শামু খোংলোঙ্গী তাইবোৎ শেম্মুদো ঐ তেখাওগী লান অসি চৎলুগে লান হায়বা অসি নিংথৌ ঐগী অততাই থোকপা ইথৌ ইওম্মি" হায়দুনা মা খোংলেংথোক্লক্লে। মদুদা খুমন লুপ্পা সনাপতিনা হায়, মৈতৈশু ননাই খুমন লুপ্পগী ইথৌ ইওম্মি করিগী মা খোংলেঙ্গদগে হায়দুনা চোংথোকই। মদুদা বাপু ভাশকর শর্মা পাংঙন হঙবা অনিশু লান অসি ননাই ঐখোই অনিশু চৎকনি হায়দুনা খোরক্লে। মদুদা মৈতৈশুনা মা পুক্লিং নুংঙাইবগা লোইননা লানমী ২০০ গা পীদুনা সনাপতি খুমন লুপ্পগা বাপু ভাশকরগা পাংঙন হঙবগা লুচি দুনা হৌ কেগে কম্মা হনবা য়োনা কুমথরক্লনা অকোং সনাপতিগা উনদুনা তেখাওগা লান অমুক কম্না শোক্লরে। তেখাওনা তকশিল্লকপনা মৈতৈ লানমী খাংবা য়ারক্লদুনা লানবন কাইনিং কাইনিং তোদুনা লৈরক্লবদা লানগী লানওং পুম্বা ইদুনা মা কোম্নুংদা থারক্লে। মৈতৈশু পামহৈবনা শাগোন কাংজে শান্নবগী লোইদুনা লেংশিল্লকপা মতমদা চিঠি থুংলদুনা চিঠিগী রারম তাবদা মা পুক্লিং অরাবগা লোইননা রাখন তৌদুনা লৈ। মদুদা চেকশা চক্রপানি থাংজবনা হায়, মৈতৈশু তেখাওরোমদগী লান মচা অমা লাক্লগা মা পুক্লিং অরাবা রাখন ওইনা মা মাইথোং লাংশিন্না ফম্বাল্লাংনা লৈবিবা অসি তৌবিনু মা য়াথং নোংদম্বীদবগী ননাই চেকশা লৈবনি, থাংজবা চেকশা চক্রপানিনা লৈরিবৈদা মৈতৈ মা লৈবাক মনিকপুবা কংলৈ পুংমাইয়োন কংলা যম্বা ময়ুম ৭ কি পিবাবু পুক্লিং অরা মৈশা লাংহুনবখে ননাই চেকশাগী অরাবনি মা য়াথং অমতং ননাই চেকশাবু নিজগে তেখাও লানবু চৎমবা মা নোংদম থৌদাবিয়ু। চেকশাগী রা তাবদা মৈতৈ পিবা লুচিংবনা লান্দা থৌব চেকশা, হুইয়েন লাক্পং লৌশিং শাফবা চক্রপানি নংনদি ঐগী নাক্তা থোইনশু লৈবিদব, অদুদা নিংথৌ ঐনা নমথেক নমজানদুনা থৌদা হায়জবা ওমজদবনি, লাংজেং থৌয়াং শাফবনা লান অশিবু চৎদিগনি হায়রবদি পামহৈবা করিবু অরা রাখন নঙ্গদগে থৌপুখিব থৌরমগী

অরেপ্পা মশক অমদি শোয়দনা থংজু উজগদবনি মচু ঐ থংঙি, ঐনা থৌদাজব ভমদবা মশক ওইবনা পাবগৈবন লৈবনি অথৌবনদি ননিং তন্বা ওইবনা, চৎপিগনি হায়রবনিনা অথৌবা নংগী লানগী লানওং তুংইন্নবা শাগোন তোংবা অয়াম্বাই থাং টা শুবা পামহৈবা ঐগী শাগোন্নবা লানমী ১০০ শি পামহৈবা ঐগী ইহুৎ ইরে' শিন্দুনা শাথেং লাম্পেং শিন্না নোংদম্না পুন্ডম্বা ওইরো হায়না সনা নোংদম মাইচাও মাইঙৌ থাংফবু ওইভম্নকউ হায়না নোংদমতুনা মা থৌগল য়াঙ্গোই তোংবা মীখাইথন ১০০ গী মফমদা হায়, "পামহৈবা ঐগী মীখাইথন য়াঙ্গোই অবাম্বাই শুবা পুম্বা অথৌবা চক্রপানিনা নোংদম থৌদা লানগী অচুম্বা তৌগদবনি অঙম্বা কনাগী মরা লৌফরোই ঐগী চেকশানা নোংদম্বদা যাওমোইদবা লৈববদি চক্রপানিগী তুংইন্দুনন্ত কাম্নদে, তেথাওগী লাম্না কোন্দুনা ঐথোযগী লাম্না হানওম্বা লানগী লালওং তাঙমতুনা তোক্কনি।" সনা য়াথং তাবদা অঙম্বা মীখাইথন পুম্বনা "ননাই ঐথোয় পুম্বা মা নোংদম লুরাই কোইরেন্দা পুতুনা লুচিং হুইয়েন শাফবা অথৌবনা হায়বতা থৌডম্নবা থৌপুজনি" যাতুনা অথৌবা থাংজবা চেকশাগী মতুং ইন্দুনা চৎখরক্লে। খুদক অতুদা চেকশাগী মবাই মোইরাং নবচোবোনশু শাগোল তোংতুনা তাম্বয়কুনা মশেন মবাই উনতুনা হো কেগে যৌনরকুনা অঙম্বশিঙ্গ তাম্নতুনা থম্নরে। অকোং সনাপতি, খুমন লুপ্পা সনাপতি ডাইক্রবা মেগ্গব, ভাশকর শর্ম্ম, চেকশা চক্রপানি ৫ বু কমতুনা থইয়ে মতুদা চেকশানা হায়, "লমজিংবা সনাপতি ১ বু ঐথোয় মেইতে লানমীবু তেথাওনা লাকচৈ হায়ববু কবম্বা লানওংদা লাকচবনো? সনপতি অনিনা হায়, অথৌবা চেকশা চক্রপানি তেথাওনা খুবম ফবা হেনখিবা মথোয়না অত্তোংবা থাজিং চীংখঙো তেঙ্গোম শাতুনা লৈবা ঐথোয়না অকুৎপা অতেম্পদা লৈবসিনা মথোয়না কপ্পকপা নোংমৈ মরুদি ঐথোযনা লৈবা মফম অসি যৌবনা থেকখি থোকখিবা মথৈ শিবদা মওই. ঐথোয়না কাপ্পা নোংমৈনদি চীংদোন যৌবা ভমদবনিনা কাম্নবা লৈরে। লুচিংবা সনাপতি অতুদি তেথাওনা লাকচবা থোইনা লৈফম থোক্তেনা থাংচীং অসিবু তেথাও মথোয়গী চীংজা মফম অসি ঐথোয়না মুন্দুম ঐথোয়গী লানবন ওইরুরগা মথোয় নৈথোয খুদম ফবা হেক মাম্নবতু মডাই মফম অসি মুনবা ভমদ্রগা মথোয়গী নোংমৈ মরুনা যৌবা লমদা হন্দোক্তুনা লৈবগা মথোয়মু তমপাক্তা কুম্নরুবা থৌশিল্লগা অতু মচাই তৌগদবা থবক্তি তৌবিদন থদেং চাদে হায়বা মফম অসিতদা লেংদনা অশুম লৈখিরিবা অসিবু হন্দক্তি লান অসিবু মফম অসি থাদোকপা যাদে হায়বা করম্বা লইমা পাউজাব্রম্বা লৈবিবনো? মফম অসি থাদোকপা য়াদবা মস্তে মথোযনা পায়বা খুৎলাইনা ফবা হেনখিবসিনা পৎকাপ্পা কাপথে কোক কাংন মপান থোকপ শুকযা যাদবনি। অঙম্বা সনাপতি অনিগী য়াসি পুমওন ওম্নরে. মশি লান্নি উশাস চাবা লাকপা মস্তে মথোয়গী খুৎলাই অকবা পাংরিদতু মুন্দুমা ঐথোয়না পাম্নবগা খুৎলাই ফবা মাম্নবা অতু মডাই মরম অতুদি শিনদিদনা অশুম য়েংতুনা লৈরগা কমদৌ-বিদৌরিবনো। লাক্লিনা অসিবু তেথাওগী নোংমৈ কাপ্পা লানথম লাবা য়েংবা লাকপীবরা, তেথাওগী

অম নত্তে চংশিন্দুনা তাম্থোক্লবা তৌবিন্নু । মহু হেক য়াদে অথৌবা মথোয়না নোংমৈ পংকাপ্পা কংপ্পা অসিদা । মহুনি এনা ঙক্লিব, মথোয়না কাপ্পবা মতমদা চংশিনগদবনি অহুগা লাম্থেংনতুনা মুমগদবনি । মথোয়গী মোংমৈ অসি মখুৎকা শৌজিন্নমা পোক্লকপদি ওইরম্মোই থৌবুন্নিদবনা তেথাওনা মন্নাই কাজবনি চংশিনশি অঙম্বা অনিনা লমজিংবিনবা থৌবুবিয়ো । অথৌবা মহু য়াদতুনা তৌবনি ঐথোয়স্তু য়াম্না হোংনন্নিবনি । অঙম্বা অনিবু চেকশাদি য়েংনবা লাকপা নত্তে মথোযনা নোংমৈ কাপ্পা তোকপা মতমদা পোৎথাতুনা লৈগনি, মথোয়না পোৎথাবা মতমদা চংশিন্নবা তৌগদবনি অঙম্বা অনিগা লান্নম তিন্নদ্রে হায়না বাঙাংনবা তোতুনা লৈনম্মি । নোংঙালবা মতমদা সনাপতি অনিনা চেকশা চক্রপানি শাওগ্রে হায়তুনা হায়, অথৌবা শাওগদু ঙপথখো ফিংবা শাওবা হায়বা অসি অমাংবা থৌরম ওন্তুনা মতম অহুদা তৌখিবা থবক্লা মাইচাও মাইঙৌবা থবক মরমদা থোকলকপা থক তৌনদবনি থবক অমদি শোয়দনা তৌগদবা মরৈ অহুবু মী ২/৩ থাহনা মথোয়গী মরোল মপাও অমতং তাখিসি অথৌবা । চেকশানা হায়, করিনো অঙম্বা বা অসিদি লান নত্তেদনা য়ারি শাবা ধমকা তৌনবা লাকপনিদনা. চীনগী লান হায়বসিদি ইমুং মমুঙ্গী থবক্নি. চীন্না মতিক মঙম উৎনবা অহুদা কনিঙম্বা হনখিদবা থোক্লবদি কমদৌবা তাম্ন, অঙম্বথোয়গী লানওং অসি ঐনা হৈনবা লানওং নৎচদে ঐগীদি ঐগী ইথৌদি ঐনা তৌজবা নত্তনা মী নেক্তুনা তৌবা থবক্লা নীংবা থুংবা হৌনদে হাযনা ঙাংনরিঙৈদা তেথাও তোকঙা শাবা অহুম্না লাইরিক অমা পুহুনা থুমন লুপ্পা সনাপতিদা পীতুনা পায । “বাবোন ভাশকর, পংঙন হঞ্জবা, মৈতৈ লৈমগা পীরকউ লান তোক্কে নত্রবদি মৈতৈ লৈবাক মথক মথা ওন্নবা তৌরনি” । বা ঙাবদা চকশা শাওবা ঙমথৈ লৈদ্রে তেথাও তোকঙা শাবা নরাইবক ফৈদা পাউ লাকপা ওইংগী চেকশ ঐগী থুত্তগী নথাই হিংহুনা চৎখিগদৌবিবনিদো হৌজিকমক থুনা চংলো নথোয় তেথাওগী অঙম্বা লুচিংবশিং অহু মচৎ নাইদব, মচিন য়ারকপা ঙমদবা ঙাক্লনা লুচিংহুনা লাকপা ওইরমাম্নে । চেকশা চক্রপানি, য়াউরি হাযবা থংগ্রমান্নে চেকশা লান চংলক্লনি হয়ে' হায়ব হুম্নিং অসিদা তেথাওগী লান লোইবিরনি মমুং অহুদা শিবদা য়াওহৌদবা লাইনিংজো তাকপিযু, লান লোইবদা লানমী অরেম্বা থবা ফাবদে মথোয ওইজবা থাজিং লাইদা পুকমহুনা নপুক শেংনা নিঙ্গৌ হাযনা থয়া তাকপীতৌক হল্লো হায়হুনা চংহনখি । তেথাও তোকঙা শাবা অহুম্না হন-খিহুনা মরম পুম্না তমহুনা লানগী লাম্থোং লম্বী চেকশিন্ন শিন্দুনা লৈনখি । মুন্নিদাংবাই ওইরক্লবদা চেকশা চক্রপানিনা হায, ‘‘শাগোল তোংব, লানমী পুম্ন ঐদি হৌজিক লান চংলনি নথোয়দি নংনা নংনা পম্না লম্বী থৌবাংবদা চেকশাগী পুক্লিংদা চিংনবা লৈজদে ঐগী ইথৌনি ঐনা তৌফম থোকই ঐ চৎলে” হায়হুনা শগোল তোংথত্তুনা শগোল কম্না থৌহুনা চৎখ্রে । খুদক অহুদা মবাই নব চোরোনও মশেনবু কম্না তানথরক্লে । মশেন মবাইনা চৎথখিবা উবদা শগোল তোংবা

লানমী ১০০ মশু মাগী মাগী শগোল তোংছুনা মশেন মবাইবু কংনবা তানখখি। খুদক অহুদা খুমন লুপ্পা সনাপতি চিঠি অমা ইরগা চিঠি পিহনবা শাহুনা ভাশকর শর্মগা পাংগন হঞ্জবগা অনিবু লানবুং অহুদগী সনা কোন্নুংলোমদা থারক্লে। মৈতৈগ্ পামহৈবনা চিঠি অদু পাহুনা য়েংঙি, "শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরগী সনা খুত্তা চিঠি পিবা শাহুনা অনিমকপু থাজখিবনি তেথাওগী অকন অথৌনা অনিমকপু মখোয়দা পীয়ু লান তোক্কে হায়না অন্না অন্তংপা লৈতনা হায়রকপনা অথৌবা চেকশা চক্রপানিশু লান চংখ্রে, মানা লান চংথ্রবনিনা অরোইবা লানওং অমদি তারনি ওম্বা অমা ওমদবা অমদি, কন্নিগুম্বা তেথাওনা হেক্তিল্লকপা থোক্তুনা লানশল্লক্রবদি ব্রহ্মনবু কনবা ওমত্তৌদ্রবদি স্না পুক্লিং কাইখিগদ্রা রাথল্লহুনা" হায়রবা অহুদা পামহৈবা স্না পুক্লিংদা খরা শাওহুনা লানমী তনশেম শেমহুনা অথৌবা চেকশাগী হৈনা খোঙ্গুন লিহুনা লানবাংনবা থৌরাংহুনা অহিং অহুদা কুমথনবা থোরাংলে।

চেকশা শগোল অপনবা লৈতনা থৌথরকপদা থাংজিং চীংজাও চংনবা লম্বীদি অহুক মুন্না খংদহুনা চীংজাও অহুগী মপা লাক্তুনা শগোল থোজল্লক্তুনা লম্বী শোইহুনা শগোনগি খুবম কয়া চাদবদগী নাম্বহুনা লৈভাং লৈবা কোম অমদা ভাহুনা চেকশা কোমদগী কাখত্লনা লৈনাং থাদোক্লনা ভাইহাক পন্দুনা লৈরে। মতম অহুদা মবাই নাব চোরোনশু শগোল খোঙ্গুল লিহুনা তুং ইল্লক্তুনা লৈনাং চাম্মিংডদা মশেন মবাই থেংনহুনা লম্বীগী মরম ভাইহাক রাথন্নহুনা লৈ। খুদক অহুদা শগোলতোংবা লানমীশু থুংলহুনা মরম পুম্বা রাথন্নহুনা মতম অহুদা ভাইহাক পন্দুনা লৈরক্লে। মতুং অহুদা চেশাগী মবাই মোইরাং নবরাম চোরোম্না শগোন চৎপা য়াবা লম্বী থাংজিং চীংদোন তাবা লম্বীদি খরা শাংবা লম অমদি লৈ হায়হুনা অহিং অহুদা নবরাম চোরোম্না লমজ্জিংহুনা নাকোই লম্বীদা লাক্লনা নোংঙান তু উবা মতমদা থাংজিং চীদোন্দা থুংলে। তেথাওগী লানবন্না মাংওইনবা লৈরমখ্রে। মৈতৈ শগোল লানমীনা তেথাও লানবনগী মতুং মনিং ওইনা থোক্লনা মতম অহুদা মৈতৈ লানমী পুম্বা পম্বনা লৈরয়ে। চেকশানা হায়, "রাঙ্গোই লানমী অথৌবা পুম্বগী মফমদা চেকশানা খংহুনা অখংবা শাজগে হৈতনা অহৈ শাহুনা লানলোং মরম্বু শিজগে পুক্লিং রারোবা তৌবিন্নু লৈচিন্না মশক ইশক উনবা ফংজ্রিডে অশিদা অরৈ অরৈবা য়েন্নহুনা চানবা তৌবিরো লৈচিন খরদং ভাক্লনা লম্বী লমথুন খরদং উবগা লান চংনবা তৌগমশি তেথাওন। লাজ্জং তানশ্রবদি ঐথোয়গী খুদোং কয় চাদবা ওইবশু য়াই, মখোইগীদি নোংমৈ য়াওরিদো ঐথোয়গীদি নোংমৈ পায়বা অমতশু য়াওদবনিনা মখোয়না পায়রিবা নোংমৈশিং অসি ঐখোয়না পায়নবা লানওং য়েংহুনা চঙ্গদবনি" হায়না মীশিং খুদিংদা লোম্না হায়দলা চান্না থকপা লোই-হন্দুনা মাগী মাগী শগোন্দা য়াল্লিবা থুংশু থুংলাই নিংথিনা শেমদলা লৈচিন খরা খরা ভাকপা

হৌজাংলকপদা শেম শাবা লোইদুনা লানচংগদবগী চেকশানা মাং থাদুনা শগোল লম্বী য়েংদুনা লৈরে । মতম অসিদা তেথাও লানমীশিং লাংওম অদুদি থংদবনিবা লোক্তাক চীংখায়োমদা য়েংনা লাপ্লাদুনা মৈতৈ লানমী অমত্তা পানবাল লান্না থোক্লকপা উদে হায়দুনা কপ্পা থৌওইদনা চানা থরুবা থোং থাক্তুনা কপ্পা হোংনদুনা লৈওম্মি ।। মতম অদুদা শালাও লাম্লাওথোন লাওদুনা চেকশা অরাম্বাই শত্তুনা শগোল কপ্পা থৌজিনখ্রে । চেকশানা চংখিবা উবদা শগোল তোংবা লানমী ১০০ মক্ত মানা মানা হৈবা থুংলাইগা লোইমনা শগোল অপনবা লৈতনা থৌথরদুনা, তেথাও তেঙ্গোম্না লৈবা মকম তম্না থৌজন্নরক্লে । তেথাও পুম্বা ইভক ওকৈ কম্বিনো কদোমদ-গীনো ওক্তরিডৈদা শগোল তোংবা ১০০ মনা অরাম্বাই হুম্জিল্লকুনা তেথাও মশিং থংদনা শিরে । লাজবা চৎপা তেথাও থরদি মথুত্তা নোংমৈ পায়রমদুনা নোংমৈ কাপ্লকুনা অথৌবা চেকশাগী মমাংদা শগোলতোংবা ১৫ নোংমৈনা পান্দুনা শিরে । মদুদা চেকশানা কম্বিনো থোইয়ুম ইভোবা নঙ্গী নোংদম ( থুম্মোংয়াই থুম্মোংয়াই ) হায়না শোন্দুনা মুংঙাইতবগা লোয়ননা শিগনি অকি তুজুং রাখন্দুনা লাঙ্গাবশিংবু তম্না শগোল থৌজিল্লকুনা অরাম্বাই থুংশৎ হাংদনা হুক্কন্দুনা পম্লিং পনমাং ফাওনা থৌজিনখ্রে । নোংমৈ অদু অনিরক শুনা কাপ্পা নংহৌদে শগোল ময়াম্না থৌ-জিল্লকপনা হামখিদুনা তেথাও তেঙ্গোন কাইরে । তেংগোম মরক্তগী নরান সনাপতি শগোল তোংদুনা থাং হাইদুনা চেম্মোরকই মদুদা চেকশা চক্রপানিনা সনাপতি নরানগী থাংকম উবদা নোক্লদুনা থাং শত্তুনা শগোল থৌজল্লক্লে ।

চেকশাগী শগোল অসিগী লানওং অমা লৈ শগোল অসি মথোং লৈবাক তাদবগুম্না য়াম্না থুনা নাক য়েত্তা লৈনা চোংদুনা লান শোক্লবা লানওং অমা মরক মরক্তা হেক হেক শগোল অসিনা লুর লুরবা মফমদা চোংদুনা চেকশাবু হেক হেক কপ্পি । শগোল অসিগী লানওংদগী থাংজবা চেকশাবু চক্রপানি হায়না থংনখি । মাগী শগোলগী লানওং অসিদা পঞ্চম নরান সনাপতি অসি থরা ওক্তক হেক তৌই, থুদক অদুদা চেকশানা চোংশিল্লকুনা নরান সনাপতিগী মশাম পায়দুনা থাং হাইজিল্লকুনা মওক কল্লে । তেথাও কায়দুনা চেন্লে মৈতৈনা লান ওহগী লানল ওথান লাওদুনা থুংশু থুংলাই মফম অদুদা য়াওরকপা মথৈ লোইনা মুন্দুনা থাংজিং চীংজাওগী লানবনবু থুগায়রে । লাম্লাওথোন অদুবু অকোং সনাপতিনা রাখন অমা পুদুনা মৈতৈবু তেথাওনা ওবখিদুনা তেথাওনা লাওক্ক থৌনিননি হায়দুনা চিঠি অমা ইদুনা পামহৈবা নিংথৌগী মফমদা য়৷নবা পীরক্লে ।

মতম অসিদা মৈতৈতু পামহৈবদি ওরাং ম্লা থোংলেংলকপদা থোংরাই থোংহৌ থরা থেংখিদুনা লম মাংতোং মথা পোৎশংবম হেম্বরক্লগা কৌ ভাংডোইনা কোনবা লমগী মমুংদা লমথাংদা

মশাইতা, খুাইতুরাই, রাকোনোক মফম অছুমদা মতিকচাবা খুৎলাইগা লোইনছুনা চৌংশাং অকোয়বা খিংছুনা লৈখ্রে। শ্রীনারিন সেনাপতি, পঞ্চম সেনাপতি অনিনা লাইরিক অমা ইছুনা মৈতৈশুদা পিরছুনা চৌনগী লাম হৌরক্লে। মছুদা চেকশানা "ইমাইপেম্মা মখোই তেখাওগী লান অসিদি করি লান কৌই হায়বগে তৌরিবা লান অসিদে, লান হাম্বছু পাউ চৎনরিবা অসি ওইরে, অকন অখো লানমী পুম্বা চেকশাদি লান চংলে চৌনগী লান অসি চেকশা ঐগী লান নম্রে" হায়রম্মগা শগোল তোংছুনা চেকশা তেখাওগী তেঙ্গোল তম্মা খৌজিনখ্রে। খুদক অছুদা শগোল তোংবা ৮৫ শু চেকশাগী তুং ইম্না খৌজিল্লক্লে মতৌ অসি উবদা মৈতৈশু শগোল তোংবা ৪০০ অকোং সনাপতি, খুমন লুম্না সনাপতি, মনাও ইবুংঙো সনাপতি থগ্লাং পনশাবা খোঙ্গী লানমী পুম্বা তেখাওগী লানমী তেঙ্গোম্নচিংবা লৈরিবা সেকচাই লানবন তম্মা চংশিল্লক্লুনা নোংমৈ পায়বনা নোংমৈ কাপ, অরাম্বাই শুবনা অরাম্বাই ছন্দুনা খৌজিন্নরকপদা তেখাওগী লানমীদি চৌনগী লান হৌরিডৈদা অছুম তৌরকনি খংদবনা নোংমৈ শিজিন্নবা নংহৌদ্রে। মৈতৈগী লানমীনা য়োশিল্লকপনা হান্দুনা থাং-টাগী লানবং ওইনা খোকখিছুনা তেখাও মশিং নাইদনা পংশি শিন্রে। লান্দা থৌবা চেকশা অকি তুজুং লৈতনা তেখাওগী পম্লিং পনমাং কাওনা শগোল খৌজিন্দুনা অরাম্বাই খুবাম খুবাম শত্তুম্না অরেম্না লৈতনা লংছুনা থাংনা ফংবনা থাংনা তেখাও মথক মথা ওন্নে। লোয়নবা শগোল তোংবা ৮৫ শু তুংথ-মাংখা খৌজিন্নরক্লুনা অরাম্বাইগী লান অছুম্বা তেখাও থাবা লেপ্পা ম্রাদছুনা শমজি থাই থাইছুনা চেম্নোক্লে। মৈতৈ ১গা তেখাও মশা মশা তরা তরাগা পাছুনা শিগনি রাখন্নদনা মাইওন্নবা তৌদনা অশম তান্নদা খেংনখিবনা মৈতৈ লানমীশু তেখাও লানমীশু পংশি শিনখ্রে। পঞ্চম সেনাপতিগা মৈতৈশুগা শগোল অমমম তোংছুনা থাং হায়-ছুনা শোইনবা য়ানা মশক খংনদনা খেংনৈ॥ খুদক অছুদা নরিন সেনাপতি শগোল তোংছুনা মৈতৈশুবু তম্মা চেনশিল্লক্লে, খুদক অছুদা সনাপতি ২ গা মৈতৈশুগা লাম্বা পানখ্রে। খুদক অছুদা মৈতৈশু কনগদবগী সেনাপতি থগ্লাং পনশাবা শগোল কম্মা খৌজিল্লক্লুনা নারিন সেনাপতিগা মায়ওক্লখিছুনা স্নাপতি অনি লম্বা পানখ্রে। নারিন সেনাপতিনা নারোন্দা শগোল খৌজিল্লক্লুন স্নাপতি থগ্লাং পনশাবা তম্মা টা অমা লংশিল্লক্লুনা স্নাপতিদা পান্দুনা থগ্লাং পনশাবা তুখ্রে লানথছু চেকশানা উদুনা পম্লিংলোমদগী শগোল কম্মা খৌগৎলক্লে। "পাপি তেখাও মচা খংগা পাংগা মপা মপা খেংনরিডৈদবু নারোন্দা টা লংশিনবা হৌনব্রা লানগী চৎলম নইদবা থঙ্গনি" হায়ছুনা মফেরোমদা শগোল খৌজিল্লক্লুনা মাশু শগোল নাকথংদগী টা অমা শত্তুনা লাওছুনা লংশিল্লক্লুনা নরিন সেনাপতিদা পান্দুনা নরিন সেনাপতি শগোল মথক্তগী তুপ্রে। তাঙ্গা অছুদা মৈতৈশুবু তেখাও লানমীনা কেয়শিনখ্রে সেনাপতি ২ না হেনজিন্নবা য়াদনা লম্বা পারিডৈদা। অখোবা চেকশা, অকোং স্নাপতি ২ না লৈবাকমচা লান্দা খৌবশা মৈতৈশুবু

তেখাওনা কোইথে লাওরম্মগা শগোল থৌজিল্লক্রে। খুদক অতুদা শগোল তোংবা মিপ। ৩০০ না মাইগৈ ৪ দা শগোল থৌজিল্লকনা অয়াম্বাই শং শন্তুনা লংশিন্দুনা শগোল অপনবা লৈজনা মৈতৈশিংবু কয়বা চংশিন্নরে। তেখাও লানমীশিংবু শমজি খাইনা থনমন্তুনা শগোল থৌজিল্লতুনা চেকশা অকোং সেনাপতি ২ মা লাক্তা খুংখ্রে। মৈতৈ লানমীশিংশু তেখাও লানমীশিংগী মনাক য়ৌতুনা খাঙ্গী টাগী লানবু অকি তুজুং লৈতনা শোরুখ্রে। খাং-টাগী ময়মদদি তেখাওবু মৈতৈনা খরা তেন্দুনা তেখাও মায়া খুদোং চাদনা পায়খি। মৈতৈশিংনা ওয়োমদা শগোল মকৈদা চোংখিতুনা পঞ্চম সেনাপতিগী মখুত্তগী থাংখু য়েথতুন, লৈবাক্তা তাখ্রে। থাং খুনগংকে হায়বগী মগুক লুকখরকপদা মৈতৈশিংনা মশম পায়তুনা শগোন্দগী চিংখতুনা সেনাপতি পঞ্চমগী মগুক ককখ্রে। অথৌবা চেকশানা হুরাওতুনা মৈতৈ নিংথৌনা তেখাওগী লান মাইক্তো মাইক্কাওরে (মায় পাক্রে লান ওয়ে) হায়না হেক লাওরকই। লাম্লাওংখান তাবদা মৈতৈ অকল অথৌ লান অতু লংকক হেক তৌনৈ করি হায়খিবনো হায়দুনা। মফমদা তেখাও থরদি নোংমে মচাক হান্দুনা লৈরম্মমান্নে নোংমৈ হেক কাপশিল্লকক্রে নোংমৈ মখোল তাবদা শগোল তোংবা মৈতৈ অথৌবা অপনবা লৈতনা নোংমৈ কাপ্লকপা মাইগৈ তম্ন শগোল থৌজনখে। নোংমেনা পান্দুনা মনাও খাইরাকপা কমদৌ ১৫, অকন অথৌ ৩০০ শিখি। হিশ নোংমৈ পায়বনা তমখেনা হায়তুনা মৈতৈশিং পাম্বৈবা চেকশা চক্রপানি, অকোং সেনাপতি, সেনাপতি খুমন লুম্মা ৪ না মরি থোক্লা শমজি খাইদুন তেখাওগী মখুং হাংবা লৈতনবা থৌয়াংতুনা শিবগী অকিবা লৈনদে। শিবা হায়বা হথৌ অসিমদি নোংমাদ শোরদন তোগদবা হথৌরি মসিদা থোইনা খস্থবগী তোংজবা লৈতে, ফুমিৎ খানা পাল্লিবা মতম অসিদা মতম থরদং পুনশিতুনা লৈজহৌনবা ইথৌ থোপুখা মগুম্নি হুবচাংনা শিখ্রবগু ইমিংওদি পুজিকল্লগে হানমতুনা মায়গৈ কারন খানা শগোল থৌজিন্দুনা তেখাশিংবু থিংবা ওম্নবা হোংলখি। মখিরকী অকি তুজুংদবা উবদা মৈতৈ অকল অথৌ পুম্বগু শিপনি কিবা লৈনদে শিবদি নোমাদ শোইদবরি শিখ্রগা ফিংতুনা লৈজরবতা থৌবুবনা মৈতৈ ঐথোয়গী হথৌ ইতম চৎলমি রাখয়তুনা মা-মাগী মথৌনাবু খুশচানবা লৈতনা লানশোক লাপ্তেংনখ। খুদক অদুদা তেখাও লাকনী মৈতৈ লান্দা থৌবগী মমাংদা পনব। খাংবা ওমলতুনা লান কায়তুনা চেন্নরে। মৈতৈনা তাম্ন তান্নতুন খুংলাই মুন্দুনা অরাবা পী থৌরমত্তবু চেকশানা উয়তুনা শগোল কারন থৌদনা হায়রকই, "অথৌবশা লাঞ্জেন মাংওইনবা লানমীদা খুংলাই থাবা হৌনদে খুংলাই থাবিগন্ন মশা মশাদা ফারগা মপুগী রায়েন কোয়লাকনি" হায়না লাওই চেকশাগী রাওবদ যুবা চৈনা তৌদনা ফাবা য়াবা মথৈ ফারে, তেখাওশিংসু চেনবা তোক্তুনা মৈতৈগী হফমদা চংজরক্তুনা খুংগু খুংলাই লানমী পুম্বা থোরদনা মঙাইতাদা পোংথাদনা লৈখি।

মৈতৈশু.না চেকশাবু থাগশু.না হায়, "লান্দা থোৌবা নঙ্গী মীয়োক মীচান তমজনফম ওইবা অতাংবনি, অদুগা তেথাও লানমীশা নখোয়না কমদোগে নীংবা নমুৰ তেথাওদা হনখিগে হায়বরা নখোয় খাইগী চানা থরুবা ঐনা পীগনি"।

সনা য়াথং তাবদা কাংবু ১ না হায়, "ননাই ঐখোইদি বিষ্ণু পুয়া হায়বা শ্রীবিষ্ণুবু নিংজবা জাতিনি মুশলমানশিঙ্গী চংলমদা লৈবা ভমজবদগী তেথাও লৈবাক ইন্দ্রধ্বজগী মফম থুম্না লৈজরম্বনি, হৌজিক ননাই ঐখোয় হনখিছুনা কদোগদগে স্না থৌগল্লাই ওইছুনা লৈজববু নিজগে, ননাই ঐখোয়না তেথাওদা তৌজরকপা থবক্তি শগোল, শামু, যনগী শজিক ফাবৰা, করিগুম্বদা ঈশিঙ্গী লম্বীদা নিংথৌগী থৌ লাকপদা মাওগী হীরম শেমশাবা ঐখোয়গী ইথৌ ওইনা লাকই" হায়।

কাংবু অমনা "ননাই ঐখোয়দি তেথাও অশেংবনি কশারি হায়বা নাদা কোরি য়াল্লিবা অসিনি তেথাওদা লৈজবা ওইরবশু হল্লগে নিংক্রে স্না থৌগন ওইনা লৈজববু নোংদম্বীও, ননাই ঐখোয় থাং টা শুবগী ইথৌ ইশম ওইনা শুজবা কাংবুনি, লানশিদা হন্দক লাকচবদি লৈবাক শুৰা লম্বী শেম্বা থৌবু হন্দুনা লাকচবনি"।

কাংবু অমনা হায়, "ননাই ঐখোই হীন্দু জাতিগী মঙ্গুংচনবা হরি শংকুত্তন্দ থৰাই লুপচবা কাংবুনি ঐখোয়না অসামদা লৈবশি মুশলমানগী লান্দা মায়থিছুনা লাক্লেন্দুনা লাকপদগী তেথাও অসামদা লৈখিবনি। ননাই ঐখোয়না থৌপুজবদি শ্রীবিষ্ণুগী সেবা চংনবা কোললিক অসি ফেংবগী থবক তৌজছুনা গৌর নগোরগী চংলম হরি সংকুত্তন অসিদা থরাইগী তুংনফম ওইছুনা মফম অদুদা ইপা ইপুগী মতুং ইন্দুনা মতম মুংশাংনা লৈরম্বদগী মতুংদা অসামগী চংলম তাবদা ধর্ম্ম অসিগী মঙালবু থুপ্শু.না লৈজবা ভমগঙ্গা হায়বগী লানমী ওইছুনা নিংথৌ দণ্ডি কিজবগী লাকচবনি, স্ন থৌগন তৌজছুনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী সেবা মনাই কোললিক বাইশেংবা ওইছুনা হরিনাম সংকুত্তনবু সেবা ফংজবা নিজরি।

মখোয় খিবিকী রা তাবদা মৈতৈশু.না নোংদম্বীরে। মতুং অদুদা অশুম্বশিঙ্গা লোইননা মঙাইতা চীংদোল লোম্না কাদুনা য়েংতি। মদুদা মুংপাক মথক্তা থোঙ্গুন ২ থেংনৈ, মনাক্তা রাই ৪ না কোনবা রাম তুলশি পাম্বী অমগা থেংনছুনা মরম হংনবদা হৌখিবা হয়াচক্ত। ওইখিবা শ্রীরামচন্দ্রগী লাইমিং চংলম্বু মহন্তনা লিছুনা মফম অদুদা রামায়োন তাই। মতুংদা নিংথৌনা তেথাও মচা থুংগৈবশিংবু মুঙগী ফুরা ১ শাহন্দুনা শ্রীরামজিগী মফমদা কৎলি। মতুংদা মঙাইতা তোমফাংথেন, খাইতুরাই, রাকোনোক ইরোং ৩ ফাংবা ফাওবা হায়থছুনা লম য়েংতি। মফম অদুদা উ অচৌবা য়াম্না হৌই, মদুদা নিপা (৩) না কোনবা উ ১, লম ৬ মপোপ চুম্বা ১

থেংনহুনা উ অহুবু খ্বাই চংহুনা য়াল্লগা মৈতৈ তেখাও উ শুবা হৈবশিং চংহুনা হী ১ শাই। রামগী নাম তাহুনা কোইনা লম য়েংহুনা নুমিৎ ১৫ ফাইহুনা লৈখি। মৈতৈশু হীহু তোংহুনা লম খয়া য়েংজি, হীরম ফাওরক্লুহুনা মীয়াম চংহুনা হী চিংহুনা হীরম য়াবা ইথোং তানবা পুথহনকই। মৈতৈশু শগোল তোংহুনা অঙম্বা থোগন্দুনা স্না কোম্বুং য়োনবা লোংখংলক্লে। তেখাও লানমী লাঙ্গা ফারকপশিংবু মমুম ৭ কী মফুংদা তিন্নবা কাংবুনি হায়রহুনা বিষ্ণু পূজাগী কাংবু অসিবু মৈতৈ বিষ্ণু পূজা হাপ্লহুনা নিংথৌনা লাল্লাকপদা অহিং অম থোংদনখিবা লম্বাং অহুবু নিংথৌথোং কোহুনা মৈতৈ বিষ্ণু পূজাশিংবু লৈহনখি। তেখাও কাশারিশিংবু লানমাংজোক কোবা লমদা মৈতৈ তেখাও তায়হুনা লৈহনখি। তেখাও নিংথৌনা শিলোংকি মখুৎ হৈবশিংবু লানগী থুহলাই শামবা কৌহুন। তেখাও শিলোং তিক্লবশিংবু মবুথৌ থাগি ভম্বী স্না হাক্লক্লা থাগি মঙ্গোলানা থোংলোকপদা মবুথৌগা মঙ্গোশাগা উনহুনা মঙ্গোলবু স্না কোম্বুংদা পুথি হায়বগী নিংথৌথোং হাপ্পবা অহুঙা সিলোং তেখাও য়ান্নবনা। মৈতৈ মরক্লা তিন্দুনা হুন্দা লৈতাহুনা লৈহনখি হায়বগী কাংবু অসিবুনা মৈতৈ সিলোং তেখাও লুতিনবা হাপ্পনা লৈহল্লে।

অঙম্বা লৈবাক তিন্দুনা লান ভম্বগী কুম্মৈ তৌহুনা মুংভাইনবদা মৈতৈশুনা হায়। লান্দা থোকপা অঙম্বা নংগী মকমদা নিংথৌ ওইবা ঐনা নঙ্গী লমনবু করিনা সিঙ্গানি নফম্নাংদা পিকবা মথৈবু অথোব। নংনা তৌখিবা মরম্না হেন্দুনা মরৈরপদবনি অহুবু নিংথৌনি হায়বা শাহুনা অথৌবা নফম্নাংদা পিঙম্বনি নপুক শারোবদি তৌগন্নু অথৌবা নঙ্গী ফম্লেনবু হাপ্পবা ফমলেনবু থিবদা পামহৈবগী রাখন্দা লিংশিংবা লাম্বা ফংখিদ্রে। অথৌবগী নতিক নঙম্না মহেনংগ্রে নফম লাংদা ঐনা অদুক পিগদবা ফমলেন মিংভন্দ ভসিদগী নিংথৌ স্না অঙম্বা চেকশা চক্রপানি কৌরগে। নিংথৌবু ভম্বা অঙম্বনা করিনা লৈতেং ওইগনি অকাবদা দোলাই অঙৌবা নাবেকপা পেনা থকথন শইহুনা য়াঙ্গোই তোংবা ২১ না অকা অকুম পৌথন্না অকুম্বদা য়াঙ্গোই শগোম্না থোঙ্গুম্বা, কমেং শাবা ফিরোন শুনা শেত্তনা নিংথৌফি শাইজোনবনা থক্তা থোল, লেসন ফুরিৎ শাইগকপনা থাদা থা, স্নাগী থুজি তানগা লোইননা পজেং ফিরান শমজিন মতেন্দা অঙৌবা ফিরান ৬ না নাক্তা ওইদ। হায়ভম্ব ময়াইদ। নুমিৎ স্না লৈত্রেং শাবা ফিরান্না যাইদ থোন্না কোক্তা তোলোক হাপঙমসি, স্না য়োম্বা তিদাকফু তো কৈজে থাবু লাক্না চীনখান্দা মৈথু লাংঙমশি। অথৌবা নঙ্গা ঐগা য়েংনবদা নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না পজেং ফিরান ২ দি ঐনা তেম্না থেংঙমগে নিংথৌগী ফিরোন শুনবু অথৌবনা অকা অকুমদা ভসিদগী শেংনবা নিংথৌ ঐনা ফিরোন পুম্বা লাংহুনা লৈবাক মাংদা পিরবনি নিংথৌ ভম্ব মৈতৈ লৈবাক পিকপনা অঙম্বা ননিংদি থুংদবে কোরৌ ভসিদগী মৈতৈ স্না লৈবাক মনিকপুব লৈঙাকপা ফম্ব নিংথৌ "না শিন্নরে" হায়রহুনা ফিরোনগা মাখঙ্গা

লোইননা পিজুনা মপু নাক্তা লৈবা হৌখি। নিংথৌ ভগা অঙম্বা চেকশা চক্রপানিগীদমক্তা। ককচিং খুঙ্গাওদা খুম্নোকপা ( মৈতৈ ভথেল, সিলোং ) লুত্তিনবদগী নিপা ২৫ বু মৈতৈ লুত্তিন হায়না অপোবা চেকশাগী মফমদা পিখি। গৌরিয়া ধৰ্ম্ম চৎপা হরিনাম সংকুর্ত্তন্দ পল্লাই য়াওবা কাংবু অসিনা সাম্প্রাদাশগী মফমদা শিন্নজুনা মথোয় অসি ধৰ্ম্ম নাম সংকুর্ত্তন শোনববু য়াওহন্দুনা ঈশ্বরগী সেবা চৎনবা মরমগী কোন অমোৎ অকাইবু সে'না ফেংনবগীদমক্তা থম্মি। মথোয় অসিগী কাংবু অসি হরি নাম কুর্ত্তন্দা পামজবা লুপ মচা অমনি হায়জুনা মীত্তিন কিজু হায়না শিন্নজুনা শ্রীচৈতন্য প্রভুগী সেবাগী কোলশিক ফেংনজুনা শাস্তদাশনা থমখি। বিষ্ণু পৃয়া মিত্তিন কাংবুনা মৈতৈভগী শগোল শামুগী শজিক ফানবা থোবুজুনা মীত্তিন শজিক্লোই হায়জুনা থমখি।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৩৬ নোংদালাই কুমশিং ১৭২৮ শা: ১৬৫৭ চৈথাবা ২১১ শুবা লৌক্রাকপম মোইরাম্বগী কুমদা অঙোম কৰিনা ইবেম্মা রায়েনবম চনু গোপতিগী মকমদা মথল মথা পুকথিন চ'জুনা থৌশিনবদগী ইবেম্মা মহারানীনা মৈতৈভগী মফমদা মচা ইবুংঙো অহনগী মরমদা য়াইকা থৌশিনবা রাহৌরে। মহুদা মৈতৈভনা হায়, "ইবেম্মা কংলা কোন্নুং অসিগী মরম পুন্নমক অসি ইচা শাঁমৈরাংজিং শাইগী ভাক্তনি ঐ মতম পুন্নমক্তা থক কাওদে"। মহুদা ইবেম্মা মহারানীনা হায়, "রারৌখিনু নিংথৌ হায়বা অসিগী মথৌ মঙমদি য়াম্বনিনা অন্থক নিংশিংজবনি"। থংলে ইবেম্মা মরম পুম্বা ভসিদগী গরিপতি পামহৈবা ইচা নিংথৌনা হায়বা মরম পুম্বা ঐনা চৎলনি ইচাদা থুবম শিন্নরে সনা য়াথং হায়জুনা মুমিৎ অসিদগী রাশক্কি মথা পোম্না চৎপা হৌখে।

মচা ইবুংঙো ফুলভশাই লাইরিক য়েংবম চনু ইবেম্মা অমগা লৌজুনা ইবেম্মা ২ পান্নরে। শ্রীরাংখৈরাকপা অনন্দশাইনা ইবেম্ম শলাম চমুনে, লাইরিক য়েংবম চনু প্রেমলতাগা ইবেম্মা ২ বু লৌরে। লাংবচক্কী ৪৮৩৭ নোংদালাই ১৭২৯ শা: ১৬৫৮ চৈথাবা ২৫৩ শুবা বামোন গঙ্গারাম শ্রীথুরাইলাকপা শ্যামজাই ইবেম্মা ২ গা লোইননা থুরাই তোম্পোক মপাচীংদগী মোইরাংথোম যাইচমপ'ৎ থোংবান নোংপোক থংবা ইংথোন্দা হোংজুনা লৈবা হৌরে। ঐমতি থোংবম চমুনা শুদ্ধানন্দা পোক্লে। মচা ইবুংঙো তুলশিশাই শিরে।

লাংবচক্কী ৪৮৫৮ নোংদালাই ১৭৩০ শা: ১৬৫৯ চৈথাবা ২৫৪ শুবা খেত্রি গঙ্গধরগী কুম অসিদা পামহৈবনা নিংঙমক্তজুনা মচনমক্কি হায়না মৈতৈ লৈমা রাহেংভ কমলা মুখী কৌবীবু হেথাও নিংথৌ ইন্দ্রাধ্বজগী মফমদা চান্নবা মরূপ অমনি হায়না ভুংশিনবা ওইজুনা পিখি। মতম অসিদা মৈতৈভ গরিপতি পামহৈবা পিবাও রামান্দি ধৰ্ম্ম চৎলজুনা কুম অসিদা বৈষ্ণব ধৰ্ম্মবু মথং মথং শন্দোক্কবা থোরাংলে। বঙ্গো দেশতা হুশেন শাহোনা পাল্লিতৈদা লাংবচক্কী ৪৫৮৬

নোংদালাই ১৪৭৮ শা: ১৪০৭ চৈথাবা নাথোউ অহোঙ্গী কুম লমদা থাগী ১৫ নি শাজবা থাদিজ পুর্ব্ব ফালগুনসনি=উফোঙ্গভু থরামিচাক্লা পানবা সিংহ রাশিদা জন্ম্যবী তিথ মপাম্দা শ্রীগৌরাঙ্গসা মৈওইবগী মপোক্লা পোক্লুনা মাধব চর্য্য শমপ্রদায়গী মমিং চংলবা শ্রীমাধবেন্দ্র পুরিগী শিষ্য শ্রীঈশ্বর পুরিগী চৈতন্য প্রভুনা দিক্ষ্যা ফংলগা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকই। ধর্ম্ম অসিবু শ্রীগৌরাঙ্গ চৈতন্য প্রভুনা মাবু নিংব; মনাই বৈষ্ণবশিঙ্গী য়াইফ লম্বীগীদমক্তা হৌথ্রবা ধর্ম্মবু নৌনা নিংশিংহুনা শন্দোক্লা খ'হল্লম্মি হায়দুনা গৌর ধর্ম্ম হায়নৈ।

শ্রীচৈতন্য প্রভুদগী শ্রীলোকনাথ গোস্বামীনা ধর্ম্ম অসি লৌই। লোকনাথ গোস্বমিদগী শ্রীনোরোত্তম মহাশোয়না ফংভি। শ্রীনোরোত্তমদগী গঙ্গানবায়ন চক্রবর্তিনা ফংভি। শ্রীগানরায়োন্দগী কৃষ্ণ চক্রবর্তিনা ফংভি শ্রীকৃষ্ণ চক্রবর্তিদগী কুঞ্জবিহারিনা ফংভি। শ্রীকুঞ্জবিহারিদগী নিধি রাম চ'র্য্য ঠাকুরনা ফংভি। নিধি রাম চার্য্যদগীরামগোপাল বৈরাগ্যনা ফংভি। অসি ফাওবা মথং মথং ধর্ম্ম অসি লৌনরক্লে শ্রীরাম গোপাল বৈরাগ্যদগী ভাংবম কৃ: দাস, অধিকাবিমযুম কামদেব ব্রজবাশি, রূপ পরমানন্দ ঠাকুর মথোয় অহুম অসি রাশিগী মতুংইন্না বৈষ্ণবদিক্ষা ফংলে। মথোয় অহুম অসিনা প্রজশিঙ্গী মফমদা শিনবা থুংনা ধর্ম্ম অসিবু শন্দোকহল্লে। শ্রীভাংবম কৃ: দাস ঠাকুর, শ্রীঅধিকাবিমযুম কামদেব ব্রজবাশি, শ্রীরূপ পারমানন্দ ঠাকুর অহুম্না কোয়না চত্না (মীতৈ, মীহিন, মৈতৈ) পুম্বগী মফমদা ধর্ম্ম অসিগী মরমদা রারী কয়ামুক লিহুনা তাহন খ'হল্লি। ধর্ম্ম অসিদা মখুম পুম্বগী চংনফম তুংনফম ওইবে শ্রীরামচন্দ্রনা নোংজম্বা অথোইবা পংত্থানি হায়না নিংহুনা লৈনরে।

মতম অসিদা মমিং চংলব মিশ্রাপুবগী মিশ্রঠাকুরন মাগী শিষ্য কযামুক্তা লোইমহুনা মৈতৈ সনা লৈবাক মণিপুরা লৈবক্তা থোরক্লুনা লমথোং থুদিং লাকপদা হরিনাম মরেক ৩২ নাম ১৬ পু ইশৈ ওইনা শক্লগা মশাদ চন্দোন্না ইতো ভৌনা থিম্দুন তুলশিগী মালা অকুপ্পা অপোববু ওক্তা শিহুনা লাও লাওহুনা লাক্লে। মিশ্রপুবগী ঠাকুব অসি মশা যাম্না নোই চাওই ঠাকুর অসি অম্মুনা মতুংদা মিশ্রপুরগী (ঠাকুর ভানোই) হায়না খ'নথি কাংবু অসিগী মতো উবদা মৈতৈও, পামহৈবনা হায়, "লাক্লিবা কা'বু অসিনা শক্লিবা শোক্লিবা মরম, মথ্বাংদগীনা কোক ফাওবদা থিক্লিবা চন্দোলগী মরম মরেংবন্দা য়াক্লিবা নম, লেংথাংফি, মওক্তা শিরিবা উগি লিক অসিনা কসি কবি মরমদা কান্নবা ওইহুনা পোম্পুরিবা, মপোয়গী চংলম অসি তৌহনগন্ু" হায়না সনা যাথ হায়বদগী নিংথৌ মনাইশিংনা মথোই অহুবু তৌগন্ব লৈবাক অসিদা চংকদবা ধর্ম্মদি রামান্দি ধর্ম্ম চংকদবনি মথোয়গী ধর্ম্ম অসি নিংথৌম্না রাদে তৌগনু হায়না খাঙ্গদা য়াদ্রে কা'বু অসিন। মতুদা নিংথৌগী মনাইশিংবা মথোইবু ফাহুনা সনা নাক্তা পুশিল্লে। মৈতৈও না মথোযগী ধর্ম্ম অহু খাদোকভি হায়বদা য়াদে, হংবদা জগনাথ মিশ্রপুরবা লৈবাত্রজম্ভি

ঐখোইগী মধবচার্য্য ধর্ম্মবু মাংহল্লশি হায়বিবা অসি তৌবিগনু হায়দুনা নাম্বু শোন্দুনা লাওদুনা লৈগদ্রে। মদুদা "ব্রাহ্মন লমহেনবশিং অসি ফুরো মথোইগী শক্লিবা লাওবিবা চংলম অসিবু থাদোক্কে হায়দ্রিমখৈদি" হায়দুনা উচং উরাং = তুলশি মশা পাম্বী অকংবা ময়াম পিদুনা থুদাপ অমমম পুন্নগা য়াম্না খুদোং থিনা শোক্লা ফাদুনা পুন্দুনা ফুরে। মদুদগু তোকপা লৈত্তনা ওন্থোইমা নাম অদুনা অরা অনা পুম্বমী থংনফম ওইদুনা ওন্থোইনা খাংদুনা লৈখি। মথোই পুম্বগী খুদোংথিনা শোক পনবা উবদা মৈতৈঙুগী স্না পুক্লিংনা অকি তুজুং পোকপ্পদুনা হায়, "নখোয় মিশ্রপুবগী ব্রহ্মন লাক্লিবা অসিগী লুচিংবা কবানো ঐগা বা ভাংনশি নথোই থ্বাইনা শক্লি শোল্লিবা নাম অসি খোন্দি খোক্কনা পুক্লিং লৈয়েংতনা শোন্দুনা ভাইহাক্তা লৈখিশি"। বা তাবদা মিশ্রপুরগী ব্রহ্মন পুম্বা তুমিন তুমিন লৈদুনা বা ভাই। মিশ্র ঠাকুর নখোয়না চংলিবা চংলম অসি করম্বা মশক্লা চংনবা ধর্ম্মনো? মদুদা মিশ্র ঠাকুবনা হায়, মীতিন নিংথৌ ধর্ম্ম অসিদি অনৌবা ধর্ম্ম নত্তে, ঐখোয়না ঐগী ঐগী কাংলুপ নাইন, চংলকপশিদা ঐখোয়তগী ধর্ম্ম ওইনা খনবি উবিবনি মদু নত্তে। ধর্ম্মা অসিদি লেংলি পাল্লিবা অচৎ চম্বা লাই হিংচাবা, মী, গ্রহ, নক্ষত্র পুম্নমক্তা চংকদবা ধর্ম্মা কলি অঙমগী তাপ্প, মাংহনবা ভম্বা ধর্ম্মাদগী অথোইবা ধর্ম্মা তাংভম্নবা শংত্রি শাগৈদগী অথোইবা মালেম অজ্ঞানবা মুমিৎ কৌবগী মচা মগুন' চংকদবা ধর্ম্মদি মাধব চার্য্য কৌবা ধর্ম্ম মুমিৎ থা অনিনা অরেপ্পা ওইবা ধর্ম্মা অসিনি। ধর্ম্মা অসিদি শতগুন্না ভক্তিনি। ভক্তি নাম অসিত্তনা জিবশিংবু গুমহত্তুনা মাম্মাগী তুংনফম ওইহনবা অথোইবা অজ্ঞানবা লম্বীদা চিংশিনবিনবা অমম্বা লম্বী পুম্ববু কোকহনবিনবা তাংভম্নবা নাম ধর্ম্মা হায়বা অদু অসিনি।

মৈতৈঙুনা হায়, 'মিশ্রঠাকুর ফয়ে ঐগু য়াজ্ঞরগে ধর্ম্ম অসিগী মঘম পুম্বা ধর্ম্মা হায়বা অপায় অপাম্বা হায়নরিবা পুম্নমক অসি মপানগী চংলমদা য়াম্নবতনি মনুঙ্গী লুত্তিন্দি পুম্নমকশি অমক্তা ওইবা মশক্লি হায়না লৈবাক অশিগী নোংদম্বা ওইবা মরু লৌরেম্বা, মরু থেঙ্গা অনিনা তাকপীবা লুত্তিন্দা ধর্ম্ম পুম্বসি লোয়্ইনা ভিল্লে। মুমিৎ থা অনিনা অরেপ্পনি হায়খিবা অশিদা চংলম হায়বা অসিদি য়াবমখৈ অমোংপা নামুংবা চংলমদি থাদোক্লবা তোগদবনি অরুব ফজবা পুক্লিংবু মুংভাইহনবা ভম্বা চংলম লাইনিং খোবুদি ভম্বা মখৈ লৌশিনগনি মশক্তি হোংহৈদে লাইমিংদি লক্ষানি সিংথাবা ভম্বা নত্তে তাকপিখিবা পুরাগা লুত্তিন ভাক্তা ওইবনা চংলম অসি ঐনা য়াম্না পাম্না লৌরক্লিবনি অদুবু ধর্ম্মা অসিগী লাইমিং লাইশোল চংলমগা রামান্দিগী লাইমিং লাইশোল চংলমগা লাইশোল লাইমিং অশি শধা য়েংনরশি শাধ্য অহেনবা অদুদা নিংথৌ ঐগী মরুগী মফম ওইরগে" হায়না সনা য়াথং নোংদম্লে। মদুদা ধর্ম্মা অনিগী শাধা য়েঙ্গদবগী

শ্ৰীবিষ্ণু ভগৱানগী লাইশঙদা চংহুনা শাধা চাংদম্লক্লে। মহন্ত শাস্ত্ৰদাশনা শ্ৰীৰঘুনাথ ৰামচন্দ্ৰগী নাম শাধোক তৌহুনা প্ৰেম ভক্তিগা লোইননা থোংলোন ২ বু হাংহুনা শ্ৰীৰঘুনাথবু পুশিন্নগা পেমহনা থোংলোন ৯ গী শো ৰাইখু ওইনা থিংহুনা শ্ৰীৰাম সিডা অনিগী খুযাদা ভক্তিনা লুমজিংব ওইহুনা ৰা ঙাংবা তৌদনা নাম শোন্দুনা হেক লৈখি। খুদক অদুদা লৈবাক থক থক হেক নীকই নোথো পাংবদা নোং থোংবগুম্বা অকি তুজুং ফংনা থেক লাওহুনা মীপুম খুদিং ফম্বা লেম্না ঙমদহুনা উপ্ৰাক্ৰা হিপুনা (ৰামো ৰামো, ৰামো ৰামো হৰে ৰামো হৰে ৰামো, ৰামো ৰামো হৰে হৰে) হায়না শোন্দুনা হেক খাংনবদা লাও থোংলম্বা লৈবাক নীক্ৰম্বা পুম্ব হেক তোকই। ৰঘুনাথ শ্ৰীৰাম্না জোই ওইৰে হায়না মীপুম খুদিংনা লাওহুনা শাস্ত্ৰদাশ শাধাক তোক্লে।

মিশ্ৰ ঠাকুৰ খুদক অদুদা শ্ৰীকৃষ্ণ ভগৱানগী নাম শাধোক তৌহুনা গোলোক ধামদা লেংদবা ওইবা শ্ৰীমুৰ্ত্তি মএম পুন্নমক্তা চহী ৫ গী অঙাংবী মশক্তা ওইহুনা লৈবা শ্ৰীমুৰ্ত্তিমাবু নিংশিংহুনা মতুংগী মহাক ওইবা শ্ৰীহৰিবু থোংলোন ৯ হাংহুন (ৰে) হায়বা মশক্তা থোংলোন পুন্নমক্তী ৰাংখু শো ওইনা পৌবোন থান, থম্নগা ৫ শুবা লাইশঙ্গী মন্ত্ৰংদা (ক্লিং হ্ৰুং সং) মশকপু শাধোক থম্নগা থোংলোন ৮ মক্তা মা মাগী মশকপু থমহুনা শ্ৰীগোলোকপম ভগৱানবু ভক্তি শাধোক তৌহুনা মিংলাং অনিদা, মিৰাং মৰিবু অপনৰ, লৈতন শিম্না হেক নীলকপা অদুদা মযম ইথং থংহৌদনা মুংশিগ্ৰব পুক্লিং শুমহৎনবা ওইবা মনম অমগা লেইননা নাস্মিবা মুংশিং ওমবু তাংথক নাইদন লিন্নি লিন্নি হেক হুন্নকই। মন্দিৰ মমুংলোমগা উচৰে নগী নোপুৰ মথোনবু মীপুম খুদিং ভাহল্লি কৰিনো কৰিনো হায়না মীপুম খুদিং শ্ৰীবিষ্ণু ভগৱানগী লাইশঙ-লোমদা য়েংশন্নৈ। খুদক অদুদা শ্ৰীব্ৰজবিল্লবোনগী মন্ত্ৰংদা শানখিবা গোচবোনগী মতমদা থোংখিবা ষনবী যৱাওশিংবু থোমজনবা খুংলোন অদুবু থোংহুনা মীপুম খুদিং ভ হল্লি। মুকলি থোম্লোক তাবদা শ্ৰীবিষ্ণু ভগবান অদুগী লাইশঙ অকোযবদা মৈতৈ মীতিন মীতৈ পুম্বনা খুং লোনশনব য়াদনা ক্ৰক ক্ৰক ইম্নহুনা শ্ৰীবিষ্ণু ভগবানবু কোয়ৰে হেক্তে য়েংনৈ খুদক অদুদা ব্ৰজ গোপিকা পুম্নগী পুক্লিংবু তুংনফম শুমহৎনবা ওইখিবা মুকলিগী থোম্লোকপু ভাহল্লি। মতম অদুদা মৈতৈ মীতিন, মীতৈ পুম্বা মিংলাং ইৰা হৌনা মপা মচা, মচিন মনাও কাইনা শেংনবগী মতৌগুম্ন চিক চিক লাওনা কপ্লৰ, মতম অদুদা মিশ্ৰঠাকুৰগী শাধোক হেপখ্ৰে।

মৈতৈঙ্ পামচৈবনা হায়, মহন্ত অনিগী শাধানা তাকপিবা মৰম অসি খংডৰে। ধৰ্ম অনিমকপু এনা থদোকপা লৈতনা চৎলগনি শ্ৰীৰাম্না পৰত্মানি ভাইবংপানবা পুম্নমক্কি মুংভাইজবা তুংনফম ওইবনি। হৰে কৃষ্ণ হায়বা নাম অসিনা বিজমন্ত্ৰনি, অয়াম্বা ভসিদগী নঙন থাংবা

তুলাশি উহং লৈরাং পান্নবীগী লিক শিবা শম্প্রদা অনিকা মরুগী য়ুম গুরুধারি হোংভসি হায়রবা লেপ্লহনা লাংবচক্কী ৪৮৩৮ নোংদালাই ১৭৩০ শাঃ ১৬৫৯ চৈথাবা ক্ষেত্রি গন্ধর্বগী কুমদা উরিক নওন খাংহনা মাধব চার্য্য শমপ্রদা নোয়োন্তোক বারি হায়রবা মখুম ৭ কি গোত্রবু লেপ্লে ময়ুম ময়ুমগী মচু মখোর হাংহনা।

## য়ুম ৫ হান্না গোত্র লেপ্লা

১) স্না অহিংবা মচু মানবা মন্তাং—নিংথৌবু শাণ্ডিলাং গোত্র।
২) খয়োঁ অতৌবা মচু মানবা অভোম্বু কৌশিককি গোত্র।
৩) নোংথৌ মচু মানবা থুমমবু মধু কৈল্য গোত্র।
৪) উৎনিংথৌ অরাওবা মচু মানবা মোইরাংবু অত্রেয় গোত্র।
৫) শাংনা রাওথাংনবা শরাং লৈশাংবু ভরদ্বাজ গোত্র।
য়ুম মঙা অসি গোত্রা লেপ্লে।

শাস্ত্রদাশনা হায়, মীতিন নিংথৌ গরিপতি হৌজিক্তি গোত্রা মশক মচু লেপ্লবনিনা গোত্রা লেপ্লবা কাংবুগা গোত্রা লেপুবা ময়ুম কাংবুগা চহু নিংঙোল লৌনা, হায়বা, পিনবা য়াদে অহুগা মথক্তা হৌথিবা গোত্রা লেপথিদবা নিংথৌরোল য়ুমদা য়ুমথাইবা ময়ুমশিং অহুগা গোত্রা লেপ্লিব-শিঙ্গা লাইরকচন লুতিন পুনবা য়াদে হায়না ভাকুনা (স্না পুয়া শঙ্গাই ফম্মাং) হায়বা য়ুমদা নাঙদোনা পুয়া অমা ইহন্দুনা থমহল্লে। মতম অহুদা নোংদম্বা মরু লৌরেম্বনা লাকুনা হায়, মিশ্রঠাকুর ভানোই পুয়া অনেম অরাং অমা শেম্মি হায়বা চুম্বা ? মিশ্রঠাকুরনা হায়, মরু মরম অহুদি ঐদি খংজদে, মঙ অমতবু অনিথোকপা লুতিন্দ! মিশ্রঠাকুর নংনা খংদবনা অচুম্বনি, ভাম্বয়ম্মগা মরু খয়া শাওরপ লাকই। শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বরনা ঐগী খবক পুন্নমক মহন্তগী মফমদা শিন্নখ্রে মরু" হায়খিবা মরম্মা শাস্ত্রদাশগী মফমদদি মরুনা রাদি হায়দে মৈতৈভ্ডদা হায়। "মৈতৈ নিংথৌ হৌদি হৌরেদনা মপা মপু মশক খংদবা অরাংবা পাম্বদগী মক্রুবা মৈতৈ ময়ুমগী অংখাক্তম্বু লৈখা ভাম্ম মাংহৌদোখ্রেদো; হরুদি কুইররোই মউবদি ফংলনি ঐনও স্না বুদ্ধিদি মন্তৌক্লে অরেম্মা মশক্তি মাংহমগনু মশা তিমথুং লাইথুংলকনি শংলেন্দ্র। পুয়া মাংফদবনি" হায়-রুম্মগা মরু লাইনিংশংদা হন্দুনা মচাশিঙ্গা লাইনিং লম্বী ভাংনহুনা লৈখি। গোত্রা লেপ্লা কাংবুগা লেপুবা কাংবুগা চারো মৌরৌনবা য়াদে হায়বা মরম অসি ভাহনা য়ুম অনি স্না কোন্নুংদা

কারকুনা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মমাংদা গোত্রা নৌবা লেপ্লে । স্না মৈচংবা মপু অচু মানবা লুরাংবু কাইশব গোত্রা । কুম্না মচু মানবা অমুবা খাবগা লৈচে় মচু মানবা নাপু ভানবগবু নৈমিঞ্চ=কৌশিকি গোত্রা হায়না লেপুনা গোত্রা ৭ লেপ্লে ।

মঙাং=নিংথৌজা খম্বাল ১০৮ অঙাংব, মচু=শান্দিল্য । লুপাগী খম্বাল,খরোমচু অঙোম=গৌতম । শরাং লৈশাং=ভরদ্বাজ । খুমন=মধুকৈল্য । মোইরাং=অত্রেয় । লুবাং=কাইশব । খা, ভানবা=নৈমিঞ্চ, কৌশিকি হায়না য়েক মচু গোত্রা মঙান লেপ্পরে

মরুপী লাইনিংপুং হৈক্রু মথোংদা মরু ২ না লৈরিঙৈদা মচাশিং পুম্বম্ভ লাকুনা হংজি মতুদা মক ২ না তাকপী : থেমা, থোংহিমাইবা, চিংগোন, তোম্বা, কদিবা, খৈরোম্বা, লুখোই, মখোয়গী মপা মপু মবেনবু লাইনিং লম্বীদা শিংথাবদি হৌজিক চংলিবা লাইনিং লম্বী অসি মশক অসিনা চংলম্বদগী মশক অসিমা লম্বী অসি ফংহুনা চৎনরকপা মীশিং খাবনি মতুগী মশক্তি অসিনি।

১) কংলৈ পুংমাইয়োম্দা নোংদম মপা মপুবেন অউম লৌমাইখিরেন শিদবগী নোংদমদগী অতিংঙা য়াউবিরেম্না ফংই ।

২) অতিংঙা শিদবদগী অশিবনা ফংউ ।

৩) অশিবদগী কোম্বম্র থোকপা পা-খংবনা ফংই ।

৪) পা খংবদগী পাখ্রংবনা ফংই ।

লৈশিরেন লৈপুনবীদগী স্না খোংনাং লৈমনা ফংই ।

৫) স্না খোংনাং লৈমদগী থিংবা লৈমনা ফংই ।

৬) পাখ্রংবদগী ফংলৈখোম পা-খংবনা ফংউ ।

৭) খিংবারোই খোম্বীদগী মলাকুগী লাইরেম্বী ৭ না ফংহুনা চক অশিমগী লুতিন ওই।

৮) কুরুম লৈবাক হায়ঙৈদা মবুখিবা, খরোনী লৈমগনা ফংই ।

৯) খরোমীদগী সৌরোন লাইরেম্বী, স্না খোংনাং লৈমগনা ফংহনা স্না খোংনাং লৈমনা লৈথক্লোন্দা চংখি । সৌরোন লাইরেম্বীনা লৈয়াইরোন্দা শন্দোকউ ।

১০) মতুংদা ভাংঙা লাংওন পা-খংবনা ফংই ।

১১) মতুংদা কুপত্রেং, শেঙ্গ্রেঙ্গনা ফংহুনা কুরুম লৈবাক্তা হৈয়াচকপু পল্লাল লোম্বী ।

১২) খুন চক্তা খোয়মুম ইঙৌবনা ফংহুনা চংলম অসিবু লাই ভাইবংনচিংবা পুম্বদা শনদোকুনা লৈবাকপু কুকম লৈবাক মনিকপুবা লৈময়োন মিংহুন্দুনা লৈচুং খাবা ভাওরোইলাই পাখংবনা চংলি ।

১৩ ) তাওরোইলাই পাখংবদগী হৈনাইবনা ফংই।
১৪ ) হৈনাইবদগী চীত্তাশেং হুপত্রেংবনা ফংই।
১৫ ) চীত্তাশেং হুপত্রেংবদগী চিরোং য়াক্কাকপনা ফংই ।
১৬ ) চিরোং য়াক্কাকপদগী হুপত্রেং কিংনাইবনা ফংলে ।
১৭ ) হুপত্রেং কিংনাইবদগী চিরোং লাংয়ানবনা ফংই ।
১৮ ) চিরোং লাংয়ানবদগী চিরোং লৈয়াংপনা ফংহুনা খুমচকপু পন্দোল লোমখি ।
১৯ ) লাংবচক্তা নোংদালাই পাখংবনা পাল্লবদা পোইনাওত্তা লাই শিদবনা চৎলম অসি নোংদালাই শিদবগী মক্কমদা পা-খংবা মিংহুন্দুনা চৎলম অসি ফংজে ।
২০ ) পাখংবগী নোংদমদগী মরু তাংখা মরিবা মরু ললহাংওবা অনিনা ফংহুনা মখংলেংনা শমথয়ে ।
২১ ) মরু ২ গী নোংদমদগী মপুন্নি মরা চেৎপা খালমগী থাদোই, খোংঙালমগী তেবী মরু অনিনা ফংই ।
২২ ) মরু অনিদগী মরু লৌরাংজাম্বা, মরু থেঙ্‌গাইবা অনিনা ফংহুনা চৎলি ।
২৩ ) মরু অনিগী নোংদমদগী মরু লোংমুজাম্বা, মরু খোংঙাইবা অনিনা ফংই ।
২৪ ) মরু অনিদগী মরু থিংমাইজাম্বা, মরু রাইথেংওম্বা মরু ২ না ফংই ।
২৫ ) মরু ২ গী নোংদমদগী মরু লমপোনবা, মরু মাক্লংবনা চৎলি ।
২৬ ) মরু ২ গী নোংদমদগী মরু নোংমাইহনবা, মরু থেঙ্‌গাইবনা চৎলি ।
২৭ ) মরু ২ গী নোংদমদগী মরু থাংহিঙম্বা, মরু লোইয়াম্বা অনিনা চৎলি ।
২৮ ) মরু ২ দগী মরু লৌরাংজাম্বা, মরু থাক্সংজাম্বা মরু অনিনা চৎলি ।
২৯ ) মরু ২ গী নোংদমদগী লৌরেম্বা থেঙ্‌গা ২ না ফংওমজহুনা থরাইগী তুংনফম ওইজরি। অসিগুম্না মখোয়না মখোয়গী মপা মপু মবেন লাইনিং লম্বী অতুদা চৎথিববু কাওদনবা হান্না নিংশিংহনবতনি অহুবু মতম্না পুনশ্রবনি ইপাগু ইমাগু থাদোকুনা মিপাবু পুরুম্নয়ে । মসিনা শৈহৌদি কুইন্দ্রে অমদি মহুত্তা ঙাইহুনা লৈরিবনি লৈবাক অসি মাংথ্রনি হায়রবতগী মীরোন ২ গী মতুংদা বাপুনা মায়েন থৌদাহুনা পিবা খুবম পুন্নগদবনি, পিবা ফম্নেন মশক থংদনা কাংথং ফম্নেন চাদনা লৈখোক লৈশিন্নরগদবনি । অদুম ওইনা পাল্লবদা মতুং লৈহৌবনা অরিবনা অনৌববু নৌনম খুংশেম্নবদি ওইরনি হায়না তাকুনা মাগী মাগী মফমদা হম্নখি ।

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৩৯ নোংদালাই কুমশিং ১৭৩১ শা: ১৬৬০ চৈথাবা ২৫৫ শুনা থিংনাম ক্রুরাগী কুমদা অঙোম কবিনা হায়, ইবেম্মা লৈবাক অসিগী নিংথৌদি মচা ইবুংঙো অহন

শমজাইনা শোইদনা ওইগদবনি মচা ইবুংঙো শমজাইনা থুরাই চিংদোন পোজগী মোইরাংখোমদা হোংহুনা লৈবা মরমসি ইবেম্মদি থংদমায়ে, মৈতৈংনা ঐগী কোন্নুংদি লাংথবান্দা ওইরগদবনি ভাকপদগী হোংলকুনা মচা সুংশিবা শ্যামজাইগা থানবা লৈহনা লৈমিন্নরিদো । মচা ইকুংঙোবুদি নোংমত্তা কৌহুনা লৈমিন্নদ্রবনি অদুগা মরম ১ গশু লৈরিদে মচা ইবুংঙো অনন্দশাই হায়বা অশিমগা মৈতৈংগী মচা পুম্বগী মন্নুংদা চেকশিন্না থম্বা মচানিদো । মসিনা মরু ওইবা মচা ইবুংঙো অনন্দশাইগা লৈবাক অসিগী মথৌনা কয়া লান্দা হৈবা নিংথৌ ওখন চেকশা চক্রপানিগশু অমত্তা ওইনা থানবা লৈত্তনা লৈরিদো, শ্যামজাইগা অনন্দশাইগা অনি অসিবা সুংশিনবশু কয় হায়নি, শ্যামজাইনা থুরাই চিংদোন পোজগী মোইরাংখোমদা হোংহুনা লৈরেদো. অনন্দশাইনা খোইয়ুমচীং থরো লোকমাংদা ইংথোল চাওনা শেমহুনা মনাওশিংগা থুংলিংহুনা লৈরেদো,' হৌজিক-মক লৈবাক অসি কোন্নুং (৩) থোকপগুম্না লৈরিবা অশিনি রাথন থরা তৌখিনবা তাকই । কবিগী রাদগী ইবেম্মা, গোপতি লাংথবান্দা লাকুনা নিংথৌগা শ্যামজাইগা লৈমিন্নরিউদা হঙংলৈ "মৈতৈংনা স্না কোন্নুংশু লাংথবান অসিনা মপুং ওইনা অতম অথৌ পুম্বশু লোইনা কানঃগ্রে মসিবু ইচা ইবুংঙো অহুন শ্যামজাইগী কোন্নুং অমনি হায়বা লৈবাক্তা ভাংনবসিবু অচুম্বরা" ? রা অসি তাবদা নিংথৌ তাংজ লুক্না ভাইহাক লৈ । মতুদা শ্যামজাইনা হায়, "ইমা নচাদি নিংথৌ থুবম লেপচরোই, ইকুঙো পাঙংবনা অরেম্মনি পাবুং স্না থোগন পামজবগী স্না নাত্তা লৈবনি পাবুংবু অহন ওইরে স্না পুক্রিং থুংলকবা লাক্লগা পুক্রিং সুংশিখিদ্রা রাথজহুনা নচানা মফম থুদিং থোগজ্রবনি নচাগী মরমদা চিংনবা রাথন তৌখিন্ন" হায়না রাশকই । নিংথৌনা হায়, লৈমরেন লাংথবান. কোন্নুংসিগু স্নাহন মনাপ্পা শাইবাংজিংশাই ইচাগী ভাক্তনি চিংবগনু ঐনা কংলা থাদোকপদি ইচাগী মনিং তম্না পাজনবা থাদোকপনি ইচানা পাম্বা ঐনা থৌপুগনি । রা অসি তাবদা মচা ইবুংঙো অনন্দশাই নিংথৌ, লৈমরেন, মহাপুংবু পূরকম্নলা তম্পাক য়ুমদা তনগুমহুনা কুমথি, "ইমা ১ দি পাবুঙ্গী নিংমম থুংনবা" হায়তুনা সুমিৎ অহুনগী স্না থোগন লাক্ত্রে । ইবেম্মা লাংথবান্দা থোগন্দুনা সুমিৎ ৫ নি লৈরম্মগী কংলাদা লাওুন্না কবিগীঃ মকমদা তমহুনা মরম পুম্বা তুঙ্গী থরুহুন লৈখি ।

লাংবচকী ৪৮৪০ নোংদালাই ১৭৩২ শাঃ ১৬৬১ চৈথাবা লাংপোকলাকপম মুরারিগী কুমদা তেখাওদগী ভাবানন্দা, দমুদর, রামচান্দ্র মথোয় অহুম লাংথবান্দা লাকুনা মচা ইবুংঙোশিংবু ল ইরিক তম্বীহন্দুনা নিংথৌনশু লুনা তৌবিংনা লৈ । মথোয় (৩) অসি তর্ক শাস্ত্রগী মরমদা থংহৈবা ওইনা তৌহুনা শ্রীভাশকর শর্ম্মা, শুপ্রানন্দ শর্ম্ম অনিবু লাইরিক লাইশুগী মরমদা ভাংন-শক্নবদা কয়া থৌওইদবগুম তৌই । মথোয় মতাসি অশুম ভাংনরম্মগী চায়না থংজরহুনা নিংথৌগী অফম য়ৌনরে

মহুদা মহন্ত, মিশ্র ঠাকুর তাবোই অমিশু বিচার ওমজে মানা মানা খংবা পুথোক্লদুনা ঙাংনবগী অরোইবা লৈখিদ্রে। মহুদা নিংথৌনা হায়, "ব্রহ্মনশিংনা য়েৎনবসি তোকপীরো মসিদা ঐনা মরম অমতং হায়জনিংঙি। ঐনা হায়জবা অসিদা খহনবিবা ওন্নবদি নিংথৌ ঐগী পুরহিট ওইগনি"। তেখাও বামোন (৩) না হায়, মা মাথং তাকপীনি। ঐনা পামজবদি বিষ্ণুগী মশক ওইরবা ভাগবট বেদ অসিবু রাহম্বোক পীদুনা তাহনবা বাপু অদুদা ঐগী পুরহিট ওইজরগে। মা য়াথং তাবদা বামোন অহন অদুনা ভাগবোট তৌনি হায়দুনা হৌরবী লাংদুনা তাবিনবা পুম্নমক পাটচন্তুনা অয়াম্বা থুংলরে। মতম অসিদা লোরেম্ব, থেঙ্গ্যা ২ বু ভাগবোটপু নিংথৌনা তাগদৌরি অদুনা ২ শু লাক্নুনা মফম অদুগী লৈত্তেং ওইনা লৈরে। নিংথৌনা লেংথোরকপদা মরু ২ বু উবদা পুকম্মগা হায় ভাগবোট তৌবিনবা কনানো লেংখোকপিরক্লো ঙসি মরু ২ শু য়াওবিরে তর্ক তৌনবা বেদগী মরম নৈনবগু খুদোং চারনি মরু ২ না ঐবু থাদোকপিখিবদুদা হংনকম লৈখিদবনি ঐনা খংবা মতাং লাক্লবগু তাকপীনবা লৈজরে ভাগবোটকী অর্থ তৌরকপসি মরুনা খরা মুন্না তাবিদুনা মগুগী অমমবু শেংদোকপিয় ঙসি অহৌবা অসিবু কনানা হায়া তৌবিগদবা তৌবিরো। মা য়াথং তাবদা বাপু (৫) অসি মশক য়েংনদুনা লৈরে চংবা ওমখিজে। মরু ২ বা ঙাংদে। মতুদা তেখাও বাপু অনৌবা (৩) না হায়, মহারাজ ভাগবোটকী অর্থবু ননাই ঐখোয়না তৌজবা ইতিক নত্তে পুজা যজ্ঞ পামজদুনা তৌজবনি গুরু বর্গ পুম্নমক মন্দিরগী লৈত্তেং ওইদুনা লৈরগা ননাই ঐখোয় ইতিক নত্তে। রা অসি তাবদা মরু ২ না হায়, মৈতৈ নিংথৌ রায়েন শাকবা ঐখোয় লাক্নুনা মা পুক্নিং ক্লাইরবাদো রারোম্ন নিংবা থুংনবা ভাগবোট তাবিনি ঐখোয় ২ হল্লগে, মুংশিদা কংলৈ পুংমাইয়োন কুরুম লৈবাক মনিকপুবা কংলা মা কোম্নংবু মথক মথা ওনখিদুনা লাংখবান্দা কোম্নং শেম্মরেদে। মফম অসি অহৌবা খুবম ১ দি ওইদৌরি। মরু মচা অদুবু মমিৎ তাংবনা মিংশেল য়েংদুনা উদি উদনা নিংঙক নিংঙকপা হায়বগুম্না খোক্ল-দৌরি ১ দি ঙসি হৌখ্রেদো ১ তা মতাইরে হায়নদুনা মরু ২ বু লাংখবান্দগী হনখরে। নিংথৌনা হায়, বাপু নখোয়দি ঐগী নাক্তা অদুক লৈখিমুশি ভাগবোট ওমদবা বাপুনা ঐগী কুলচার্য্য ওইবা য়ারোই হায়রগা শগাইদা লেংশিন্দুবা মা পুক্নিং রানা লৈখি। তেখাও বামোন (৩) দুগু ভাগবোটকী অর্থ তম্বা চংখি মা কোম্নংদগী ভাশকর থোক্তি থোরক্লগা লৈবাক অসিবু থাদোক্নুনা চংপা ওমদনা মহাক্লা থম্লি। লৈবাক অসিদা হৌখিবা লৈরিবা গুরুশিং অসিবু লম ১ দা চন্তুনা বেদ শাস্ত্রা তমখি হায়বা তাবগু লৈত্তে অদুবু বেদ পুম্নমকী লম্বীদি হেক্তা খংঙি গুরুশিংগী মমাংদা বেদগী মরমদা ঙাংনা হায়নরুরগা মতুদি বেদ অদুনি লাতম অদুক শুবদা, অধ্যায় অদুদা, অদু হায়না তাক্লিবদো মুন্না থিজিল্লু তাকপীনবা হেক্তা মওই অদুনদি ভাগবোট লম্বা চংপা হৌন্দে গুরু ২ গী মফমদা চংদুনা অর্থ তমগে খন্দুনা গুরু ২ গী তুংইন্দুনা লাক্লে।

মরু ২ না লাইনিংপুং হৈক্রু মখোং হেক থুংখগা ভাশকরগু থুংলতুনা 'গুরু ননাই ভাশকর ভক্তি কৎচরি' হেক থুকখি। লৌরেম্বনা ভাশকর করিগো নংবু লাংথবাদা স্না থৌগল তৌহৌবদাই ? মনাই ঐ স্না নাক্ত। লৈজরম্মি গুরুনা লেংখিবা অতুদা মনাইগু থৌগলজনিংহুনা ভুংথ-মাংথ অতুম লাকচরবনি। ভাশকর নংবু করি হায়নিংবা লৈবগে হায়যুনে ? গুরুগী খৌজ নদগী মনাই ভাশকরবু ভাগবোটকী অর্থ তৌহুনা পাঠ তৌজনা ওমজগে। নুংশিদা ভাশকর নংদি লৈবাক অসিগী ভাসপতি ওইহুনা নিংখৌগী পুরহিতগু ওইয়ু অতুগা মরু মচাপ ঐথোয় ২ সি মতম অমতা ভাইহুনা লৈবনি ভাগবোটকী অথ ওন্দদ। মতমদ মাংহুনা তোক্রম্মি। মংদি পিব • বু নডান মরাক শামদনা লুখোই হচাগা। লৈমিন্নগদবা নহাক্কি পুন্সিগী মতম মাংহন্নকু খোংপোক লৈহৌ চীংদা চৎলু থলোং চীংদেমপোক্কী লোংচুপ হায়ম পাংবদা কোংশাবা চীংশা নাপোম ২ লৈবনি। নাপোম ২ গী মরক্ত খোইয়ুম লাইনিংবা ইভৌববু লৈবনি মাবু নিংহুনা ভগবোটকী অর্থ তম্বীম্ম হায়জৌ নংবু তম্বীনবা খুদক্তা খংজবা ওম্মবা মরম্মু শোক্টদনা তাকপীহুন মরম পুন্না নংনা খংডব ওমগনি অতুগা খোইয়ুম ইভৌববু নিংবদি ময়েক রাহৈ অসিনা নিংগনি। মরুগী নোংদমদগী নোংপোক লৈহৌ চীংদা লাক্তুনা ভাশকর শর্মা ইভৌববু নিংবা হৌরে।

লাংবচক্কী ৪৮৪২ নোংদালাই ১৭৩৪ শা: ১৬৬৩ চৈথাবা ২৫৮ শুবা লাংশেঙ্গী কুমশদা খোইয়ুম ইভৌববু কংহুনা শিখিক। হায়না মিংতুন্দুনা থুংলৌ ১ গা পিহুনা হায়, "ভাশকর মফম অসিদগী খা পাংনা চৎলু কাইনা কোবা চীংশাং ১ লৈবনি মহুদা কোংশাখ চীং ১ লৈরমগনি মফম অতুদা চংনবা পো ১ নোংপোকলোমদ, লৈবনি। থোং অতুদ নমাই নোংচুপ পাংনা চংঙৌ কোংশাবা চীংহুগী ময়াইদা চীংঙুম ১ লৈবনি মফম অতু বেদ মাতা স্বরস্পাতিগী মফম্মি মফম অতুদা বেদ মাতাবু রাহৈ অসিনা নিংজৌ: "হ্রীং হরিং মি মি তাংহার। মিক্রাং ক্রাং কম্মি থুক থুক অঙ্গো অনঙ্গো তনঙ্গো তন তনং তনিক তনিক অঙ্গচা অঙ্গ স্বহা ওম ক্লীং শ্রীং ক্ষ্রীং ত্রীং ধন্সীং ক্লীং গ্রীং" ময়েক অসি ঈশিংদা শোন্দুনা থক্লগ মফম অতুদ। ফমহুনা নিংজৌ ওমবাগ দেবী ভারতি বেদ বেদাঙ্গ বেদান্ত হ্রীং হ্রীং ত্রৈং ঐং ত্রৈং হ্রীং হ্রীং হ্রীং ঝীং ধীর ধীর হ্রীং ক্ষীং শীং হ্রীং ঐঁ সরস্বতৈ হারন। নিংজৌ নংনা নিংব; কংজকরো হায়রম্মগা মাংম্রে।

মফম অতুদগী লাক্তুনা কাইনা চীংদা লাক্লগা চীং নাপোম ২ না কেংশানা কোইশিল্লগা চংনথ লপ্পী নোংপোক ওন্না ফাংপ নোংচুপ পাংনা চংলগা ময়াইদ নোংপোক ওনবা চীংহুম ১ লৈ হায়বা মফম অতুদা লাক্তুনা ভাশকর বেদ মাতাবু নিংবা হৌরে। লাংবচক্কী ৪৮৪৩ নোংদালাই ১৭৩৫ শা: ১৬৬৪ চৈথাবা ২৫৯ শুবা তুগ্ন, কিয়াম্বগী কুমদা মরম পুম্না কায়দবা নি লক্লে। লাংবচক্কী ৪০৮৪ নোংদালাই ১৭৩৬ শা: ১৬৬৫ চৈথাবা ২৬০ শুবা তাইরাংবা মুংয়াংগম্বী কুমদা লাইহরিক লৈমনা ভাশকর মতম অসিদা নঙ্গা থ্রগা উনহুনা বেদ তম্বীবা মতম মত্রে হল্লো নংনা নোংমী

মৈতৈঙু স্না পুক্নিং অশুম রাথরপ্বদগী সুংঙাইরক্রুহুনা স্না খোংনেংশা কারু খোংদাংবু তোংহুনা মরুগী লাইনিংপুং বৈক্রুমখোং তান্না লেংলক্তুনা মরুবু পুকম লৈপায়রে। মরুবু পুরুমজগে লাকচরি। হিঃ করিনো মীত্তিম নিংখো ভাকওম্বা নয়াথং অদুদি ^ বিষ্ণু ভাগখান্দা হায়বিগদবা য়াখংনি, মদু হৌনদে। মক রারৌবিসু মরুনা পামহৈববু অমুক্তদি পোকপিরমখো পামহৈবনা লংজখিবা ভাক্তনি"। "করিনো স্না য়াথং তাকপীয় ননাইবু খোগন করি তৌজো হায়বনো?" মক মরম পুম্বা হজংচগে লাংথবান্দা অমুকতং লেংঙশি" অদুবু স্না খোংলেংলক্রুবশু স্ন য়াথং তাকপীরক্লগা লাকদবা লৈবদা তৌওম্নকইবা অশিবু তুদা করি ওইগদগে। মরম পুম্বা থংজরে মক লেংঙসি হায়তুনা মক লৌরেম্ববু স্না কোনুং লাংগবান য়োমা পুরক্লে। মতুদা মৈতৈঙুনা মরম পুম্বা মরুগী মকমদা নিংশিংবদা মকমা হায়, পুয় অদুদি ওগা শাগোম্নংখ্রে উবা ফংলরোই সুমিং অদুদা পুয়াবু থমোই লুবাক মনুংদা চন্দুনা থমগ্রবনি অদুবু মশক মঙান শামদবা মহাক্তনা মহাক ওইবা পুয়াবু থমওম্নবা মরম্বু ননাইনা খোপুজবা ওইরগে অদুদা মফম অসিবু? থংজরে মক স্না কোনুং কংলাদা লেংথংলশি শংলেন ফম্বালাংদা হায়তুনা কংলাদা শাস্তদাশনচিংবা লোইনা লাক্তুনা মরু শংলেন্দা চংহুনা ফম্বাল লাংলে। মতুদা মৈতৈঙু মরু মচাদি য়াওদেনা অশাইমখৈ থৌরাং-লিবা অশিদে। রা তাবদা মৈতৈঙুনা থংজরে মক ঐ অদুক পুকর লৈপাইজকগে। ভাই-বিখো করিগী স্না খোংলেংগদবনো ঐ ননাইশিংবু কৌহনলুখিগে। হায়রিভৈদা মরুনা পুয়া লিদোরি ভাহুনা পণ্ডিট ৭ পুয়া ভাগদবগী শংলেন্দা মথং মথং চংলক্লে। মকুন হায়, লুখোই মরু মচাবু অদুক নীংশিংলু মৈতৈঙুগী স্ন খোগনবু লোরেম্বমা শংলেন্দা কমতুনা মরুবু ভাইতুনা লৈহৌরে হ য়রু মকগী য়াথং পুত্থনা পণ্ডিট লুখোইনা মরুগী শঙ্গাই ন দ ইরোং অহুম ফাংবদা লাক্তুনা মরুবু কৌতুনা শংলেন্দা থুংলবে। মক থেঙ্গাবু স্ন খোগন কৌখিবা ভাকপিনখা করিবু লৈবনো? মরু মচা শাস্তদাশ অসি মশাদা লাইথুং অনি ফংলে মাগী লাইথুংবু কোকচনবা মীতিং খাঙ্গাক লৈশেম্লোন, মৈতৈ মৈহৌরোল, চংলম লুত্তিম পিবা নাওদা, য়ুমথাই যুমদবা লাইরকচন পুয়াবু ভাজগে হায়বগী মরু মচাগী মফমদা হায়বিযু হায়বগী ঐবু শংলেন্দা কৌতুনা রাখংলে অদু ঙ্গী দমক্তা মরুবু ঐনা কৌজবনি বাপু অসিগী অরাবশি ঐবু য়েংঙমদরে মরম অসিবু খোঙম্নবা মক মচানা খোশিনবিযু। থংজরে মরু মরম পুম্বা থেঙ্গা মতিক মঙম চাদবদা নোংদম্বীবা নম্নাথং অদুবু তাকওম্বা মরুগী য়াখংদি কোরৌ নোংদস্নু কাফদে মালেম লৈদস্নু তাফদখনিনা থেঙ্গানা ফিগাওদা হাপ্লবা লুরাই কোইবেন্দা খোংনা পুনা খোরাংজরি। লাংখচকী ৪৮৪৬ নোংদালাই ১৭৩৮ শাঃ ১৬৬৭ চৈথাখ ২৬২ শুবা মসম মাইচৌগী কুমদা লোয়েম্বনা মাইগে ভাকপা লাই ৪ বু থুকম্মি :

ঔরাং খুৎহোকপা ভমএ খিংজেন লম্না নোংতোরেংপা তিংলুংয়েমবা ঔরাং কৌবা অশুবা নোংদম মক্ত থারবা চানি মপান লিংলবা কৌক্র অচিবা ।

নোংপোক ঙাকপা মীতেংয়েঙপা সং লপাহ্বা ।

মথা ঙাকপা য়াও ঙোং হাং হুঁও ওঃহং কপ, অং রং ভকুপ তরেংবা খানা চাপ্সবা য়াং-পুন্নেন ।

নোংচুপ ঙাকপা কিং খিং কিংনাইবা শরাং নোংফুরেন । খোয়রুম ৪ বু ভাইতম্বা লোইছুনা নোংদম মপা মপুন্নেন টং লৌ য়াউবিরেন শিদবা উং লৈহিংকা-লৈফা ও-এ অতিংকোক শিনবা । স্না মুহেলু নোংস্না মনিক খোম্বী লৈশিন্নেন লৈপুনবী । ওম হে মৈচিক স্না মুংতুরিকপা লাইনিংথৌ অশিবা । ও লৈ নোংখাং তরেংবা চাঙ্তং স্না কোজহ.খোকপা । নোংদম্বা খুম্হোকপা লৈশেম য়াগোকপা লৈবাক নিংথৌ অপাম্ববু লৈশায়ছুনা মৈতৈ পূয়া খুম্হোক লৈশেম্বা হরিচক্রী লাইগী চৎলম্বু লিয়ক্লে । মরু থেঙ্নানা কোলোম পায়ছুনা পামেন উকু চেদা থারে । হৈয়া চক্রী ঙাইয়ং লাইগী চৎলম লুতিনবু মথং শিংনা লিছুনা য়েক্লে । খুনচক্রী লৈবাক ঈথম চিথোকপা, হৌখিবা অরিবা লুক্তিনগ। মতমগী চৎলমগী লুতিন ওকনা পানওম্ববু লিঙমছুনা ইওয়ে । লা যচকী চৎলম লুতিম চক (৫) হৌখিবগী চৎলম্বু লৌছুনা মশা অপাম চৎলম্বা লুতিন ওইববু লিচুনা ঙাহয়রুবদা শাস্তদাশ মঙুং অচৌবা চৎবা লাইনা কোক্লে । অতৌবা লাইথুং মরিক ১ তং লৈহৌ-ছুনা মরুনা লুখোইবু শাস্তদাশবু পূতুনা ইয়েন তোইবী লৈমা লাইশেং খোংদা পুতুনা ইক মাইতা-হলুবদা শাস্তদাশ মশাগী লইথুং লাইনা পুম্বা কোকচংলা মরু ২ বু পুরুম্বা লৈওয়ে । লৌরেম্বনা হায়, মৈতৈগু পুয়া ইবা লোইরে, পুয়া অসি শংলেন্দা থমছুনা নোংদম্না থম্লপা মখুংথাক্ত। শিন্ন-ছুনা থমহৌরো কংলে পুংমাইয়োন কুকম লৈবাক মনিকপুবা মৈতৈ স্না লৈময়োনগী খুমুং পুয়া অথ.ম্বা পুয়া অসিন্না। থৈরবনি শা দাশগী মপূক মরিন চুম্নবা মাবু খংনবা লাইয়োন মীয়োম্বা পুয়া চক (৫)গী ওইজমক্লিবা লাংবচক অশিগী স্না হাজক ওইখ্রিবা কাওবা ঐনা মিংশিংজছুনা নোংদম্বা মপুগী থৌদাবু পুজনা হ'য়জছুনা মরুম্না কোন্লোম তাংরবা অশিনি মতুংদি নিংথৌনা পাম্বা য়েংছুনা থৌপুনবা তৌবিনি মতুঙ্গী থোক্ল ওইরপনবনি য়াটৈ থরগা চায়রমগে ।

"কে কেক্র. মোইরাং কেক্র., নচানম্বা শঙাই মম্বা, য়োংকি পোংলোই লাইগী শমক্তেং লুবাক মথুম নাইদে, তমং কুশা ময়োন থোক্তে কৈথেম্বগী উকুনা কু-কু-কু খোংলনি । গুংদাই ৯ লিফাইনে ইতাখোই খোইনৌখোক্ত শগোল চেনশি লাজেনশি স্না পোংগী চঙপ মানবী চঙপ চগায় । ঔরাং লাম্লুম্বা চিংথৈ হুনবনা থাংজৈ মারহমবা থোঙরছুনা অনৌববু অরিবনা নৌনমছুনা অরিবনা কংলা মোংবী মম্মামম্মাইদা নৌনা উথুং চন্দুমা

অনৌববু অয়িবনা নৌমমতুনা নৌনা খুন্থোক খুনশেম্লগনি 'গ' ও মফম্লাংদা হুনজমখি 'খি' না ময়াই খুন্থোক্লুনা মশক নশক খংননা হুন্লাট মিয়াম্বা থোকঙম্ববু হুনঙম্লে ময়ুম ময়ুম খিঙম্না হায় হুম্না ইংনা পাল্লগনি । অসি মতুং কুমজা লাকয়েন থাবদি লুখোই নংনা থাঙম্মু নংদি থরঙ লৈবনি" হায়না মরুগী পাউরো লোইতুনা পুযা ১২ গী পুকোক খুন্থোক লৈশেম্বা পুয়াবু নিংথোগী মফমদা শিম্লরে । খুদক অতুদা নিংথোনা লুখোইবু মরু ২ গী মমাংদা লুখোইবু শংলেন মপু নৌনা অমুক হাপ্তুনা চংলম লুক্তিন লাইরকচন, লাংঙন লাংদাই কাইবিরোন, পিবা নাওদা তঙ্গপা পুয়াবু লুখোইদা শিম্লতুনা কুম অসিদগী পুয়া শংলেন থম্বা, পুয়াগী চংলম লুক্তিন য়েংবা অমুক হৌখি ।

পাউজেল পাউনাক থরদং ইগে হৌখিবদি ইররোই ।

মরু ২ না "মহন্ত মরম অসিগীদমক্তা ঙাইতুনা লৈবনি মৈতৈ চংলম লুক্তিন লাইরকচনবু মশক মচু খংদনা মাংখ্রনি হায়বগী হৌজিক্তি নপুক নরিন তুজুংনা মৈতৈ মশকপু খংজরে ঙসিদগী হৌনা । পুযা শংলেন ১ শেমতুনা মরু নোংদম শংলেন কৌববু থমতুনা ( পণ্ডিট লোইশং ) কৌনা মীপোন ইরোন মিংতুন্দুন মাংদনবা থমহৌরো পুয়া পৌরা খুন্নুং পাওরা অথুপ্পবু ম'না মৈথাতুনা মাংজনখিবনা নপুক শেংলবা মতমদা মাংকদবা পুয়া মৈতৈ য়ুম ৭ কী মশক মচুবু মথংলেংনা শমথনবগীদমক্তা ঙাইতুনা লৈবনি হৌজিক্তি এখোয়গী মতম লোম্লে । নখোয়গী মতম্না য়ুমথোং খুদিং পুনশ্রদবনি মরম অসি খংনা খংনা নখোইগী লিপুন্না চেংখিতুনা মপা মচু খংদবা মমা মশক নাইদনা চংলম লুক্তিন ওইখ্রনি হায়তুনা অতুক লৈরম্বনি মরম পুম্বা খিক্তিম্না মতুং য়াইকা লম্বীবু মহন্তা ন'না শেমজহৌরো হায়না শিম্লরম্মগা মরু অনিবু হন থবা অতুদা মখোয় ৭ না মরুবু থ্রপ্লগে নিংলে মরম থরদং মতুং রাবু হংহৌশি হায়তুনা মরুগী হৈনা তুং ইল্লতুনা মরুগী লাই-নিংপুংদা পুরুমলৈ । মচা পুম্বগী মফমদা মরুনা তুজী পাউমেনবু তাকপিতুনা লাংঙন পুম্বা মথং শিংনা তাকুনা খংহল্লি, মতুং অতুদা মচা পুম্বা হন্নখ্রে লুখোইদা হন্দনা মরুগী নাক্তা ফমতুনা অতুম লৈ মতুদা মরুনা হায়, লুখোই নং অসিবু নপুক লুবাক মনুংদা থমজবগী পেনবা লৈতেদা । মরু মচা নচা লুখোই হায়বসে নং এগী লৈবা খিবিক্তো লুবাক মথুম হাংতুনা থমহৌগে মাথঙবা নচানি, এনা তাকখিবখি নচা ৭ তা তাকপনি পোংলিহৌবদি লুখোই নচা মথংনি কমদৌসিবা মাগী মপুক লুবাকসে পাউদাক করিবু হাল্লগা ম'গী লুবাক মথুম নাইদববু খুমখিগবা, মরু মচা নচাদ, মতুং পাউদাক অমতং অতুক হায়জম্বীবা ওইবিথো । মরু মচা থেঙ্গ্রানা হায়, লুখোই নংদো লৈবখিবিক তক্লা নবুক লুবাক মনুংদা থমহৌরগে হায়রবোইদো চহী ২১৬ তগী হৌনা ওইগদবা মশক্তো হায়গে তাঙমজো লৈরোন নোংলোন ৯ দগী অয়েং লাইবু লাক্তনবা মাইগে ঙংদাই ৮ দা চিংবা পরোন ৯ শানা লৈঙাক লৈথিংলাই লৈথম্লিববু তিনখোং লাইখোং থিদনা

লৈহাং লৈফুকনুবদগী লৈরোক পুম্ব সুজিং ৯ মি অদা লৈথম ভাহুনা মিংম্না ইমা চেম্না লৈফুং থৌরাং ওইরমি "ঔরাং চাওগোন ইয়েন্দা লৈথমদা লাইমিং কোলোই লাইমিং লাইশক মঙানর লাতুনা খুনগংলহুনা (ক, স, ক) গী মতম লোইহুনা কংলা ম্নাংবি লেপ্পনি, অনৌবা তাক্রে অরিবা থুল- লেপ্পনি। মমুং অহুদা ম্নাহৌ ম্নারোই লাংদাই পুংদা মশা ৭ না লুচিংহুনা মঙ ২ দঃ পাউহ্‌ংলবা ভুমিত্তা নংগু ঐগু লৈবাক তাম্বেং ময়ুং পাক্লা শাংনা তানফংনবা থৌশিন থোপু ম্নাওম্নমি মশিন্নী মতুংদি অমুক থোক-ম্নবদা লাংওনগু লাংদাইগু পাউজেনশি"। থুদক অহুদা পণ্ডিট ম,থায় ৬ গু লুখোই হল্লকপা উদবহুদা অমুক হল্লকুনা মরু ২ বু পুরুম্মি। মহুদা লৌরেম্বনা হায়, ইচাশা নখোয়গু অমুক হল্লকই, লাও নখোয়বু হয়ফম নয়ুম থংলত্রা ? মরু নমাই ঐখোয় থংজত্রি। তাও ইপা গুসি হায়রমগে :

১ ) পোংহিমাইবা নংনা থুপকদবদি নম্বোল লৈবি মখোংদা হনগুম্মু।

২ ) থেমা নংদি লাংথবান তেরা অঙৌবদা হনগুম্মু।

৩ ) চিংগোং নংদি হিয়াংথাং উকোম হৈক্রেং মখোংদা হনগুম্মু।

৪ ) তোম্বা নংদি তেরা কৈথেল তেরা অঙৌবা মখোংদা হনগুম্মু।

৫ ) কন্দিবা নংনা মাক্লং লৈবি মখোংদা হনগুম্মু।

৬ ) ম্নাংমু নংদি লাইকোয়ুগী উয়ুং অঙোম্বীদা লৈগুম্মু।

৭ ) শংলেন মপু লুখোই নংদি লাজোন হৈরিবু শংনা লৈরকও।

অদা লৈবিং লৈতাকপদি লৈবাক অসিগী চুকলেন ৮, মাইগৈ ৪ লৈ ম্বা কুং অমা থম্বনে লৈকম ৯ অসিদা লৈতাক লৈথিংনা লৈবাক লৈকল্লবদি অর লৈকনবনি। মহুদা লুখোইনা হাই, ময়াথং থৌয়ম থৌপুজগনি। থংঙে লুখোই মঙী নবুক লুবাক্কো ঐখোয় ২ দি নোংলেন লৈহৌপুংদা হনগুমহুনা থলোংং লোংচুপ কোংশাবদা লাইমিং পরৈ থাগনি থুপ্লফম্বু ওই মগে হন্নফম্না শম্নাং নাদা তুরৈদা ঐগী হম্না থোক্কফম্নি, নাদতুরৈ অহুম ফাংবনা মরু মচা নপাগী হম্না থোক্কফম্নি, অমনা অনিনি, ২ মা ১ মি ২ নগু ৩ নি উনবদি ম্নাহৌ ম্নারোই লাংদাইপুংদা নখোয় পুম্বা উন্.না থৌপুনবা তৌগুম্মু মতমদি চঙ্গ্না শৈহৌনি।

"উচি চি চি থরুং মপান থৌশাবা কম্বা লাকয়েন ফ্রং। কে ক্রেক কে মো মো য়াঙোই শাম্ব। শ্যাও শ্যাও, তোকপগা কম্বগা, কৈগা য়েনগা চাইনবা কৈয়েন ফণ্ডে চাশল্লো লাইগী য়েম্নি শোকফদে নোংদম মউ চারি মপান থাবনে য়াঙৈশম্বা শ্যাও শ্যাও, হা ইপু মেক্রোকপা নংনা য়াঙে ম্নাংঙ্‌বা অনৌবা শোইদোক্লো অরিবনা শোইজিল্লে। পাগুগী থরোগা ইংথোন্দগী ম্নাগা চীংম্না পামেন অমুলহৈ শঙ্গেলনহানা চাজবা হৈ লোইজিন্না লোইজিয়া হৌ হৌ হামী মীয়ো য়ো কাংথং তাম্নো য়ো য়ে।"।

মতাং অসিদা লৈকা লৈপুন ওইরগে অমগা হাইগে. "অঙোম কবি শেখরনা পুরা মৈ খাখিবা উবদা মাগী নিংখিবা লমনবু শিঙ্গে হায়দুনা লোনম লৌশেন্বা ( ইরেংপুরারি ) অমা থমখ্রে, পৌরা অদুবু য়েংফ হায়কদবনি মদু নখোয়না লৈরিবা মথৈদি পৌডাকউকো" হায়না পাউদাক্লুগা হন্নখি ।

লাংবচক্কী ৪৮৪৭ নোংদালাই ১৭:৯ শা: ১৬৬৮ চৈথাবা ভাইরাংবম মুয়াঙ্গী কুমদা লৈমরেল গোমতী, ঘনশ্যাম, অংোম কবি মখোয় অহুম্বা মু'দা রাতাম্নদুনা মচা ইবুংঙো শামৈরাংজিৎ শাইবু তাঙন খংহন্দনা মুংদা চিঠি অমা ইদুনা নিংথৌগী মফমদা পিবৈ। চিঠিগী মরোন্দা "পঞ্চযুক্তেশ্বর প্যাবুঙ্গী চোরোম্দা ম্না শঙ্গাই লাংথবানবু নচানা নিজবা ওইজগে" হায়বা মরোন্দগী পামহৈবা রাশক্কি মথা পোম্না লাংথবান কোমুংবু থাদোক্তুনা কোম্বাদা শঙ্গাই অনৌবা অমা শাদুনা হোংদুনা লৈ কুম অসিদা পুখ্রি অমা তৌদুনা বিষ্ণুদা কংলগা কোম্বা মাইগৈগী ঈশিং তাংভবা মতমদা তেংবাংনবা থৌরাংভি পুখ্রি অদু লোইশিন্দনা লৈমুংদগী ঈশিং পোক্তুনা মদুগী মরম খন্নরিঙৈদা চিঠি অম' থুংলরে। "প'বুংনা ম্না শঙ্গাই কোম্বাদা ওইবসে কংলাগা নক্রবশিদা নচাগী চিংনবা লমদম ওইবনা লম অসিবু থাংোকপীবা নচানা নিজরি"। চিঠিগী র' ভাবদা মচাগী নিংবা থুংজনবা রাখন্দুনা পুখ্রি অদুবু হোংভমদুনা পুখ্রি মমিংবু লৈথারোন ইখোং লাংদাইবা পুখ্রি = জয় পতাল শাগোর" হায়না মিংহন্দুনা থনম্মে ।

মফম অসিদগী রাংজিংদা অমুক হোংভক্তুনা শঙ্গাই অমা শাদুনা লৈ। অমুকশু লৈমরেল, শ্যাম, কবি (৩) না রাতাম্নদুনা লাইরিক পিরকই । মরোন অদু ভাবদা মচা মনাই কনাবু তাহনবা লৈতনা রাংজিং থাদোক্তুনা ককচিংদা হোংদুনা লৈ । কুম অসিদা শঙ্গাই অহুম্ব হোংদুনা মচাগী নিংবা থুংনবনি হায়দুনা লৈরকপশিবু মীনা খংখি উখিনি হায়বগী পীরকপা লাইরিক খুদিংমক পাবা হেক লোইবগা মাংহল্লি। মতম অসিদা শমজাই থুরাইলাকপনা মোই- রাংখোম তাবনা লৌবা ইবেম্মা মচা ইবুংঙো য়াইমা কৃষ্ণচন্দ্রা পোক্লে ইতাদনা থুপখি । মতম অসিদা মরু লৌরেম্বা থেঙ্গা ২ না মরম পুম্বা লুখোইদা তাকপিদুনা থুপ্লফমদা থপশ্লে ।

লাংবচক্কী ৪৮৪৮ নোংদালাই ১৭৪০ শা: ১৬৬৯ চৈথাবা ২৬৪ শুবা কোনশবা মাইমুগী কুম অসিদা শমজাইনা খল্লি, "ওম্বোকপনি নিংথৌ ওইবগী রাথল হায়বসিদি অনিং অনিংবতা মতৌবা অঙাংগুম্বা হায়দু ওইরে চহী অমদবু মুমহোং অতুম্বক হোংভিদা মফম অমনা থা ৫ দা কানা লৈরমদবা অসিনদি লৈবাক রায়েন থৌবুবদা অকাইবা লাক্লনি । ম্না কংলা থাদোকপসি ফনশু কুইরে ঐবু ম্না নাক্তা পৌগন ওইনা পুক্লিং ফাজিনবা ওইনা কংলাদা লৈবা তাই । পাবুংনা কংলাদা লোংশিনখিদবা অসিবু য়াম্বুং শামৈরাংজিৎ শাইদা নিংথৌ থুবম শিন্নখিনগী

চংখিদবনি অহুনদি মপানা নিংথৌ ওইরম্মদবী মচা অহল্লা মপাগী মচুং শিল্লবদি মচা নিংথৌ মনাক্তা মপা নিংথৌ ওইরম্বা অহুবু লৈনবা হৌনদবা করিগুম্বা চংলম লৈত্রা স্না থৌগল্লা কমদৌ-রিবা ঐ চংতবা য়াদে" হায়হুনা ককচিংদা লাকুনা স্না থৌগন তৌহুনা লৈরে। চৈথাবা কোনশবা মাইমু নোংদালাই ১৭৪০ শা: ১৬৬৯ দা চিঠি ১ অমুক পিরকুনা মকম অহুবু থাদোকুনা চংনবগী পিরক্লে। মরোল অহু শমজাইনা থংলহুনা অচচা পাকুংন থাজা খুদিংগী য়ুম হোংবা তাসিদি য়াম্বুংনা কোইনা তানবনা ওইরে 'শমজাইবু পোকপা মপাবু অসিগুম্বা থৌপুহনবা, এনা য়েহুনা লৈবা' হায়না মপুক তাথিহুনা লাম হৌগদবগী থৌরাংলে। নিংথৌনা উব থংলহুনা হায় 'শমজাই করিনো মচিন মনাও চাইনবা হৌনদে নয়স্বুং শামৈরাংজিংনা ইপাবু তানবা নত্তে রাশকপু ঙাক্লা চংপরা য়েংবনি অগুম্বা থন্দুনা পংশাও শাঙবা চুমদে ইপা ইচানা দাশকনা হায়খিবা মরম্ব অমাবা থবু কিহুনা শাগৈগী অথোইবা নোংদালাইগী নাঙদা পুম্ববু লৈথা ত'না মাংহল্লশিরা। শমজাইগী মপাগী চংকদবদি হায়খিবা ময়াথঙ্গী মতু'ইম্না থৌওম্নবা থৌপুগদবনি মকম অসি খুদক অসিদা থাদোকনা চংপনা ইবুধৌ পুম্বগী লুতিঙ্গি ইপাদি নো'পোক খোংদাগ্রগে, অহুগা মহন্দুনা করি পৌরা লিহুনা ইচাদা তাহনথি, সুর্যবংশগী রাধু পোকপা দশরথনা চংলম করি চংলম্বা, মচা শ্রীরাম্না কনাগী রাশক লৌহুনা মীওই:পাকী নুংঙাই-কম ওইরিবা অযুধ্যা লৈবাকপু থাদোকুনা চংলুবা পৌরা অহু ইপাদা হায়য় শমজাই ইচান রামচন্দ্রগী পৌরাবু তাবদা ইপাদি য়াওহৌদ্রে" র। তাবদা শমজাই মরাই লুক্লা 'থংজরে স্ন। পুক্লি' থুনবা মফমদা লেংবিম্বু নচানা থৌগন ওইজগে মকম অসিদা ঙসিঙদি পনবিথে। নচা চে'য়োম চেংজেন থরদং লৌজকগে' হায়না ঙাংনহুনা শমজাই মোইরাংখোমদা লাক্লে। ইবেম্মা ইরাংলোন লোই-খোম্বী থা ৫ গী নাওদাবু শিয়োমনুংদা লৈচৌববু মবাই মোইরাং খেলেম্বগী মফমদা মচা ইবুংঙো গৌরশ্যামগা মদাইরেন লোইখোম্বীগা শিন্নুনা থনম্মগা চয়োম পুহনা স্না থৌগন্দুনা কবো লেংবদা থৌগল্লে। অঙ্গো চৌং লমশাক লাম্নকপদা নিংথৌ স্না হবচাং থরা শোক্লা নাহুনা উযুং মথোং য়াঙৌ চৌংখোংদা পন্দুনা লৈ। মতম অহুদা মপাবুংবু হাবা যাগদবা মশকপু হবদা মৈতৈ লৈবাক্তী পোংলম্বু হাগে হায়বগী মফম অহুদা মপাবুংবু ঙাইহাক পুঙ্গোই ১/২ দংবু লৈবিরম্ম. হায়না থনম্লগা মৈতৈ কংলা য়োনবা লাক্কুনা লাঙ্গোন্দগী হৈরি. ঙ রা-ঙাতিংগী ঙাকক, ফৌরেনগী চেংবু থিহুনা লৈরে। মতুং অহুদা রাংলেন মথাই ১ তং লৈবাক্তি ই-পাও তাগে হায়হুনা পন্দুনা ঙাইহাক লৈ। মতম অসিদা শামৈরাংজিং শাইনা মপাবুংবু কবোদা লেংশিনশ্রে হায়বা তাহুনা স্না পুক্লিং য়াম্না শাওনা কংলা মহুংবু ইলাং লাংই। কনাগী থুডিম্না অহন ওইরবা ইপাবু কবোদা পুরিবা, মকম থুডিং য়ুম হোং হোংহুন চংলিবা, অহুবু অহন ওইবক্লহুনা কোইনা লম য়েংনিংলহুনা চংগ্রা থরশি হৌজিক্তি লৈবাকপু থাদোকনা কবোয়োমদা চংগ্রে হায়বা অসি

কমদৌরিবা রাথল্লো, মা থৌগন কনাশু য়াওদবা 'কমদৌনা ইনাও শমজাইগী লোয়নননা লেংলিবনো, ইনাওশা নখোয় থ্বাইদি মরম অসি খক তাবা থংবা লৈহৌদবরা পাবুংনশু খক হায়বা তৌবিদরা''। মতুদা মনাও ইবুংঙোশিংনা হায়, ননাই ঐখোয়দা পাবুংনা হায়রিবা লৈতে তাদ খংজদবনা মা থৌগনবু ইজদবনি। ঐখোয় থ্বায়দদি হায়বিদবা ইনাও শমজাইদতদি তাক্কুবা মা থৌগন ইনখিবা ভাম্লাকপনিদা ঐখোয় অসিশু পাবুংনা পোকপিবা ভাক্কনিক্কো। খংতে ইনাওশা মখোয় ঐখোয়না পাবুংগী থৌগন চেকশিনবা য়াংপনা পাউদাকপিদবনি, মতুবু তৌথ্রব নিনা ভাংনরুবগী কায়ত্রে তৌত্রাম শাই, তোলেনতোন=শত্রুঘনশাই নচিন ননাওশিং খরগা লোইনতুনা পাবুজা, ইনাও শমজাইগী কৌরুদবা য়াদে করম্লো ইনাওশা নখোয় ঐখোয় লৈবা লৈবা ইপাবু কবো লৈবাক্তা লৈহনগদগে লমদম তাঁমথ্রবদি পাবুং য়াম্না বারনি''। ব তাবদা মনাও ইবুংঙো ২ মক চৎকনি হায়রতুনা থৌরাং তৌরে। ময়াম্বুং শমিরাংজিং শাইনা নিপা ২৫ পিতুনা মনাওপা লোয়নননা চংশ্রে। রারম অসি অঙোম কবিনা তারতুন হাওবম শাম্নগা লোয়নতুনা ইকেম গোপতীগী মফমদা লাক্কুনা রা তাগ্রে, "করম্লো ইবেম্মা নচা অহন্না তৌরিবা অসিদি মরম পুম্বা কায়বা তারে, ঐখোয়না নচা ইবুংঙো তাহন্দনা নুংদা লাইরিক পি পিতুনা নিংথৌবু লৈবাক অসিদা লৈতনবা থৌরাংবা অসি নচা ইবুংঙোনা থিরতুনা য়াম্না থুদোং চাদবা থোক্লরনি মনাও ২ পা নিপা ২৫ পা নিংথৌবু লৌবা চৎকনরে। মরম অসি নচা ইবুংঙোনা নিংথৌদা হৃদৌরি কনি মরমদগী কবোদা লেংলিবনো হায়না, ঐখোয়না মতুংদা তৌবা অতুদি নচাদি থবা তাবস্তু নত্তে কমদৌহৌশিংগে শমজাইগা নিংথৌগা লাক্কনবা থৌরাংহৌদ্রবদি থুদোং চাদবা তারে। ইবেম্মা গোপতীনা হায়, "পাণ্ডিট হৌজিক্তি মতম ওইরেনা লমদমশু তাম্লদনা তোলেনতোন শত্রুঘনশাইশু য়াওখি। চৎখিবা নিপা ২৫ তুশু স্নাহনগী মনাই ভাক্কনি মবুংঙোগী কমবা থৌরাংবদি মখোয়শু রাফম থোকইনা''। বাহৈ অসি তাবদা কবি শেখরনা মরম পুম্বা খংজদে থৌওম্নবা তৌজনি হায়তুনা লাইরিক ১ ইতুনা মোংজাম্বা তাংহৌদা পিতুনা শগোল তোংনা তম্থহনখে। মতুদা শমজাইনা থংখি মরম পুম্বশি অহুম অসিমা থৌরাংবনিদনা য়াম্নুঙ্গী থৌরাং নত্তে পাবুংনা খাম্বীরমত্রবদি মরান লৈতবা য়াম্বুঙ্গী মফমদা এগী লংজবা লম্বীবু থৌরাংলমগনিদা রাথন্দুনা পাউ অতু তারম্মগা কহে য়ৌরগে চল্লকপদা শগোল তোংতুনা লাইরিক পুরিবা অহুগা তোলেনতোন শত্রুঘনশাইগা নিংথৌগী মনাইশিঙ্গা উনতুনা নুঙ্গী বাবু ভাংনতুনা লাইরিক পিনবা মরমু লম্খাংদা শমজাইনা তাতুনা ভাইহাক পল্লম্মগা কবো য়ৌনবা লাকই। মতম অতুদা শান্তদাশশু পামহৈবশু কবোদা লেংশিনখে তাবদা উনজনিংতুনা কবোলোমদা চংলমতুনা লোক মপান্দা চানা থরুবা থৌরাংতুনা লৈবা থেনৈ। মতম অতুদা শমজাইদি মগী

শাইধা শাধোর্ক মতম লোইশিল্লক্ক্না উনহুনা ঙাংনরম্বা য়াদবনা পুরুষ লৈপাইনা তু'ওইননা থনম্মগা মপাবুং নাক্ত থুংঙহুনা 'পাবুং নচা লাকচরে হেক তাকই''। শমজাই নংদি ইপাবু কুইনা থাদোকইদা রাংলেন ২/৩ দনি হায়রগা। পাবুং লৈবাক্কী ইরাং থরবু ঙহাক ঙহ ক পন্দুনা লৈকবনা থর' কুইথ্ বনি হাযরগা চানা থক্কবা থোর্রংহুনা লুক হাবগ। ঙহাক পোৎথ হুনা লৈখি। মফম অহুদা মুমিৎ ২ নি ফাইহুনা লৈরম্মগা মুংখি খোংবান য়ৌনা চংশিল্লক্কুনা মহন্তবু করিঙৠা য়্যোরকপা য়াই হায়হুনা পোৎথাহুনা মুংথি স্না ইচিন ময়াদা মৈতৈ নিংথৌ হিথাথেন্দা পন্দুনা লৈখি। মহন্তদি লোকচাওদা চাক চাগে থোরাংলিঙৈদা নিংথৌ মনাইশিংনা লাকপদা থেংনহুনা মহন্তনা থক্কবা থম্বা ঈশিং খুজাই লোহুনা মহন্তগী মরাইবক্তা থাহুনা লোক অহুদা ওন্থহুনা শিরে. মফম অহুবু মহন্তনা শিখি হায়হুনা গোশাইলোক হায়বদগী খুজাইলোক হায়নখি। মচা ইবুংঙো ২ গা মনাইশিঙ্গা লাকপনা মুংখি মপান য়্যোহুনা পামহৈবগী খোঙ্গুল মথং মথং লিহুনা চৎথরকই। মতম অসিদা শমজাইনা হায়, পাবুং লাক্লিবশিংসিবু ইনাও ২ দি য়াওরকই হায়ববু মপুক কয়া শেংদবা থম্না য়াওই মফম অসি খুদোং কয়া চাদে রাংমা লাম্নবা তৌবিশি" হাযহুনা স্না থোংনেং হী চিংশিন্দুনা হিরানগদবগী খোরাংডি। খুদক অহুদা মীয়ামস্তু থু'ঙহুনা ভৌত্রাম শাইনা "পাবুং নচানা পুকমজরি ননাই ঐখোব পাবুংবু কৌজক য়াম্বুংনা থাবকপনি হীমাই লৈরক্কবা তৌবিম্নু মীরৈবাক্তা লৈবা হৌনদে স্না থৌগন লাকচরি"। বা অহু তাবদা শমজাইনা হীমাইদি লৈদনা রাংমতা লাম্নবা তৌই। মহু উবদা মীথাইথন ২৫ না তাথিরে। খুদক অহুদা শত্রুঘনশাইনা কৌরকই। মচা অতোনবগী থোনবু তাবদা স্না পুক্লিং লাংহুনা শমজাই ননাওশিং লাক্লে ইপাবু কৌগে হায়হুনা হীমাই অহু নিংথি হীথাথেন্দা হোঙ্খিল্লশি। পাবুং স্না পুক্লিং য়া বিন্নু খুদোং চাররোইদমান্নে হী হোঙ্খিনবা। ইপাগী ইবু'ঙো শমজাই মপাগী খুদোং থিনবা মচানা তৌবা হৌনদে ইপ বু হকচাংনগা ঙহাই ঙহাইবনে থাপ্না চৎলগা রারক্কদবমান্নে। চুথদি চুম্মি পাবুং রাংমতদি ল ম্ব্লোক্কবা তৌশি মক্কুংদা শরৌ শিন্দুনা লৈনথ্ নি থংদবনা থংদ্রবম্নু অথংবনা য় মথ্ বনি মহু কয়া খুদাং চাররোইদমান্নে। করিনো শমজাই ননাওশিং অসিবু থক নু'শিদ্রমান্নে। পাবুং নচা মহু নত্তে। স্না পুক্লিং চিংনবা তৌবিম্নু হোনবদি হোঙ্খিম্নগনি হায়হুনা হীমাই লৈহুনা হীথাথেন স্না ইচিন তম্না হোঙ্খিনখি। পামহৈবনা হ ত্তি, "ভৌত্রামশাই নংদি ইপাবু হাৎকদবগী ননাও শত্রুঘনশাইগা হৌনহুনা লাকপনি হায়মসি চুমত্রা ইপা লাক্লে ইচাশা ননিং থু'নবা তৌরোলাও''। মহুদা ভৌত্রাম শাইনা হায়, ননাইবু মমম অহুদি থ'ঙদে য়াম্বুংনা অচম মতম ওইরবদা মীরৈবাক্তা স্না থো'লো'বা মতম নত্তে কৌথোকলু তাকপীহুনা স্না থোগম লোথোকচবা লাকচবনি। শত্রুঘনশাইদি পাউথুমদনা মরাই লুক্কুনা লৈ।

৪ — চিংঙাখম চম্নু হেমাবতীনা হরিচোরোম্নে, গোদধরশাইনে, হুলোভ শাইনে অহুম্বা পোকই।

৫ — হাওবম চম্নুনা ধরশাই পোকই।

৬ — য়াইখোম চম্নুনা হরিশাই পোকই।

৭ — মাইবম চম্নুনা তৌত্রামশাই পোকই।

৮ — লাইরিকয়েংবম চম্নুনা অনন্দশাই পোকই।

৯ — অরাম্বম চম্নুনা তুলশিশাই, সনাহন শাইনে, মেঘশাইনে অসি পোকই।

১০ — মোইরাংথেম চম্নুনা কেশোরশাই পোকই।

শমজাইনা মোইরাংলৈমা চাখা লোইখোম্বীনে, থোংবম চম্নুনে ২ পাম্নে। মোইরাংলৈমা চাখা লোইখোম্বীনা গৌরশ্যাম, কৃষ্ণচন্দ্র চিংথংখোম্বগা পোক্লম্মগা নিংথি তুরেম্বা থুপখি। কৃষ্ণচন্দ্রা ঈতারমদে। থোংবম চম্নু নন্দিনীনা ভাবনন্দ পোকই, ঈতারমম্লে।

---

# ৫১ নং নিংথৌ শমৈরাংজিৎশাইগী পরম

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৪৮ লোংদালাই কুমশিং ১৭৪০ শাঃ ১৬৬৯ দগী চৈথোবা ২৬৪ শুবা কোনশম মাইমুগী কুমদা নিংথৌ খুবম ফংখি। কুম অসিদা মপাবুংগী উক্রোং হোংবা লোইরগা রায়েন থৌদা পুম্বা শমৈরাংজিৎনা নোঃ ১৭৪১ দগী মরম পুম্বা থোপুবা হৌরে। মতম অসিদা মপাবুংবু মকম খুদিং কোয়না চৎহনখিবগী মরম থিজুনা য়াম্না পুক্লিং মুংডাইতনা লৈ। মতম অসিদা মমা মহারানীনা হৌখিবা মরম পুম্বা লিজুনা খংহনবদগী ম্না পুক্লিং কয়া মুংডাইতনা মমুংদা অশুম তুমিন্না তোক্লরে। মন্ত্রী হাওবম শ্যাম, অঙম্বা কবি শেখর, শনাপতী তৌত্রামশাই, নিংথৌ ঙম্বা চেকশা চক্রপানি, থাংজবা নোতোন শেলুংবা, হিজবা অঙাং, হিজবা তোলেন, নোংথোম্বা শাচেপ্পা, শংলেন মপু লুখোই, শমুরৌ চিজোং, রাজোই খেমা, খুরিখুন তেবি, খোং-হিমাইবা, কমেং কদিবা, রাংমু বাজি অসিনচিংবা ফমদৌ ৬৪ না থোগন তৌজুনা লৈরে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো ভোরশাইদি ময়াম্বুং নিংথৌ মরাম্বা শাইবু চিংনজুনা মমুংদা কাওবা ঙমদনা লৈ। নিংথৌ শমৈরাংজিৎ দি চায়োক নাওয়োক থোদা রায়েন্দা কায়বা থোইনা লৈতবনা কদোববু ঙমদনা লৈ। মৈতৈঙ্কু গরিপতি পামহৈবনা শিন্নখিবা থুবমগা ওইবনা থুৎকল পাজমতু লৈ। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো অনন্দ শাইনা খল্লি "করি মরাল লৈবননো পাবুং নিংথৌনা পোক্লম্বা ইচিন ইনাও অসিবু ২ দা শুনা মুংশিনদবা অসিবু অশুম্বা তৌনরবদি লৈবাক ম্নরা তপ্পা পানবা

ঙম্নরোই মাগী মাগী ইরাং থরুম্নরিবা অসি ঐস্নু ইরাং অসিদা য়াওরকপা ডাই রাংন্দুনা মচা ইবুংঙোশিঙ্গা লোইনদুনা থোইয়ুম চীঙ্গী নোংচুপ থংবা কৌক্র পাংবা থরো লোক্কি চীঙ্জোন্দা শঙ্গাই অনৌবা শেমদুনা লৈখ্রে।

লাংবচক্কী ৪৮৪৯ নোংদালাই ১৭৪১ শাঃ ১৬৭০ চৈথাবা ২৬৫ শুবা থুলেম প্যালঙ্গী কুম ইঙাগী থাবুং নোংমাইজিং কুমিংকী অয়ুক য়ুথক থানবদা ইবেম্মা ইরাংলোন রাহেংশু চাথা লোইথোঙ্গী মচা ইবুংঙো শিয়োমনুংদা থনম্বা পোক্লে। পাউ অসি মনাও ইবুংঙো অনন্দশাই, ভোৱ্রামশাই ২ না তাদুনা চংলম কাইদনবা ইপান ঈশেংনচিংবা থোপুরৈ। লাংবচক্কী ৪৮৫০ নোংদালাই ১৭৪২ শাঃ ১৬৭১ চৈথাব ২৬৬ শুবা মোইফেংবম মাইতেক্কা কুমদা মচ ইবুংঙো অনন্দা শাই থুবাইলাকপনা থরো লোক্কী লোকমাং নোংচুপ থংবা লমদা পুখ্রি অমা শেমদুনা কালেনগী ৩ নি পানবা লৈবাকপোকপা কুমিৎকী নোংঙান কোলুপ ৬ তাবা থরাইংচ লিক্লা শাফবা (রোহিনী) গী থোংচৎ লাকপদা পুখ্রিবু হোংদুনা বিষ্ণুদা কৎলে। অরিবা পালা ৩) মথং মনাও নাইবা শৈশক্কুনা লৈবাক মুংডাইহল্লি। কুমিৎ অসিগী অহিং তুমঙন তানবদা মংলানচান্দা থরো লোক্কগী ময়াম্বুং শমজাইবু থোরকুন, “ইনাও ইবুংঙো ঙহাক্তা থোরকউগবা” কৌথোকই। থোনফম অত তাবদা মনাও ইবুংঙো অনন্দ শাই মং অদুদা ফমুংদগী হৌগত্তুনা মাইগৈ কদোমদনো য়াম্বুংনা কৌখ্রিবা কোইনা য়েংই। ময়াম্বুং শমজাইবু থরো লোক্কী থোংবান ময়াদা লেপ্পুনা লৈবা ওইবা চেক টই মদুদা অনন্দ শাইনা মনাক্তা চংদুনা 'য়াম্বুং করি তাকপিগদবা লৈবনো ননাওবু স্না য়াথং কৌবিবা কদাইদা লেংদুবিব,” হায়না থুজম্মী। মদুদা শমজাইনা হায়, “ইনাওনা বিষ্ণুদা পুখ্রি কৎপসি য়াম্বনা পেনথদুনা ইনাওগী পুখ্রি হোংবা য়াওরবনি যাম্বদি নয়াম্বুং জিৎশাইগী মনাই তোঙম তোলেন্না পাবুঙ্গী থোগন তৌরিডৈদা থংহৌদনা য়োৎথোক অমা লংশিল্লকুনা য়াম্বগী লাইবক্তা থাদুনা ইদগী ওম্বথদুনা ঈশিংদা পুথরকুনা য়াম্বদি মৌজিক লাংথবান চীঙ্গোন্দা লৈরে পাবুংবু হীমুংদা অদুম তুদুনা লৈহৌবনি। ঙসিদি ইনাওগী মফমদা য়াম্বনা করিগুম্বা অতো নিজগে ইনাওনা বিষ্ণুদা পুখ্রি কৎপগীশু যাইফবগী মথক্তা য়াইফবা ওইনবা নিজবা অসিমদি য়াম্বনা পিনবা ওইবিযু” হায়না লাইবক্তা ঈনা ইঙাং ঙাংনা তৈদুনা লেক লৈ। মং অদুদা হায়, “তাকপিনি ননাদো স্না য়াথং করি কৎচো হায়বনো কৎচগে”। “ইবুংঙো অদুদি রাশক অমত্তদি তৌবিয়ুদনা”। “য়াম্বুংনা মরম অদু হায়গদবা চিংনবিন্দ্রা পাবুং মহারাজ য়াম্বুংগী স্না থুয়া থানা শাখি ওইশনু ইবুধো নোংদালাইনা ননাওগী অংগোনি য়াম্বুংনে তাকপিবা মরম অদু কৎচনি”। “মুংশিদ ইনাওগী পুকচেল ঐঙনা ইবুধোগী ঈ মক্তা ওইরবদি ইনাওগী নাওদানা লৈবাক অসিগী চাদোন ফিদোন লোমথবদা অমুক্তংদদি শৈহৌনা

রায়েন থোৌদাবা ওইযুকো ইবুংঙো অনন্দশাই য়াম্বনা মফম্নাংদা লাকপদি নত্তেমা চাথ লোইথোম্বীগী শিয়োমক্লুংদ। থনম্বা ভাইবং লক্তো থোক্লরবা নপাবি নাওরা নয়াম্বন৭ শকথংত্রব মচা অসিমবু মফম্না'দা শিন্নজগে লাকচবনি, নপাব্রি নাওরা ওইববু ইনাওনা লৈবাক অসিগী ম'শদ মচাবু শেম্বীবা নিজগে"। মতুদা অনন্দ শাইনা 'য়াম্ব.ং মবম অতুদা চিংনবা তৌবিরম্ন ইচাগী মতম চাবদা ননাওনা ভমজবা থোৌরাংজতুনা ম্না য়াথং থোৌপুজতুনা নখোংখাদা কৎচবা ওইজনি" হায়না হেক থুম্বদা মিকপ থোক্তুনা ভসিগী মরোন অসিদি মরোন য়ামখ্রেদা মচিন মনাও লান, চংলম অসিবু অনন্দশাই নংনা লৈবাক অসিগী বাহৌবা ওইদৌবিত্রা অনন্দশাই নংগী বাশক অভব পনিদা হায়না মং অতু পাউদাক পাউথুমখিবা পুম্ববু রাখন্দুনা লৈথি। ভৌরাম শাই, ধরশাই মচিন মনাওশু মং অসি করিমতা কাইদনা মংতুনা মিকপ থোক্লতুনা মংগী রাবু রাখন তৌনা লৈনবদগী মতুংদা মচিন মনাও (৫) বু উনতুনা মরম পুম্বা ভাংলে। মতম অসিদা মচা ইবুংঙো চাখা লোইখোম্বী বাহেংবম চন্দ্র লুরাংশুনা পোকচবা মচা ইবুংঙো অতুনগা নাওন ওইবগা চহীনশু ২ চংবদা মঙাই-বনে ময়াম্ব.ং জিংশাইনগা মচিন মনাওশিংগী মফমদা থোইদে কপা অক ইবা চৎলম চৎপা লৈতবনা অদুম বদৌদনা থম্নতুনা লৈথি।

সেনাপতি ভৌরাম শাইন ৎবা ইশেম্ম অতম্মক মথ' মথং মচা ইবুংঙোশি' পোকই।

১ বা মোইরাংখেম চন্দ্র তুঙ্গোইতম্বীনা সনা কবুই ভম্বা পোকই। মতুংদা ওইরাদা লৈথি।

২ বা মোইরাং থেম্বী পোলেন থোম্বীন। ইবুংঙো ভদ্রশি পোকই। মতুংদা বা থৈরাকপা ওই।

৩ বা শিরাম চন্দ্র চন্দ্রবংশীনা ইবুংঙো রোভোনশিং পোকই।

অনন্দশাই, ধরশাই, ভৌরামশাই মচিন মনাও অতুম অসি মংম পুম্বদা অকাওব লৈতনা ময়াম্বুংনা থনম্বা মত্তেমা বাহেংবম চন্দ্র লুরাংশু চাখা লোইখোম্বীনা পোকপা নাওবা অসিগী মরমদা অক'ওব লৈতনা থম্নতুন' লৈথি। লাংবচক্রী ৪৮৫১ নোংমালাই ১৭৭৩ শাঃ ১৬৭২ চৈথাবা নোংথোনবম শানোইগী কুমদা কবো নিংথি ম্না ইচিন তোমথা' হিদেন্দা লেংতুনা মপাবুং পামচৈবগী মংলেন যুরা-লাইয়ুম শেমতুনা কংলি। মতু'দা থাগী লৈবাক য়োমা চ'তুনা থাগি নিংথোগা মরুপ শান্নে। থাগি নিংথৌনা খুদোনপোৎ য়াম্না নিংখিনা থাগি লৈবাক্কী পোৎ মথল মথল থোৌরাংতুনা কৎলতুনা খুদোন পোৎপু পুতুনা মণিপুরদা থোরকই শ্রীযুক্তোবু খাথি লাম্বা তায়নশু মিংছল্লি। লাংবচক্রী ৪৮৫২ নোংদালাই ১৭৭৭ শা. ১৬৭৩ চৈগাবা ২৬৮ শুবা লুক্রাম তোম্বগী কুম শজ্রিভু থাগী পানথংলকপ, ৭নি পানবা থ'ংজদা থাগি লাম্ববা শামৈরাংজিংশাইন। মপাবুং মহ রাজগী শরুবু পুতুনা মনাও ইবুংঙো গদধবশাই শ্রীমতি চি'ঙথম চন্দ্রনা পোকপা মনাও ইবুংঙোগা সন .থোগন তৌতুনা মনাই এ্রশাপ। ভাংভোই শেলু'বনা লুচিংতুনা সনা থোগন মিপা .৫ পুতুনা

মকারোৎ ইথোং ইক্ক মক্তিতাবা লৈউ । ভূঠ অম্লান চংলি। নবদ্বীপ, খেত্রী, সি ইদ্বারনচিংদা কোয়রুরগা বৃন্দাবোন্দা ভজন্দুনা কৌয়না চত্তুনা মকম খুদিং কৌইনা থুকল্মি । মতম অঁহুদা শেয়া শাবা শ্রীমুত্তি অমা য়োন্নল্মি । শ্রীমুত্তি অদুবু উবদা থাগি লাস্তব। শামৈরাংজিংশাইনা সনা পুক্লিংদা পামজবা মশক ওইখিজুন। মণিপুর য়োরগা সেবা চৎনগে বাথল্লা শ্রীমুত্তি অদুগী তমজবা মৈকত্তুনা শ্রীমুত্তি অদু ফংজবদগী স্না পুক্লিং হন্দাওবগা লোয়নদুনা শ্রীধাম বৃন্দাবোন্দগী লেংথো-রক্তুনা মণিপুরদা থুংজুনা স্না পুক্লিং মুংভাইজবা ওইজুনা শ্রীমুত্তিবু কোন্দুনা য়েংজুনা পোৎথাজুনা লৈখি ।

শ্রীযুক্তো মহারাজনা থুংওবগী অতিং নোংয়াইগী মতমদা মনাওইবুংঙো য়াউমা ভোরো শাইন। অকল অপৌ থুংচাওনা লিংজুনা লৈরমজুনা ল।ন হোৎজুন। কোন্নং চংলক্রে । নোংমৈ পংকাপ কাপ্পুন মীয়াম অজুনা লাওজুনা চেনশিল্লকপা খোল অদু তাবদা শ্রীযুক্তো থাগি ল।ন্থবা ইত্তক ওক্কুন য়েংজুনা লৈন্নবদগী মনাও ভোরোশাইগী খোল্লাও শামৈরাংজিং হাৎলো হায়বা খোল তাবদা হৌঃ মসিদি ঐগী ইৎক্তো ইনাওন। লান হোবা ওইরে থংলজুনা শঙ্কাই মমুংদগী ফনা থংহন উংন্দনা শ্রীমুত্তি অদুতগা লোইনজুনা কংলা মমুংলোমদা নিংয়েংজুনা ভাইহাক লৈরম্মা শগোল তোংজুনা উত্রা শামাংলোমদগী থোরক্তুনা থাথোংলোমদা শগোল থোজুনা লাক্লগা কৈশামপাং চাত্তাজে তাজুনা মাক্ল তম্না শগোল থোথরক্তুনা কোত্রক অতোং থুমন তারগা নোংচুপ হারম চাং তাই-পত্তুনা কবুত থারোন থুঙ্গংদা চংজুন পোংথাজুনা লোথ । সেনগী মুত্তি অদুবু য়েংল য়েংশজুনা মিংল্লা ইক্কঃ চেল্লা কপ্লজুনা 'ইবুংঙো নঙ্গী সেবাবূ ফংজনিংজুন পুক্তরকপবু ননাইনা পাপ চেনবা ওপোক ওইজুনা সেবাবু লোইবী চীংথক তাল্লা পুরক্লেদো মফম কদাইদা ফনাগী মফমদা শিল্লজুনা ইবুংঙো নংবু থনমসিগে" হায়না খোল থেক্ল। কপ্পুনা উ মথোং অমদা অশুম লৈ । নিংথোগী মিকপ মীরাও অরাব। খোল্লেনবু চীক্ল হাও থরনা তংরক্তুনা য়েংওবদা থাগি লানথব। ওইরমজুনা মথোযদা মরম খুদিং তমজুনা মফম অদুদা অচা অথক পিখুনা মুত্তি অদুবু চীক্ল পামলৌদা থমজুনা বিন্দ্রামান্দ্র। কৌনা লরাং অপা চীক্লনা জুন্দুনা লৈখি ।

ভোরোশাইনা কংলা লোয়ে চক্ল হাওথুন্দা শামৈরাংজিং লৈ হায়বা শাও তাজুনা নারোন্দা ভোরোশাইগী মথ স্বুং শামৈরাংগীদি মনাও ইবুংঙো স্না নন্দশাই, স্না অঙ্গোশাই, স্না সব্যশজি অক্তম্না লানখি থরগা ওয়্লংকুনা অহিংদা চীক্ল থুপ্লাও য়োরজুনা থিদকই । মনাওশিঙ্গী ইরাং লাল্লাওথোন তাবদা শ্রীযুক্তো ভুম্নবদগী মিকপ থোক্তুনা মনাওশিংবু কিবদগী মফম থংদনা লাংজন মাংওনহনা অহিং অদুদ মাইইগে থংদনা চিংয়াংলোমদা হায়গৎখিজুনা ঐবাং পাংন চেনথব্রে ।

মনাওশিংনা পামলোদা কোইনা য়েংবদা শ্রীযুক্তেশ্বরদি থেংনবে শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রগী শ্রীমূর্ত্তিদি থেংনৈ, মতুদা শাওতুনা শ্রীমূর্ত্তি অদুবু ইনথতুনা থনম্লগা ময়াম্বুংগী খোঙ্গুল লিতুনা চীংয়াং মশাং চত্তুনা তানথরক্লে। নোংঙাইবা মতমদা শ্রীযুক্তো খাগি লানথব। শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রাবু নিংশিংলক্লে। ওনথোকপনিদা ঐগী ইনাওশিংনা থৌরাংলক্লিবা লম্বী অসি ঐনা ইনাওশিঙ্গী মফমদা অকাইবা চৎলম চৎখিবা করম্বা লৈ মতু ঐ থোইদোকপা লৈখিদে অদুদি নিংথৌ থুবম অসিগীরা, মসি ওইরবস্ত ইনাওশিংগী মনিং থুংশমু হায়বগী ঐ লানচেল্লবনি অদুবু কোইথি থিতুনা তাম্নবা অসিবু ঐবু হাংলগা ইনাওশিংগী মনিং থুংবা করম্বা লৈতুনা থিরিবা মপু নংগী নোংদম ংঙকপনিদা হায়দুনা অশুম রাখন্দুনা ইখোং মপান অমদ, কমতুনা লৈরম্বদগী হৌজিক্তি ইনাওশিংশু হংখ্রমা.ম্ন থোইদোকপা লানমীগী ইরাং তাত্রে শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রবু লৌরগা নোংচুপ পাংনা চৎথগে রাখন্দুনা মফম অদুদগী হৌগত্তুনা চীংয়াং তম্না থোংশান্নক্লে। মনাও ইবুংঙো অদুমদি নাবোং নায়েতুনা তুংথা মাংথা তাম্লকপা ওইরমতুনা লোক অদুগী মরুদা মচিন মনাও ৪ বু থেংনরে। মতুদা শ্রীযুক্তোনা ইনাওশা য়াম্ববু থিরক্লিব্রা ? মানি য়াম্বুং "নুংশিদ নয়াম্বা লাঞ্জেন মাংওইনতুনা চ ফম থকফম খ্দনা চীং মন্দা পাচৎ চৎখ্রে লৈফম চ.ফম থংঙম্লরোই হায়দুনা থিবক্লিবা নুংশিদ, লাও ইনাওশা" হায়রকই। মতুদা হায, মতু নত্তে য়াম্বুং খুংলাই পায়বিয়ু। থংঙে ইনাওশা মরম অদু য়াম্বশু নখোয় অদুম্বু ইনাশনি, যাম্বনা ময়ুংক্লতুন লান শোক্লব পামজদুনা য়াম্বনা লাঞ্জেনবনি অদুবু মরাজ্রংনি। হৌজিক্তি য়াম্বশু চেল্লরোই নখোয়দি অদুম্নি, ইনাও অদুম্বু ংমজম্লগা শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্রা শ্রীমুক্তিব পুতুনা নোংচুপ তারম য়োনবা চৎখিগে লাও হায়রম্লগা থাং হাইতুনা ঈশিংখোং ময়া অদুদা মনাও অদুম্বু তাইতুনা লৈ। শ্রীনন্দশাই, শ্রীঅজোশাই, শ্রীস্না শৈবশক্তি মচিন মনাও অদুম্না ময়াম্বুংবু কোয়শিন্দুনা লোক মপান অদুদা থাং কম্না হাম্নতুনা অঙম তাম্নবদা শ্রীযুক্তো ওইরোমদ। হন্দুনা মনাও ইবুংঙো অজোশাইরোমদা চোংশিন্দুনা থাজা লোয়ননা ফাগে ত্রৌবদ। মনাও ইবুংঙো শ্রীনন্দশাইনা চোংশিল্লতুনা শ্রীযুক্তোদা থাংনা খন্দুনা লোক অদুদা ওম্থগ্রে। মচিন মনাও অদুম্না পূক্লিং মুংঙাইনতুনা মফম অদুদগী ম্না কোমুংদা হল্লতুনা মনাও ইবুংঙো ভোরোশাইগী মফমদা পাউদমতুনা ইপাগী লমন শিংলে হায়তুনা মুংঙাইনৈ। মরম অসিদগী মুংঙাইতবা চিংনবা ওইতুনা ঙরেম্মা গোপতী রাখনগী ল ইনানা থুমহৎখিতুনা নোঙ্গাখি। মতুং অদুদা মমাশি মহারানিগী কর্ম্ম উক্রোং হোংবা লেইতুনা মতুংদা মচিন মনাওশিং অসি মহৈ মহৈ তুম্মু থাই তানতুনা শ্রীযুক্তো খাগি লাম্তবা চহী ২ থা ৫ লৈবাক ঙাকখি খাজনবা চহী ৪ নি। মতম অসিদা শ্রীঅন্দশাইনা হায়খি মরম অসিগী ঐনা রাবনি অদুবু নোংদম্বনা নোংদমতুনা চৎলম অদু মমা অমত্তগী মচা ওইরবা য়াম্বা ইনাওশিংনা হৌখিরম্লেদনা" হায়তুনা রাখম্না লৈখি।

# ৫২ নং নিংথৌ ভোরোশাইগী পরম

লাংবচক্কী কুম্মশিং ৪৮৫২ নোংফালাই কুমশিং ১৭৪৪ শা: ১৬৭০ চৈশাবা জুক্র'ম ভোম্বা ফাইরেন থাদগী হৌনা শ্রীযুক্তো ভোরোশাইনা নিংথৌ ওইহনা পাননা হোরে। মন্ত্রী য় ইখোম্ন ফিঙৌ, নোংমাইখেঙ্গা নঙ্গো লোংখোনব। থিংবাই হৈরোংবা পুঞ্জম্মা। শঞ্জোরুপা কোইজম তাপ্তো। সেলুংবা মাইবম খঙো। মরাঙ্গুং শ্রীনন্দ শাই। মরাখুং অঙো শাই। ময়ামমুং শ্রীসব্যশজি অসিনচিংবা কয়াইবা ফমদো ৬৪ না থৌগয়। ৱায়েনশং কুচু শংলেন্দা ফম্বিদৈদা মতৌমা চাথা লোইখোম্বী লুরাংগুনা মচা টবুংঙো ২ বু পুক্কুমা মতোন টবুংঙে; মচাম্নাজম্বু খুকমদৈ। শ্রীকচায়াজ ভোরোশাইনা মতৌমরোমদা মিং থানা য়েংলমগা ব। ভাংদনা কুচু শংলেন্দগী শজাই-বোমদা লেংশিনখি। শ্রীযুক্তোগী মিৎয়েং অতুদা কিহুনা মতৌমা রাক্তেবম চন্নু লুবাংগু মমঙ্গ অতুদগী মচা ২ বু পুহুনা ময়ুমদা চংদনা অতুম্ন পাংচৎ চংখিহুনা মথং মথং ভুশোল, লোম্রান য়োনা চত্তুনা লৈগ্রে। ৱা অসি শ্রীঅনন্দ শাইনা তারে “করি মরাল লৈহুনা ইতৈমগা অভাং অনিহুগবু মিৎ থানা য়েংহুনা অকিবা মিৎয়েং পিহুনা চৎহনখিবা” হায়না রাঙ্কন্দুনা মোইরাংখোমদা লাকুনা মচা ২ গা মতৈমগবু কৌশিন্দুনা শঙ্গাইদা থমগে থৌশাংবদদি কনা অমত্তা মোইরাংখোম শঙ্গাইদা লৈরমদরে হংবদস্ত্রু থংদন্নে মতুদা অনন্দ শাইনা শ্রীযুক্তো ভোরো শাইবু তাখিবা ওইখি। মতৌমা চাথা লোইখোম্বীগা মচা টবুংঙো ২ গা মকক খুদিং চত্তুনা খি। পাউ অসি মতৌমনা তাহুনা শ্রীযুক্তো ভোরোশাইনা থিহনবনি হায়না থনখিহুনা থিবা ফংদনবা হায়হুনা মফম অমদা নিনি শুনা পন্দনা লৈবা তোঙ্গনা মফম থংদনা পাংচৎ চত্তুনা লোংনবা হোংলখি। মতম অসিদা শ্রীঅনন্দ শাইনা চৌংশাং কোইনা চত্তুনা মচা টবুংঙো ২ বু কোক্কমা খিককই। মতম অসিদা ইরেম্মা চাথা লোইখোম্বী মচা ২ গা ভোংভু নিংথৌগী মনাক্তা লৈ। ভোংভু নিংথৌনা মচা টবুংঙো অতোনবা অসিবু য়াম্না লুনা তোই, মুমিং খুদিংগী খোংজাই হাও মচা মমাম্নবশিংগা লাক্কা ফানজন্দুনা লাক্কা-ফানবা, মুক্কা কাংজোম্নবু তম্বী, মহুদা মমাম্নবনপু মথক্কি ওইবনপু অভাং অসিবু মাক্কচা খুহুম চনবা নোংমতা ওমখিবা থক তৌদে। মোংমদি মুং হুম্নম্লি মানা মথোই, শুক হৈম মানা হেল্লি, মাংজো', জেঙ্গোং, খোঙ্গাই তাইম মরম পুন্দা মানা থোই। নোংমদি ভোংভু নিংথৌনা অভাং অসিবু মুংশিহুনা ভুশোল ল ইকোন্দা পুশিন্দুনা খেল চাংদম ঙ্গংহল্লি মতুংদা মমাগী মাক্কা পুবহুনা পিরে। টবেম্মা বাক্কম্ন মচা টবুংঙো অতোনবশে লেম্না মাজদবা অভাং নগ্ন. মহাক থক্কগী মৈতৈ লৈবাক লৈচাও খুম্মাওরদৌরি অতুগা মরক্কা মতম থরদংদি অবাবা ফংলবা য়াই মতুংদদি উচেক ফাওবা মমাংদা তুবৎ পাইবা ওমদনা পাক্কসনিকে। ঐগী ( টা চৌংশাংঙম্বা )

অসি নচা ইবুংঙোগী থুংলাই মখুংগী ওইখ্রসনু মিংলেনগী ঙসিফগী ( চৌংশাংঙম্বা ) কৌরসি হায়রুনা চৌংশাংঙম্বা টাবু শিন্নরুনা মচা ইবুংঙো চৌংশাংঙম্ব মিংহুল্লে ।

মতুং অহুদা ইবেম্মা চাথ লোইখোম্বীনা মচা ২ বু পুহুনা মরিং খুঞ্জাওদা লাকুনা মরিং খুল্লাকপগী ময়ুমদা লৈদুনা শিল্লংদনা মতমগী খোংলৈবু থাংদুনা লৈখি । শ্রীঅনন্দশাইনা মচা ইবুংঙো ২ বু মাংহন্নীংদবদগী চৌংশাং কোইনা মফম থুদিংদা থিজবদা মখৈমনা য়ুমথোং ভোইখিবনা থিম্বা থংগ্রে মতুং অদুদা কোইনা থিবা তোকুনা শনা শঙ্গাইদা হুজিন্দুনা মচা অ'নগী রাথন্না চরম কংলক্লে । মচাবু ফংখিদদুনা রাশকপু কাইগ্রদন্না থনবদা "ঐনা কোইনা থিবশি নিংথৌগী খুজিন্না থিবগুম নিংদুনা ইতৈমগী মপুক্তা অকি তুজুং ফংদুনা মফম হোং হোংদুনা ইচা ২ বু চাওনবা লোংখিবা ওইবা ভাই নত্রবদি ইচা অনিনা অর লৈথম ভাগ্রবদি মদুগী খুদমদি ফংক্রম থোকই থোইদোকপা ফংদবশিনদি ইচা অনিদি কদোদবা ভাই মসিদা বনাবু থিহল্লগা যাদবা" হায়না অশুম রাথনবদগী নিংশিংলকুনা কনা থংহন উহনবা ভৌদনা শগোল অমা ভোংদুনা নোংভান তু উবা মহমদা মোইরাং পাংনা লকুনা মবাই লুরাংগু থেলেম্বগা উনদুনা পুক্লিংগী রা অচেৎপা লৈবা থিবিক ঙাংনদুনা রাশকা লাইনবা মবাই থেলৈ লুংনা বু থিনবা থৌনাংলে মতুং অদুদা শ্রীঅনন্দশাই শগোল ভোংদুনা থেঙ্গারক্লে, মী কনাবু উংন থংহনবা নম্বোল য়ৌনা হাওগৎলক্লগা মালোম শমথরক্কুনা তিয়াংথাং খোদারক্কুনা হৈবোকচৌংশাং লানশল্লক্কুনা হৈবোক লাইকোনগী মুংফম ৬১ বু থুদম য়েংলম্লগা থরোলোকলোমদা খোঙ্গুম্লক্কুনা শঙ্গাইদা লেংশিন্দুনা রাথন্দুনা লৈখি । থেলেম্বনা মাগী মরুপ হেনাইবগা রাভান্নদনা মমাক অনিগা মচন ইবেম্মগা অহমগী খোঙ্গুনবু কোইনা লিদুনা থিরকপদা মরিং খুঞ্জাওদা লৈ হায়বা পাউ যাদুনা মচনবু উনগাদবগী মী কনাবু উহন থংহন্দনা মরিং খুঞ্জাও তম্না চৎখি

শ্রীঅনন্দশাইনা লাংথবান মঙ্গুং হৈবোকচৌং নারিন কোঞ্জিন মশাং অসিদা লৈবা চান্নবা মিথাইথন ১০ অহিংদা লানচাক থাংদুনা মচা ইবুংঙো শ্রীকুকিলানন্দা. মচা ইবুংঙো শ্রীস্তুদয়ানন্দ, মচা ইবুংঙো শ্রীমহাসিং মচা ইবুংঙো শ্রীপরমানন্দ, মচা ইবুংঙো শ্রীজগদসিং, মচাইবুংঙো শ্রীচন্দ্রসিং নরান সন্থ মচা ইবুংঙো ভরুক্কা স্ন থৌগন ভৌদুনা মিথাই ১০০ গা লোয়নদুনা থরোলোক মখুল মপান শঙ্গাইদগী লাংথবান কোংংলোমদা খোঙ্গয়ন্নগা স্না কোম্নং কংলা তম্না অহিং অদুদা চংলক্কুনা নোংমৈ কাপ্তুনা লানগী ইরাং পিদুনা থাঙ্গা টাংগা ফুজল্লক্লে । শ্রীযুক্তা ভোরোশাই মহারাজবু মরম অহু থংহৌদবনা সনা কোম্নুং মঙ্গুং লানমী শংয়াম য়াম্না লৈত্তবগা মচা ইবুংঙো-সিংগী অকি তুজুং লৈত্তনা থাং অমমম পাররুনা মাগী মাগী মপা মপা য়েংহুনা চাংশিন্নরকপা শ্রীযুক্তোগীনা হকপোকপা মতভাই ওইব কনা উদবা অহুদা ভাইহাক অহিং অহুদা লান অহু

ফাপনরম্মগা লানজেন মাংওইদরক্লে । যেক্লবগী লানমীনা ক'লা শল্লাই মমুং কোয়দুনা লৈথে । শ্রীরাংখৈরাকপা অনন্দশাইনা লৈবাক নোংথোভুবা উমুং মথক্তা কাহুনা কংলা মেন্দা ফম্বান্দুনা লৈখ্রে । মচা ইবুংঙো তরুক নোংচুপ থোং, ঔরাং থোং, মথা থোং, নোংপোক থোং থোংফম ৪ বু অকল অথৌ লান্দা থৌবশিংগা লোইননা কম্না ভাকতুনা লৈবক্লে । লানগী ইরাং অহুনা থরা কনখিহুনা শ্রীযুক্তো ভোরোশাই নাইরিহুনা লৈরম্বদগী সনা কোম্বু পুমথা থাহুনা অতুম মফম থংদনা চেনখ্রে । নোংঙাম্লবা মতমদা ফম্নাইবা অকল অথৌ ময়াম হায়গৎনরকই, লানগী পাউবু মচা ইবুংঙো শ্রীঅনন্দশাইনা হৌবা লাম্নি তাবদা অকল অথৌ থোংগারকপা পুম্নমক্ত মচা ইবুংঙো রাংখৈরাকপনা য়াইফরে লাওহুনা চংশিল্লকুনা অকল অথৌ পুম্বক্ত থৌগল ওইনা লৈনখ্রে । চহি ২ লৈবাক ভাক্লম্মি ।

# ৫৩ নং নিংথৌ অনন্দশাইগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৫৪ নোংদালাই কুমশিং ১৭৪৬ শাঃ ১৬৭৫ চৈথাবা কোনোক কোংম্নাম্বা ২০০ শুবা ফাইরেনগী ৫ নি পানবা বাংলা তারিক ৭ শগোলশেন কুমিৎকী অহিং য়ুংথক থানবা মতমদা শ্রীযুক্তো অনন্দশাই রায়েন কয়া বাফাওব হুইয়েন লাংজেং শাফবনা কংলা মেন্দা ফমদুনা মচা ইবুংঙো ৬ না মা থৌগন লাং শ্রীভোত্রাম শাহ শনাপম্ভী । শ্রীসনা তরিচোরোন । শ্রীসনা তুল্লভশাই । শ্রীমনধরশাই । শ্রীযুক্তেশ্বর মহারাজনা পোক্লম্বা মচিন মনাও পুম্বা লোইনা কৌথজনা শ্রীযুক্তেগী মঃ নাক্তা লোইনা তিল্লে । অভম্বা মাইবম থবো । থিংবাই তৈরোংব । নোংমাইথেম্বা নন্দো । কোইজম তাঙ্গৌ । য়াইখোম ফিভৌ অসিনচিংবা অভম্বা পুম্বা সনা কংলাদা তিন্দুনা মা থৌগন ওইরে । মতম অদুদা শ্রীযুক্তেশ্বর অনন্দশাইনা হায়, য়াম্বুংশিংমু ইনাওইবুংঙো পুম্বমু অতম অথৌ পুম্বমু তাবিয়ু অনন্দশাইনা লানহৌহুনা য়াম্নুং ভোরোশাইগী থুবম্ব মুন্দুন অনন্দশাইনা নিংথৌ থুবম মা ফম্বাল মেনবু মুন্দুনা ফয়েদো অদুবু ঐনা ফম্বা ফম্বাল লৈবাক নোংথৌ ভুবা উমুং মথক অসিদা ফম্বিবসি য়াম্বুং শমজাইনা থম্ব ইচা ইবুংঙো অতোমবগীদমক্তা ফম্বনি তহুবু ইচা ইবুংঙো অনিবু ইতৈম ইরাংলোন লোইথোম্বীনা য়াম্বুং নিংথৌ ভোরাশাইবু কিবদগী মফম থুদিংদা লোংখিবনা ঐনা থিবদা ফংঙমজ্রে য়াম্বুংগী মী ওইরবেই নিংবনা মশিবু লৈবাক কনাগুম্বন ইচ অনিগী ইপাও তাবা লৈরবদি ঐঙোন্দা তাকশিয়ু কহিঙম্বা তাবিদ্রবমু থংঙম্বীবা মতমদা পুঙম্বীরক্লুনা রাখল থেনবা অনন্দশাইনা থৌরাংজবা ময়ম অসিতদি লৈবাক পুম্বনা থৌশিনবিহুনা থুংজবা মবম্বু নিজগে, ময়ম অসিদা অভম্বা ইচিন ইনাওশিংনা

য়ানিংদব। লৈহুনা অনন্দশাই এগী ইথক্তা হুইয়েন লান্দবিরবস্থ ইরুই লোয়না ষচা ২শ্বীলক্তা ফস্বাল মেনবু শংলগাদবনি । এা-অসি তাবদা ময়াস্তুং ইবুংঙো মনাওশিং অঙম্বা পুম্বনা হায়, মঙোন ইবুংঙোগী স্না পুক্লিং থুংনবা ঐথোয় পুম্বনা থোপুজব ওইজনি হায়ত্তবনি রায়েন ফস্বা মাকাওবা চইয়েন লাংজেং শাকব। রায়েন মেন্দোং ফস্বাল পুকফ্না ফংলা ফস্বান মেন্বু মাংকনবা, ওডাংঙম্বা মপোক অথৌই চংথোনদা। য়াউফ জুংভাউ পুম্ববু ভাহুং মখুং পাক্লা। শাংনা তান্দফহুনা পুন্সি লেমফু মরা জান। মৈতৈ স্না লৈবাক্তা পিবা লিংথৌ অনি পানবগুম্না পান্নমববু ওইবিয় তাংঙমবা স্তাউবং মপোক্লি হায়না লৈবাক পুম্বনশু য়াঙম্না শ্রীপঞ্চয় কক্তেশ্বর অনন্দশাইনা রায়েন থোদা থোপ্লুন। মৈতৈ স্না লৈবাক চাংনা কোইনা পনশাবরু চাংবুংবাই তস্তুরোই পুম্ববু থোদা রায়েন্দুন মচ ইবুংঙো অনিবু তাইহুনা লৈখি ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৫৫ নোংদালাই কুমশিং ১৭৪৭ শা, ১৬৭৬ চৈথাবা থৌনাজম মযাম্ব ১৭১ শুবা মতম অসি ফাওবদা মচা ইবুংঙো অনিগী পাউবু তাবা মংম্রবদ পুক্লি অবাব ওইন কংলা চংলমদা বোইনা চত্তুন য়েংলকই । অবাবা রাথন্দগী অয়াম্বা ওইরকতুনা শ্রীযুক্তে অনন্দশাই মথস্তা হায়রকই, "চুম্ববা অনন্দশাই নংনা চংলিব চংলম অসিবু নচিন্দদি কংলামেন ঐনা ফম্মিবশি ইতৈম্বা চাথা লোইথোম্বনা পোকচবা ইচা অনিগীনি হায়, অদুগা নিংথৌ ফম ফমদি নংনা সুমিং খুদিঙ্গী ফমহুনা লৈবগা কমদোনা ইচা অনিবু পুহুনা লাক্লনি । মংতাম্না নিংথৌ ওইরে হায়হুনা মচ অমিবু নাওকোনবিগদরা রাথন্দুন মতোন নিংথেবু খুংমহংগে হায়হুনা ইতৈমনা মচা অনি পুহুন, লাকচবদা য়ামবুংনা রাজাংদনা মিংথানা য়েংলম্মগা শঙ্গাইদা লেংশিন-খিবদগী কিহুন। ইতৈমনা ইচ অনিবু পুহুনা চংখিবনি হৌজিকস্থ নংনা সুমিং খুদিংগী রায়েন থোদাহুনা নিংথৌগী ফমকমদা ফমহুনা লৈরগা কমদোনা লাকুন। চংলক্কবা, নংনা হন্দক লালহৌ-বসি নচা অনিগী নক্তে অনন্দশাই নং নিংথৌ ওইবা পামবদগী হৌবা লাম্লি" হায়না থল্লুবদগী অঙাওবগুম "হীঃ কবি রংনো ঐ মহু নক্তে" হায়হুনা লাও লাওহুনা শংলেন্দা রাথন্দুনা লৈখি । ঙ ইহাক লৈকরগা, মনাইশিংদা হায়, "ইনাওশা ভসিদগী হৌন। ঐগী ফমকমদি নিংথৌগী তাংবন মনাকতা থোঙ্গা থাহুন। থম্মু" হায়হুনা স্না য়াথং পিথোক্লে । রায়েনশং মীত্তিন শংলেনদা স্না তাংবন যারিবগী ময়াদা য়েং ওইন তাংবন অমা থাহুন থম্লে । শ্রীযুক্তোগী মনাইশিংনা মীত্তিন রায়েন থোদা রাথল্লবা থোঙ্গা মতম ওইহুনা অঙমবা পুমবা থোঙ্গানরকতুনা মাগী মাগী ফম্নাংদা ফম্লে । খুদা অমা থাবা উবদা মীয়াম পুমবা করিগী ফিদানো মসিবু কন লাক্দবা লৈবনে ঐথোয়বু তংদে থংদেদা হায়না রাথল্লহুনা লৈনৈ । মীত্তিন শংলেন রায়েন থোদা শংদা লেংথোকপা মতম ওইহুনা মচা ইবুংঙো ৬ না স্ন, থোগন লাংদনা শ্রীযুক্তো মঙোন ইবুংঙবু

লেংথোক্লক্লগা থারিবা খুদা অমদা ফমদনা মচাইবুংঙোশিংনা খোঙগন কৈঙম্মে । স্ন ভাংবন থারিববু মচা ইবুংঙো নিংথৌশিদমক্তি হান্দনা নিংথৌ খুবম ফাংদনা থাকতুনা লৈব' তৌথি । মতুদা অঙম্বা লৈবাক্তা হায়, শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বরনা ঙসি ফম্বাল লাংলিবা মরোল অসিবু করি মরম লৈবনো স্না ভাংবন থাকুনা তোপ্পা ফম্বালবসিগী মরম অসি ননাই ঐখোয় পুম্বা অঙকপ্ থোবাং অমা ননাই ঐখোয়বু থোকঙম্মে । "অঙম্বা লৈবাক অপুম্বা-এনা কংলাগী মেন্দা কমথিবা, নিংথৌগী স্না ভাংবন্দা ফম্বদি লানগী অঙম হানবগীদমক্তা কন্নবনি ঐ নিংথৌ নত্তে ইচা পিশক অনিগীদমক্তা ফম্বাল মেন শংনবা ফম্মুবনি মরম অদুনা নিংথৌগী স্না ভাংবনবু ঐনা ইচাগীদমক্তা থাকুনা ঙসিদগী থম্মবশিনি" । স্না য়াম্বং অসি ভাবদা অঙম্বশিংনা হায়, "হৌজিকমক্তি নচা ইবুংঙোগী ইপাওগু তাবা ফংত্রি স্না ভাংবন হাংবা খোদা য়ায়েন থোপুনবা লৈত্রবদি মতোন ইবুংঙো লৈবাক অসিবু তুংদা অকাইবা ওইরোইদ্রা মতুগু স্না বুধি মঙোখিনি" । চুম্মি মতুগু অঙম্বশিংনা তাকপিবা লৈবাক ঙাকপা য়ায়েন থোপুবগী মরমদি ইচানা লাক্ত্রিবা মথৈদি ঐনা লৈবাক ঙাকথিনি নিংথৌ স্না ভাংবন্দী ইচাগীদমক্তা স্না ভাংবন মনাক্তে ফিদা থাডুনা শংবা হৌরবনি মরম অসিদা চিংনবা য়াখন তৌবিগনু মরম অসি অনন্দাশাইগী য়াশক্তি মথা পোম্মা চৎচরবা চৎলম্মি হায়না নিংথৌ লৈবাক ঙাকপা য়ায়েন থোদাবগী ফমফম সনা ভাংকনবু লেংখৎলু হায়বা য়াদনা অতোপ্পা খুদা অনৌবা থাবা অতুদা কমদুনা মুমিৎ অতুগী মীতিন অম্ভ লোইখি ।

শ্রীযুক্তো ঙসিগী চৎলম অসি মৈতৈ স্ন লৈবাক্তী যুমথোং শিম্মা নোঙ্গাংদনা ভাংনডুনা লৈম- রক্তে "অতাংবনি অনন্দশাই হায়ব অশিগী চৎলম অসি মতুংদম্ম খোক্লরোই অসিগুম্বা চৎলম অসি হুয়া চক্তি মম্নুংদা চৎলম অসিবু কুপত্রে' শেম্প্রেং ২ দত্তা ওইখি নিংথৌ ওইবা হ'য়বসি মীপুম খুদিংমক্তা তানথেংনবদা তানফ'দনা লৈনরিবা খুবম অসিবু মথুং চম্লবা মকতদা ওইঙমগে হায়দনা ইচাগীদমক্তি লৈবা অঙকপনি হায়দুনা ভাংনবশিনা চীংবুয়োই অম্মুয়োই শিম্মা ভাংনথি । নিংথৌ অনন্দশাইগী চৎলম অসি চাখা লোইখোম্বীমা হাওকাবশিন চিক্ক হাও মরিশিঙ্গা য়ারি শাম্মবদা ভাজবা মংতুনা নোংমদি মরিং খুম্লাকপগী ফোঙশঙদা মরম অদুবু থম্মুবদগী পুক্তিং মুং- ঙাইত্তদুনা ফোগু স্রৈশৈ ওইমা লিয়োল শরুক্তে ।

"ক'লৈ য়াম্না মঙমাং — — হা
চুমথাং পাম্মক্তকতমী - - হা
পুজেং লাইনাওজাবা—ও হা
লোইবী চীংশাং কোয়দুনা .. হা
চেক্লা কোয়না চাকজম . ... হা

চেক্লাবু চীংশাং ওস্নীও – ... হা
কংলৈবু পামেন তলাদা .. — হা
চেক্লাবু কাইদোংজহনা ... . হা
লৈওস্নবা নোংদস্থ ... ... হা
করন্না ভানকংলগবা — -- হা
চীংঙ্‌বা নঙ্গী নোংদমখোন .. .. হা
হো হোরিহো স্নামো স্নাম" ।

লিয়োন অসি শক্লনা ফো শুই । ইশৈ অসি মবুং খেলেম্বনা য়াম্না মুস্না তাহনা খোম্থোক অহ হাওয়। মৈতৈয়া হায়না মুস্না নাথুঙ্‌বা তাহনা লৈ । মতুং অহদা অমুক

"স্নমিংনা কারিডৈ কাহৌস্নো ... .. হে
থাবু নিল্লিডৈ নিলহৌরো . .. হে
ভিং তিং চাওহৌস্নো .. . হে
হো হোরি হে৷ রামো রাম"

হায়না শক্লকই । থুদক অহুদা খেলেম্বনা "ইবেম্ম লোইখোম্বী ইবুংদি ইচনবু ওম্থোক্লা স্নানা চীংশাং কোইনা খিরুয়েদা, চৎশি ইবেম্মা হায়হনা মুংগী রারম পুমবা ভাংনহনা থুম্লাকপগী য়ুমদগী মচন মবুং লোয়নহনা মমান অনিগা মাগী মরূপ হেনাইবগা ৫ মক কংলা তস্না লাক্লে ।
কংলাবু লৈকংনা শিস্নজস্নবনি অহুগা পারি কোন্দে তনৌবা ইতোম্না ফমবাল মেন্দা পারি ইচাবু পমহনা ফমবশি নপুক তাথিবা ওইগম্ন ইচানা কোন্দে মাওস্না ওইবসিদা ইচাগী নিংথৌ ফমবানবু পুন্সি মুংশাংহস্নিংদুনা ইবুধৌগী অকনব নিংশাবু নত্তোম্না ইচাগীদমক লৈভাক লৈকনগে যমবনি

লাংবচকী কুমশিং ৪৮৫২ নোংবালাই কুমশিং ১৭৪৭ শাঃ ১৬৭৬ হিয়াঙ্গৈ থাগী শংক্রান্তী ১৩ কুকুগী ৭ নি পানবা ইস্নাই মুমিক্তা শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর অনন্দশাই অওমবা মমুম ফমদো পুমবগা স্নায়েন শংলা মীতিন্দুনা ফম্মিডৈ মুংথিল পোপ্তা কল্লকপা মতমদা খেলেমবা চাথা মরিং লোই-খোমবীগা মচা ইবুংঙো ২ গা হেনাইবগা ৫ মক মীতিন স্নায়েনশংলা চঙ্কহুনা মত্তোন ইবুংঙোবু থুরুমহনখি । মচা অনিবু উবদা মিংস্না অনিদা ফুরুং ইস্না চেম্না মালেম লৈমাইথকুগী মচাবু কোন্দুনা মপারি কোন্দে তনৌবা চীংশাংওমববু ফৈস্না থক্তা পমহনা অওমবা মীতিন পুমবগা লেয়নবা কংলঃ মেন্দোং লৈবাক নোংথৌ তুবদা লাক্লগা ফমবাল ইয়ুং মথক্তা স্না ফমবাল লাংহনা হায়, "লৈবাক অওম অখৌ পুমবা ঐনা নহানমথৈ কংলা মেন শংলমবা অদো ফমবাল মেনগী মপু লাক্লবনিনা ওসিদগী হৌনা মাওস্না ওইবা পারি চীংশাংওমবদা ফমবাল মেনফম স্না

অহুগা হৌজিক্কি নিংথৌ থুবম শংহুন। মা তাংবন ফমবদি নয়াম্বুং পারি চরৈ হন্ন। ফমশন্নু ইচানা যুবরাজ—মথংথনবা ফম্বু ওইহুনা ভসিদগী লৈঙমব। হৌয়শি” হায়না লেপহুনা শ্রীযুক্তেশ্বর অনন্দশাইনা মন্ত্রি ওইরে। মতোন ইবুংঙো ভৌত্রামশাইনা সনাপতি ওইরে। শ্রীপঙ্কযুক্তেশ্বর অনন্দশাই থা ১০ পানখি লৈবাক পুনবা থাজনব। চহী ২ পানখি।

# ৫৪ নং নিংথৌ গৌরশ্যামগী পরম

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮১৫ নোংলাই কুমশিং ১৫৪৭ শা: ১৬৭৬ কি ২৭১ শুনা চৈথাবা থৌনাওজম ময়াংবগী কুমগী মঙ্গুং পোইন্ন থাগী ১৫ নি পানবা থানিন নোংমাইজিং সুনিত্তা শ্রীপঙ্কযুক্তে গৌরশাম্ব অঙম অথৌন। ইরু মাইতানা অমাই অনপ লৌশিন্না অশৈ খোনফাং কাংহুনা নিংথৌ ফমনাল তোংলে। শ্রীযুক্তো মনাও ইবুংঙো কোন্দে ভনৌবা চৌংশাংঙমববু যুবরাজ হাপ্পুনা লাংথবাল মা কোন্নুং শিন্নহুন। মতোন ইবুংঙো শ্রীঅনন্দশাই মন্ত্রিন। কোন্দুনা লৈরে। মা কংলাদা ময়াম্বুং শ্রীযুক্তো গৌরশাম, ভৌত্রামশাই স্বাপতি মতোন ইবুংঙো শ্রীহরিচোরোন বর স্নাপতি, ইবুংশি কৃষ্ণ শাও থাইরাকপা, শ্রীইবুংশি মোদোন শাও কৈথেলল কপা, শ্রীগঙ্গা কৃষ্ণ, ইবুংশি কুলচন্দ্র ইরেংবা, মতোন ইবুংঙো দুলচোবশাই, মতোন উকং পুরেন ধনশাই, শ্রীখুম্বোংচন্দ্রা, শ্রীঅথা মেঙ্গর গৌরাই, শ্রীচিংভাথম্বা মঙব নন্দসিং, শ্রীথুমস্থেমনা অঙো পোইলা, শ্রীভুইন্দ্রবা তোম্বাও শুবিদার শ্রীশাইথ্বা লুপো থাবমলাকপা, মোংজাংবা চানবা নহারুপ্পাকপ থাংফানবা শ্রীতান্দে, থাংফানবা নন্দে, শেলুংবা চন্দমনি, শ্রীতরা শেলুংবা, শ্রীশরাইজাম্বা শ্যদাম, শ্রীনবরাম চবেন, শ্রীরূপমানন্দ শর্ম্মা, শ্রীশিদ্বান্ত ভাশস্পতী ভাশকর শর্ম্মা, শ্রীগুপ্রানন্দ শর্ম্মা, শ্রীপ্রমানন্দ শর্ম্মা, শ্রীমহন্ত রামগোপালনচিংবা মহন্ত ৯ নি। ভাংবম কৃষ্ণদাশ, অধিকারি কামদেব পঞ্চবাসি, শংলেন মপু পণ্ডিট লুখোই, পণ্ডিট খেম, পণ্ডিট চিঙ্গাং অসিনচিংবা পণ্ডিটনা লুচিংহুন, সনা কংলা কোন্নুং ভাকুনা মতোন মন্ত্রি শ্রীঅনন্দশাইন নিংথৌ ভম্বা অভম্বা বাম্মেন থৌদা নোংদমহুনা মচাইবুংঙো অনিগী মাইফংবা থৌবুনা পাম্মে।

লাংথবানদা শ্রীযুবরাজ চিংশংঙম্বগী মফমদ, নম্বোল থুলগী অহল লমন থরনা মমা মপা লৈত্রবা বামোন মচা চহী ৭ চংলবরা অঙাং অমা পুরক্কুনা বৎলৈ। অঙাং অসি ব্রাহ্মন মচানি ব্রহ্মন জাতি অসিগী ধর্ম্মবু মাংদনবা শ্রীযুক্তো মনাও ইবুংঙো যুবরাজনা য়োকপীনবা তৌবিয়ু অঙাং অসিনা ব্রহ্মন ওইবনা ননাই গ্রথোয়না য়োকপদা জাতিগী বণবু মাংখ্রনি হায়না

কংলৈ । যুবরাজনা হংঙি ইপা ইপল পুম্বা মুংশিদা ধর্ম্ম নিতি কজৈদা ব্রহ্মন মচা ঙ্গী মরুপ অসিগী মমিংনা কঙি কৌবা ? যুবরাজ অত্তাং অসি গৌরশ্যাম কৌই, মনাও ইবুংঙো ময়ুম ইংখোম্নচিংবা কাইদমা লৈরি । মুংশিদা ইপা ইপন পুম্বা হনবিরো ব্রহ্মন মচা অসিগী লৈজবা ময়ুম ইংখোলবু মতম থরা য়েংবি খোংপিয়ু ব্রহ্মন অসিদি ঐগা লৈমিন্নরদি হায়না স্না নাক্তা থমহোরে ।

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৫৮ নোংদালাই কুমশিং ১৭৫০ শাঃ ১৬৭৯ চৈথাবা ২৭৪ শুবা চবুংবা বাকচিংগী কুমদা ঔরাগী লান হৌবকুনা শ্রীভৌব্রামশাই সনাপতি যুবরাজ চিংশাং ভামবা, শ্রীগৌরশ্যাম শর্ম্মা, শ্রীথাবম লাকপা, শ্রীনহারুপ লাকপা, অকল অথৌ লানমি পুদুনা য়াঙৌপোকপী য়েনা চংশিন্দুনা লান ভাকপদা ঔরানা তকশিনলকুনা মৈতৈ হেংগোল নিংলোমদা হন্দোকুনা ককচিংদা পনশানা লৈরে । পাউ অসি তাদুনা শ্রীযুক্তেশ্বর গৌরশ্যামনা অকল অথৌ লানমি পুদুনা চংশিন্নকুনা শোক্রবদা ঔরাবা খুদোং চাবা হেন্দুনা মৈতৈ তেংগোল কাযদুনা ঔরানা মুমিং ৯ নি মণিপুর খুদুম চনখ্রে । শ্রীযুক্তো যুবরাজ চিংশাংঙম্বনা চিংশাং পুম্ব পাউচেন্দুনা হাওগী লানমি ময়াম খোমদুনা মৈতৈ, হাওগী লানমি অনিনা শমজি থাইদুনা নিংথাং থত্তুনা মতুং মুমিং ৯ নি অমুক ঔরাগা লান কন্না শোক্রবদা ১০ নি শুবা মুমিত্তা ঔরা লানমি কাইদুনা মণিপুর থাদোকুনা চেল্লে । লৈশাংখোংদা শাবা ঔরাগী লানবন কাইরে মনাও ইবুংঙে যুবরাজগী হাওগী লানমিনা কনমনখিবনা ঔরা নিংতম্মদুনা তুমু লানশিনখিদুনা মুংথি খোংবান ফাওবা তান্দুনা ঔরাশিংবু থুগাইরে শ্রীপঞ্চযুক্তেশ্বর স্না কোম্নুং কংলাদা হঙ্গিল্লে ।

নোংদালাই কুমশিং ১৭৫২ শাঃ ১৬৮১ চৈথাবা ২৭৬ শুবা লাইরিক য়েংবা অরোইগী কুম অসিদা শ্রীযুক্তো মহারাজ গৌরশ্যামন, অত্তম্বশিংগা লোইননা ব্রহ্মন বৈষ্ণবশিং কাবা মুংথি স্না ইচিন লোমফাং হিথাখেন তান্না পুদুনা মপাবুঙ্গী মংলেন ফুব =লাইয়ুম শাদুনা ( উক্রোং খোংশাংবা ) কংলি=কুত্তং খোংশাংবা তৌই । মনাও যুবরাজ চিংশাংঙম্বা চহি ১১ চংদুনা লাইমিং লৌরে= দিক্ষ তৌরে শ্রীকৃষ্ণ পরমানন্দগী মফমদগী । হরি শংযুক্ত মচিংনা কত্তুনা লাইমিং থিনগত্তুনা= নাম থিনগত্তুনা কংলে । মতুংদা শনশোক থুগাইদুনা শগোল মন্নাচংবা য়াম্না খোমদুনা ( মেংঙা, ফৌমেন মলাই) য়েন থুগাইদুনা কবোশিংবু লমন থুমখি । মৌরাও কৌবা কবোগী লমদা মৈতৈ নিংথৌগী ফুরা লাইয়ুম শাদুনা থম্ববু ঔরাশিংন থুগাইগন মাংহনখিবা পুম্ববু অমুক হন্না শাগত্তুনা থম্না, শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ চহী ২ কবোদা ঔরা ভাকুনা লৈখি । চহী ২ অসি যুবরাজ চিংশাং ঙম্বনা মণিপুর ভাকুনা কংলাদা লৈখি । ময়াম্বুং নিংথৌ মণিপুরদা খোরকুনা কংলা স্না কোম্নুং শিন্নদুনা যুবরাজ চিংশাংঙম্বা লাংখবান কোম্নুং স্ন শঙ্গাইদা অমুক লৈবে । কুম অসিদা শ্রীপঞ্চযুক্তো মহারাজ গৌরশ্যাম,

মনাও ইবুংঙো চিংশাং ঙমবা, মতোন ইবুংঙো মন্ত্রি অনন্দশাই অতম মক্কা ঃ ম্নহুনা চৈথাবা লাইরিক য়েংবমগী কুম অশিদা হৌ কেগে লম্বাহনবনা কোনব, লম্বু মোইরাং থেলেমবদ। নিংথৌ হাপ্পুনা মোইবাংদা হোংথহুনা পানবা হৌরে

লাংবচক্কী কুমশিং ৪৮৫১ নোংদালাই কুমশিং ১৭৫৫ শাঃ ১৬৮২ চৈথাবা ২৭৭ শুবা নান্দৈবা লোথোনগী কুমদা লৈবাক অসি ইবাং তৌই। লাংবচক্কী ৪৮৬১ নোংদালাই ১৭৫৬ শাঃ ১৬৮৩ চৈথাবা ২৭৮ শুবা নাওশেকপম চিংপানগী কুম অসিদা শ্রীযুক্তো নিংথৌ ফম্বাল পুকফব নোংপোক লিরি থোম্না মন্ত্রি অনন্দশাই মচ ইবুঙো ২ গী ম্না কংলা ফম্বাল লৈকন্নবা হায়হুনা গুরু ভুংজেংবনা কোনব কুমজা লাকয়েন লাংদাইপুংদা ম্না শঙ্গাই লাংথবান থোইযুমচিং থরো লোক্কুগী হোংজকুনা ম্না কোক্কু কলাগা থর নকুনব কুম অসিদগী লৈবা তৌথি।

ইংযুক্তেশ্বর গোৌরশ্যাম কুম অসিদ, ম্ন হকচাং য়াম্না কন্না ইরে= নারে অমাইবশিংনা লাইকন্নবদা অনা লাইও' তানকংনথিম্রে। শ্রীযুক্তোগী নোংদম থিবনা মঙ্গুং মক্তম চাদন লাংবচক্কী ৪৮৬৩ নোংদালাই ১৭৫৫ শাঃ ১৬৮৪ ২৭৯ শুবা চৈথাবা ভারিয়ানবা পলসিং শক্তিবু লাকয়েন হুইংম্মগা শিথি চহী ৮ পাল্লি থাক্কনবা চহী ৭ নি হায়থি।

৬ শুব তাংকক লোইজরে।